# ফ্রিদম ফাইটর
# লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ



ইথোকচবা

**লাইখুরাম ইবোবী**



শ্রীদম কাইটব

লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ

ইথোকচবা ঃ

লাইখুরাম ইবোবী

**ফ্রিদম ফাইটর লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ**
ইথোকচবা, লাইখুরাম ইবোবী
বাংখৈ কৈথেল অশাংবী, ইম্ফাল ইষ্ট।

ফোঙজবা : লাইখুরাম তোমচা খুমন
বাংখৈ কৈথেল অশাংবী, ইম্ফাল ইষ্ট।

অহানবা ফোঙবাঃ সেপ্টেম্বর, ২০০৬ ইং।

কোপি মশীং : ২০০০ (লীশিং অনী)

মমল : লুপা ৯০/-

প্রুপ রিডর : অইবা



নম্ফম : **লময়ানবা প্রিন্টর্স**, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।।

# কৎচবা

খগেন্দ্রজিৎ রিছার্চ কমিতিগী মায়কৈদগী থৌরাং অসি তৌজদুনা পুথোকচরিবা "ফ্রিদম ফাইটর লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ" হায়না মিংথোনবা লাইরিক অসি খগেন্দ্রজিৎকী মফমদা অমদি খগেন্দ্রজিৎকা লোয়ননা জেলদা অৱাবা খাঙমিন্নখ্রবা লাই ওইখ্রবশিং, খগেন্দ্রজিৎকী থৌরাংদা জেলগী অৱাবা তাখ্রবা অমদি তাখ্রবী কয়াগী মফমদা, অমাং-অশেং, লাইনিং-লাইশোনগী মরীদা-অৱাবা খাঙমিন্নখ্রবা অমদি হীরম কয়াদা খগেন্দ্রজিৎকা মরী লৈনখ্রবা অমদি লৈবাক্ মীয়ামদা কৎচরি। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱারোলশিং অসি খগেন্দ্রজিৎনা হায়রম্বা, ঐখোয়না হাকথেংননা খংঙজরকপা, অখং-অশৈশিংনা তাকপীরকপা অমদি সেমিনারদা পেপর ওইনা পুথোক্নুনা মথং-মথং নৈনখ্রবা সবজেক" ১৮ য়াওরি। শক্লাইরবা মীওই কয়া অমদি শীংথানিংঙাই ওইরবা ওর্গেনাইজেসন কয়ানা মখোয়গী ওবজোর্ভেসন পীদুনা থোনবিরকপা মিং খগেন্দ্রজিৎকী তোংঙান-তোংঙানবা মিং ২২ সু ওবজার্বেসনগী ৱারোলশিংগা লোয়ননা তেনতক্না পীদুনা হাপচরি। লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা, ৱাখল, লৌশিং, পাঙ্গল পুথোকপীখ্রবা, অৱাবা কয়া মাইয়োক্লবিখ্রবা কয়া য়াওরিবনী। মখোয়শিং অদুগী মনুংদা খরদং পনজরি। (১) নাউরোইবম ইন্দ্রমনি সিংহ (মণিপুর ষ্টেট আরকাইভস), (২) ডা: এম. কীর্ত্তি সিংহ, রিতায়ার্দ দাইরেক্টর ওফ ইদুকেসন, ( ইউ), এম. এ. এল. এল. বি. পি. এচ. দি, (৩) ডা: পি. গুনিন্দ্রো সিংহ, প্রোফেসার, মণিপুর ইয়ুনিভর্সিতি, (৪) ডা: পি খুমনখোম্বা, চিফ এদভাইজর তু হিজ হাইনেশ দি মহারাজ ওফ মণিপুর, (৫) শ্রীহঞ্জবম নন্দকিশ্বর শাস্ত্রী, গোল মেদালিষ্ট, (৬) রনজিৎ নোংথাঙ, (৭) ডা: এম. রুহিনিকুমার সিংহ, প্রোফেসার, সেন্ত্রেল এগ্রিকলচরেল ইয়ুনিভর্সিতি, ইরোইশেম্বা, (৮) এল. অশোককুমার সিংহ, রিছার্চ স্কোলার, মণিপুর ষ্টেট কালা একাদমি, (৯) এন. অশোক্ মৈতৈ, লেকচরর দি. এম. কলেজ ওফ সাইন্স, (১০) চিংশুবম ধনেশ্বর সিংহ, রিটায়ার্দ, দিষ্ট্রিক্ট কো-ওপরেটিভ ওফিসার, মণিপুর, হায়রিবা শক্লাইরবশিং অসিগী মমল য়াম্লবা মতেং য়াওখ্রবনি।

মিংথোল পীবিরকপা পুন্নমক্কী মফমদা ঐগী ৱাখলনা লাম্বা ফংদ্রবা থাক্ অদুদা থাগৎচরী। মিংথোল পীবিরকপশিংগী মনুংদা ঐখোয়না য়াম্না কিজবগা লোয়ননা একশেপট তৌজরিবা খরদং পনজবা তারবদি — (১) ত্রিপুরাগী মহারাণী শ্রীমতি রত্নমঞ্জুরি দেবীনা খগেন্দ্রজিৎতা পীবা জ্যোতিষ বিদ্যারত্ন হায়বা মিংথোন পীবদুদা মখুৎনা ইবদা য়াওরিবা ৱাহৈ "লাইগুম্না হৈরবা জ্যোতিষ অমদগী ফংবা ঙমদ্রিবা পাউখুম নহা ওইবিবা মহাক্না ফজ-ফজনা চুন্না-চুন্না হায়বা ঙম্বগী" হায়বা ৱাহৈসী ঐখোয়না কিজবনি। (২) ইংশোক ১৯৮৫ গী সেপ্টেম্বর ১২ দা এম. দি. ইয়ু. হোলদা পাঙথোকপা খগেন্দ্রজিৎকী চহি ১০০ শুবা মপোক নুমিৎ নীংশিংথৌরমগী অহৌবা নুমিৎতা চিফ গুয়েষ্টকী ভাষন্দা মতম অদুগী মণিপুর কংগ্রেসকী প্রেসিদেন্ট, শ্রীহৱাইবম নীলমনি সিংহনা হায়খিবা — "খগেন্দ্রজিৎ অসি মণিপুরগী পার্টি পোলিটিক্সকী ফাওন্দরনি। (৩) হায়রিবা নুমিৎ অসিমক্তদা ইনভাইতি অমা ওইনা ৱা ঙাংবদা হায়খিবা "খগেন্দ্রজিৎ মহাত্মানি হায়খিবা। মহাক্না হায়রিবদি মহাত্মা হায়বা মিংথোল পীবা য়াবা কয়া লৈ মদুগী মনুংদা খগেন্দ্রজিৎসু অমনি হায়বনী। (৪) শ্রী এম. সোমোকান্ত সিংহগী "ফাদর ওফ ভি. ভি. এফ. (ভিলেজ ভলনটিয়ার ফোর্স) মিংথোল অদু পীবদা য়াওরিবা ৱারোলশিংদুদি করিগুম্বা লৈবাক অমত্তনা হৈ-শিংলবা কনা-অমত্তনা পায়খৎত্রিবা/হৌদোকত্রিবা মালেমগী ওইনা য়াম্না কান্নরগদবা ৱারোল ভিলেজ ভলনটিয়ার ফোর্স লিংবা" হায়বসি খগেন্দ্রজিৎনা রিভোলুসনগী দাবী অমা ওইনা ইং ১৯৩৫ দা য়াওখিবা, দাবী অদুগী মরী লৈনবা বিভোলুসন অদুগীদমক্তা জেল তাখ্রিবা, মতুংদনা মহাক্না লিংখৎখিবা মদুগী মতুংদনা ইং ১৯৭২ দা ভারত সরকারনা লিংখৎখিবসি মালেমদা লেমজনিংঙাইনী হায়বসিনী। তশেংনমকসু ইংশোক ১৯৬২ দা চাইনিজ এগ্রেসনগী মতাংদসু ভারত সরকারনা ওফিশিয়েল ওইনা থেংনবদা ভলন্টিয়ারশিংগী মতেং দরকার ওইরে হায়না লাউথোরকপদগী ভারতপুম্বদগী ভারত শেবক্ সমাজগী লেবর কোর ময়াম মণিপুরদগীসু কয়ামুক য়াওনা চাইনা থেংনবদা মখোয়সু শরুক য়ারগনী হায়না থোরকপগী পাউ তাবদগী চাইনাগী ফোর্স হন্দোকদুনা মখা তানা লান তৌনখিদ্রবনী। (৫) ফাদর ওফ শোসিয়েল রিফোমেসন হায়বা মিংথোল অসিসু ঐখোয়না য়াম্না কিনা খনজরিবনি। মালেমদা মমিং লৈরবা অচৌবা রিফোর্মর কয়া লৈখ্রবনী। অদুম ওইনমক্ ডা: পি. খুমনখোম্বগী ৱারোলদা মমিং লৈরবা রিফোর্মরশিং অদুগী বারাদা তোংঙানবা লাইনিং লিচৎ অমা রিফোর্মেসন্দা শরুক য়াখিবগী ৱাদি থেংনদে। মসিদগী ঐনা খগেন্দ্রজিৎপু ফাদর ওফ শোসিয়েল রিফোর্মেসন হায়বা মিং অসি ওফব তৌজরিবনী হায়বা অসিনী।

থোইদোক হেন্দোক্লা পনজনিংবদি ইংশোক ১৯৯৯ দা মতম অদুগী মণিপুরগী প্লান্নিং এন্দ রিভিনিউ মিনিষ্টর শ্রীএলাংবম কুঞ্জেশ্বর সিংহনা খগেন্দ্রজিৎকী পুন্সি ৱারী ফোঙদোক্লবগী লুপা ২০,০০০ (লুপা লিশিং কুন) খগেন্দ্রজিৎ রিছার্চ কমিতিদা দান তৌবিদুনা খুৎশিন্নবীখ্রবনী। অতৈ শেল খরগা খোমজিনজরগা শান্তী প্রেসতা লাইরিক কপি ২০০০ নমখ্রবনী। রিলিজ তৌদ্রিঙৈদা ইংশোক ২০০১ গী জুন ১৮ গী থৌদোক্তা শান্তী প্রেস মৈ চাকপদা য়াওখ্রবনী। পাখংবা লাইনিংগী কপি ৫০০ মদুদা য়াওখ্রবনি। অসুম তৌনা লাইরিকশিং অসি মৈ চাকখিবা অদুনা রিছার্চ কমিতি অসিসু ইরৈবাক ঙমখৈ কনবগী অৱাবদা শরুক্ য়াজখ্রবনি হায়না লৌজরি। অসুম তৌনা, পাঙ্গলনা, লৌশিংনা, শেলনা খগেন্দ্রজিৎকী পুন্সি অসি লাইরিক্ ওইনা ফোংদোক্লবা হোৎনবদা শরুক্ য়াবিরকপা পুন্নামকপু তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

খগেন্দ্রজিৎ রিছার্চ কমিতিনা পুথোকচরিবা লাইরিক অসিদা অখঙ-অহৈশিংগী পাউতাক্ হরাওনা লৌজগনি। অমসুং মথংগী চেফোঙদা ফোঙদোকচগনি।

খ্বাইগী

ইম্ফাল
তাং ৭/৯/২০০৬ ইং

**লাইখুরাম ইবোবী**
চিয়ারমেন খগেন্দ্রজিৎ রিছার্চ কমিতি

# মনুংগী লমায়শিংদা

ফোটোগী শরুক



MA

# ফ্রিদম ফাইটর লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ

লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ, ইংশোক ১৮৮৫ গী সেপ্টেম্বরগী তাং ১৩ লাংবনগী ৫ নি পানবা নোংমাইজিং নুমিৎতা, ৱাংখৈ কোংবা লাইশ্রম লৈকাইদা পোকই। অপোকপা মপাগী মিংনা লাইখুরাম সেংগোই হায়না কৌই। অদুগা অপোকপী মমাগী মিংনা রাজকুমারী থরোসনা হায়না কৌই। সনানা পোকপনি হায়দুনা খগেন্দ্রজিৎপু খ্বাইনা ইবুংঙোহল হায়নসু খঙনৈ। খগেন্দ্রজিৎকী মপা পোকপা মপুপোক্কী মিংদি লাইখুরাম কুলধ্বজ হায়না কৌই। মহারাজ চন্দ্রকির্ত্তিগী মতমদা মহাক হনুমান ঠাকুরগী সেবায়তো ওইরম্বী। লাইখুরাম কুলধ্বজ সিংহ লমবোইবনী। মরম অদুনা খ্বাইনা বাবাজী মহন্তা হায়না খঙনরম্মী। কোংবা লাইশ্রম লৈকাইগী য়ুমদা লাইশঙ মানদোপ শাদুনা রাধা-কৃষ্ণগী মুর্ত্তি লিংখৎতুনা লাই লাৎপা মীশক অমনি। মহাক মতম অদুগী ইনাক খুনবা অফাওবা মীশক অমসু ওইরম্মী। ৱাংখৈ থাঙ্গপাৎ মপানদা লৈবা হিদংময়ুম ধনেশ্বর শর্ম্মবু লাইগী সেবা চৎহল্লম্মী। য়ুমগী লাই সেবাগী থবক পুন্নমক অদুনা খগেন্দ্রজিৎপু পোকপা সেংগোই অমসুং অপোকপী মমা রাজকুমারী থরোসনানা তৌরম্মী। রাজকুমারী থরোসনাবু পোকপা মপাদি রাজকুমার সিংহধ্বজ হায়না কৌই। মতম অদুদা ঙাংবম খোংনাংখোং হায়না খঙনবা হৌজিক হৌজিক্কা গৌহাটি হাইকোর্ট লৈরিবা মফম অসিদা লৈরম্বনী। মহারাজ চন্দ্রকির্ত্তিগী মতমগী ঈশৈ শকপা অফাওবা মীশক অমা ওইরম্মী। হৌজিক য়ুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ হায়না মীয়াম্না ইকাই খুম্নরিবসি মতম অদুদদি য়ুবরাজ ওইদ্রি, সেনাপতি ওইরী। ময়াম্না কোইরেং সেনাপত্তি হায়না খঙনরম্মী। কোইরেং সেনাপতিগী শংগাইদা জগোই রাসনচিংবা কৎপা মতমদা খগেন্দ্রজিৎপু পোকপী রাজকুমারী থরোসনা চিংথবা লৈরক্তে। সেনাপতিগীদা উৎসব থোক্লকপদা থবক নোম্বা য়াওরকপী অমা ওইবনা সনা কোনুংগী চৎনরোল, লাইগী সেবানচিংবদা অনৌবা নত্তে।

মীওইবগী মপোক অসি কনানসু তম্বা ঙমদে। খগেন্দ্রজিৎ পোকপা থা অহুমশুরকপদা মপা সেংগোই সিংহ লৈখিদ্রে। চহী ফাদ্রিঙৈগী মতমদা খগেন্দ্রজিৎকী মপা পোকপা মপুবোক কুলধ্বজ লৈখিদ্রে। মতম খরগী মতুংদা য়ুম মৈ চাকপগী

থৌদোক অমসু থেংনখি। মদুদগীদি পোকপা মতমদদি ইনাক খুল্লবা, নুংঙাই-য়াইফারবা ইমুংদা পোকখিবা খগেন্দ্রজিৎ, চহী খরগী মনুংদা নৌনা লুখ্রা ওইরবী কনা লৈজদ্রবী নুপী অমগী মচা ওইরক্লে। অসুম তৌনা ৱারবা তাঞ্জা অদুদা রাজকুমারী থরোসনাবু পোকপা রাজকুমার সিংহধ্বজসু লৈখিদ্রে। মরম অদুনা রাজকুমারী থরোসনাবু পোকপী মমা থংগোং দেবী অমসুং পীকলীবা মৌপ্পা রাজকুমার নবদ্বীপ সনাবু য়োকপগী থবকসু মহাক্কী থৌদাং ওইরম্মী। মতম অদুদা রাজকুমারীনা লৌ-ইংখোল পুনবা চাউরাক্লা লৌ-পরী অমরোম চাউবা লম অদুনে, লাৎলিবা লাই, লাইশং মান্দোপনচিংবা পুন্নমক অদু লাই সেবা চৎলিবা হিদংময়ুম ধনেশ্বর শর্ম্মদা লাই সেবাগী থবক পুন্নম্মক কায়দনা তৌবীরো হায়না কৎথোকখি। মহাক্লা ৱাংখৈ লৈকাইদা লৈবা চীংগাংবম পংগোই সিংহগী মতেং লৌরগা ৱাংখৈ লৈকাইদা ৱাংখৈময়ুম লৈরক্তা ইংখোল অমা লৈরগা মচিন-মৌপ্পা মমা মচা পুন্না লৈমিন্নখি। রাজকুমার নবদ্বীপসনানা অঙাং ওইনা বেঙ্গোলি সংস্কৃত তমহৌই। মপা লৈরীঙৈদা ঈশৈসু তমহৌই।

খগেন্দ্রজিৎ অঙাং ওইরিঙৈদা লাইরিক য়াম্না তমখিদ্রে, এল. পি. গী পবীক্ষা ফাওবা থাখিদে। মমৈথংদদি হোৎনবা কনবদগী বেঙ্গোলি ঙাংবদা বাঙ্গলা লৈবাক ফাওবদা ব্যবহার তৌনখি। সংস্কৃতকী মাইকৈদসু লাইরিক হৈরবা মীওইশিংনা মহাক্কী ইনতরপ্রিতেসন পাম্নখি। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা য়ুম অমত্তদা পুন্না লৈমিনরিবা রাজকুমার নবদ্বীপ সনাদগী ঈশৈ তম্বা হৌখি। মমৈথংদা নোংমাইথেম চাইগোই সিংহদা মখোই অনি ঈশৈ তমখি। রাজকুমার নবদ্বীপ সনাদগী ঈশৈ হৈনবা নীংথিনা তমখি। ঈশৈ হৈরবা মীশক অমনি হায়না মীয়াম্না খংনখি। অদুগা মমানবগা বাশক ফাংনদুনা রোস ফাংনবগী মাইকৈদদি থোইনা পুক্লিং চংখিদে। খগেন্দ্রজিৎতি বাশক শকপা ঙমল্লকপা মতমদা মমান্নবগা বাশক্ ফাংনবা রোস ফাংনবা মতুংদা গৌর লীলাগী তীর্থবাশ শাবা অসিনচিংবদা থাবায় য়াওনা চৎথরকখি। খগেন্দ্রজিৎ ৱাংখৈ লৈকাইদা লৈবা চিংগাংবম তোম্বা সিংহদগী মাইবগী শিনফম তমখি। ৱাংখৈ নিংথেম পুখ্রি মপান্দা লৈবা কাংঙবম তুলাসিংহদগী থাঙ-তা অরাম্বাই হুনবনচিংগী লমদা তমশিনখি। কাংঙবম তুল্লসিংহ রামচন্দ্র প্রভুগী সেবায়তো ওইরম্বা কাংঙবম গোকুল সিংহবু পোকপনি। ৱাহেংবম লৈকাইদা লৈবা রাজকুমার রামসনা সিংহদা পাঞ্জিগী থবক তমশিনখি। ৱাংখৈ তোকপম লৈকাইদা লৈবা তোকপিয়া পন্দিৎতা পুয়া নৈনবা তমখি মহারাজ চুরাচান্দসিংহগী ময়ামবুংতোন, হৈনৌ মখোং তাবা (য়াইস্কুলদা) গা লোইনবা মীশক অমসু ওইরম্মী। ময়ামবুংতোন্না শীনবীদুনা মতম অমদা খগেন্দ্রজিৎ মথন্তবু লম্বীদা শগোল তোংদুনা অরাম্বাই তেনদোং য়ানদুনা চৎপা য়াহল্লম্মী। মশাগী চহি ১৭ লোম

MA

য়ৌরকপা মতমদা থাঙমৈবন্দা লৈবী খুন্দ্রাকপম নীঙোল ক্সাকলৈ দেবীগা লোয়ননা লুহোংখি। খগেন্দ্রজিৎ মশাগী চহি ২০ লোম শুবা মতমদা অহিং অথেংবদা মথন্তা চৎতুনা ঈশিংগী ঈরোলনুংদা লাইনিংথৌ পাখংবদা হকথেংননা খয়োম কৎখিবগী ৱারীসু লৈ। মশাগী চহি ৩৭ শুবা মতমদা ইং ১৯২১ দা কছারদা চৎতুনা মাইবা অমদি পাঞ্জিগী থবক্তগী শেল য়াম্না তানবা ঙমখি। মহাক্না ইম্ফালদা হল্লকলগা ইং ১৯২৩ দা ভারত শীনবা থুংনা চৎনবগী খোংচৎ অদুদসু কছারদা মতম খরা লৈরম্মী। মতম অদুদসু মাইবা অমদি পাঞ্জিগী থবক্তগী শেল য়াম্না ফংবা ঙমখি। কাছারদা লৈবা, মোইরাং মাইবা হায়না খঙনবা মাইবগী ওজা অমদগী মাইবগী অকুপ্পা মরোল নীংথীনা তমখি। মতম খরগী তুংদা নবদ্বীপ্তা চৎখিরম্মী। নদ্বীপ্তা লৈরিঙৈদসু মাইবা অমদি পাঞ্জিগী থবক্তগী শেল য়াম্না ফংবা ঙমখি। মরু ওইবা ৱাফম অমনা লাইয়েংবদা বাববা অনাবা খবসু থেংনরম্মী। অনাবশিং অদুসু খগেন্দ্রজিৎনা য়াম্না লাইনা মতম খজিক্তংগী মনুংদা ফহনবা ঙমখি। অসুম তৌনা খগেন্দ্রজিৎকী মমিং অসি অৱাং-নোংপোক ভাবত্তা পাক্না শন্দোকখি। অনাবা ইমুংগী মীশিং অদুনা লাইয়েংবগী অৱামন পীবত নত্তুনা পুন্সি মাঙলগদ্রা হায়না খন্নরম্লবা অনাবশিং অদু ফাহল্লকপদুদদি লাইয়েংমন পীবদু ঙাক্তনা পেন্দ্রদুনা পমফ্রেৎ চাইদুনা, খববদা ফোঙদুনা খগেন্দ্রজিৎপু থাগৎনরকখি। হায়বিবা মতম অসিমক্তদা ত্রিপুরাগী কোনুংদা ত্রিপুরাগী মহারাণী শ্রীমতি রত্নমঞ্জুরী দেবী অসি লাইয়েংবা ঙম্লরোই হায়না খন্নদুনা লৈরবা মতম ওইরম্মী। মাইবনা খুৎ থাদোক্লবা মতমনী। খগেন্দ্রজিৎকী মিং তারকপদগী মতম অদুগী ত্রিপুরাগী মহারাজ বীর বিক্রম মনিক্যি বাহাদুরনা মবেনসিজা মহারাণী রত্নমঞ্জুরীবু লাইয়েংবীনবগীদমক নবদ্বীপ্তা, লৈরিবা খগেন্দ্রজিৎতা টেলিগ্রাফনা লম্বীগী খরচকা লোইননা বার্তোন তৌখিরম্মী। খগেন্দ্রজিৎনা টেলিগ্রাফ হেক ফংবগা খুদক্তা ত্রিপুরাগীদমক নবদ্বীপ থাদোকখিরম্মী। খগেন্দ্রজিৎনা ত্রিপুরাগী কোনুংদা য়ৌরগা মহারাজ উনরবা মতুংদা অনাবদুগী ফিভম, মিহুন্নচিংবা কুপ্না য়েংশিনখিরম্মী। খম থেংনা নারবা অনাবা ওইরবসু মহারুদি লাইয়েংবা ঙমখিগনী হায়বগী ৱাখল অমা মঙোন্দা ফাওরম্মী। মদুমক মহারাজদা হায়রম্মী। অদুম্নদি ওইরগা অতোপ্পা মী অমগা লোয়ন্না লাইয়েংবদি ঙম্লোই, মথন্তদা শিন্নরবদি লাইয়েংগে হায়খি মতম অদুদা মহারাজনা হান্ননা লাইয়েংদুনা লৈরম্লিবা মীয়াম অদুগা তান্নরবা মতুংদা অনাবদু খগেন্দ্রজিৎতা লাইয়েংনবগী শীন্নখি। অশেংবদি হান্না লাইয়েংদুনা লৈরম্লবশিং অদুনদি শিরগনি হায়দুনা লাইয়েংবা লেপ্তুনা লৈরম্লিবনী। মহারাজগী য়াথং ফংবদগী খগেন্দ্রজিৎনা লায়েংবা হৌরে। অনাবদু নোংমা-নোংমগী খরা-খরা ফগৎলক্তুনা নুমিৎ খজিক্তংগী মনুংদা ফহনবা ঙমলে। খগেন্দ্রজিৎনা য়েংলীবা অনাবদু করি লাইনানো, করি তৌরগা, করি হিদাক্না ফহনবা য়াগদগে হায়বদু খঙদোকপা

অসিনি। মসিবু খঙবা ঙমদ্রবদি অনাবা ফহনবা য়ারোই হায়বসি খগেন্দ্রজিৎকী অচেৎপা থাজবনি। মবেন সিজা নাবা ফরকপা অদুদা ত্রিপুরাগী মহারাজ বীর বিক্রম মনিক্যি বাহাদুর হরাওবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। খগেন্দ্রজিৎতা লাইয়েংমল দক্ষিনা চাওনা পীরে অদুগা মহারাজনা মবেনসিজাগী অনাবগী মরম অমসুং করন্না ফরকখিবগে হায়বদু মরিক চুন্না ৱারী লিদুনা খগেন্দ্রজিৎপু থাগৎপগা লোইননা খংহল্লে। তশেংনমক্তী মী শীবগী মীহুনগী কাংলোন অমা লৈরীবদু খগেন্দ্রজিৎনা অদুক্কী মতিক কুপ্না য়েংখি। খ্বাইনা খঙবদগী হেন্না কুপ্না খঙই। মরম অসিননি খগেন্দ্রজিৎনা লাইয়েংবদা মায় পাক্লিবসি। মহারাজগী পাউদম অদু তারবা মতুংদা মহারাণী শ্রীমতি রত্নমঞ্জুরী দেবীনা অসুম্না খল্লকই। মচা পোক্তবী লুখ্রা ওইরবী, অহলগী মতম ওইরবী, মণিপুরগী নীংথৌ দেবেন্দ্র মহারাজগী মচাইবেম্মা (মণিপুরগী নীংঙোল) মহারাণীনা অতৈ অমা ওইনা খনখিদে। (তাইবং মপুনা) খগেন্দ্রজিৎপু মহাক্কী মচা ওইনা পীবীরক্লবনি হায়না খনখি। খুদক অদুমক্তুদা মহারাজগী মফমদা হায়খিরম্মী। খগেন্দ্রজিৎ অসি মহাক্কী অয়োকপা মচানী, মহাক অমদি মহাক্কী ইমুং-মনুংগী মী পুন্নমক ঙসিদগী ত্রিপুরাগী রোয়েল ফেমিলিগী মেম্বর ওইনা লৌগদবনী। রোয়েল ফেমিলি অমনা ফংবা য়াবা পুন্নমক মখোয়বু ফংহনগদবনী হায়না মহারাণীনা মহারাজদা হায়খি। নুমিৎ অদুদগী খগেন্দ্রজিৎকী ইমুংগী মী পুন্নমক ত্রিপুরাগী রোয়েল ফেমিলিগী মেম্বর ওইহনখ্রে। মদুতসু নত্তনা খগেন্দ্রজিৎপু মতিক চাবা তলব পীদুনা মহারাণীগী প্রাইভেৎ সেক্রেটরী ওইনসু হাপখ্রে। অদুগা মহারাণীগী অমখক্তং লৈরিবা গাড়ি কার অদুসু মচানী হায়দুনা খগেন্দ্রজিৎতা পীথোক্লে। ফজরবা ইনফি অমসু মনা ওইনা পিথোক্লে। মতম খরগী তুংদা নোংমা মহারাণীনা খগেন্দ্রজিৎতা জন্ম কুঠি য়েংহনবদা হৌখ্রবা মতমগী তাংকক কয়াদা করি-করি থোকখিবগে হায়না হংবগী পাউখুম পুন্নমক অদু মহারাণীনা পেনবীরদুনা জ্যোতিষ বিদ্যারত্না হায়বা মিংথোল অমা সারটিফিকেতকা লোয়ননা পীখি। সারটিফিকেত অদু মহারাণীনা মখুৎমক্লা ইরগা পীবনী। মদুদা য়াওবা মরুওইবদি লাইগুন্নবা পাঞ্জিদগী ফংবা ঙমদ্রবা পাউখুম খগেন্দ্রজিৎতগী ফংই হায়বা ৱাফম ফাওবা য়াওরী। মদুতসু নত্তনা জ্যোতিষ রত্নাকর হায়বা মিংথোল অমসু অমুক পীবীরে। মদু চানদিগী মেদল অমগা লোইননা পীবনী। মহারাণীনা খগেন্দ্রজিৎকী মমা রাজকুমারী থরোসনাবু ত্রিপুরাগী কোনুংদা মহারাণীগা লোয়ন্না লৈমিন্নবা পাম্বগী রোয়েল হায়রকপদগী খগেন্দ্রজিৎনা মমাবু মণিপুরদগী লৌরুদুনা ত্রিপুরাগী কোনুংদা লৈহনখ্রে। ইংশোক ১৯২৬ তা মহারাণীনা অহানবা ওইনা ভারতকী তীর্থ কোয়বগী খোংশান্নবগী থৌরাং তৌরে। খগেন্দ্রজিৎ মশামক অমসুং মমা রাজকুমারী থরোসনাসু লোইনখি রিশিকেশ, হরিদ্বার, দ্বারিকানচিংবা চৎলুরগা বৃন্দাবন য়ৌরক্লে। বৃন্দাবনগী ঈশিং ফংদবগী

MA

অবাবা তারবা খুঙ্গং অমা থেংনখি। মখোয়না ঈশিং খোং অমা তৌজগে, মদুগী অয়াবা পীবীয়ু হায়বদা সরকারনা য়বীদবগী ফিভমদা লৈরম্মী খগেন্দ্রজিৎনা মরী লৈনবা ওথোরীতিগা উনদুনা পারমিত্ লৌরগা লৌখোং তৌবগী শেনজঙ অদুনা মহারাণীনা পুথোকপীরগে হায়না য়াবীরদুনা ফুৎ ৫ রোম পাকপা মাইল ৩ লোম শাংবা লৌখোং অমা তৌরগা লৌখোং অদুদা ঈশিং চেলহল্লবা মতুংদা খুঞ্জাশিং অদুদা শিন্নখিরম্মী। লৌখোং অদু হৌনবী মতুং ইন্না ইরাৎপুজা তৌখি। নুমিৎ অদুদা মহারাণী মশামকসু ঈশিং লৌখোং অদুদা স্নান তৌখি। মতুংদা গঙ্গা তুরেলগী "বরানাশিদা" গঙ্গা স্নান তৌদুনা লাই খুরুম্বা মতমদা অথাপ্পদগী অশিবা মী পুরক্লগা মফম অদুদা পোৎলোইবগী শক্তম উবা ফংখি। মতম অদুদা "বরানাশি" তীর্থগী অকুপ্পা ৰারোল, খগেন্দ্রজিৎতা হংখিবম্মী। মতম অদুদা মহাবাণীনা হরিশ্চন্দ্র মহারাজগী ৰারী অসি লীলা ওইনা শান্নবা পামখি। মদুগী মতুং ইন্না ত্রিপুরা য়ৌরবা মতমদা খগেন্দ্রজিৎনা হরিশ্চন্দ্র লীলা শান্নবগী লাইরিক (ৰারী) ইবা হৌখি। মহাবাণীনা, মণিপুরদা লৈহৌরীবা খগেন্দ্রজিৎকী ইমুংগী মী পুন্নমক ত্রিপুরাদা লৈহন্নবা য়াথং পীরম্মী। মদুগী মতুং ইন্না খগেন্দ্রজিৎনা ইমুংগী মী পুন্নমক মণিপুবদগী পুদুনা ত্রিপুরাদা লৈহনখি।

## হরিশ্চন্দ্র লীলা

কাশিগী বরানাশি তীর্থ চৎলুবগী ৰারী অদুগী মতুং ইন্না খগেন্দ্রজিৎনা হরিশ্চন্দ্র লীলা পুথোরম্বগী থবক্ পায়খৎপা হৌখিবনী। খগেন্দ্রজিৎনসু হরিশ্চন্দ্র অমসুং কর্নদাতা হায়বা লাইরিক অনি অসি পামজনা লোইনজরবা লাইরিকশিংনী। মরম অদুনা লীলাগী ভোলুম অমা পুথোকপদা খগেন্দ্রজিৎতা লুনা থোকখিদে। তাঞ্জানা চারিবসু মণিপুরদগী শক্লাইরবা মীওই খবসু মতম অদুদা ত্রিপুরাদা লাক্লুনা লৈবা তাঞ্জা ওইরম্মী। মখোয়শিং অদুগী মরক্তা পাংঙবম তরঙ্গো সিংহ, থোকচোম তোনসিজ সিংহ, লুক্রাম চাউবা সিংহ খোংজোম পর্ব্ব শকপা অমসুং ৰাংখৈমযুম লৈরক্তগী খগেন্দ্রজিৎকা য়ান্না নকুনা লৈকাই অমত্তদা লৈমিন্নবা গুরুমযুম গৌরনিত্যাই শর্ম্মানী। পাংঙম্বম তরঙ্গো সিংহ তোনসিজ সিংহ অনিদি খগেন্দ্রজিৎকা অদুম পুন্না লৈমিন্নরিবনি। শামুরাইলাৎপম কৃষ্ণ মোহোন শর্ম্মা (অঙাং নীপামচানী) মহাকসু মতম খরগী মমাংদগী মমাগা লোয়ননা ত্রিপুরাদা লৈরক্লবনী। মহাক্কী মমানা ত্রিপুরাগী মহারাণী শ্রীমতি রত্নমঞ্জুরীগী পুজারি ওইদুনা লৈরিবনী। মতম অদুদা লাংগোনজম অঙৌসিংহসু ত্রিপুরাদা লৈরি।

লীলাগী পার্ট য়েনথোকপা লোইরে, লীলা তম্বা হৌরে। গুরুমযুম গৌরনিত্যাই শর্ম্মদা হরিশ্চন্দ্র মহারাজগী পার্ট অমসুং লুক্রাম চাওবদা সব্যা মহারীণীগী পার্ট পিরে অমসুং কৃষ্ণমোহোন শর্ম্মদা রোহিতাসকী পার্ট পীদুনা লীলা তম্বা হৌরে। খগেন্দ্রজিৎ

মশামক্না বিশ্বামিত্রগী পার্ট লৌরে, লাংগোনজম অঙৌনা সিশ্য শাৱে, পাংঙবম তরংগোনা ব্রাম্মণ অমসুং তোনসিজনা ব্রাম্মণগী মনাইগী পার্ট লৌরে। খগেন্দ্রজিৎকী মচা ইবোবী অমদি ত্রিপুরাগী মী খরগনা শোরারেনগী জগোই সাবীগী পার্ট লৌখি। হায়রিবশিং অদুগী মনুংদা মীওই ৬ তি ত্রিপুরাদগী নীপামচা ঙাক্তনী। মখোয়না শারি শেৎলগা শোরারেনগী জগোই শাবীগী পার্ট লৌবনী। শান্নরিবা লীলাগী মতাংনা হরিশ্চন্দ্র মহারাজনা মরৈবাক থাদোক্তুনা চৎখ্রগা বরানশিদা মী পোৎলোয়বা ওইদুনা লৈখিবা, সব্যা মহারাণীনা ব্রাম্মণগী মনাই ওইনা লৈরো। মচানিপা রোহিতাসনা বোন্দা লৈ হেকপা চৎপদা লিননা চিক্তুনা শিবা, শোরারেনগী জগোই শাবীশিংনা বোন্দা মচানুপা রোহিতাসনা শিদুনা লৈরম্বদু থেংনখিবগী মতাংনি। মতম খরদং তমলগা শান্নবা লীলা অদু পার্ট লৌরিবা মীশকশিং অদুদি মশা মশানা চপচানা থবক তৌবা ঙম্বা চুনরবা ঙাক্তা ওইবনা লীলা অদু মীয়াম্না য়েংবদা নুংঙাইরবা, নুংশিরবা লীলা ওইনা লৌনখি।

মদুদা শকখিবা ঈশৈ

(১) বিহরতি হরি রিহ শরা শব শনতে।

(২) মধুর শ্রী বৃন্দাবন, বিহার কোরে বোনো মালা হায়রিবা ঈশৈশিং অসি মতাং চানা চানা শকখি। পনবা য়াবদি খগেন্দ্রজিৎ ঈশৈ তৌরকপা মীশকনি। লুক্রাম চাউবনা খোংজোম পর্ব্ব শকপা মীশক্নী। পাংঙবম তরংগোনা পুং তৌরকপা মীশক্নী। মমৈথংদা থাঙ-তা তৌরকপনী অমসুং মাইবগী শিনফমদসু লাকখিবনী পার্ট লৌরিবা মীওইশিংদুগা মখোয়না লৌরিবা পার্টশিং অদুগা চুন্নখিবদগী অফাওবা লীলা অমা ওইখি। মদু শুমাং লীলাগী মওংদা শান্নখি খগেন্দ্রজিৎনা ত্রিপুরাদা লৈরিঙৈগী মতমদা রথ যাত্রাগী মতমদা নুপীশিংদা নুপী খুবাক ঈশৈ শকপা তম্বীদুনা নীংথীনা শকহল্লী। খগেন্দ্রজিৎকা য়ুমদা লৈমিন্নরিবা পাংঙম্বম তরংগো অমসুং থোকচোম তোনসিজ অনি অসি হান্নদগী পুং তৌরকপনী, মখোয় অনিনা খুবাক ঈশৈগী পুং য়ৈবনি।

## মহারাণী রত্নমঞ্জুরীগী অনিশুবা তীর্থ চৎপা

ত্রিপুরাগী মহারাণী শ্রীমতি রত্নমঞ্জুরী দেবীগী অনিশুবা তীর্থ চৎপগী খোঙচৎ অসি ওহ্লোক্না মরু ওইখ্রে। মহারাণীনা অনিশুবগী তীর্থ চৎপগী খোঙচৎ অসি ইংশোক ১৯২৮ গী মমৈরাই, সেপ্টেম্বর থাদগী খোঙশানখি। খোঙচৎ অদুদা মহারাণীগা শাগোন্ননা লৈরিবা মী নুপী ১০ রোম, খগেন্দ্রজিৎকী ইমুংগী মী পুন্নমক (মী মঙা) খগেন্দ্রজিৎকা লৈমিন্নরিবা পাংঙম্বম তরেংগো অমসুং থোকচোম তোনসিজ লোয়নখি। কোনুংগী ওইবা মীওই খরাগা পুন্না মী ২৪/২৫ রোম্না মহারাণীগী থৌগল তৌদুনা

খোঙচৎ অদু চৎখিবনী মহারাণীগী বাখলদা পুন্সিগী অরোয়বা মতম অসিদা দান তৌদুনা ধর্ম্ম তানশিন্দুনা মথংগী মপোক্কীদমক তৌবা য়াবা তৌরন্নগে হায়বগী বাখলগা লোয়ননা চৎপা খোঙচৎ ওইরম্মী।

খোঙচৎ অদুদা কোলকত্তাদা থা ৭ লোম লৈরম্মী। হায়রিবা মতম অসিগী মনুংদা দিসেম্বরগী অরোইবা শরুক্তা ভারত কংগ্রেসকী কোলকত্তাদা সেসন ফম্নবা থৌরাং তৌরম্মী। রিসেপসন কমিটিগী মীওইশিংনা সেসন অদুগীদমক মহারাণীদা দান নিবদা মহারাণীনা দান চাউনা তৌখিরম্মী। মদুদা রিসেপসন কমিটিগী মেম্বরশিংনা খনখিবদি মহারাণীগী প্রাইভেৎ সেক্রেটরী ওইরিবা খগেন্দ্রজিৎনা ফাজনা রিকোমেন্দ তৌবদগী মহারাণীনা দান চাউনা তৌরিবনী মদুনা কমিটিগী অচৌবা শেনফম অমা ফংবা ঙমখিবনী হায়না খনখি। মরম অদুনা খগেন্দ্রজিৎপু ভিজিটর অমা ওইনা সেসন য়াওননবা বার্তোন তৌখি। অমসুং সেসনগী মাংওইননা মহাত্মা গান্ধীগা উনম্নবা শীন্দুনা উনদুনা বারী বতাই নীংথীনা শানহনখি। খগেন্দ্রজিৎ, ভিজিটর অমা ওইনা সেসন য়াওখি। খোঙচৎ অদুদা হরিদ্বার, দ্বারিকা, রিশিকেশ অমসুং গদবরি তীর্থনচিংবা চহি অমরোম চুপ্পা চীর্থ চৎলুরবা মতুংদা খোঙচৎ অদু লোইশীন্দুনা ত্রিপুরাদা হল্লকখিরম্মী।

মহারাণীগী তীর্থ চৎপগী খোঙচৎ অদু লোইদুনা ত্রিপুরাদা হল্লরবা মতুং অদুদা খগেন্দ্রজিৎনা মহাত্মা গান্ধীগী সবরমতি আশ্রম য়েংলুনবগীদমক পাঙম্বম তরংগোগা লোয়ননা গুজারাৎকী অহমদাবাৎতা চৎখিরম্মী। পাংঙম্বম তরংগোদি হান্নন ত্রিপুরাগী ওজা পাংঙম্বম কুমুদ থাকুরগা লোয়ননা জগোই রাস তম্বীদুনা অহমদাবাৎতা লৈরম্লবনী। হায়রিবা খোঙচৎ অদুদসু মহাত্মা গান্ধীগা সবরমতি আশ্রমদা লৈবগী তাঞ্জাসু ওইরমদুনা অনীরকশুবা ওইনা মহাত্মাগা উনবা ফংজখি। মদুদা খগেন্দ্রজিৎনা ঙমজবা শেল খরদং মহাত্মাদা দান ওইনা কৎখিরম্মী।

মহারাণী শ্রীমতি রত্নমঞ্জুরী দেবীগী অহুমলকশুবা পুন্সিগী অরোইবা তীর্থ চৎপগী খোংচৎ ওইনা ইংশোক ১৯৩০ গী এপ্রিল থাদগী চহি অমগী খোংচৎতা মপাম লমদম মণিপুরদা লাকখি। মণিপুরগী মহারাজ চুরাচান্দ সিংহনা মবেনসিজ মহারাণীনা লৈন্নবগীদমক্ সনা কোনুংগী রাস মন্দলগী নোংপোক থংবদা নৌনা শাবা বংগলা অমদা থৌরাং তৌখি। মহারাণীনা মণিপুরদা লৈরিঙৈগী মতম অদু মহারাজনা ষ্টেট গেস ওইনা থৌরাং তৌরিম্মী মহারাণীগী খোঙচৎ অদুদা খগেন্দ্রজিৎকী ইমুংগী মীওই খরগা লোয়ননা মীওই ১৩ লোম লোয়নরকখি। মণিপুরদা শজিবু চৈরাউবা য়াওখি। মণিপুরদা লৈরিবা মৈতৈ হায়বা কাঙলুপ অসিনা শেৎপা, চাবা, লাইনিং লিচৎকী থৌরমশিং, লুহোংবগী, অতৈ হরাউ কুম্মৈনচিংবা পুন্নমক অমতা চিৎথদনা মমুৎ

তানা খঙবা পামখিরম্মী, মদু খঙন্নবা হোৎনদুনা খঙখিরম্মী। শ্রীগোবিন্দজি তোয়না খুরম্মী। কাইনদা চৎতুনা শ্রীগোবিন্দজিগী হৌরকফমনী হায়না খন্দুনা থৈবোং পাম্বী খুরুম্বা চৎখিরম্মী। মোইরাং হরাউবা য়েংখি, য়াওশঙগী কুম্মৈ, থাবল চোংবনচিংবা পুন্নমক য়েংলবা মতুংদা ইংশোক ১৯৩১ গী মার্চচ কী অরোইবা শরুক্তা ত্রিপুরাদা হনখি। ইংশোক ১৯৩১ গী জুলাই থাদা মহারাণী রত্নমঞ্জুরী ত্রিপুরাগী কোনুংদা লৈখিদ্রে। মহারাণীগী শরধ কর্ম্মনচিংবা লোয়রবা মতুংদা পনথবা তৌদনা খগেন্দ্রজিৎ মণিপুরদা লাকখি।

খগেন্দ্রজিৎনা মণিপুরদা হেক লাকপগা মহাত্মা গান্ধীগী সত্যাগ্রহ অন্দলোন অদু মণিপুরদসু চানবা প্রজাগী দাবী অমা ওইনা থবক চৎথনবগীদমক মণিপুর প্রজানা থেংনরিবা অৱাবা খুদোংচাদবা কয়াদু কুপ্না য়েংদুনা লৈরম্মী। মতম অদুদা মহাক্না থেংনরম্বদী সেনথোক লৈতবা ইম্ফাল এরিয়াগী প্রজাশিংনা ঈশিংগী (পাইপ ৱাটর) গীদমক য়াম্না থাপ্না পব্লিক হাইড্রেন টোটি কোমফু খিল্লম্মী। মদুগীদমক ইম্ফাল এরিয়াগী প্রজাশিংনা য়ুমথোঙগী লুপা ২.৫০/২.৫০ (অনি মখাই) থীরম্মী। মতম অদুদা মণিপুরদদি ফৌ শংবাই অমদা নযা পৈশা ৪০ রোমতমক পীবা মতম ওইরম্মী লৌ উবা নত্তনা অতৈ থবক শুদুনা শেল তান্নবগী লম্বীসু লৈতবনা প্রজাশিংনা হায়নিংঙাই লৈতনা ৱাবদু খগেন্দ্রজিৎনা থেংনখিরম্মী। মতম অদুদা খগেন্দ্রজিৎনা নিখিল মণিপুর প্রজা কৌবা রাজনিতি দল অমা মহাক মশামক্না প্রসিদেন্ট ওইদুনা শেমলে। ইংশোক ১৯৩২ গী নভেম্বর থাদা ঈশিং খাজনা কোকপীরো হায়বা দাবী তান্দুনা মণিপুরগী ইম্ফাল এরিয়গী প্রজাশিংনা সত্যাগ্রহা অন্দোলন তৌরে। মদুদা সরকারনা লুচিংবা কয়া ফাদুনা জেলদা পীখি। লোয়ননা খাজনাগী লুপা ২.৫০ ওইরম্বদগী লুপা ২ দা হন্থরগনী হায়বা নোটিস থোক্লকখি। প্রজাশিংনা মদুদসু য়াদবদগী খাজনাগী রেৎ য়ুমথোঙদা লুপা ১.৫০ (অমা মখাই) দা হন্থবগী নোটিশ থোকলে। মহারাজ চুরাচান্দ সিংহনা নৌনা পাইপ লাইন শেম্বদা ব্রিটিশ সরকারদগী লোন খর লৌরুরে মদু চহি অহুমগী মতুংদা খন্নরসি, হৌজিক্তি অন্দোলন তৌরগনু হায়না হায়খি। মদুদা খগেন্দ্রজিৎনচিংবা লুচিংবশিং য়ানরে, জেলদগী লুচিংবা পুন্নমকসু থাদোক্লক্লে। জেলদা লৈরিবা মখোয়শিং অদুগী মমিংদি ঃ (১) সেরাম কলা (২) মথুরাবসি ময়ুম তোনজাউ শর্ম্ম (৩) রাজকুমার তোম্বীরৈ সনা (৪) রাজকুমার লাৎসনা (৫) রাজকুমার ভুভোন সনা মখোয়শিং অসিনি। খগেন্দ্রজিৎনা হায়খি, খাজনা পুমকোক কোকত্রবসু সৎত্যগ্রহ অন্দোলন অদুদি ফাজনা মায় পাক্লবনী হায়খি।

খগেন্দ্রজিৎনা শেনথোক লম্বীগীদমক মণিপুরগী মীয়ামগী অমসুং ললোন ইতিক্কী মওং য়েংশিল্লগা অসাম-মণিপুর বানিজা সমিটি কৌবা অমা মহাক্লা প্রসিদেন্ট ওইদুনা শেমলে। কাছার, গৌহাটি, দিমাপুরদা লৈবা মৈতৈ মচাশিংগা মরী থল্লগা ঙারি, ফাবৌ, ক্বা, ঙা-অতেকপা থাদোক-থাজিন তৌদুনা কারবারগী লম্বী অমা শেমলে। মদুগা লোয়ননা খ্বাইরম্বন্দ বাজারদা নীপাতনা পোৎ য়োনবা নীপা কৈথেল হায়না কৌবা কৈথেল অমসু শেমলে। মহাক্লা হায়খি, ভারত পুম্নমক নীপাতনা কৈথেল কাদুনা পোৎ য়োনবা অমসুং পোৎ লৈবগী থবক তৌই। মণিপুরদদি নীপাদি থবক ইশু শুদে, শেল তান্দে অদুনা য়াম্না ৱাবে, নুপীতদা অৱাবা পোৎলুম পুহল্লে। মসি কোক্লবগী থবক্কী ঐখোযনা পাইখৎলিবসি হায়খি। মদুদা মীয়াম্না সাপোর্ট ফাজনা পীখি। নীংশিংবা য়াই ঙসিফাওবা শাগোলবন্দ নীপা কৈথেল হায়দুনা হায়নরিবসিনি। মোইরাংখোমদা অমসুং কোংবদসু নীপা কৈথেল কাবা হৌরমখি। অদুবু কৈথেল অনি অসিদি মতম শাংথনা কাখিদ্রে।

## খগেন্দ্রজিৎ অমসুং নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসাভা

ইংশোক ১৯৩৪ হৌগৎলকপা মতমদা মণিপুর ষ্টেট দরবারগী মেম্বরশিং, চৈরাপ কোর্টকী পাঞ্চায়েৎ কোর্টকী মেম্বরশিং অমসুং শ্রীশ্রী গোবিন্দজিগী ব্রহ্ম সভাগী বত্নশিংনচিংবা মহাবাজগা নক্লবা মীওইশিংনা খন্নদুনা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসাভা কৌবা কল্লা অমদি সংস্কৃতিগী (কলচরগী) ওইবা সাভা পৃথিবীদা লৈরিবা মৈতৈ হায়বা জাতি অসিগী মী পুম্নমক্লা য়াওবা য়াবা ওর্গেনাইজেসন মহারাজ চুরাচান্দনা সভাপতি ওইবা, চৈরাপ কোর্ট মেম্বর অঙোম নিংথৌনা শোহোকারী সাভাপতি, সদর পঞ্চায়েৎকী মেম্বর ওইরিবা হিজম ইবাবতনা জেনরেল সেক্রেটবী, দববারগী মেম্বর পুম্নমক য়াওবা অতৈ মীওই কযাসু য়াওবা মতম খবগী ৱার্কিং কমিটি অমা শেমল্লে। ওর্গেনাইজেসন অসিনা ইংশোক ১৯৩৪ গী মেগী তাং ৩০ অমসুং ৩১ নুমিৎ নিনি চুপ্পা পোলিস লেন্দা মহাসভাগী অহানবা সেসন ফম্নবা হায়না লেপ্পখি। সেসন ফম্নবগী অচৌবা হোল অমা শাবা হৌখ্রে অদুগা মনাক অদুদা অচৌবা মেলা অমসু তৌননবগী শেম শাবা হৌখ্রে। তাং ২২/৫/৩৪ ইংদা মণিপুর ষ্টেট দরবারগী মেম্বর ওইরিবা মহাবাজগী মচা ইবুংঙো প্রিয়োব্রতনা পোলিসলেন্দা, সেসন ফম্নবগী শারিবা হোল অদুগী মনাক্তা মেলা হৌদোকখ্রে। ফুৎ ১০০ রোম শাংবা, ফুৎ ৪০ রোম পাকপা ঊনা মখোং য়ুংবা জিঙঘনা মথক কুপ্পা, ঊপাক্লা ফক্লাং খাবা, ঊপাক্লা ফ্লোর হাবা হোল অদু শেম শাবসু লোইশিল্লকলে। ব্রহ্মাদেশ, ধাকা, আসাম, কাছারনচিংবদগী দেলিগেৎ ওইগদবা মী কযাসু যৌনরক্লবা মতম ওইরক্লে। পুম্নমক অদু উরবা মতুংদা খগেন্দ্রজিৎনা

তাং ২৯/৫/৩৪ ইংগী অয়ুক্তা মহারাজ চুরাচান্দা চিঠি অমা ইখি। চিঠি অদুদা হায়রিবদি হৌজিক মহাসভা ফমগনী হায়না থৌরাং তৌরিবা মফম অসিদি অরুবা লাইফম্নী, মৈতে পুয়াদা মী তিলহৈদবা মফম্নী হায়না য়াওরী। পুয়াদা য়াওরিবা ৱাহৈশিং অদুদি "হয়িং খোঙবান, মবুধৌ সোরাবগী মসুমাং, য়াইস্কুল থোঙলেন য়াইচনবা, খুতু হৈরোংখোং হায়সনা মমঙ হামজৌবা" হায়না ইদুনা য়াওরিবা মী তিলহৈদবা মফম্নী। মফম অসিদা মহারাজমক লেঙশীন্দুনা সেসন ফম্বা হায়বসি লৈবাক্কী নিংথৌগী অফবা ওইরোই। মরম অসিনা পোলিসলেন্দা সেসন ফম্বীগনু সনা কোনুংদা ফম্ননবা শীনবীয়ু হায়না ইবনী। চিঠি হেক ফংবগা মহারাজ চুরাচান্দনা সনা কোনুংদা লৈরিবা অখঙ-অহৈ ময়াম তানাবদা খগেন্দ্রজিৎনা হায়রিবা অচুম্বা ওইগনী হায়না লেপ্পখি। সনা কোনুংগী মীয়াম্না হায়নখিবমক্তবু হয়িং খোঙবান্দা মী তিনবা য়াদে হায়বসিদি অচুম্বনী, হয়িং খোঙবান হায়বদু মফম কদাইদনো হায়বদুদি খঙদবগী ৱানী। অখঙবনা হয়িং খোঙবাননি হায়রবনিনা ঐখোয়না মদু য়াবা চুমগনি হায়নরদুনা, মহারাজনসু মদুনা চুমগনি হায়নরদুনা পোলিসলেন্দা মহাসভাগী সেসন ফম্বা হায়বদু মহারাজনা খুদক্তা ককথৎলে, সনা কোনুংগী রাসমন্দলদা ফম্ননবা ওর্দর তৌখি। সনা য়াথং অদুগী মতুংইন্না ইংশোক ১৯৩৪ গী মে থাগী তাং ৩০ দা সনা কোনুংগী রাস মন্দলদা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাগী সেসন ফমখি। খগেন্দ্রজিৎকা লোয়ননা মীওই কয়ামুক ভিজিটর শেল (শিকি অমমম) ভিজিৎ ফি পীদুনা সেসন য়াওখি। সেসন লোইরবা মতুংদা সেসন অদুগী তরুকশুবা ৱারেপ, মণিপুরগী ইতিহাস লৈত্রি হায়বা ৱারেপ অদু খগেন্দ্রজিৎনা য়ানিংখিদে অমসুং মদুগা লোয়ননা মণিপুরগী মহারাজনা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাগী সভাপতি ওইবসিসু খগেন্দ্রজিৎনা য়ানিংদে। মদুগীদমক তাং ১৬/৬/১৯৩৪ দা পুরৈবোম্বা লম্পাক্তা পব্লিক মিটিং অমা কৌরে। মিটিং অদুদা মহারাজগী ময়াম্বুং মচা রজকুমার দিগেন্দ্রজিৎনা সভাপটি ওইরে।

## পুরৈরোম্বা লম্পাক্কী পব্লিক মিটিং

মহারাজ চুরাচন্দগী ময়াম্বুং ইবুংঙো, চৈরাপ কোর্টগী মেম্বর ওইরিবা রাজকুমার দিগেন্দ্রজিৎ সিংহনা সভাপতি ওইদুনা তাং ১৬/৬/১৯৩৪ ইংগী নুংথিলদা মিটিং চৎথরে। মিটিং অদুদা খগেন্দ্রজিৎনা হায়খি। মদুদি মহাসভাগী রিসেপসন কমিটিগী রিপোর্টতা মখোয়না তৌখিবা অশোয়বদি য়াওদে অদুগা অশোয়বা অরানবা ফত্তবা থবক্তু তৌদনবা অফবা সজেসন পীবদুবু য়েখায়-থিনগাইবা কয়া য়াওরবসু মহাসভাদি কায়দনা ফমলে হায়বদু য়ানিংদে। মখোয়না হান্না লেপ্পা মফমদা সভা ফমখিদ্রবনী। অদুগা তরুকশুবা ৱারেপ্তা মণিপুরগী ইতিহাস লৈত্রিবসি লৈহন্নবা হোৎনবা হায়বা

ঝারেপ অসিসু য়ানিংদে। মণিপুরগী ইতিহাস লৈ, খণ্ডজদবগী ঝানী। খ্বায়দগী মরু ওইরিবদি মণিপুরগী মহারাজনা মী ৩০০ লোমগী সভা অসিগী সভাপতি ওইরবনিনা মীয়ামগীদি নিংথৌ লৈতবা তারে। মহাসভাদা য়াওদবা মীগীদি নিংথৌ লৈতবা তারবদি অতোপ্পা নিংথৌ অমা হাপ্পসু য়াবা নত্তবনিনা মহারাজনা মহাসভাগী সভাপতি ওইবা য়ানিংদে ওইবিগনু হায়না মহারাজদা হায়জনবগী ঝারেপ অমা তারে। রাজকুমার দিগেন্দ্রজিৎ সভাপটিনা হায়খি। খগেন্দ্রজিৎনা হায়রিবসি অচুম্বনি, অফববু ওইরবসু ফত্তববু ওইরবসু নিংথৌ অমা ওইরবদি মখোয়গী মীফম অদু য়াওবীরবসু মখোয়গী সভা অদুনা লেপ্লবা ঝারেপ, নিংথৌনসু য়াথোকত্রবসু প্রজা মীয়াম্না য়ানিংদ্রবদি, প্রজাশিংনা ঝাকৎননবা নিংথৌদি লৈত্রে, অতোপ্পা নিংথৌ অমা হাপ্পসু য়াবা নত্তে, মরম অসিনা মহারাজনা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাগী সভাপতি ওইবা তোকপীয়ু হায়বা দাবী অচুম্বা দাবীনী, প্রজাশিংনা হায়ফম থোকপনী হায়খি। ইংশোক ১৯৩৫ দদি প্রজাশিংগী অচৌবা রিভোলুসন অমা হৌবদগী ইং ১৯৩৫ দদি মহাসভা ফমখিদ্রে। ইংশোক ১৯৩৬ তা শিলচরদা অনিশুবা সেসন ফমখি। মদুদা মহারাজ য়াওরবসু ঝারেপ তাবা মতমদদি মহারাজ য়াওদনা তারগা কোন্না তারিবা ঝারেপশিং অদু মহারাজনা কুপ্না য়েংশিল্লবা মতুংদা এপ্রুভ তৌই।

## ওক্টোবর রিভোলুসন ১৯৩৫

ইংশোক ১৯৩২ গী ঈশিং খাজনাগী সাত্যাগ্রহ অন্দোলনগী ঈশিং খাজনা কোকপীয়ু হায়বদু চহি অহুম হায়রকখিবদু মতম য়ৌরে হায়বগী তাঞ্জা লাক্রে। মতাং অসিদা নিখিল মণিপুর প্রজা হায়না কৌবা রাজনৈতিক দল অসিগী কমিটি রি-ওর্গেনাইজ তৌবে (১) লাইখুবাম খগেন্দ্রজিৎ, প্রসিদেন্ট, (২) ক্ষেত্রিময়ুম তোম্বা, (৩) চোংথাম মেরামচা, (৪) হিজম হৱাইমতোন সিংহ, (৫) ঝায়েনবম নিংথৌজাউ সিংহ, জেনরেল সেক্রেটরী অমসুং (৬) পুংসুম্বম নিংথেমজাউ সিংহ এসিষ্টেন্ট সেক্রেটরীনী। সভা অসিনা তাং ১৯/৮/১৯৩৫ ইংদা দাবী নিপাল য়াওবা মেমোরেন্দম অমা মণিপুরগী মহারাজদা পীশিনখ্রে। মেমোরেন্দম হেক পীশিনখিবগা লুচিংবশিং অসিনা মণিপুরগী মফম কয়াদা পব্লিক মিটিং তৌদুনা তাল্লিবা দাবি অসিগীদমক তৌগদৌরিবা রিভোলুসন অদুদা প্রজাশিংগী সাপোর্ট ফংনবগীদমকনী। প্রজাশিংনা রিভোলুসন্দা মখোয়না চপচানা থৌদাং লৌগনী হায়বগী ফীব্রেপ লৌনরক্রে। অসুম তৌনা রিভোলুসন হৌরে। ওক্টোবর থাদা তৌবা রিভোলুসন্নী হায়বগীদমক ওক্টোবর রিভোলুসন, ১৯৩৫ হায়না খঙনৈ। রিভোলুসন অদুগা মরী লৈননা মী ৯১ ফাখি, মী ৮২ না মখোয়দা ঝাহং পাউহংলগা থাদোকখি। খগেন্দ্রজিৎনচিংবা রিভোলুসনগী লুচিংবা তরুক অদু থা ৬/৬ জেল

পীখি। হায়রিবা লুচিংবশিং অসি বার্কিং কমিটিগী মেম্বর তরুক অদুনী, অহন্না জামিনদা থাদোকখ্রে।

রিভোলুসনগী দাবী নিপাল অদুদি মখাগীশিং অসিনি।

১) ঈশিং খাজনা (পব্লিক হাইড্রেন) কোকপীরো।

২) একাগাড়িগী খাজনা কোকপীরো।

৩) ভিলেজ ভোলুন্টিয়ার ফোর্স শেমগৎলু।

৪) মহারাজনা য়ারিমখৈ মণিপুর থাদোক্তুনা মপান্দা চৎকনু।

৫) রাইস মিলদা চেঙ তকপা থিংবিয়ু।

৬) কনজুমর কো-ওপরেটিভ লিংখৎলু।

৭) লৌ-ইংখোলগী খাজনা কিষ্টি মরিরক্তা থীবা য়াহল্লু।

৮) ষ্টেট দরবারদা প্রজাগী ভোৎনা খনবা মীহুত য়াওহল্লু।

মথক্কী দাবীশিং অসিগীদমক তৌবা রিভোলুসন অদুদা মরু ওইনা লুচিংবা তরুকপু আই. পি. সি. শেকসন ১২৪ (ক) অমসুং ৪১৭ কী মতুং ইন্না থা ৬/৬ ইম্ফাল জেলদা পীখি।

খগেন্দ্রজিৎ ইংশোক ১৯৩৬ কি এপ্রিল ১৯ দা জেলদগী থোরকখি। মথংগী নুমিৎকী অয়ুক অঙনবদা শ্রী হিজম ইরাবত সিংহ লাক্তুনা এপ্রিসিয়েসন ফোঙদোকখি। মশামক কুইদনা রাজনৈতিক্তা খোঙদারগনী হায়নসু হায়রমখি। খগেন্দ্রজিৎ অমাং অশেংগী লানফম কয়ামুক থেংনরক্লে। ইংশোক ১৯৩৮ য়ৌরকপা মতমদদি খগেন্দ্রজিৎনা অমাং অশেংগী লান থেংনরকপদা শ্রীইরাবত সিংহ, ললিতা মধোব শর্ম্মা অমসুং বংকবিহারি শর্ম্মা য়াওরকপদগী মায় পাক্লে।

## খগেন্দ্রজিৎ অমসুং মহাসভা

ইংশোক ১৯৩৮ গী ময়াই চল্লকপ মতমদা ইরাবতকা অরোনবা কয়া তানরবা মতুংদা খগেন্দ্রজিৎ নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাদা য়াওরে। মহাসভাদি মতম অদুদদি কলচরেল ওর্গেনাইজেসন (নন-পোলিটিকেল) গী ওইদুনা লৈরি। খগেন্দ্রজিৎনা মাগা মরি লৈনবা পোলিটিকেল ওর্গেনাইজেসনগী মীওই পুন্নমক মহাসভদা য়াওশিলহল্লক্লে। ইংশোক ১৯৩৭ তা ব্রহ্মাগী মন্দলেদা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাগী সেসন ফমখিবা অদুদা মহাসভাগী জেনরেল সেক্রেটরী ওইরম্বা ইরাবত সিংহনা অনিশুবা ভাইস প্রসিদেন্ট অমদি জেনেরেল সেক্রেটরীগী ফম অদুনা ললিতা মাধোব শর্ম্মানা পুখ্রে।

মদুদগী মণিপুরগী মহাসভাদা চাউনা অহোংবা অমা লাকখ্রে। ইংশোক ১৯৩৮ গী দিসেম্বর ৩০ দা ফমখিবা চীংঙা সেসন্দদি খগেন্দ্রজিৎ মহাসভাগী বার্কিং কমিটিগী মেম্বর ওইখ্রে, মহাসভাসু কলচরেল ওর্গেনাইজেসন ওইদুনা লৈরম্বদু রাজনৈতিক দোল ওইখ্রে। মহারাজনচিংবা দরবারগী মী অতৈদি য়াওখিদ্রে।

## চকপশিংগা পুন্না চামিন্নবা

খগেন্দ্রজিৎ ইংশোক ১৯৩৮ গী ময়ায় ওইরকপা মতমদগী অন্দ্রো খুলদা লৈরকখি। অন্দ্রোদা মহাসভাগী ব্রাঞ্চ কমিটি অমসু শেমলে। অন্দ্রোদা স্কুল লিংখৎলে, কৈথেলসু শেমগৎলে মহাত্মা গান্ধীগী প্রোগ্রাম হরিজোনশিংগা লৈমিন্নবা, চামিন-থকমিন্নবা অদুগা মান্নরপ তৌবা প্রোগ্রাম পায়খৎকে হায়না খল্লে। অন্দ্রোদা মেলা অমগা লোয়ননা মহাসভাগী অন্দ্রো ব্রাঞ্চকী সেসন অমা ওর্গেনাইজ তৌরে। মদুদা হান্না ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণবশিংগা তিন্নরমদবা চামিন-থকমিন্নরমদবা চকপশিংগা পুন্না চামিন্নবগী প্রোগ্রাম শেমলে। মদুমক মপুং ফানা পাঙথোকপা ঙমখ্রে। হায়রিবা পালন অসিদা শ্রী ইরাবত, ললিতা মাধব শর্ম্মা, লাইশ্রম যোগেশ্বর সিংহ, নোংমৈকাপ্পম নবাকেশ্বর সিংহ, শিলাৎ জিলাদগী লাকখিবা কৃষ্ণচন্দ্র সিংহ অমসুং কৈশাম কুঞ্জবিহারিসু য়াওখি। পাংঙম্বম তরংগোদি কন্না নোম্বা বার্কর অমা ওইনা য়াওখিবনী। খুনগী মীয়ামগা চামিন্নবদুদা পুন্নমক্না অদুক্কী মতীক নুংঙাইনখি।

খগেন্দ্রজিৎ, অন্দ্রো খুলগী খা-নোংচুপ থংবা চীংয়াগী লম লৌ পরি অমরোম চাউবা লমদা খুলনা পীদুনা মচানীপা ইবোবীগা লোয়ননা লৌ উখি। মখুৎনা লাংগোল পায়দুনা লৌ উবনী।

## অনিশুবা নুপীলাল

অনিশুবা নুপীলাল থোরক্রে। ইরাবত সিংহদি নভেম্বর থাদগী কছারদা লৈখি। দিসেম্বর থাখায় য়ৌরবফাওবা মণিপুরদা লাক্তবনা মরম ওইদুনা মহাসভাগী বার্কিং কমিটিগী মেম্বরশিংগী মরক্তা গ্রুপ অনি থোক্তুনা মায়কৈ অমরোমদনা খগেন্দ্রজিৎ, কারাম বিদুর তখেলময়ুম অমুসেলুং অদুগা অমরোমদনা ললিতামাধব শর্ম্মা, খ্বাইরাকপম মাঘ, লাইশ্রম যুগেশ্বরনী। দিসেম্বর ১২ দা নুপী ময়াম শংগীন্না শোকখিবদুনা লাংবগী লোইবা লৈত্রে। নুপী ময়াম্না হৌরক্তুনা রাইস মিল লোইনা থুদোক্রে, মপান্দা চেঙ-ফৌ পুবা গাড়ী অমত্তা চৎহন্দ্রে, লবাইদগী যণ গাড়ীদা ফৌ পুখৎপা থিংলে। অসুম তৌনা সরকার অসিসু কোলাপস তারে। মতম অসিদা মহাসভাগী প্রসিদেন্ট ইরাবত সিংহ মণিপুরদা দরকার ওইরবনী। ইরাবত সিংহ, ইংশোক ১৯৪০ গী জানুৱারী তাং

৫ দা মণিপুরদা থুংলরে। তাং ৭/১/১৯৪০ ইংগী অয়ুক পুং ৭ তাবদা খ্বাইরাকপম মাঘগী য়ুমদা মহাসভাগী ইমারজেনসি বার্কিং কমিটি ফমলে। মদুদা ইরাবত সিংহ প্রসিদেন্টনা মণিপুরগী নুপীশিংগী সপোর্ট তৌবা ওইনা মহাসভানা আইন-অমাইন্যো অন্দোলন তৌবা মতম ওইরে হায়বা ৱারেপ পুখৎপদা লালিতা মাধব শর্ম্মা, মাঘনচিংবনা আইন-অমাইন্যো অন্দোলন তৌবা পামদে, আইন্না য়াবা মওংদা নুপীশিংগী মতেং পাংবা য়াই হায়বসিনী। ভোৎ লৌনবদা ৪ গা ৬ কা তারদুনা প্রসিদেন্ট ভোৎতা মাযথীরে। মিটিং লোইরগা ইরাবতকী য়ুমদা ইরাবত, খগেন্দ্রজিৎ, করাম বিদুর অমুশেলুং ফমদুনা নুমিৎ অসিগী নুংথিলদা পব্লিক মিটিং তৌন্নবা খুদক্তা পাউজেল পীন্নবা ৱারেপ তারে। পোলিসলেন্দ লম্পাক্তা খগেন্দ্রজিৎনা সভাপতি ওইদুনা মীয়ামগী অচৌবা পব্লিক মিটিং অমা তৌরে। মদুদা নন-কোওপরেসন অমসুং সিভিল দিশ-ওবিদিয়েনস মুভমেন্ট তৌনবা ৱারেপ তারে। ইরাবতনা প্রসিদেন্ট ওইবা এলাংবম তোমপোক্পা, জেনরেল সেক্রেটরী ওইবা মণিপুর প্রজা সনমেলোনী কৌবা রাজনিটি দোল অমা শেম্বগা লোয়ননা মী ৪১ না শাবা ৱার্কিং কমিটি শেমখ্রে। খগেন্দ্রজিৎ, করাম বিদুর, অমুশেলুং মদুদা অচৌবা রোল লৌরে। ইরাবত সিংহ তাং ৯/১/৪০ ইংদা ফাদুনা (ইম্ফাল জেলদা) জেল পীখ্রে। ইরাবত য়াওদ্রবসু মণিপুর প্রজা সমেলোনীনা পাম্বা লেপ্পবা ৱারেপ অমতা চিৎথবা নৈতনা খগেন্দ্রজিৎকী লুচিংবগী মখাদা অন্দোলন তৌদুনা ষ্টেট (ইসতেট) সরকার কোলাফ তাহনখি। নীপা কয়াসু জেল তাখি।

ইংশোক ১৯৪২ গী মেগী তাং ১০ দা ইম্ফালদা জাপানগী বোম তারে। খগেন্দ্রজিৎতি ফেব্রুৱারী থাদা অংথাদা লৈবা য়ুম অমদা পোৎচৈ-থৈদোক্তুনা থমখ্রবনী। মেগী তাং ১ দা মহারাজ বোধচন্দ্রসিংহদা তাং ১০ দা বোম তারগনি, গোবিন্দজিদি উচেক্কোনলোমদা লেংথনবা তৌরো হায়খিবনী।

খগেন্দ্রজিৎনা বোম হেক তাবগা অংথাদা কোনথৌজম অদোরসিংহ কৌবা, অংথা খুনগী চৌকিদারগী য়ুমদা লান চেনখি। মদুদগী কোংবদা অমুক লৈখি, কোংবদা লৈরিঙৈগী মতমদা ইংশোক ১৯৪৫ গী জানুৱারী থাদা লৈসেমলোন অরিবা হায়বা ব্রহ্মাগী মনদলেদগী পুরকপা পুয়া অমা ফংবদগী মৈতৈগী লাইনিং লাইশোনগী থবক পায়খৎনবা হোৎনখ্রে। ইংশোক ১৯৪৬ তা মৈতৈ ময়েক থৌগল মরুপ শেমদুনা মৈতৈ ময়েক্কী লাইরিক ফোঙদুনা স্কুল লিংখৎতুনা লাইরিক তম্বা হৌরে। মৈতৈ লাইনিং মরুপ কৌবা মহাক মশামক্তা সোভাপতি ওইবা মরুপ শেম্নগা ইং ১৯৪৬ গী এপ্রিল ১৬ তা পাখংবা লাইনিং হায়না কৌবা লাইনিং লিচৎ অসি নৌহৌননা ফোঙদোক্তুনা চৎনবা হৌরে। মসি হান্না লৈরম্বা মওংদগী খরা শেমদোক্লগা মোর্দনাইজ

ওইনা পুথোকরকপনি। ইরাবত সিংহনা ইংশোক ১৯৪৬ কী মার্চ্চ কী তাং ৫দা মপান্দাগী মণিপুরদা হেক থুংলবগা তাং ৬ তা খগেন্দ্রজিৎকী য়ুমদা লাক্তুনা উনখি। মথংগী নুমিৎ তাং ৭/৩/১৯৪৬ তা ৱাংখৈ য়োংলান্দা লৈবা করাম বিদুরগী য়ুমদা রাজনৈতিক্কী কন্‌ফারেন্স অমা খগেন্দ্রজিৎনা ওর্গেনাইজ তৌখি। মদুদা পুর্ব্বচোল য়ানিংদবগী ৱারেপ তাখি। মণিপুর প্রজা মন্দল কৌবা রাজনৈতিক দল অমা শেমখি। ইরাবতনা প্রসিদেন্ট ওইরগা লাইখুরাম ইবোবীনা জেনরেল সেক্রেটরীনী। খগেন্দ্রজিৎ, মদুদা মরু ওইবা ৱার্কিং কমিটিগী মেম্বরনী। মণিপুর প্রজা মন্দলগী খ্বায়দগী মরুওইবা থবক্তি নিখিল মণিপুরী মহাসভাগা সভা অনিনা পুন্না ফম্বা মীফম তাং ৫/৪/৪৬ ইংদা ৱাংখৈ অয়াংপল্লিদা লৈবা ৱাংখৈ গুলাপমচাগী য়ুমদা ওর্গেনাইজ তৌখি। রাজকুমার ভুবোনসনানা সভাপতি ওইখি। মদুদা পুর্ব্বচোল য়ানিংদে। মণিপুর ষ্টেট মশা মথন্ত লেঙদনা মনিং তম্বা অমা ওইনা লেঙদনা লৈগদবনি হায়বা অকনবা ৱারেপ তাখি। আগষ্ট থাদা মণিপুর প্রজা মন্দল মণিপুর প্রজা সনমেলোনীগা অনি পুন্না শেম্বা মণিপুর প্রজা সঙঘ শেমলে। তাং ৪/১০/১৯৪৬ ইংদা অরিয়ান থিয়েটর হোলদা রাজকুমার ভুবোনসনানা সভাপতি ওইদুনা মণিপুরগী রাজনৈতিক দল পুন্নমক্কী অপুনবা মিটিং অমা তৌদুনা মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস হায়বা দল অমা শেমলে। খগেন্দ্রজিৎ, মিটিং অদুদি য়াওখি অদুবু দেলিগেৎ ওইদুনা কংগ্রেস য়াওনবা হোৎনখিদে। রাজকুমার তোমালসনাগী য়ুমগী নাকন্দা হৌবা হৈনৌজোম মাখোঙদা ফমদুনা চাওরক্লা নুমিৎ ৭০০ লোমগী পুয়া নৈনবগী কেম্প তৌখি। অতৈ পুয়া কয়াসু নৈনখি। লৈবাক অসিগী মফম কয়াদগী লাকপা মীওইশিংনা হংবা ৱাহংশিংদা খগেন্দ্রজিৎনা চিংথবা লৈতনা মখোয়-মখোয়না পেন্ননবা পাউখুম পীখি। মপুং ওইনা পুয়া পাবসি রাজকুমার সনামচা, চোংথাম মেরামচা, ৱাংখৈ গুলাপমচানী।

খগেন্দ্রাজিৎনা পাখংবা লাইনিং শন্দোকখিবগী খ্বাইদগী চেৎনা নীংখিবা মতমদি ইংশোক ১৯৩৬ তগী হৌখ্রবনী। মতম অদুদা অমাং-অশেংগী ৱাথোক্তা মী শিরগা পুরোহিৎ ওইবীনবা ব্রাহ্মণ ফংদবদগী নুমিৎ তরেৎনি পোৎলোইদবা য়াওখ্রবনী। মরম অদুনা ব্রাহ্মণ য়াওদনা মৈতৈনা শোন-থাঙদুনা থৌরম তৌজবা লাইনিং লিচৎ অসি পামদুনা লৈখিবনী।

পাখংবা লাইনিংগী মরমদা খগেন্দ্রজিৎনা হায়খিবদি মলেম অসিদা লৈরিবা লাইনিং লিচৎ পুন্নমক্তগী তাথররোইদবা হেন্নদুম ফজৈ হায়রফাওবা য়ারবা পাখংবা লাইনিংনী। লাইনিংথৌ পাখংবনা মপা-মমা অনিমকপু চপ মান্ননা নীংজরগা মমাগী থৌজাল ফংলদুনা মপাগী মশক খঙজবদগী মপাগী খুভম ফংবা ঙমজখিবনী।

১৬/ ফ্রিদম লাইশ্রাম খগেন্দ্রজিৎ

খগেন্দ্রজিৎ, পুন্সিগী অরোয়বা মতম ফাওবা মরৈবাক্কীদমক হোৎনরমলগা ইংশোক ১৯৪৮ গী সেপ্টেম্বরগী তাং ২৭ কী অয়ুক অঙনবদা মরুপ মপাঙ পুন্নমকপু থাদোক্লমদুনা তেংবানবা মপুগী খুয়া তানখি।

ফ্রিদম ফাইটর খগেন্দ্রজিৎকী পুন্সি খারী অসি কুপ্না নৈনরুরগা, খগেন্দ্রজিৎ - পোলিটিক্সিয়ান্নী, রিলিজসনী, এস্ট্রোলোজরনী, ফিজিসিয়ান্নী, মারসিয়েল আর্টসকী স্পিশিয়েলিষ্ট অমনী, হিস্টোরিয়ান্নী, এস্ট্রোনোমরনী, কলচরেল একটিভিষ্টনী, অমসুং সোশিয়েল রিফোর্মরনী হায়বদু শেংনা খঙবা ঙম্মী।




# রাজনৈতিক্কী মাইকৈদা
# ফ্রিদম ফাইটর খগেন্দ্রজিৎনা তৌরকপা থবকশিং

য়েল্‌হৌঙেদগী হৌনা মনিঙ্‌ মখা তন্না, মসা মরোম্‌দোম্‌ লৈঙাক্‌ সাসন্‌ তৌজদুনা, নিংথৌ পান্‌বা লৈপাক্‌ অমা ওইনা লাকলবা মণিপুরবু, মতম অমদা নুমিৎ তাবা নাইদে হায়নরম্বা চাউরবা শাক্তি লৈরবা ব্রিটিশ সম্রাজগী মখা পোনবা লৈপাক অমা ওইনা এপ্রিলগী তারিক ২৭, ১৮৯১ ইংদা মণিপুর নিঙ-খা তম্বগী নুমিৎ তাখ্রবা মতুংদা ব্রিটিশকী লোইলম লৈঙাক সাসনগী মায়য়োক্তা রাজনিতিগী খোঙজঙ কয়া চঙশিনখিবা থোইদোক্লা শিংথানবা য়ারবা রাজনিতিগী লুচিংবা অমদি লময়ানবা মীশক অমা হায়বা তারবদি লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎকী মমিং পনবা য়াই।

মতাং অসিদা মপুঙ ওইনা নৈনজগদবা হীরমদি লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎনা রাজনিতিগী লমদা তৌরম্বা থবকশিংগী মরমদনি। অদুবু মহাক্লা মতৌ করম্না রাজনিতিগী লমদা পামলকখিবগী মরম নৈনরমদ্রবদি মপুঙ ফাবা ৱাৎকদ্রা হায়না খনজবদগী মতাং অসিগী মনুঙদা মপুঙওইবা তাংকক অনিথোক্লা থমজরি।

১) খগেন্দ্রজিৎনা রাজনিতিগী লমদা খোঙদাদ্রিঙৈগী মমাঙগী পুন্সি।

২) খগেন্দ্রজিৎনা রাজনিতিগী লমদা খোঙদাদুনা তৌরকপা থবকশিং।

## ১) খগেন্দ্রজিৎনা রাজনিতিগী লমদা খোঙদাদ্রিঙৈগী মমাঙগী পুন্সি

খগেন্দ্রজিৎনা রাজনিতিগী লমদা খোঙদাদ্রিঙৈগী মমাঙগী পুন্সি ১৯১৯ মশক্‌ তাকপা - খ্বাইনা ইবুংঙোহল হায়না কৌনবা লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ সিংহ, সেপ্টেম্বরগী তারিক ১৩, ১৮৮৫ ইংদা ৱাংখৈ, কোংবা লাইশ্রম লৈকাইদা পোকখি। মহাক পোকপা চহীদা অপোকপা মপা লাইখুরাম সেংগোই লৈখিদে। অপোকপী মমাগী মমিংনা রাজকুমারি থরোসনা দেবী কৌই। মহাক্কী লোয়নবিদি অনীশুই। অমনা খুন্দ্রাকপম নিঙোল ৱলৈ দেবী অদুগা অতোপ্পা অমনা চিঙঙাখম নিঙোল চিত্রা দেবী কৌই। মমা ইবেম্মা রাজকুমারি থরোসনাবু পোকপা রা: কু: সিংহ ধ্বজ, মহারাজ চন্দ্রকির্ত্তিগী হাক্তক্তা মশক নাইবা ঈশৈ শকপা অমা ওইখি। হৌজিক-হৌজিক গৌহাতি হায় কোর্ট লৈরিবা মফম অসিদা লৈরম্বনি।

খগেন্দ্রজিৎ অঙাং ওইরিঙৈদা য়াম্না ৱানা নংনা হৌরকপনা লাইরিক লাইসু নিঙথিনা তম্বা ঙমহৌদে। সুপ্নগী এল. পিগী অরোইবা পরিক্ষা ফাওবা পীখিদে। অদুবু মমৈদা হোৎনবা কনবদগী সংস্কৃত, বেঙ্গোলি নিঙথিনা ইবা-পাবা ঙমদুনা জ্যোতিষ-সাস্ত্রগী লাইরিকনচিংবো মমুৎ তানা নৈনবা ঙমখি।

১৯২০ মহাক্কী মপুঙ ওইবা সিনফমদি থাঙ-তা তৌবা, পালা-ঈশৈ শকপা, মাইবা অমা ওইনা অনা লায়য়েংবা অমদি পাঞ্জিগী থবকনি। নহা ওইরিঙৈদা কাংঙবম তুলশিংগী মফমদগী থাঙ-তাগী মহৈ তমখি। অদুগা ৱাহেংবম লৈকাইদা লৈবা রা: কু: রামসনাগী মফমদগী পাঞ্জিগী মহৈ তমখি। মহাক্কী মহৈগী সিনফম অসিনা ত্রিপুরাগী মহারাণি রত্নমঞ্জুরিগা থেংনদুনা রাজিনিতিগী লমদা খোঙদাররুবগী নাকোইননা মতেঙ পাংবা সিনফমনি।

ইংশোক ১৯২৩ দা তীর্থ কোয়নবগীদমক মণিপুর থাদোকখি। কাছারদা “মোইরাং মাইবা” হায়না খঙনবা অফাওবা মাইবা অমা থেংনদুনা মঙোন্দগী অনা লায়য়েংগী অকুপ্পা মহৈ কয়া তমথদুনা অনা লায়য়েংবগী লমদা অফাওবা মীশক অমা ওইনা নবদ্বীপ য়ৌখিদুনা মফম অদুদা অনা লায়য়েংদুনা লৈখি।

খগেন্দ্রজিৎনা১৯২৩ ত্রিপুরাগী মহারাণী রত্নমঞ্জুরিগা থেংনবা, রত্নমঞ্জুরি অসি ত্রিপুরাগী নিংথৌ রাধাকিশ্বরগী মহারাণীনী। ইংশোক ১৯২৩ দদি রত্নমঞ্জুরিদি লুখ্রা ওইবত্তা নত্তনা মচাসু অমত্তা পোক্তে। মতম অদুদা ত্রিপুরাগী নিংথৌদি রাধাকিশ্বরগী মনাওনিপাগী মশু বির বিক্রম মানিক্য বহাদুরনা ওইরি। মহারাণী রত্নমঞ্জুরি মতম অদুদা য়াম্না কন্না নাদুনা শিগদৌরবদা খগেন্দ্রগী মাইবগী লমদা মমিং চৎপা অদু তাদুনা তেলিগ্রাম তৌরগা কৌদুনা মহারাণীবু লায়য়েংহনবদগী অনাবা ফখি। মদুদা মহারাণীনা পেল্লদুনা খগেন্দ্রজিৎপু মহাক্কী অমত্তা ঙায়জরবা কার অমদি মমল য়াম্লবা ইন্নফি অমা পীরে অয়োকপা মচা ওইনা লৌদুনা খগেন্দ্রজিৎকী ইমুং মনুংগী মীওই পুম্নমক কোনুংগী মী ওইনা লৈহনখি। অসিদসু নত্তনা থাগী তলব চাউনা পীদুনা মহারাণীগী প্রাইভেত সেক্রেটরিসু হাপখি। খগেন্দ্রজিৎনা মাইবা অমা ওইনা মহারাণী রত্নমঞ্জুরিগা থেংনখিবা অসিনা খগেন্দ্রজিৎনা তুংদা রাজনিতিগী লমদা খোঙদাবা হৌররুবগী য়াম্না মরুওইবা তানফম ওইখি।

খগেন্দ্রজিৎকী পুন্সিদা রাজনিতিগী মরুহনবা - মহারাণী রত্নমঞ্জুরিনা মহাক্কী লেমহৌরিবা পুন্সি অদু তীর্থ কোয়না চত্তুনা দান তৌদুনা লেল্লগে হায়না লেপখি। ইংশোক ১৯২৮ দা ভারত শিনবা থুংনা তীর্থ যাত্রা চৎপগী থোঙচত্তা কোলকত্তাদা লৈবা ত্রিপুরা ভবন্দা থা ৭ চুপ্পা পোথাদুনা লৈরম্মী। অসুম্না কোলকত্তাদা লৈরিঙৈগী

চৈরক, অদুদা ইংশোক ১৯২৮ গী দিসেম্বর থাদা ভারত পুম্বগী ওইনা কংগ্রেসকী সেসন অমা কোলকত্তাদা ফমখি। সেসন অদুগীদমক মহারাণীনা দান চাউনা তৌখি অদুগা মহাত্মা গান্ধীগা খগেন্দ্রজিৎকসু উনদুনা ৱারী শাখি। সেসন অদুদা মহারাণীগী প্রাইভেত সেক্রেটরি ওইনা খগেন্দ্রজিৎসু শরুক য়াখি। কংগ্রেসকী সেসন অদুদা কংগ্রেসকী লুচিংবশিং মরু ওইনা মহাত্মা গান্ধীজিগী ভাষন, কংগ্রেস সেসন অদুগী ৱারেপ লোয়ননা কংগ্রেসকী লুচিংবা কয়ানা ঙাঙখিবা ৱারোল কয়া তারুবদগী খগেন্দ্রজিৎসু রাজনিতিগী লমদা খোঙদাদুনা লৈবাক্কী সেবা তৌগে হায়না মপুক্লিঙদা চপ য়ুংনা লেপখি। হায়রিবা থৌদোক অসি খগেন্দ্রজিৎকী পুন্সিদা রাজনিতিগী মরু হুনবা হৌখিবা য়াম্না মরু ওইবা থৌদোকনি।

ভারত কংগ্রেসকী লুচিংবা কয়াগা শকখঙ মায়খঙনহৌবা ১৯২৮ ইংগী কোলকত্তাগী কংগ্রেস সেসন অদুগী রিসেপসন কমিতিনা মহারাণী রত্নমঞ্জুরিদা সেনগী অচৌবা মতেঙ নিখি। মহারাণীনসু য়াম্না চাউনা মতেঙ পীখি। মসিদসু নত্তনা সেসন অদু লোইরবা মতমদা ভারতকী তোঙান-তোঙানবা মফমশিংদগী সেসন য়াওবা লাকপা কংগ্রেস কর্মি কয়ানা মখোয়গী হনখিনবগী খরচ কোন্নরক্তবদগী মহারাণীগী মতেঙ লৌখি। পুন্নমক অসি প্রাইভেত সেক্রেটরি খগেন্দ্রজিৎকী থোঙদা লোইনা তাখিবনা ভারতকী তোঙান-তোঙানবা লম কয়াগী কংগ্রেস লুচিংবা কয়াগা শকখঙ-মায়খঙনহৌবগী খুদোংচাবা ফংহৌখি। মতুংদসু হায়রিবা লুচিংবশিং অদুগী লমদা তীর্থ যাত্রাগী শরুক অমা ওইনা থুংলুবা মতমদা খগেন্দ্রজিৎনা মখোয়শিংদুগা উনদুনা রাজনিতিগী ওইবা ৱারী ৱাতায় কয়ামরুম শানরকখি।

মহাত্মা গান্ধীগা উনবা ঃ— কোলকত্তাগী কংগ্রেস সেসন অদুগী মনুংদা থৌরাং তৌদুনা খগেন্দ্রজিৎকা মহত্মা গান্ধীগা উনদুনা ৱারী ৱাতায় কয়া শানখি। মসিদসু নত্তনা খগেদ্রজিৎকা পাঙম্বম তরংগো কৌবা অমগা লোয়ননা গুজরাৎকী শবর্মতি আশ্রমদা চৎতুনা মহাত্মা গান্ধীগা উনদুনা ধর্ম্মনিতি, রাজনিতি অমদি তীর্থনিতিগী ওইবা ৱারী ৱাতায় কযা শাদুনা মতম অদুগী ভারতকী ওইরিবা ফিভমগী মরমদা কুপ্না নৈনবকখি। মসিনা খগেন্দ্রজিৎকী মফমদা গান্ধীজিগী নিতি, ৱাখল্লোন অমদি রাজনিতিগী ইথিল থম্মোয়দা চঙশিনখিদুনা গান্ধীনিতি পামজবা মীশক অমা ওইখি।

মণিপুরগী মশক নাইবা মীওইশিংগা শকখঙনরকপা ঃ— ইংশোক ১৯৩০গী এপ্রিল থাদা মহারাণী রত্নমঞ্জুরিনা মরৈপাক মণিপুরবু উনিংবদগী মণিপুরদা লাক্লুনা হৌজিক্কী কোনুং অসিদা ১৯৩১ ইংগী মার্চ থা ফাওবা লৈরম্মী। মতম অদুগী মণিপুরগী নিংথৌ মহারাজ চুরাচান্দ সিংহগী মবেনসিজ ত্রিপুরাগী মহারাণীবু খুরুম্বা লাকখিবা

মণিপুরগী মশক নাইবা মীওই খুদিংমক্তা খগেন্দ্রজিৎনা নিঙথিনা ৱারী ৱাতায় শাদুনা শকখঙনহৌখি। মদুনা খগেন্দ্রজিৎনা রাজনিটিক্কী লমদা চংসল্লকপদা অচৌবা মতেং ওইখি।

## ২) খগেন্দ্রজিৎনা রাজনিতিগী লমদা খোঙদাদুনা তৌরকপা থবকশিং —

২.১) *গৌর সম্প্রাদাই মহাসভা লিংখৎপা - মহারাণী রত্নমঞ্জুরিনা মণিপুরদগী* হনখ্রবা মতুং ইংশোক ১৯৩১ গী জুলাই থাদা নোঙ্গাখি। মহারাণী লৈত্রবা তুংদদি খগেন্দ্রজিৎ ত্রিপুরাদা কুইনা লৈথখিদে। ইমুং মনুংগা লোয়ননা মণিপুরদা হল্লক্তুনা লৈবখি। মণিপুবদা হল্লক্তুনা লৈরবা তুংদা মতম অদুগী মণিপুরগী রাজনিতি অমদি তীর্থনিতিগী ফিভম কুপ্পা য়েংবা হৌরকখি। মতম অদুদা ভারত্তকী অতৈ ষ্টেটশিংগা মণিপুরগী লৈবিবা সরকারগী ফিভমগা খেন্নবা খরা লৈবনা মণিপুরদা রাজনিতি দল অমা লিংখৎপদা খুদোং চাদবা অমা ওইগনি হায়না খনবদগী বৈষ্ণব ধর্ম্মদা থব্বায় লুপ্পা, ৱাখল্লোন তিন্নবা মীওই খরা খোমলগা ধর্ম্মগী ওইবা "গৌর সম্প্রদাই মহাসভা" কৌবা সংসথান অমা লিংখৎলে। সভা অদুগী মরুওইবা মীওইশিংদি — (১) লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ সিংহ, (২) ৱায়েন্বম নিংথৌজাউ সিংহ, (৩) চোংথাম মেরামচা সিংহ, (৪) মথুরাবাশিময়ুম তোনজাও শর্ম্মা হায়রিবা মীওইশিং অসিনি। গৌর সম্প্রদাই মহাসভানা শিনদুনা ধর্ম্মগী ওইবা অচৌ অচৌবা সভা কয়া ফমখি। সভাগী অহাঙবা মতম ফংবদা গান্ধীজীগী নিতি, ৱাখল্লোন অমদি মতম অদুদা ভারতকী অতৈ মফমশিংদা ওইরিবা রাজনিতিগী ঈহৌ কয়াগী মরমদা ৱারী সাদুনা তপ্না-তপ্না মহাসভাগী মীওই কয়া রাজনিতিগী ইথিল পীদুনা রাজনিতিগী ঈহৌ শাহৌ শাগৎনবা হোৎনরকখি।

২.২) ঈশিং খাজনাগী মায়য়োক্তা রাজনিতিগী ঈহৌ শাগৎনবা হোৎনবা মণিপুরদা ইহান হান্না ইংশোক ১৯৩০ দা মতম অদুগী মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট মিস্টর এম. আর. মাইকেলনা লুপা লাখ অমা, লিশিং কুহ্‌ছামাথোই চংনা প্রজা মীয়ামদা ৱাতর সপ্লাইগী ঈশিং ফংহনবা ঙমনবা থবক পায়খৎপা হৌখি। অদুবু কোলেরা লায়নানা পাক্তকননা শন্দোকরকপদগী থবক লেপখি। ইংশোক ১৯৩২ দা মতম অদুগী পোলিটিকেল এজেন্ট কর্নেল জে. সেকসপিয়ারদা ঈশিং পীনবা হোৎনবদা চঙখিবা শেলয়াম অদু হঞ্জিন্নবা হোৎনবদা মীয়ামদগী খাজনা ওইনা শেল খোমগৎপা তাখি। মরম অদুনা ঈশিংগী খাজনা য়াম্না ৱাংনা ৱাংনা লৌখি। ইংশোক ১৯৩২ গী মতম অদুদা লৈকাই লৈকাইগী তাবা মীয়ামগী তেংকী অমমম খিন্দুনা য়ুমথোঙ অমদা চহিদা লুপা ২.৫০-২.৫০ খাজনা থীহল্লম্মী। হায়রিবা খাজনাগী চাং অসি কয়া য়াম্না ৱাংলগে হায়বদা লুপা ১ গী ফৌ সঙবায় ৪ ফংলিঙৈগী মতমনি। খাজনাগী চাং ৱাংনা

লৈবনা প্রজা কয়ানা লায়রবনা মরম ওইদুনা খাজনা থীবা ঙমনরমদে। অসিগুম্বা প্রজাগী খমথেংবা ৱাবা ফিভম অসি উবদা খগেন্দ্রজিৎনা ঈশিং খাজনাগী মায়য়োক্তা মহাক্কী রাজনিতিগী ঈহৌ শাগৎতুনা খোঙজঙ চঙশিনবা হৌরগে হায়না খনখি। হায়রিবা মতম অসিদা খগেন্দ্রজিৎনা "আসাম মণিপুর বানিজ্য সমিতি" কৌবা সংস্থান অমসু লিংখত্তুনা মণিপুর অমদি মপান লম মরু ওইনা শিল্লোং, হোজায়, দিমাপুর, মাও অমদি ইম্ফালদা লৈরিবা মণিপুরী কারবারালাশিংগী মরক্তা লল্লোন ঈতিক তৌনদুনা হেন্না নকশিন্নবা মরী পুরক্নবা হোৎনখি।

২.৩) সগোলবন্দ নিপা কৈথেল লিংখৎপা খগেন্দ্রজিৎনা ভারতকী মফম কয়া কোয়না চৎলুবদা নিপাশিংতনা কৈথেল ফমদুনা লল্লোন ঈতিক তৌবা অদুগা মণিপুরদনা নুপীশিংতনা কৈথেল ফমদুনা লল্লোন ঈতিক তৌবা লোয়ননা য়ুমগী থবক ইনখাং ফিসা লোনসা তৌদুনা পৈশা তানবা, নিপাশিংনা শুফম চৎফম লৈতদুনা মীরমদা লংফৈ ইফৈ চৎত্তুনা য়ুম থাদোক্তুনা পৈশা তান্নবা হোৎনবা উবদা নিপাশিংতগী ওইবা কৈথেল অমা লিংখৎনবা থবক পায়খৎকে খন্দুনা নিপাশিংনা লল্লোন ঈতিক তৌবা হৌনবা ৱাফম শন্দোকপদগী সগোলবন্দা নিপা ঙাক্তগী লল্লোন ঈতিক তৌফম "নিপা কৈথেল" কৌবা অমা শেমগৎলে। নিপাশিংনা খোংদ্রুম, মাইরেল, মনা মশিংনচিংবা য়োন্দুনা লল্লোন ঈতিক তৌবা হৌখি।

২.৪) ঈশিং খাজনাগী মায়য়োক্তা সত্যগ্রহ অন্দোলন হৌবা — খগেন্দ্রজিৎনা ইংশোক ১৯৩২ গী এপ্রিল থাদা ঈশিং খাজনাগী মায়য়োক্তা সত্যগ্রহ অন্দোলন অমা হৌরগে খন্দুনা "গৌর সম্প্রাদাই মহাসভা", "আসাম মণিপুর বানিজ্য সমিতি" অমদি খুরায়, ৱাংখৈ, খ্বাই য়াইস্কুল পানা মরিগী মীওই কয়াগী সহি খোম্লগা, সেম্বোক লৈতবা প্রজাশিংদগী চহি অমদা ঈশিং খাজনা য়ুমথোঙগী ওইনা লুপা ২.৫০-২.৫০ থীরিবসি প্রজাশিংনা লাইরবনা থীবা ঙমদ্রে। মরম অসিনা ঈশিং খাজনা কোকপিরো হায়দুনা মহারাজ চুরাচান্দ সিংহদা দরখাস্ত অমা থাখি। মসিগী ফল ওইনা ইংশোক ১৯৩২ গী মে থাগী তারিক ৯ দা সরকারনা নোটিশ অমা থোক্তুনা ঈশিং খাজনা লুপা অনীদা হম্থখি। অদুবু প্রজা ময়াম্না লুপা অনীসু থীবা ঙমজরোই হায়দুনা হন্না দরখাস্ত অমা থাখি। মদুদা মহারাজনা ঈশিং খাজনা হনবা নত্তনা পুমকোক কোকপদি য়ারোই হায়রকপদগী খাজনা সিকি অহুমদা হনবিয়ু হায়না হন্না প্রজা ময়াম্না দরখাস্ত থারে। মদুদা সরকারনা নুমিৎ হুমনিগী মনুঙদা ঈশিং খাজনা থীদোক্রবদি ফাদুনা জেলদা পীরগনি হায়না তাং ১৬/১০/১৯৩২ দা ওর্দর অমা থোকলে। মদুগী মতুং ইন্না খাজনা থীদবা মীমখৈ ফাদুনা জেলদা থম্বা হৌরকলম্মী।

২.৫) নিখিল মণিপুর প্রজা সেম্বা তাং ১৬/১০/১৯৩২ গী সরকারগী ওর্দর মতুংইন্না ঈশিং খাজনা থীদবা মীমখৈ ফাদুনা জেলদা পীরক্লবা মতম অদুদদি প্রজাশিংবু চোইনা খোমদুনা সরকারবু থেংনবা ঙমলরোই হায়বা উরদুনা নুমিৎ অদুমক্তদা খগেন্দ্রজিৎনা লুচিংদুনা সেরাম কালা সিংহ, মথুরাবাসিময়ুম তোনজাউ শর্ম্মা, রা: কু: বোনসনা অমসুং চোংথাম মেরামচা সিংহ হায়রিবা মীওইশিং অসিনা পুন্না "নিখিল মণিপুর প্রজা" কৌবা রাজনিতি দল অমা সেমলে। দল অসিনা প্রজাগী সহি খরা খোমলগা মতম অদুগী মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট জে. সি. হিগিন্সকী মফমদা অকোনবা দরখাষ্টকী মরোল খঙদ্রিঙৈদা মীফা মীপুন তৌবিগনু হায়না তাং ৭/১১/১৯৩২ ইংদা দরখাষ্ট অমা থাখি। অদুবু হায়রিবা দরখাষ্ট অদুগী কান্নবদি ফংখিদে।

তাং ৭/১১/১৯৩২ ইংদা নিখিল মণিপুর প্রজাগী লুচিংবশিং সেরাম কালা সিংহ অমসুং মথুরাবশিময়ুম তোনজাউ শর্ম্মনা লুচিংদুনা ঈশিং খাজনা তোনবা মীশিং ফাবা য়ানিংদে অমদি ঈশিং খাজনা কোক্কদবনি হায়দুনা মীয়ামগী সভাযাত্রা অমা চৎখি। মদুনা মরম ওইদুনা কালা অমসুং তোনজাউ শর্ম্মবু ফাদুনা জেলদা থমখি। তাং ৮/১১/১৯৩২ ইংদা রা: কু: ভুবোনসনা, রা: কু: লাৎসানা, রা: কু: তোম্বীরৈসনা মখোয় অহুমনা লুচিংদুনা সভাযাত্রা অমসু চৎখি। মখোয় অহুমবুসু ফাদুনা জেলদা থমখি।

তাং ১১/১১/১৯৩২ ইংদা ফাখিবা লুচিংবা পুন্নমক থাদোক্লে। মহারাজনা খাজনা হস্থরগনি, অন্দোলন তৌরগনু, চহি অহুমগী মতুংদা খাজনা পূমকোক কোক্লবা খন্নরগনি হায়না তাকপীদুনা তাং ৩০/১১/১৯৩২ ইংদা ঈশিংগী খাজনা লুপা ১.৫০ দা হস্থরে হায়না নোটিশ থোকখি। ঈশিং খাজনা পূমকোক কোকপমক নৎত্রবসু লুপা ১.৫০ দা হ্থরকপা অদুবু মীয়ামনা অন্দোলন অদুগী চাউনা মায় পাকপা অমনি হায়না হরাউবা ফোংদোক্নখি।

২.৬) ১৯৩৫ গী অচৌবা রিবোলুসন অন্দোলন — ১৯৩৪ হৌগৎলকপদা নিখিল মণিপুর প্রজাগী থৌপুনবা কমিতি নৌনা সেমদোকখি। অনৌবা কমিতি অদুদা (১) লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎনা সভাপতি, (২) ৱায়েনবম নিংথৌজাউনা জেনরেল সেক্রেটরী, (৩) পুংসুম্বম নিংথেমজাউনা এসিস্টেন্ট সেক্রেটরি অদুগা (৪) ক্ষেত্রিময়ুম তোম্বা, (৫) চোংথাম মেরা মচা, (৬) হিজম হৱাইমতোল মখোয় অহুমনা মেম্বর ওইদুনা পুন্না মখোয় তরুক্না নৌনা দলগী থৌ পুখি। নৌনা সেমদোক্লবা কমিতি অসিনা ইংশোক ১৯৩৫ গী আগষ্টকী তারিক ১৯ দা পোইন্ট নিপাল য়াওবা

মেমোরেন্দম অমা মহারাজদা পীশিনখি। মেমোরেন্দম অদুদা য়াওবা পোইন্ট নিপান অদুদি ঃ—

১) মণিপুবদা হূরান-চীষ্টি লুৎ-পাৎ তৌবা নোংমা নোংমগী হেনগৎলকই। মরম অদুনা প্রজাবু ইংনা লৈবা ঙমজনবগীদমক সরকারগী পোলিসপু মতেঙ পাংদুনা প্রজানা ইংনা সান্তি লৈনা হিংজবা ঙমনবা ভিলেজ ভলন্তিয়ার ফোর্স সেমগৎপীয়ু।

২) ইংশোক ১৯৩২ গী নোবেম্বর থাদা চহী অহুমগী মতুংদা ঈশিং খাজনা পুমকোক কোক্লবা খন্নরগনি হায়না তাকপিখিবদু হৌজিক চহী অহুম সুরে অদুনা ঈশিং খাজনা কোকপীরো।

৩) মতম অদুদা একাগাড়িগী খাজনা য়াম্না ৱাংনা একাগাড়ি অমদা চহীদা লুপা ১.৫০ লৌরম্মী। খাজনা তোনবগীদমক মফম মতম নাইদনা হেক্তা ফারম্মী। মদু কোক্লবগীদমক একাগাড়িগী খাজনা কোকপীয়ু।

৪) লৌ পরি অমদা চহী অমগী খাজনা লুপা ৬/৬ থীরিবসি মণিপুরগী প্রজাশিংনা লাইরবা ওইবনা থীবদা ৱানা থোক্লে। মরম অদুনা লৌ-ইংখোলগী খাজনা য়াম্না তোল্লিবনি। প্রজাশিংনা থীনিঙদবা নত্তে। লৌ-ইংখোলগী খাজনা কোম্না থীবা ঙমনবা চহী অমদা কিষ্টি মরিরকতা থীবা য়াহল্লু।

৫) সেনজাউ পায়বা মীওই খরনা মিলদা চেঙ তকপদগী মণিপুরগী লায়রবা ইমুংগী নুপী ফৌসুবী কয়াগী থবক হাৎলে। ফৌ-সুবগী থবক্লা হিংজরিবা প্রজাশিংগী য়েংবিদুনা মিলদা চেঙ তকপা থিংবিয়ু।

৬) কঞ্জুমর্স কো-ওপবেটিভ সোসাইতি সেমগৎপিরগা লৈকাই লৈকাই খুদিংদা অহোঙবা দুকান হাংদোক্তুনা প্রজাশিংদা পোৎ-চৈ হোঙনা ফংহনবা ঙমনবা কো-ওপরেটিভ সোসাইতি সেমগৎপিয়ু।

৭) মণিপুর ষ্টেট দরবারগী মেম্বরশিংগী মরক্তা জুদিসিয়েল মেম্বর হাপ্পদা প্রজাগী ভোত লৌদুনা হাপলগা লৈবাক্কী অমদি প্রজাগী অফবা ওইগনি। লাইরিক হৈবা নহারোল ঙাক্তনা প্রজাগী সাসন তৌবসি প্রজানা পামদে। অহল খরা ওইবা জ্ঞান তাববা মীওই সাসন্দা য়াওবা পামজৈ। মরম অদুনা জুদিসিয়েল মেম্বর হাপ্পদা প্রজাগী ভোত লৌবিয়ু।

৮) মহারাজনা মপান্দা লৈখিবা মতমদা মণিপুরদা হূরান-চীষ্টি লুৎ-পাৎ য়াম্না কনখৎলি, প্রজানা খঙবদা ৱায়। মরম অসিনা মহারাজনা মণিপুরগী মপান্দা

য়ারিমখৈ লেঙবীগনু। করিগুম্বা অরুম্বা থবক্কীদমক লেঙবা তারবসু থুনা হনবিরকউ।

হায়রিবা পোইন্ট নিপান য়াওবা মেমোরেন্দম অদুদা সহি তৌখিবশিংদি — (১) লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ সিংহ, (২) ক্ষেত্রিময়ুম তোম্বা সিংহ, (৩) চোংথাম মেরামচা সিংহ, (৪) হিজম হৱাইমতোল অমদি (৫) ৱায়েনবম নিংথৌজাউ সিংহ মখোয় মঙা অসিনি। মেমোরেন্দম অসি পীখ্রবা মতুংদা খুঙ্গংগী/ইম্ফালগী মফম কয়ামুক্তা মীয়ামগী মীতিন কয়া পাঙথোক্তুনা মেমোরেন্দম অদুদা পল্লিবা পোইন্টশিং অদুবু মীয়ামনা শৌগৎনবা কন্না হোৎনখি। মমৈদা মীয়ামসু শৌগৎনরদুনা সহি কয়া অমদি ফন্দ কয়া খোমগৎপা ঙমখি।

ওক্টোবর থা য়ৌশিল্লক্লবা ফাওবদা মহারাজনা ঈশিং খাজনা কোক্লবা খন্নবগী মহুত্তা খাজনা তোনবা মীওই কয়া ফাদুনা জেলদা থম্বা, একাগাড়িগী খাজনা তোনবশিংবু লম্বীদা থৎলগা একাগাড়ি মুনবনচিংবা অদুম চথরম্মী। মরম অদুনা নিখিল মণিপুব প্রজাগী লুচিংবশিংনা অমুক হন্না তাং ৬/১০/১৯৩৫ ইংদা পোইন্ট মঙা য়াওবা অনৌবা মেমোরেন্দম অমমুক মাহারাজদা পীশিনখি। মেমোরেন্দম অদুদা পল্লিবা পোইন্ট মঙা অদুদি ঃ—

১) ইংশোক ১৯৩৪ গী মে থাদা পোলিস লেন্দা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা ফন্নবা লেপখিবদু মতম অদুগী সাসনগী থবক্তা অচৌবা দায়িত্য পুবা মী ঙাক্তনি। হায়রিবা মফম অসি অরুম্বা লাইফম্নি মীয়াম তিনবা ফত্তে হায়না খগেন্দ্রজিৎনা য়েৎখিবদগী মহাসভাদি ফমখিদ্রে অদুগা মেলাদি তৌখিবনি। অসিগুম্বা তৌহৈদবা মফমদা মীতিংগী মফম লেপশিনবা অমসুং মপুঙফানা শেমখিবদু ফত্তবা থবক তৌবনি হায়না চার্জ তৌখি।

২) নিখিল হিন্দু মণিপুর মহাসাভা ফম্বদা ভিজিটর ওইনা য়াওনিংবশিং শেল সিকি অমমম লৌগনি হায়না লাউথোকখি। খরা লৈরগা লৌররোই হায়না অমুক লাউথোক্লে। সেসন ফম্বা নুমিত্তনা ভিজিৎ ফি লৌরগনি হায়না অমুক লৌখি। অসিগুম্বা থবক তৌবা মীওইশিং অদু ফত্তবা মীওইশিংনি হায়না চার্জ তৌখি।

৩) ঈশিং খাজনা তোনবগীদমক মী ফানরিবনি হায়দুনা ফাবদা খাজনা তোন্দবা মী কয়ামুক ফাদুনা জেলদা থমলম্বগী ৱাথোক কয়া লৈখি। মসিসু ফত্তবা থবক্নি।

৪) জুরর হাপ্পা মতমদা প্রজাগী ভোৎ লৌবিদে। চৌকিদার হাপ্পদদি প্রজাগী ভোৎ লৌই মসিসু চুমদবা থবক্নি হায়না চার্জ তৌখি।

৫) অসুম তৌনা অকায়বা ফত্তবা থবক তৌরিবা লাইরিক হৈবা নহাশিং অসি লৌথোক্লগা অফবা জ্ঞান লৈরবা সাসন নিঙথিনা তৌবা ঙমগদবা মীওই য়েংদুনা হাপ্পনা সাসন্দা অফবা ওইগনি।

হায়রিবা মেমোরেন্দম অসি পীশিনখ্রবা মতুংদা মীয়ামগী অচৌ-অচৌবা মীফম কয়া পাঙথোক্লুনা ব্রিটিশকী সাসন অসি য়ানিংদ্রে হায়না লাউদুনা অচৌবা রাজনিতিগী অন্দোলন তৌবা হৌরক্লে।

নিখিল মণিপুর প্রজাগী লীচিং মখাদা মণিপুরগী প্রজাশিংনা হৌরক্লিবা অচৌবা রাজনিতিগী ঈরাং অসি থিংননবগীদমক তাং ২২/১০/১৯৩৫ ইংদা খগেন্দ্রজিৎ সিংহনচিংবা লুচিংবা মঙাগী য়ুমদা পোলিসনা থি-হূম্বগী থবক চথদুনা দলগী মরু ওইবা চে-চাং কয়া ফাগৎখি। তাং ২৪/১০/১৯৩৫ ইংদা মণিপুর ষ্টেট দরবারগী জুদিসিয়েল মেম্বরনা লুচিংবশিং অসিগী মথক্তা এফ. আই. আর. পোলিস কেস নং ৫২ দা রেজিস্টর তৌদুনা খগেন্দ্রজিৎনচিংবা লুচিংবা মাপল ফাগৎখি। ফাগৎখিবা মখোয় মাপল অদুগী মনুংদা খগেন্দ্রজিৎ সিংহ, ক্ষেত্রিময়ুম তোম্বা সিংহ, চোংথাম মেরামচা সিংহ, হিজম হবাইমতোল সিংহ, ৱায়েনবম নিংথৌজাউ সিংহ, হায়রিবা মখোয় মঙা অসিবুনা জেলদা থাজিনখি অদুগা মীওই মরি মুতুম চাউবা, চুংখাম য়াইমা, হিজম চাউতোন, পুংসুম্বম নিংথেমজাউ মখোয় মরি অসিনা তাং ২৬/১০/১৯৩৫ ইংদা জামিন্দা থাদোকখি।

## মিয়াত তাবা

অন্দোলন অসিগা মরি লৈননা চৎথরকপা ইনকারিগী রিপোর্ট অদু মণিপুর ষ্টেট দববারদা তাং ২৮/১১/১৯৩৫ ইংদা থাঙ্গৎতুনা দরবার ক্রিমিনেল কেস নং ৩০, ১৯৩৫ হায়না রেজিস্টার তৌদুনা থা মঙারোম চুপ্পা বিচার তৌরবা তুংদা তাং ২০/৩/১৯৩৬ ইংদা বিচাবগী রাই হায়দোকখি। হান্নগী জেলদা ফাজিন্দুনা লৈরিবা লুচিংবা মঙা অদুগা পুংসুম্বম নিংথৌজাউ সিংহগা পুন্না লুচিংবা তরুক পু আই. পি. সি. সেক্সন ১২৪ (ক) অমসুং ৪১৭ কী মতুংইন্না থবক সুবা জেলদা থা অমমম মিয়াত পীখি। লুচিংবা অহুম মুতুম চাউবা, চুংখাম য়াইমা অমসুং হিজম চাউতোন মখোয় অহূম্বুনা মরাল কোকপীদুনা থাদোকখি। জেলদা মিয়ত তাখ্রবা মখোয় তরুক তাং ১৯/৪/১৯৩৬ ইংদা জেলদগী থাদোকখি।

খগেন্দ্রজিৎনা ওক্টোবরগী অচৌবা রাজনিতিগী অন্দোলন অদুগী জেলদগী থোরকলবা মতুংদা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাগী লুচিংবশিং, হিজম ইরাবত,

ললিতামধব শর্ম্মনচিংবগা পুন্না খুৎশন্নদুনা অমাং অশেংগী মতাংদা থেংনমিন্নখি। ইংশোক ১৯৩৮ দদি নিখিল হিন্দু মণিপুরি মহাসভাদা, নিখিল মণিপুর প্রজা পুন্সিনখ্রে। তাং ৩০/১২/১৯৩৮ ইংগী চীংঙা সেসন্দা খগেন্দ্রজিৎসু মহাসভাগী ৱার্কিং কমিতিগী মেম্বর ওইখি লোয়ননা মহাসভা অসি রাজনিতি দল ওইবগী চপ চাবা ৱারেপ লৌখি। ইংশোক ১৯৩৯ গী দিসেম্বর তাং ১২ গী হৌখিবা নুপী লানগী মতাংদা মিনুংশি উৎতুনা অন্দোলন তৌগদ্রা তৌরোইদ্রা হায়বগী মতাংদা মত খেন্নরকপদগী ইরাবত ভোৎতা মায়থীরে। শ্রী ইরাবত অমদি খগেন্দ্রজিৎনা লুচিংদুনা ইংশোক ১৯৪০ গী জানুয়ারীগী তাং ৭ তা মীয়ামগী মীফম অমা খগেন্দ্রজিৎনা সভাপতি ওইদুনা পাঙথোকখি। মীফম অদুদা "মণিপুর প্রজা সম্মেলনী" কৌবা দল অমা সেমখি। দল অদুগী শ্রী ইরাবতপু সভাপতি খনখি।

মী ৪১ না শাবা ৱার্কিং কমিটি অমা শেমখি। সভানা অমত্তা ওইনা নন-কো-ওপরেশন অমসুং সিভিল দিস-ওবিদিয়েনস মুভমেন্ট হৌনবগী ৱারেপ লৌখি। তাং ৯/১/১৯৪০ ইংগী অয়ুক অঙনবদা শ্রী ইরাবত সিংহ ফাদুনা জেল পীখ্রে। ইরাবতনা জেলদা লৈখ্রবসু খগেন্দ্রজিৎকী লুচিংবা মখাদা সোভাগী ৱারেপ মপুং ফনা পাংথোকখি। প্রজাশিংনা লৌ ইংখোলগী খজানা থীদ্রে, য়াইরেক-শনত্রি চঙদ্রে, ইংখোলদা হৌবা তেরা পাম্বী পুন্নমক য়ানথেকলে, ফোরেষ্ট রিজার্বতা চঙদুনা শীং য়ানথোকলে, সরকাবগী পাৎতা ঙা ফাদোকলে অমসুং মশুল পীদ্রে। ৱোগী পৈশা পীদ্রে। অসুম তৌনা মীযান্না অন্দোলোন অসিগী মরি লৈননা লুচিংবা কয়াগা লোয়ননা মী ৪০০ রোম (নীপা ৪০০) ফাদুনা জেল পীখ্রে।

ইং কুমজা ১৯৪২ গী মেগী তাং ১০ দা ইম্ফালদা জপাননা বোম থাদদুনা লাঞ্জেন্নরে অনীশুবা লাঞ্জাও লোইরবা কান্দা ইরাবোতনা জেলদগী থোরকলবা মতুংদা ইংশোক ১৯৪৬ কী মার্চ্চ কী তাং ৫ দা ইরাবোত ইম্ফালদা থুংলরে, তাং ৬ তা খগেন্দ্রজিৎকা উনরগা তাং ৭ তা কনফরেনস অমা তৌদুনা মণিপুর প্রজা মন্দল কৌবা দল অমা শেমখি। য়ানিংদে হায়বা ৱারেপ তাখি ভারতকী মনুংদা মণিপুর অসি মনিং তম্বা ষ্টেট অমা ওইনা লৈগদবনি হায়না অকনবা ৱারেপ লৌখি। খগেন্দ্রজিৎ পুন্সিগী অরোইবা মতম ফাওবা মবৈবাক্কীদমক্তা অতৎ-অখম লৈতনা হোৎনরম্লগা ইংশোক ১৯৪৮ গী সেপ্টেম্বর তাং ২৭ কী অয়ুক অঙনবদা তেংবাংবা মপুগী খুয়া তানখি।

# বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মায়কৈদা ফ্রিদম ফাইটর খগেন্দ্রজিৎনা তৌরকপা থবকশিং

লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ, ইংশোক ১৮৮৫ গী সেপ্টেম্বরগী তাং ১৩ লাংবনগী ৫ নি পানবা নোংমাইজিং নুমিৎতা কোংবা লাইশ্রম লৈকাইদা পোকই।

মণিপুবদা মহারাজ চন্দ্রকির্ত্তিনা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লিঙৈগী মতন্নী। মহারাজ চন্দ্রকির্ত্তিগী মতম অসিদি মণিপুরদা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী চাওখৎলবা মতমনী। খগেন্দ্রজিৎপু পোকপা মপাগী মমিংদি লাইখুরাম সেংগোই হায়না কৌই। মপা পোকপা মপুগী মিংদি লাইখুবাম কুলধ্বজ হায়না কৌই। কুলধ্বজ সিংহ লমবোইবনি। খ্বায়না বাবাজী মহন্ত হায়না কৌনৈ। মতম অদুগী ইনাক খুনবা অফাওবা অমসু ওইরম্মী। মহাক্না ময়ুমদা রাধা কৃষ্ণগী মুর্ত্তি লিংখৎতুনা লাইশং মান্দোপ শাদুনা লাই লাৎপা মীশক্নী।

রাংখৈ থাঙ্গপাৎ মপান্দা লৈবা হিদংময়ুম ধনেশ্বর শর্ম্মবু লাইগী সেবা তৌহল্লম্মী। মহারাজ চন্দ্রকির্ত্তিনা কুলধ্বজ সিংহবু হনুমান ঠাকুরগী সেবায়ত ওইনসু হাপ্লম্মী। অসিগুম্বা হনুমান ঠাকুরগী সেবায়ত ওইরিবা, য়ুমদা লাইশং মান্দোপ শাদুনা রাধা-কৃষ্ণ লাৎলিবা ইনাক খুল্লবা ইমুং অদুদা খগেন্দ্রজিৎ পোকখিবনি।

খগ্রেন্দ্রজিৎপু পোকপী মমাগী মিংদি রাজকুমারি থরোসনা হায়না কৌই। মতম অদুগীদি কবো লৈকাই হায়নবা, হৌজিক্না গৌহাটি হায়কোর্ট লৈরিবা, মফম অদুদা সনা-কোনুংগী কোইরেং সেনাপতিগী সংগাই অদুগা য়ান্না নক্নবা মফম অদুদা পোকপীনি। রাজকুমারি থরোসনাবু পোকপা মপাবুংগী মিংদি রাজকুরাম সিংহধ্বজ হায়না কৌই। সনা কোনুংগী ঈশৈ শকপা মীশক্নী। কোইরেং সেনাপতিগী লাইগী সেবাদা অমদি থৌরম কয়াদা রাজকুমারী থরোসনাসু শরুক য়ারকখি।

সেনাপতিগীদা রাসনচিংবা শান্নবদসু থরোসনা য়াওরকখিবি অমনি। অসুম তৌনা সনা কোনুংদা মতম পুন্নমকতা লৈরকপগা লোইননা লাইগী সেবাদসু শরুক য়ারকখিবি অমা ওইবনা ময়ুমদা লাই লাৎপা ইমুংদা লাক্লগা লাইগী সেবা তৌবদা মঙোন্দা অনৌবা ওইনা থোক্তে। মীওইবগী মপোক কনানসু তম্বা ঙমদে। খগেন্দ্রজিৎ

পোকপা থা অহুমরোম শুরকপদা অপোকপা মপা লৈখিদ্রে। মতুং চহি অমারোম শুরকপদা মপা পোকপা মপুবোক কুলধ্বজ লৈখিদ্রে। মদুদগীদি লাইশং-মান্দপ পানবা লৌউ-ইংখোল পুন্না লৌ পারি অমারোম চাউবদু লাইগা কোননা লাইগী সেবা চৎলিবা হীদংময়ুম ধনেশ্বর শর্ম্মদা লাইগী সেবা কাইদনা চৎননবা কৎথোক্লমলে। তাঞ্জা অদুদা রাজকুমারী থরোসনাবু পোকপা রাজকুমার সিংহ ধ্বজসু লৈখিদ্রে। মদুদগীদি রাজকুমারী থরোসনাবু পোকপী মমা থংগোং দেবী অমসুং পীকলিবা মৌপ্পা রাজকুমার নবদ্বীপ সনাবুসু ঋাংখৈ লৈকাইদা ইংখোল অমা লৈদুনা পুন্না লৈমিন্নখি। রাজকুমার সিংহ ধ্বজসিংহ চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজগী মতমদা মণিপুরদা অহানবা ওইনা রোস ৬৪ ফাংনখিবা হায়বদি নোংমদা শৈশকপা অনি অনিনা মাগী-মগী পলাগা লোয়ননা নুমিৎ ৩২ নি চুপ্পা শ্রী গোবিন্দগী মন্দোপতা তোংঙান-তোংঙানবা রোসকী মতাং মতাং শক্তুনা রোস ফাংনখিবদুদা খ্বায়দগী কোন্না শকখিবনী হায়নরিবা শৈশকপা অমনী। পনবা য়াবদি রাধা-কৃষ্ণগী রোস হায়না হায়নরিবসিসু ৬৪ তনী হায়নরিবনী।

খগেন্দ্রজিৎ লাইরিক য়াম্না তম্লমদে ক্লাস টু (মঙাশুবা) ফাওবদমক তমখি। মদু বেঙ্গোলি লোনদা তমখিবনী। রাজকুমার নবদ্বীপসনা অসি মপাবুংদগী ঈশৈ নীংথীনা তমহৌবনী। খগেন্দ্রজিৎ সিংহ, য়ুমদা লৈমিন্নরিবা রাজকুমার নবদ্বীপসনাদগী ঈশৈ তমখৎলে। মথংদা মখোয় অনিমক নোংমাইথেম চাইগোই সিংহদা ঈশৈ তমলে। মদুদা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী ঋাখল চঙশিনবা হৌরে। খগেন্দ্রজিৎ, মমান্নবগা বাশক ফাংনবা, রোস ফাংনবনচিংবা কয়া তৌরকলে। মতুংদদি গৌরলীলাগী তীর্থ বাসী শাবসু কন্না তৌখৎলকলে। মদুগা লোয়ননা চিংঙাংবম তোম্বা কৌবা মাইবা অমদগী মাইবগী শিনফম তমশিল্লে। ঋাহেংবম লৈকাইদা লৈবা রাজকুমার রাম সনাদগী পাঞ্জী তমলে। ঈশৈগী লমদদা নত্তনা মাইবা অমদি পাঞ্জীগী থবক অদুদগীসু বৈষ্ণব ধর্ম্মগা মবী য়াম্না লৈনরকপদগী বৈষ্ণব ধর্ম্মদা অসুম অসুম চঙশীল্লকখি।

## খগেন্দ্রজিৎ মপান্দা চৎপা

ইং কুমজা ১৯২৩ দা খগেন্দ্রজিৎনা ভারতকী তীর্থ (লাইফম) কোয়না চৎকে হায়না য়ুমদগী খোঙশাল্লে। মহাক্লা কাছারদা হান্না য়ৌরে। কাছারদদি হান্নসু চৎলুরবনী। মদুদগী মাইব-পাঞ্জিদগী শেল নীংথিনা ফংলে। মোইরাং মাইবা কৌবা ওজা অমদগী মাইবগী লম্বাদা হেন্না তমশীনখিরম্মী। মহাক্লা কাছারদগী নবদ্বীপ তান্না চৎলে। নবদ্বীপতা লয়েংবদা ঋারবা অনাবা খর ফহনবা ঙমখ্রে। খগেন্দ্রজিৎকী মিং অসি পাক্লা শন্দোরক্লে। মতম অদুদা ত্রিপুরাদসু মতম অদুগী ত্রিপুরাগী মহারাজ বীর বিক্রম মনিক্য বাহাদুরগী মকেনসিজা শ্রীমতি রত্নমঞ্জুরী মহারাণীসু লায়েংবা ঙমদ্রবা অনাবা অমা ওইনা লৈরম্মী।

ত্রিপুরাগী মহারাজনা নবদ্বীপ্তা লৈরিবা খগেন্দ্রজিৎতা টেলিগ্রাফনা খরচকা লোয়ননা মবেনসিজগী অনাবদু লায়েংনবা বার্তোন তৌরকখিরম্মী। খগেন্দ্রজিৎনা পাউ ফংবগা পনথবা তৌদনা ত্রিপুরাদা চৎখিরম্মী। মহারাজগী য়াথংনা অনাবদু লায়েংদুনা খগেন্দ্রজিৎনা অথুবা মতমদা ফহল্লম্মী। মদুদা লুখ্রা ওইরবী, মচা পোক্তবী, অহনগী মতম ওইরবী মণিপুরী নিঙোল মহারাণীনা খগেন্দ্রজিৎপু ত্রিপুরাগী মীওই কয়ানা লাইয়েংবা ঙমদ্রবদা মহাক্না ইরাই লায়না লাইয়েংদুনা ফহনবদুদা মচা ওইনা ঈশ্বরনা পীবীরক্লবনী হায়না লৌখি। লোয়ননা খগেন্দ্রজিৎ অমদি মাগী ইমুংগী মী পুন্নমক ত্রিপুরাগী রোয়েল ফেমিলি মেম্বর ওইনা লৌরগা মদুগী হৌনবী পুন্নমক ফংহনগদবনি হায়না নিংথৌদা হায়খিরম্মী। নিংথৌনসু মদুমক তৌগে হায়না য়াখিরম্মী হায়রিবদুমক কায়দনা ফংখিরম্মী। লোয়ন্না খগেন্দ্রজিৎপু মতিক চানা তলব পীদুনা মহারাণীগী প্রাইভেৎ সেক্রেটরী হাপখি।

ইং কুমজা ১৯২৬ শ্রীমতি রত্নমঞ্জুরী মহারাণীনা ভারতকী তীর্থ কোয়বা চৎলম্মী। মদুদা খগেন্দ্রজিৎ অমসুং খগেন্দ্রজিৎপু পোকপী মমা রাজকুমারী থবোসনাসু লোয়নখি। খোঙচৎ অদুদা হরিদ্বার, রিশিকেশ, বৃন্দাবন, দ্বারিকা, কাসিনচিংবদা চৎলম্মী। খগেন্দ্রজিৎনা রিশিকেশতা লৈরম্বা মুণি রিশি কযাগা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মরমদা নৈনরকখি বৃন্দাবন, দ্বারিকা, হরিদ্বারদসু তাঞ্জা ফংবদা মুণি রিশিশিংগা নৈনরকখি। কাসিগী বরানশি তীর্থ খুবম্লগা ত্রিপুরাদা হল্লকখি। খগেন্দ্রজিৎ, খোঙচৎ অদুদগী বৈষ্ণব ধর্ম্মদা চঙশিনবা হেনজিল্লকখিরম্মী। খগেন্দ্রজিৎ, হরিশ্চন্দ্রনিংথৌ অমসু করর্নদাতাগী ৱারী নৈনবা পামজবা মী ওইরকখিবনী। লোয়ননা রামকৃষ্ণ মিসনগী লুচিংবা বিবিকানন্দা শ্বামিগী আমেরিকাগী ভাষন তৎতনা নৈনবা মীশক্লী। ইংশোক ১৮৯৩ গী সেপ্টেম্বর ১১ দা আমেরিকাগী চিকাগোদা পৃথিবীগী ধর্ম্মগী পার্লিয়ামেন্ট অদুদা শ্বামিনা হায়খিবদি পৃথিবীদা লৈরিবা ধর্ম্ম পুন্নমক অমগা অমগা চপ মান্নে, খেনবা লৈতে। পুন্নমক অসি অমত্ত ঙাইরবা ঈশ্বরগী মনাক য়ৌননবা তোংঙান-তোংঙানবা লম্বী ঙাক্তনী। ধর্ম্ম পুন্নমক অসি লম্বীদুদা চৎলগা ঈশ্বরদু ফংগনি হায়না চৎনরিবনী। লম্বী অদুদা চৎলগা ঈশ্বর ফংবা অদুগা অতোপ্পা লম্বী অদুদা চৎলগদি ঈশ্বর ফংদবা হায়বা লম্বী লৈতে। ঈশ্বরনা ধর্ম্ম পুন্নমকপু য়াবিরিবনী।

মরম অদুনা ঐখোয় মীওইবনা ঐগী ধর্ম্মনা মাগী ধর্ম্মদগী হেন্না ফবা ধর্ম্মনী হায়না হায়নিংঙাই লৈতে হায়খি। মদু পৃথিবীগী ধর্ম্মগী পার্লিয়ামেন্ট অদুনা য়েৎনবা লৈতনা য়ানখি।

খগেন্দ্রজিৎনা শ্বামিগী ভাষন অমসুং পৃথিবীগী পার্লিয়ামেন্টকী ৱারেপ মতম পুন্নমক্তা নীংশিংদুনা লৈখি। অসুম তৌনা বৈষ্ণব ধর্ম্মদা চৎলবা খগেন্দ্রজিৎ, মণিপুরদা ধর্ম্মগী নিঙতম্বা লৈতবা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী চৎনরোল কয়াবু অমসুং বেদগী অর্থ ফাওবা লান্না লৌরগা শ্রী গোবিন্দগী ব্রাহ্মসভাগী মীওই খরনা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎচরিবা মীচম প্রজাশিংগী মথক্তা ধর্ম্মগী মিংদা ওৎপা নৈবা কয়া থোরকখি। মরাল লৈতবা মী অমবু মাংঙে তিন্নবা য়ারোই হায়রগা লুপা ৮৪ পীরগা তিন্নবা য়াবা লুপা ৮৪ পীবা ঙমদবা মীবুনা শিরবা ফাওবা পোৎলোইবা য়াহনদবনচিংবা কয়া অসি লাকপদগী ইংশোক ১৯৩৬ তগী বৈষ্ণব ধর্ম্ম অসি থাদোক্লগে হায়বগী ফিরেপ চপ চানা লৌখি। ইংশোক ১৯৪৬ হৌগৎলকপদদি বৈষ্ণব ধর্ম্ম থাদোকখি। বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মহুৎতা পাখংবা লাইনিঙ চৎখি।

# পাখংবা লাইনিং শন্দোক্লবগী মায়কৈদা ফ্রিদম ফাইটর খগেন্দ্রজিৎনা তৌরকপা থবকশিং

লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ এলায়েজ ইবুংঙোহল, ইং ১৮৮৫ গী সেপ্টেম্বরগী তাং ১৩ নোংমাইজিং নুমিত্তী ৱাংখৈ কোংবা লাইশ্রম লৈকাইদা পোকই। খগেন্দ্রজিৎ পোকপা থা অহুমলোম শুরকপা মতমদা মপা সেংগোই নোঙ্গাখিরম্মী। খগেন্দ্রজিংকী মপা পোকপা মপু কুলধ্বজ বৈষ্ণব ধর্ম্মদা পুক্লিং লুপ্পা লমবোইবনি। মহাকপু ময়াম্না ববাজী মহন্ত হায়নসু খংনবম্মী। ববাজী মহন্তনা লাইশঙ মন্দির, মান্দপনচিংবা কৎতুনা মশাগী ইংখোলদা ব্রহ্মণনা সেবা চৎহন্দুনা লাই লাৎলম্মী। ববাজী মহন্ত হনুমান ঠাকুরগী সেবায়েতসু ওইরম্মী। বাবাজী হনুমানগী সেবা তৌদুনা লৈখ্রবদা বাবাজীগী লাই অদুগী সেবানা খগেন্দ্রজিৎপু পোকপা সেংগোই অমসুং থরোসনা অনীনা তৌরম্মী। সেংগোইনা নোঙ্গাখ্রবদা মহন্তসু লৈখিদরে। থরোসনানা ইংখোল লৌ কৎলগা লাইগী থবক পুন্নমক হিদংময়ুম ধনেশ্বর শর্ম্মদা শিন্নখিরম্মী। খগেন্দ্রজিৎ ইনাক কৈরাক খুনবা বৈষ্ণব ধর্ম্মদা পুক্লিং লুপ্পা ইমুংদা পোকপা অঙাং অমা ওইরম্মী। অদুবু অপোকপনা মনুং মতম চাদনা নোঙ্গাখিবা অমদি মপুবোক কুলধ্বজনা থুপখিবদগী খগেন্দ্রজিৎ লাইরবী লুখ্রাবী অমগী মচা ওইখিরম্মী। মতম খরা লৈরগা ৱাংখৈ তোকপম লৈকাইদা লৈবা তোকপিয়া পণ্ডিতকী মফমদা অরিবা মৈতৈ লাইরিকশিং নৈনবা তম্লম্মী। তোকপীয়া পণ্ডিতকী মফমদগী লাইনিংথৌ পাখংবগী মতিক মগুণ লৌশিং কয়া তানশিনলম্মী। মদুনা তুংদা খগেন্দ্রজিৎনা পাখংবা লাইনিং শন্দোক্লবা হোৎনবদা অচৌবা মতেং অমসু ওইখিরম্মী।

খগেন্দ্রজিৎনা পাখংবা লাইনিংদা থৱায় হকচাং য়াওনা লুপখিবদি ইং ১৯৪৫ অদুৱাইদগীনি হায়বা তাই। ইং ১৯৪৪ গী মেরাগী ১০ নি পানবদা মমা ইবেম্মা থরোসনা লাইগী খুয়া তানখিরম্মী। শ্রী ধাম নবদ্বীপতা মমা ইবেম্মগী শ্রদ্ধ শোনলম্মী। চহিগী সম্বৎ শরিক লোয়রবদা খগেন্দ্রজিৎনা প্রনালিকা লৌবগী মতাংদা খগেন্দ্রজিৎনা পামলিবা অদুগা ব্রাহ্মণনা হায়রিবদুগা চান্নদবা ওইনা থোক্লম্মী। ব্রাহ্মণনা মঙোন্দা হায়রিবনা শ্রী চৈতন্য প্রভুদগী হৌরগা শ্রী চৈতন্যগী সেবকশিংগী মমিংশিং অদু

শোল্লগা অরোয়বদা লাইমিং পিরিবা গুরুদুগী মিং লৌরগনি হায়বদুনী। খগেন্দ্রজিৎকী ৱাখলদদি লাইশোন অদুদা মপা-মমাসু য়াওফম থোকই হায়বসিনী। ৱাফম অসিদা য়ানদবদগী প্রনালিকা লৌবগী ৱাফমদু থাদোকলম্মী।

মতম অসি খগেন্দ্রজিৎনা মৈতৈ লাইনিংগা মরি লৈনবা লাইরিক কয়া পাদুনা নৈনবা মতমসু ওইরম্মী। অরিবা মৈতৈ লাইরিকশিং, লৈশেমলোনগী ৱারীশিং নৈনরুবদা খগেন্দ্রজিৎকী থম্মোয়দা পাখংবা লাইনিং চৎপা অমসুং শন্দোক্লীংবগী ইহুল থম্মোয়দা ফাওরকপা মতাংসু ওইরম্মী। প্রনালিকা লৌবা মতমদা মপা মমাগী মিং যাওফম থোকই হায়বা ৱাখল অসিমক, পাখংবা লাইনিংথৌগী ৱাখনলোন অদুনা ইনশিনলকখিবা ইথীল ওইরম্বসু য়াই। লৈথক লৈখারোল, পূতিন, ইয়েংব পুৱারী অমসুং অতৈ লৈশেম্বগী লাইরিকশিংদা লৈশেম নোংশেম্ব লোইরগা জীব পানবশিং অমদি তাইবঙ মীওইবা শেমলবা মতুংদা লৈবাক অসিবু কনানা লেপহনসিগে খল্লকপদা পাখংববু লৈবাক্কী মপু ওইনা খনখিবা অমদি ফম্বাল শিন্নখিবগী মতাংদা অসুন্না ইবি ঃ—

লৈপাক অসিবু কনাবু লেপহনসিগাবনো .... অতিয়া
সিদবা।। অসীবা।। কোনচিন তু থোকপা।।
নংখোয় অহূমক্লা নোংখোং কোইনরুও।।
হাননা থুংলবা অদুনা।। লৈপাক্কী মপু ওইও
হায়রে।। অতিয়া সিদাবানে।। অসীবনে অনি
নোংখোং কোইখিয়ে। কোনচিন তু থোকপতি
লৈহৌরে।। গুরুনা অতোনবা নংসু চৎলো হায়না থৌবে।।
অতোনবনা খুম্মে ঐদি গুরুগী ফানখোংদুম কোইগে।।
নোংখোং মখোংদি লৈতে হায়দুনা গুরুগী ফালখোংবু তরেৎলক
কেইদুনা গুরুবু খুরুমলে। গুরুনা হায়।।
অতোনবা নংনা ঐগী ইতিক অচৌববু করম্না খংবানো।।
ইপা অরিপানে হায়তুনা পাখংবা য়োইরেলবা হায়না মিথোলবীরে।
অসাইগি নোংখোং কোইবা অনীমকসু থুংলরে।।
অতোনবদি থুংঙমলাবোইরে হায়য়ে। গুরুনা হায়
মাদি থুংলমলে লৈপাক মপুতী মানে।। (লৈথক লৈখারোল)

অসুন্না গুরুগী মতিক অচৌববু খংবা তেংবানবগী মপুবু মশক্ খঙবা মচানুপা অতোনববু পাখংবা হায়বা মিংথোল পিদুনা লৈবাক্কী মপু ওইহনখি। ৱাফম অসিনা তাকপদি মপা মশক খঙবা তেংবানবগী মপুবু মশক খঙবা হায়বসি মৈতৈ লাইনিং

লিচৎকী মরু ওইবা মচল অমনি হায়বদু উৎলি। মতাং অমদা অমুক গুরু সিদবনা গুরু সিদবদগী ষণ য়োংমানবী ওইনা তাওথরকপা কোনজিন তু থোকপনা মপাবু মশক খঙবগী মতাংদা অসুম্না ইরি ঃ—

কুরুম শিংজাবী কুরু সিতপানা ষণ য়োংমানবী ওইনা তাওথরকএ।। অহানবগী হিদেনদি লেমথোঙকী থোঙলেল ওইনফমনে।। য়াইমবাগী হিদেনদি চাওখোংকী ময়াই থোঙলেল ওইফমনে। অতোনপাকী হিদেলদি কংলৈ হিগারমনে ... অহলবগী হিদেন্দী কুরুনা ষণ য়োংমানবী ওইনা তাওথরকপপু অহলপানা খংদদুনা ইনথোকখ্রে।। যাইমা পাসুং খংদদুনা ইনথোকখ্রে।। অতোনপাতী ইপানে হায়বা খংদুনা পুখৎচরে অদুদগী পাখং যোইবেলপা কৌএ। (পুদিন) অসুম্না পাখংববু মতাং অনীরক্তা মপা খঙবা ওইনা উৎলে।

অরিবা মৈতৈ লাইরিক সাকোক লমলেনদা মৈদিংঙু খাগেম্বগী হাকক্তা লাংগোন লুখোই, য়ুম্নাম তেম্বা, খ্বাইদেম কেক্রু গুরু অহুম্না নিংথেম খাগেম্বদা পাখংবা লাইনিং কদাইবু কৌবগে হায়বগী মতাংদা মখাগী অসুম্না তাক্লম্মী।

পাখংবা লাইনিং হায়বদি খংবা।।
মহাক্কী হকচাংবু উবা ঙম্বা।। অমম্বদা
ইকাইবা খংবা।। য়াহিপ-চাকচা
মতাং খংবা।। ময়ুম শেংবা।।
মপা খংবা।। লাই গুরু য়াথংবু
লৈদা তাহন্দবা।। লমচৎখংবা।।

ব্রাফমশিং অসিনা মপুং ওইনা ফোংদোক্লিবদি পাখংবা লাইনিং তেংবানবা অসিবু শেম্বীরকপা তেংবানবগী মপুবু খঙবা, ঐ খঙবা, মপা খঙবা, মহাক মশাবু খঙবা, থব্রায খঙবা অসিনচিংবগী হায়নসু লৌবা য়াই।

অরিবা মৈতৈ লাইরিকশিংদা য়াওরিবা লাইনিংথৌ পাখংবগী মতিক মগুণবু নৈনরুরগা খগেন্দ্রজিৎকী ব্রাখলদা পাখংবা লাইনিংচৎনিংবা অমসুং শন্দোক্লীংবগী ব্রাখল ফাওরম্মী। ইং ১৯৪৫ গী হিযাঙ্গেগী ১৫ নি পানবা নুমিত্তা ব্রাংখৈ থাঙজম লৈকাইদা লৈবা মীয়াম হেক হেক তিন্নফম ওইরিবা রাজকুমার তোমালস্নাগী ইংখোলদা হৌবা হৈনজোম মখোংদা খগেন্দ্রজিৎনা অসুম্না মীয়ামদা লাওথোকলম্মী — "ঐহাক্লা প্রনালিকা লৌনবগী খন্নবদা ব্রাহ্মণগা মত খেন্নবা য়ানদবা কয়া অমা লৈরে। অমরোমদা মৈতৈ ইপা ইপুশিংনা চৎনরম্বা লাইনিঙ লাইশোল কয়া যাওবা লাইরিকশিং লৈরে।

মরম অসিনা ঙসি হায়বা নুমিৎ অসিদগী ঐহাক বৈষ্ণব ধর্ম্ম থাদোকচরে। মৈতৈ ঐখোয়গী লৈজরম্বা লাইনিং লাইশোলশিং অসি অতৈ লাইনিং শিংদগী থোইনা হম্বা ওইরোই। মৈতৈ ঐখোয়গী লৈজরম্বা লাইনিং লাইশোলশিং অদু চৎননবা ইচিল ইনাওশিংনা খম্বা মতম ওইরে। মথংগী নুমিত্তা (১) ৰাংখৈময়ুম গুলাপমচা, (২) চোংথাম মেরামচা, (৩) কারাম বিদুর, (৪) রাজকুমার সনামচা, (৫) ৰাংখৈময়ুম তিনবিরেন, (৬) লাইশ্রম মেরা, (৭) লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ হায়রিবা মীওই তরেৎ অসিনা মহারাজ বোধচন্দ্রদা মখাগী ৰাৰোলশি য়াওবা চে অমা লানখৎখি মদুদি "পাখংবা লাইনিঙ" কৌবা লাইনিঙ অসিদা ঐখোয় মী খরা চৎচরগে বৈষ্ণব ধর্ম্ম থাদোকচরে। হায়বদি লাইনিং অসিগী লাইশোন তিনশোন পুন্নমক ঐখোয় চৎচরগে"।

ইংশোক ১৯৪৬ গী শজিবু থাগী ১৫ নি পানবা লৈবাকপোকপা নুমিত্তা ৰাংখৈ অয়াংপল্লিদা লৈবা ৰাংখৈময়ুম গুলাপমচাগী য়ুমদা পাখংবা লাইনিং ফোংদোকখি। থৌরম মপুং ফাননবা কমিটি অমা শেমখি। কমিতি অদুগী মীওইশিংদি — (১) লাইখুরাম ইবুংঙোলহল (খগেন্দ্রজিৎ) থৌবুরেন, (২) ৰাংখৈময়ুম গুলাপমচা থৌবুরেন ঙমথং, (৩) লাইখুরাম ইবোবী (থৌশিনলেন), (৪) ৰাংখৈময়ুম বীরচন্দ্র, থৌশিনবা, (৫) চোংথাম মেরামচা থৌপুবা, (৬) রাজকুমার সনামচা, (৭) কারাম বিদুর, (৮) ৰাংখৈময়ুম তিনবিরেন, (৯) লাইশ্রম মেরা, (১০) কোংবম গুলামজাৎ অসিনচিংবনী। লাইনিং লাইশোন হৌউদোকপগী থৌরম পরেং অদুদি তেংবানবা মপুগী মফমদা হৈরাং লৈরাং কৎপা, লুক কৎপা। লৈশেমলোন অরিবা কৌবা পুয়া অদুগী চেনা খরা চোংথাম মেরামচানা পাথোকখি। নুংথিলদা নুপা পলা শকখি। লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎনা ঈশৈ হনখি। লাইশ্রম মেরানা দুরাহ চৎখি, কারাম বিদুরনা খোম্বাংবা মকোক চৎখি, পাংঙম্বম তরঙ্গোনা পুংয়ে মকোক চৎলগা ক্ষেত্রিময়ুম গৌরাচন্দনা তুং ইনখি। ঈশৈগী পালা অতৈনা খোম্বাংবগী মাইকৈদা (১) ৰাংখৈময়ুম গুলাপমচা, (২) থিংঙোম কালাচান্দ, (৩) লাইখুরাম ইবোবী অসিনী। অদুগা দুহারগী মাইকৈদা, (১) কৈশাম য়ুগোল, (২) লাইশ্রম গুলাপ, (৩) হৈক্রুজম থরোঙৌ, (৪) নোংথোম্বম মনিকচান্দ অসিনী। পালা অসিনা শকখিবা ঈশৈদি লৈশেমলোন অরিবা হায়বা লাইরিক অদুদগী লৌথোক্লগা খগেন্দ্রজিৎনা পুথোকপনী।

ইং ১৯৪৬ গী আগষ্টকী তাং ৬ তা রাজকুমার সনামচাগী য়ুমদা ফম্বা মিতিং অমদা মৈতৈ লাইনিং মরুপ কৌবা অমা শেমখি। খগেন্দ্রজিৎনা মরুপ অসিগী সভাপতি ওইরম্মী। ৰাংখৈময়ুম গুলাপমচা, চোংথাম মেরামচা, ৰাংখৈময়ুম তিনবিরেন, রাজকুমার

সনামচা, করাম বিদুর, লাইশ্রম মেরা, নোংথোম্বম তোমচা, বাংখৈময়ুম বিরচন্দ্র, মুতুম কবোকলৈ, কৈশাম যুগোল, লাইখুরাম ইবোবী অসিনচিংবনা মেম্বর ওইরম্মী।

পাখংবা লাইনিংগী তৌগদবা থৌরম পরেং অদু লাইনিং মরুপ্না লেপ্পরম্মী। মপুং ওইবা থৌরমদি হান্নগী ইপা ইপূনা চৎনরকপা অদু কায়দনা থম্বনী। অশিবগী লান্ন থৌরম নুমিৎ ১১ নি শুবদা, লৈরাংবা নৎত্রগা লৈহূনবা নুমিৎ মঙানীদা, শিবগী চহি ফারগা কুমওনগী থৌরম পাংথোক্লনী। অঙাং পোকপগীনা ৬ নি শুবদা ইপান থাগনি। অঙাং চউম্বগী থৌরম নাহূৎ-নারেং মৈতৈগী চৎনবী মতুং ইন্না কাইদনা চৎপা অসিনচিংবা থৌরম কয়াগী মরমসু লেপথোক্লরম্মী। অসুন্না পাখংবা লাইনিং চৎথরক্লবা মতমদা রাজকুমার তোমালসনা, নোংথোম্বম তোমচা, শমজেৎশাবম কোবা, কোইজম তম্ফা, সেরাম তোম্বীনচিংবা কয়াসু লাইনিং মরুপতা চংশিল্লকখিরম্মী। মতুংদা মোইরাংথেম ইবোতোম্বী, নোংথোনবম লৈরেনজাও, পুয়াম মুহোরি, লাইনিং মরুপতা চংশিল্লকখি। লাইনিং মরুপ অসিনা লিংখৎপা ঈশৈগী পালাবু লৈবাক মীয়াম্না “পাখঙবা পালা” হায়না খঙনরম্মী।

পাখংবা লাইনিংনা চাওখৎলকপা শন্দোরকপা অসিদা শ্রী গোবিন্দজীগী ব্রহ্মা সোভাগা য়েৎনবা কয়া লাকখি। মরু ওইবা বাফমদি মীওই খরনা বেদগী হৌনবী তোক্তুনা মৈতৈনা পুরোহিত ওইনা কর্ম কয়া পাংথোকলে। অদুগুম্বা মীওইশিং অদু বেদ-মার্গদা লৈবা মীশিংনা তিন্নবা য়াদে নোটিশ তৌদুনা লৈবাক্তা খঙহনবিয়ু হায়দুনা ব্রহ্মা সভানা দরবারদা হায়জবদগী দরবারগী প্রসিডেন্টনা তাং ২৩/১/৪৭ ইংদা নোটিশ থোকখি। মৈতৈ লাইনিং মরুপকী মাইগৈদগীসু ব্রহ্মা সভাগী মথক্তা কেস অমা থাঙ্গৎলম্মী। অসুন্না মাইকৈ অনী কেশ চহি অনীমুক চখরগা তাং ৭/৫/৪৯ দা বিচার লোইখি। রায়দি অসুন্না তাখি ব্রহ্মা সভাগী মথক্তা কেস তৌবদা দনদি পীবীয়ুদি হায়রগা আই. পি. সি শেকসন নম্বর পনদবনা ব্রহ্মা সভাগী মথক্তা দনদি পীদ্রে হায়খি। অসুন্না তাং ২৩/১/৪৯ ইংদা নোটিশ থোকলকপগী পাওসি তাবদা পাখংবা লাইনিং শন্দোকপগী লূচিং পুরেল ওইরিবা লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎনা রাজকুমার তোমালসনা গী ময়ুমদা নোংমা মীয়াম তিনবা অমদা অসুন্না হায়খি — “মশানা পামজবা ধর্ম্ম চৎচরিবা, ধর্ম্ম অদুগী হৌনবী কায়দনা থৌরম তৌরিববু ব্রহ্মা সভানা পাষন্দিনি মীয়ামগা তিন্নবা য়াদে হায়দুনা নোটিশ তৌবসি য়াম্না চুমদবনী। চৈতন্য চরিতামৃত্যগী শ্লোক অমনা হায়বদি অসুন্না ধর্ম্মগী থৌরম তৌজরকপদ কায়নবা হোৎনবা মীওইশিংদু চন্দালনি হায়না লৌগনি হায়না য়াওরিবনী। মদুগীসু মথক্তা মালেমসিদা তোঙান তোঙানবা ধর্ম্ম চৎপা মী কাংলুপ কয়ামুক লৈরি। ধর্ম্ম অমা

চৎপা অতোপ্পা ধর্ম্ম অমা চৎপগা য়েংথিনবা খণ্ডনবা শীনবা অচুম্বা নত্তে। তেংবানবা মপুদি অমত্তনি, মানা মানা হায়নিংবা হায়দুনা কৌনিংবা কৌদুনা নিংজবতনী।[১১]

পাখংবা লাইনিংবু চাওখৎনবা হোৎনরম্বা লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎনা ইং ১৯৪৮ গী সেপ্টেম্বর তাং ২৭ দা নোঙ্গোখিরম্মী। পুন্সিগী অরোইবা তানফমদদি পাখংবা লাইনিংনা পাক শন্না শন্দোরকপদু উবগী অপেনবদি ফংখি। শ্রী লাইখুরাম ইবোবীনা ইবা "পাখংবা লাইনিংদা" য়াওরিবা পাখংবা লাইনিংগী থবক পাংথোরকপা হায়বদুগী মতুং ইন্না মৈতৈ লাইনিং মরুপকী লুচিংদুনা ৱাংখেময়ুম গুলাপমচা, মোইরাংথেম ইবোতোম্বী, কারাম বিদুর, ৱাংখৈময়ুম বীরচন্দ্রনচিংবনা অকনবা থবক কয়া পায়খৎলকখি। চোংথাম মেরামচানা রাজকুমার কেতুকিসনাগা লোয়ননা অতোপ্পা মরুপ অমা লিংখৎতুনা পাইখৎখি। শমজেৎশাবম কোবনা থাঙমৈবন্দ মাইকৈদা মরুপ অমা লিংখৎতুনা থবক পায়খৎখি। য়াইরিপোক মাইকৈদা লাইশ্রম মেরা অমসুং পুয়াম মুহোরিনা শীন্দুনা মায়কৈ অদুগী ওইবা মরুপ শেমদুনা লাইনিং লিচৎকী থবক পায়খৎখি। চীংঙামখা মাইকৈদা ওইনাম ইবোহল, খুরাই মাইকৈদা তখেলময়ুম মেনজোরনা শীন্দুনা থবক পায়খৎখি। নোংচুপ মাইকৈদা (ইরোইশেম্বদা) চোংথাম ইবোয়াইমা, হাওরোংবম নিংথৌ, হুইরেম ব্রজো, কোম্ছৌজম থম্বৌ, ঙাসেকপম রোমোন অসিনচিংবা কয়ানা কন্না পায়খৎতুনা পাখংবা লাইনিং শন্দোকপগী থবক অঙকপা ফংনা কনখৎলকখি। অসুন্না খগেন্দ্রজিৎনা পামজরম্বা লাইনিংদু মশা মরেং ফন্দোরকখি।

## মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং, চেফোঙশিং ঃ—


১) লৈথক লৈখারোল (অরিবা খুৎই লাইরিক) কসটডিয়ান, এন খেলচন্দ্র সিংহ, উবিপোক, ইম্ফাল।

২) পুদিন (অবিবা খুৎই লাইরিক), কস্টডিয়ান, এন খেলচন্দ্র সিংহ, উরিপোক।

৩) খুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ, (সম্পাদক), শাকোক লমলেন অহানবা, ইম্ফাল (১৯৯২)।

৪) লাইখুরাম ইবোবী, পাখংবা লাইনিং, ইম্ফাল (১৯১৫)।

৫) খগেন্দ্রজিৎকী পুন্সি ৱারী।

৬) State Office, imphal, Memo No. S.G. 6/47/4 dt. 23/1/47. Notified for information1 and guidance of Public dt. 23/1/47 Asst. P.M.S.D.

৭) Chief Court II Reason Manipur State Misc. Case No. 91 of 1946 (1).

৮) Announcement of the Judgment on 7/5/49 - Sd. L.M.I.H. Singh Bhaskar Singh.

# পাঞ্জিগী মায়কৈদা
# ফ্রিদম ফাইটর খগেন্দ্রজিৎনা তৌরকপশিং

রাজনিতিগী লমদনা হেন্না মীয়াম্না মশক খংনখিবা লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ এলাযেজ ইবুংঙোহলনা মহাক্কি পুন্সিগী তাংকক কয়াদ তৌরম্ব মশক থোকপা, শিংথাবা য়াবা মহৈ নৎত্রগা শিনফম কয়াগী মনুংদা অমা ওইরিবা পাঞ্জি অমদি লৈচিল্লোনগী মরমদা হেন্দোক থোইদোক্লা খঙ-হৈরম্বগী মরমদা নৈনবগী মতাংনি। পাঞ্জি অমদি লৈচিল্লোন অনি অসি মশক অমত্তা ওইন উববসু মহৈ অনি অসিগী মশক তোপ্ন-তোপ্না লৈজে। খগেন্দ্রজিৎনা পাঞ্জি অমদি লৈচিল্লোনগী মায়কৈদা মায় পাক্লা চংশিল্লম্বা কযা নৈনদ্রিঙৈগী মতুংইননা হীবমশিং অসিবু চাওরাক্লা মশক অমা লেপথোক্রম্বনা নৈনবদা হেন্না মযেক সেংগদ্রা হায়না খঞ্জে। মরম অসিনা হীরম অনিসিগী মরমদা চাউরাকপা খরদং হান্না থমজগে।

## পাঞ্জি নৎত্রগা জ্যোতিষ সাস্ত্র

মণিপুরদা পাঞ্জি নৎত্রগা জ্যোতিষ সাস্ত্রগী মহৈ অসি য়েলহৌঙৈদগী লমদম অসিদা লৈরক্রবা লমদম অসিগী মশাগী ওইজবা পোৎথোকলা নৎতবরা হায়বসি নৈনানিংঙাইনি। পাঞ্জি মহৈ অসিনা লমদম অসিদা করম্বা মতমদা চপ চানা চঙলকখিদুনা মপাল মরা তাখিবগে হায়বগী রাফম অসি লেপ্লদা খরা লুনা থোক্রবসু খৃষ্টটগী চহি ১৫৯৭ তা নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদগীদি ফনা নিংথিনা চাওখৎলে হায়না লৌবা য়াই। মণিপুরদা পাঞ্জি থবক অসি ১৮/১৯ শুবা চহি চাগী মতমদদি য়াম্না মরু ওইবা মীয়াম্না পাম্নবা সিনফম অমা ওইরম্বগী চপ চাবা প্রমান ফংবা ঙমখি।

ঙসিগী মীরোল অসিদসু কনাগুম্বা অমগী ইমুং মনুংদা অনা-অয়েক, লম-তু চৎপ, থবক-ইনখাং, লুহোং কৈহোংবা, য়ুম-কৈ পাবনচিংবা কয়াগী মরম লাকপদা কুঠি য়েংবা হায়বসি পাঞ্জিদা চৎনবিবনি। পাঞ্জিনা পীরকপা ফল অদুবু থাজনা তৌফম থোকপা প্রতিকা ঈরাৎ পুজা পাংথোকনরি। অমদি অফবা থাবান অফবা নুমিৎ খঙলগা থবক কয়া পাংথোকনরি।

পাঞ্জি নৎত্রগা জ্যোতিষ সাস্ত্রনা পীবা নৎত্রগা হায়বা ঙম্বা কয়া লৈ। খুদম ওইনা মী অমগী পুন্সি সাংবা - তেনবা, মী অমগী পুন্সিদা মরাইবক ফবা - থীব মহৈ মশিং হৈবা - হৈতবা পাপ ওইবা নৎত্রগা বৈষ্ণব ওইবা, মী অমনা শিগদবা লায়না লায়থুং অমদি মৈদা ঈশিংদা খুৎলায়দা লান্দা, লীন হাৎতুনা শিগদবা কয়া মাংজৌননা খংবা ঙম্বা হায়বা ঙম্বা মহৈনি। অসিদসু নত্তনা মী অমগী পুন্সিদা করি সিনফম পরুবগে অমদি নুপী থিবদা পরুবা পরুদবা কয়া হায়বসু ঙম্মি।

মতম অমদা পাঞ্জিগী থবক সিনফম অসি কোনোক কাংবুতনা তৌরম্বগী ৰাফম লৈ। মসিবু কুম্বাবদা অসুন্না পল্লম্বা থেংনৈ— "শক ১৬৫১ ইং, ২৪ নি নিংথৌকাবদা কোনোক্কী মীশিংনসু বামোন ওইগে হায়এ"। ব্রাম্মণ কৈলম্বর মিশ্র কৌবগী ধারানা মহৈ হৈতবা খিবিক হৈননবা পাঞ্জি তম্বীরম্ববু গরিবনিৰাজ মহারাজনা মহাপুরুষনা ব্রাম্মণগী থৌ নত্তে তোকলো হায়বগীদমক বামোন অয়াম্বা অৰারোম চঙখিববু ৰাংজিং মরুদা খামদুনা হল্লকএ"।

মণিপুর পাঞ্জিগী মহৈ য়ান্না চাওখৎলম্বগী প্রমান মতিক চানা ফংঙি। মৈদিংঙু খাগেম্বগী হাকতক্তা কংলা সাবগী উহৌ উরেপ তম্বদা পুঙজৈ মতোন্দা সনাগী থম্বাল সাৎহনগে হায়না কোনোক থেংগ্রানা হায়বদা নুমিৎ থাবান পুংফম খেনফম য়েংদুনা কংলা উহৌ তম্বদা সনাগী থম্বাল সাৎত্রে। নিংথৌগী দন্দি ওইনা চকপা ঈগী ইরেন্দা লোই থাখি। কোনোক থেংগ্রানা পীবা নুমিৎ থাবান পুংফম খেনফম চান পাঙন অমনা লফু অমা থাবদা সনাগী থম্বাল সাৎলে। নোংঙাল্লগা পাঙন অদুনা নিংথৌদা কৎলরে। মৈদিংঙু খাগেম্বানা গুরুগী ৰাদি চুমলে। ঐগী উনা চাউবা মরমনা খেনফম সোয়দুনা সনাগী থম্বাল সাৎতবা ওইরে। গুরুদি শিবা য়াদে খামলুচো হায়না মনাইশিং থাবদা থেংগ্রাদি অমুক হল্লকউ হায়বা য়াখিদ্রে।[২]

অতোপ্পা প্রমান খরিদি নোংচুপলোমগী পাঞ্জিশিংনা গ্রহ তৌগনি হায়বদা মৈতৈ পাঞ্জিনা তৌরোই হায়বদা তৌখিদবা কয়া কুম্বাবদা তোয়না থেংনৈ।[৩] মৈতৈ পাঞ্জিশিংগী থোইদোক হেন্দোকপা গুণ অমনা নিংথৌগী হিয়াং চিংবা চৎখিবদা হান্ননা মাংজৌননা হিয়াং অদুগী চাউবা সাংবা মওং - মতৌ, থুংলগদবা নুমিৎ অমদি পুংফম চপ - চপ চানা হায়বা ঙম্বা[৪] অমদি লান চৎপদা লান ঙমগদবা পুঙফম। লান্‌ফা কয়া ফাগদগে হায়বনচিংবা চপ চানা চুন্না হায়বা ঙম্বা কায় অসিনি। লুরিবদি খজিক্তং হেক শোয়বদা মফম তাবতা নত্তনা নিংথৌগী অকনবা চৈরাক ফংগদৌরিবনি। হায়রিবশিং অসিনা তাকপদি মৈতৈগী পাঞ্জিশিংনা জ্যোতিষ সাস্ত্রগী লমদা অঙকপা ফংনা হৈরম্মী হায়বসিনি।

মৈতৈ পাঞ্জিশিংনা চুম্নগী মহৈ অসিদা খংবা হৈবতা নত্তনা মণিপুরগী ওইবা পাঞ্জিগী লাইরিক ইদুনা চৎনরম্বগী খ্বাফমসু লৈ। মহারাজ জয়সিংহগী মতমদা ত্রাগবতি ঠাকুরগা কবো খুনবোংময়ুম মনিরাম সিধান্তগা অনিনা মৈতৈ কংলৈপাক্কি শোক অমা লিংখৎতুনা পাঞ্জি থোকহনখি। হায়রিবা পাঞ্জি লাইরিক অসি 'জ্যোতিষ চন্দ্রিকা' কৌই অদুগা শোক্কী মমিং নবচন্দ্রাবদ হায়না খংনখি। তরাক হায়রিবা চন্দ্রবদ কৌবা শোক অসিদগী বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী পাস্পতি কৌবা লাইরিকনা অংকা মশিং পীকপা হেল্লি হায়দুনা বাস্পতি ওইনা চৎনরম্ববু গম্ভীর সিংহ মহারাজনা মসি চৎনবা য়ারোই হায়দুনা খুনবোং দেবকিশ্ব পাঞ্জি সঙলাকপদা "লঘু জ্যোতিষ চন্দ্রিকা" কৌবা লাইরিক সেম হন্দুনা চৎনবা হৌখি।

মণিপুরগী পাঞ্জিবু নোংপোকলমগী অৱা লৈপাকনচিংবনা য়াম্না পান্নরম্বগী খ্বাফমসু লৈ। নোংপোকলমদা মৈতৈগী পাঞ্জিশিং মমিং য়াম্না চৎলি। চৈথারোল কুম্বাবদা মণিপুরগী পাঞ্জিবু অৱা লৈফাও তাদুনা কুঠি ইহল্লম্বগী খ্বাফম অসুম্না পল্লি। "নোংমাইথেম মণিগী কুম শোক ১৭৩৬ মেরা থাদি ইরাইনা হনলে। অদু নুমিত্তা ঠাকুর কোনোক হঞ্জবা অৱা নিংথৌগী জর্ম্ম কুঠি য়েংবা চৎলে।

মথক্তা খুদম খরা পীদুনা উৎলিবা খরসি নত্তবা অতোপ্পা খুদম কয়াসু লৈরিবনি। হায়বিশিং অসি য়েংলুরগা মৈতৈগী পাঞ্জিশিংনা জ্যোতিষ সাস্ত্রগী লমদা অঙকপা ফংনা খঙলম-হৈরম্মি হায়বসি চেনবা য়াররোইদবা প্রমানশিংনি। খুদম ওইনা লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎসু অমনি। খগেন্দ্রজিৎনা খ্বাহেংবম লৈকাইদা লৈবা রামসনাদগী পাঞ্জিগী মহৈ তমখি। মহাক্না মণিপুরদদা নৎতনা কাছার অমদি নবদ্বিপতগী পাঞ্জি অমদি মাইবগী থবক্তা শেল তনখি। অসিদা নত্তনা ইংশোক ১৯২৩ দা ত্রিপুরাগী নিংথৌ বির বীক্রম মানিক্যি বাহাদুরনা মবেনসীজ শ্রীমতি রত্নমঞ্জুরি দেবী, মহারাণীবু লাইয়েংনবগী টেলিগ্রাম্না বার্তোন তৌরকখি। রত্নামঞ্জুরিগী অরুবা অনাবদু খগেন্দ্রজিৎনা লায়য়েংবদগী ফখি। মদুদা রত্নমঞ্জুরিনা পেনবিরদুনা খগেন্দ্রজিৎপু য়াম্না নুংশিনা মচা ওইনা য়োকখি লোয়ননা থাগী তলব চাউনা পীদুনা মহারাণীগী প্রাইভেৎ সেক্রেটরি হাপ্পীখি।[১১]

অসুম্না ত্রিপুরাগী কোনুংদা রোয়েল ফেমিলি মেম্বর ওইনা লৈরিঙৈ মহারাণী রত্নমঞ্জুরিনা নোংমা মহারাণীগী জন্মা কুঠি খেগেন্দ্রজিৎতা য়েংহনখি। মহাক্কী হৌখ্রবা পুন্সিগী থৌদোক কয়া অমদি তুংদা লাক্কদবা থৌদোক কয়া খগেন্দ্রজিৎতা হংদুনা হোৎহনবদা মহারাণীগী হৌখিবা য়াম্না মরু ওইবা থৌদোক কয়া চুমনা খুমখি লোয়ননা তুংদা লাক্কদবা থৌদোক কয়াগী মরমদসু নিংথিনা হোৎতুনা হায়খি। মহারাণী রত্নমঞ্জুরিনা মহাক্কী হৌখিবা পুন্সিগী য়াম্না মরু ওইবা থৌদোক কয়া খগেন্দ্রজিৎনা

চুন্না খুম্বা ঙম্বা অদুনা খগেন্দ্রজিৎপু পাঞ্জিগী লমদা মপুঙ ফানা খঙ হৈরবা নহা ওইরিবা মীশক অমনি হায়বসি মুন্না খঙখি। মাগী হৌখ্রবা পুন্সিগী থৌদোক কয়া চুন্না খুম্বা ঙম্বা অদুনা তুংদা থোক্রুগদবা থৌদোক কয়াগী মরমদা খগেন্দ্রজিৎনা হায়রিবা খুদিংমকপুসু শোয়দনা চুমগনি হায়বগী মহাক্না চপ য়ুংনা থাজখি।

খগেন্দ্রজিৎকি পাঞ্জিগী লমদা কুপ্না মপুং ফানা খঙ হৈবা অদুদা মহারাণীনা পেল্লদুনা মশামক্কি মখুৎনা ইদুনা, মখুৎমক্না সহি তৌদুনা পাঞ্জিগী লমদা থোইদোক হেন্দোক্না হৈবগীদমক সকাব্দ ১৮৪৩ দা "জ্যোতিষ বিদ্যারত্ন" হায়না মিংথোল পীবা সারতিফিকেৎ অমগা 'জ্যোতিষ রত্নাকর' হায়না ইকাই খুন্নবগী মিংথোল পীবা মেদল অমগা পীখি।[১৩]

ত্রিপুরাগী মহারাণী রত্নমঞ্জুরিনা খগেন্দ্রজিৎকী মফমদা মখুৎমক্না ইদুনা অমদি মখুৎমক্না সহি তৌদুনা পীরম্বা "জ্যোতিষ বিদ্যারত্না"গী সারতিফিকেৎ অমদি "জ্যোতিষ রত্নাকর" গী মমল য়াম্নবা মেদল পীদুনা ইকাই খুন্নরম্লিবা অসিনা খগেন্দ্রজিৎপু পাঞ্জিগী লমদা থোইদোক হেন্দোক্না খঙ হৈরবা অমদি মিংথোল অসিমক পীদুনা ইকায় খুন্নবদা মতিক চারবা মীশক অমনি হায়বগী য়েৎননিংঙাই লৈত্রবা অমনি হায়না লৌবা য়ারে।

খগেন্দ্রজিৎপু মহারাণী রত্নমঞ্জুরিনা "জ্যোতিষ বিদ্যারত্না" মিংথোল পীদুনা ইকায় খুন্নরম্বা মখুৎমক্না সহি তৌদুনা পীরম্বা সারতিফিকেৎ অমসুং বংলা লোনদগী মণিপুরিদা অনুবাদ তৌরবা মরোল মখাদা উৎচরি।

# Certificate

State Emblem

রাজ্যধানী মণিপুব নিবাসী শ্রীযুত খগেন্দ্রজিৎ সিংহ মণিপুর, আজ প্রায় মাসকাল যাবৎ এখা নে আছেন, তাঁহাব জ্যোতিষ শাস্ত্র বিষযে অভিজ্ঞতাব বিশেষ নিদর্শন আমি প্রাপ্ত হইযাছি, কোন দেবক্ষন জ্যোতিষ হইতে এইরুপ সটিক উত্তর আমি কাদাচ প্রাপ্ত হইনাই এবং এই অলপ বযসে তাহার যেরুপ জ্ঞান ভবিষ্যতে জ্যোতিষ শাস্ত্রে আরও শ্রেষ্ঠ স্থান অধিকাব পারগ হইবে বলিয়া আমার শম্পূর্ন ধাবনা অতিত বিষযে আমি কয়েক প্রশ্ন কবিযাছি কিন্তু, ঠিক ঠিক উত্তর প্রাপ্ত হইয়া অত্যন্ত সন্তুষ্ট চিত্তে অদা তাহাকে জ্যোতিষ বিদ্যাবত্ন উপাদিতে ভুষিত করিও নিজেকে অত্যন্ত গৌরবলিয়া মনে করিলাম-শন ১৩৩৪ ত্রিপুরাব্দ ১৮৪৩ শকাব্দ ১৫ ই বৈশাথ।

শ্রীরত্নমঞ্জুরী দেব্যা

ত্রিপুবা মহাবাণী

# Certificate

## State Emblem

মণিপুর রাজধানী ইম্ফালগী শ্রীযুত খগেন্দ্রজিৎ সিংহ মণিপুর, ঙসি চাউরাক্না মফম অসিদা লৈরক্লিবা থা ফারক্লে, জ্যোতিষ শাস্ত্রগী মরমদা মহাক্কী থোইদোক হেন্দোকপা জ্ঞান লৈবদু ঐহাক খঙবা ঙমলে, মদুগী খুদম ফংলে, লাইগুম্না হৈরবা জ্যোতিষ অমদগী অসিগুম্বা অচুম্বা পাউখুম তাদ্রি, চহি য়ামদ্রিবা মহাক্না নহা ওইনা জ্যোতিষ শাস্ত্রগী মরমদা অথোই অহেনবা মীশক অম ওইরকপগী মহাক অধিকাবী ওইগনি হায়না থাজরে অদুগা মমাংদা হৌখ্রব্বগী মরমদা হংবা বাহং খবাগী পাউখুম অশোয়ব লৈতনা পীবগী মরম্না ঐহাক্না হবাউ-নুংঙাইবগা লোযননা পুক্নিংনা পেল্দুনা ঙসী মহাকপু "জ্যোতিষ বিদ্যারত্ন" উপাধী লৈতেংবীরে অমসুং মঙোন্দা উপাধি পীবা ফংবসিমক ঐহাক্কী লেম জনিংঙাইনী খল্লি। শন ১৩৩৪ ত্রিপাবাব্দ ১৮৪৩ শকাব্দ ১৫ ই বৈশাখ।

বাংলাদগী হন্দোকচবা ঃ

রাজকুমার কমলজিৎ সিংহ
এক্স, এম, এ, এ
আগরতলা ২২/৮/৮৮
কেম্প ইম্ফাল।

শ্রীরত্নমঞ্জুরী দেবী
ত্রিপুরা মহারাণী

# মাইবা অমা ওইনা
# ফ্রিদম ফাইটর খগেন্দ্রজিৎনা তৌরকপা থবকশিং

লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ ইংশোক ১৮৮৫ গী সেপ্টেম্বরগী তাং ১৩ নোংমাইজিং নুমিৎতা ৱাংখৈ কোংবা লাইশ্রম লৈকাইদা পোকই। অপোকপা মপাগী মমিংনা লাইখুরাম সেংগোই সিংহ অমসুং অপোকপী মমাগী মিংনা রাজকুমারী থরোসনা হায়না কৌই। মাইবগী শিনফম অসি ওম্ভোক্লা মরু ওইখ্রে। শিবা য়ানা নরিবা, শিরগনী হায়না খন্নরবা কয়াবু হিংবা ঙমহল্লী। শিবা তারবসু মরুপ মপাং, শাগৈ-নাতৈ কয়াগা উনদুনা ৱারী ৱাতাই শান্নহনবগী মতম পীবা ঙম্মী। ৱারোলশিং কুপ্না খল্লুরবদি মাইবগী সিনফম তৌবিবা মীশিং অসি মীয়ামগীদমক কৎথোক্লবশিংগী মনুংদা মখোয়বুসু পনবা য়াই। মতম নাইদনা অহিং ওইসনু নুংথিল ওইসনু কৌববা মতমদা চৎপা তাবনি। লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ, য়াম্না নৌনা ৱাংখৈ লৈকাইদা লৈবা চিংগাংবম তোম্বা সিংহ হায়না কৌবা শক্লাইরবা মাইবা অমদগী মাইবগী শিনফম অসি তমখি। লোয়ননা ৱাহেংবম লৈকাইদা লৈবা বাজকুমার রাম সনা হায়না কৌবা মমিং লৈরবা পাঞ্জি অমগী মফমদগী পাঞ্জিগী থবকসু তমশিনখি। অসুম তৌনা মাইবগা পাঞ্জিগা হীরম অনিমক্তা নীংথীনা তমশিল্লবা মতুংদদি খগেন্দ্রজিৎ মরু ওইনা মাইবগী শিনফম অসিদা মীয়াম্না মাগী মিং পন্নরক্লে। মীয়াম্না মহাকপু তাইবং মপুনা পীথোরকপা অমা য়াওবনা ওইগনী। মহাক অসি হীরম অসিদা থোইদোক্লা হৈথোইশিংথোইবা মীশক অমা ওইরকলিবনী। খগেন্দ্রজিৎনা মাগী মরুপ-মপাংশিংদা তোয়না পনবা লৈরি। মহাক মাইবগা পাঞ্জিগা অনিমক চৎথরকপা অসিদা মহাক্লা হিংবদা হেন্না খুদোং চাহল্লি। খুদম ওইনা পল্লবদা মাহাক্লা ইংশোক ১৯২১ দা মণিপুরগী মপান্দা কাছারনচিংবা মফমশিংদা চৎকে হায়দুনা য়ুমদগী খোঙশাল্লকপদা দিমাপুর য়ৌরগা বস্তগী হেক কুমথবা মতমদা মাবু খঙবা মীওইশিংনা মখোয়গী য়ুমদা চৎসি হায়দুনা পুরে। ঙসিদদি মখোয়গী য়ুমদা অহিং লেকতুনা লৈবিয়ু হায়খি, মখোয়গী য়ুমদা অনাব খরা লৈরম্মী, মদু লাইয়েংবীয়ু হায়রম্মী। মখোয়গী ৱারোলদুদা খগেন্দ্রজিৎ য়ারে। লাইয়েংদুনা অহিং লেকতুনা লৈরে। নোং হেক ঙানবগা কুথি য়েংবীয়ু হায়দুনা অনাবশিং অদুদগী হৌরগা অতৈগীসু য়েংলে। লমদম অদুদা

লৈবা কয়াসু মথং মথং অনাবা লাইয়েংবা অমসুং পাঞ্জি থবক তৌদুনা নুমিৎ ১৪/১৫ নিরোম লৈরে। চাবসু মখোয়না পীজরে, লৈফমসু মমল তিংদনা ফংলে। মদু মখোয়না য়াম্না পাম্না লৈহননিংবগা লোয়ননা লৈরিবনি। চাবসু মখোয়না য়াম্না পীজনিঙনা পীজবনী। অসুম তৌনা চবা ফংলে, লৈফম ফংলে, শেলসু নীংথীনা ফংবা ঙমলে। মদুদগী মহাক্না কাছারদা চৎপদসু মতৌ অদুগুম্না শেল য়াম্না ফংবা ঙমখি। থা অনিরোম কাছারদা লৈরমলগা মণিপুরদা হল্লকখি। খগেন্দ্রজিৎনা, মহাক্কী অহানবা ওইনা ইং ১৯২১ দা মণিপুরগী মপান্দা চৎপদা কান্নবা নীংথিনা ফংবদুদগী মথংগী খোঙচৎতদি ভারত থুংনা কোয়না নবদ্বীপ, বৃন্দাবন্নচিংবা, মৈতৈ মচাসু লৈবা লাইফমশিং অদুদা চৎলগে হায়না খন্দুনা ইংশোক ১৯২৩ গী অঙনবা শরুক্তা য়ুমদগী খোঙশাল্লে। দিমাপুরদা মহাক উবদা হান্নগুম মীয়াম্না মাবু ওক্লমদুনা নুমিৎ ১৪/১৫ নিরোম লৈরে। শেলসু নীংথীনা ফংলে। মথংদা কাছারদা চৎলে। কাছারদসু হান্নগুম শেল ফাজনা ফংবা ঙমলে। মোইরাং মাইবা হায়না কৌবা মমিং লৈরবা মাইবা অমদগীসু মাইবগী শিনফম হেন্না তমশিল্লে। খগেন্দ্রজিৎতা মাইবগী শিনফমদা থোইদোক হেন্দোকপা মগুণ অমা যাওরিবদী অনাবদু করি লাইনানো হায়বসি মাহাক্না হেক্তা খঙবা ঙম্মী। লৈনা অদু মশক খঙলবদি লৈনা অদু কোক্লনবা করি করি তৌগদগে হায়বসিগী তৌফম থোকপা খর অদুম্মক লৈরিবনী মহাক্না লৈনা ফহনবা ঙম্মী। লোয়ননা মিহুনগী মরোল কুপ্না খংবা ঙম্মী। খগেন্দ্রজিৎনা মিহুন কাংলোন নীংথীনা খঙবগি চহি অহুমগী মতুংদা শিগদবা মী য়াওরদি ফজনা খঙবা ঙম্মী। মসিনী খগেন্দ্রজিৎকী তোপ-তোপ্পা মগুণ। খগেন্দ্রজিৎ, কাছারদা মতম খর লৈরম্লগা নবদ্বীপতা চৎখি। মতম অদুদা নবদ্বীপ্তা, লায়েংবদা ৱারবা অনাবা কয়া থেংনরম্মী। খগেন্দ্রজিৎকী লায়েং অসি মখল কয়ামুক্তা লায়েংবা ঙম্মী। অতোপ্পা মাইবা অমগদি মান্নবা নত্তে, পোৎশেম, জাদু, হিকাপ-য়াইকাপনচিংবগী মায়কৈদসু নীংথীনা লয়েংবা ঙম্মী। নবদ্বীপকী অনাবশিং অদু মথং মথং নীংথীনা ফহনবা ঙম্লকপদগী অৱাংনোংপোক ভারত্তা খগেন্দ্রজিৎকী মিং পাক-শননা শন্দোকলে। মতম অদুদা শান্তিপুরদা আবদৈত্য প্রভুগী লাইফমদা লৈরীবশিংগী অমদি মুরশিদাবাদতা ভাইগ্যচন্দ্র মহারাজগী লাইফমদা লৈরিবশিংদুগী মনাক্তসু চৎতুনা মখোয়গী অনা লায়েংদুনা মতেং পাংলকখি। নবদ্বীপুতাদী অনু-প্রভুগী লাইফমদা লৈদুনা লায়েংবগী থবক তৌবনী, মতম অদুদা ত্রিপুরাগী কোনুংদসু মতম অদুগী ত্রিপুরাগী মহারাজ বীর বিক্রম মনিক্য বাহাদুরগী মবেনসিজ শ্রীমতি রত্নমঞ্জুরী মহারাণী, মাইবনা লায়েংবা লেপ্লবা শিবগী মতম ঙাইবগী থাক্তা লৈরম্মী। খগেন্দ্রজিৎকী মিং তাবদগী ত্রিপুরাগী মহারাজনা টেলিগ্রাম্না খরচকা লোয়ননা খগেন্দ্রজিৎপু মবেনসিজ মহারাণীগী লায়েংনবা বার্তোন তৌখিরম্মী। বার্তোন হেক

ফংবগা খগেন্দ্রজিৎনা ত্রিপুরাগীদমক নবদ্বীপ থাদোকখিরম্মী। ত্রিপুরা য়ৌরগা মহারাজগা উনরবা মতুংদা মহারাজগী য়াথংনা মহারাণীগী অনাবগী ফীভম মিহুনচিংবা খগেন্দ্রজিৎনা কুপ্পা য়েংখি। খগেন্দ্রজিৎকী ৱাখলদা অনাবদু মহাক্না লায়েংবা ঙমগনী হায়না খল্লম্মী অদুগা মাহাক্না মহারাজদা হায়খি। মহাক্না হায়খি অনাবসি মহাক্না লয়েংদুনা ফাহনবা ঙমগনী। তৌইগুম্বসুং অতোপ্পা মাইবা নৎত্রগা দাক্তর অমগা লোয়ননা লয়েংবদি ঙমজরোই, মথন্তদা শিন্নবীববদি মাহাক্না লাইয়েংগনী হায়খি। মহারাজনা হান্না লয়েংদুনা লৈবমলিবা মীশিং অদুদা খগেন্দ্রজিৎকী ৱারোল অদুদা মখোয়না হায়নিংবা করি লৈবগে হায়না মহাবাজনা হংবদা মখোয় পুন্নমক্না খগেন্দ্রজিৎতা শিন্নবা পান্নখি। হান্না মহারাণীবু লায়েংলমলিবা পুন্নমকসু য়ারবদুদা মহারাজনা খগেন্দ্রজিৎতা নহাক নথন্তনা ইবেনসিজ মহারাণীবু লায়েংবা ময়ান্না য়ানরে হায়দুনা মহারাজগী য়াথং ফংলবা অদুদা খগেন্দ্রজিৎনা লায়েংবা হৌখি। মহাক্না মথন্তনা লায়েংগে অতৈ কনা অমত্ত য়াওহনবীগনু হায়রিবগী মবমদি লৈরমলিবশিং অদুনদি শিরগনি হায়বনি, খগেন্দ্রজিৎনদি শিগদবা অনাবা নত্তে মহাক্না ফহনবা ঙমগনী হায়দুনা মখোয়গী মরক্তা খেন্নবা লৈবা মরম্না খগেন্দ্রজিৎনা মখোয়গা পুন্না লায়েংবা পামখিদবনী। নোংমা-নোংমগীফগৎলকপদুনা নুমিৎ ২০ নিরোম শুরকপদিদি পূম্ফা ফরে। থা অমরোম ফারকপা মতমদদি হান্নগুম পাঙ্গলসু কল্লে। মসিগী লৈঙবা য়াদ্রবা খুদম লৈরি। থা অমরোম ফারকপদা মহারাণীনা কল্লবা মতম অদুদা নোংম মহারাণীগী জন্ম-কোঠি খগেন্দ্রজিৎপু য়েংহনখি। মহারাণীনা হৌখ্রবা পুন্সিগী তাংকক্ কয়াগী ৱাহং হংবদা ফাজ-ফাজনা চুন্না পাউখুম পীরকপদগী মহারাণীনা খগেন্দ্রজিৎতা জ্যোতিষ বিদ্যারত্না হায়বা মিংথোল অমা মশাগী মখুৎমক্না ইবা সারতিফিকেত অমগা পীবীখি। সারটিফিকেত অদুদা হায়খি। মণিপুর মচা খগেন্দ্রজিৎ, মহাক্না ত্রিপুরাদা লৈরকপসি চাওরাক্না থা অমরোম ফারক্লে নহা ওইরিবা জ্যোতিষকী লমদা নৌনা খোঙদারক্লিবা মহাক্না ঐগী হৌখ্রবা পুন্সিগী তাংকক্ কয়াগী ৱাহং হংবদা মহাক্না চুন্না চুন্না পাউখুমপীবা ঙম্বগীদমক্ ঐনা মঙোন্দা জ্যোতিষ বিদ্যারত্ন হায়বা উপধি অসি পীরবনী হায়না ইরি। অহনগী মতম ওইরবী, লুখ্রা ওইরবী, মচা পোক্তবী মণিপুরী নিংঙোল শ্রীমতি রত্নমঞ্জুরী মহারাণীনা মতৌ করম্না ত্রিপুরাদা খগেন্দ্রজিৎ লাকখিবনো, অমসুং মতৌ করুম্না মহাক্না মহারাণীবু লায়েংদুনা ফাহল্লকখিবনো হায়বদু মহারাজদগী খঙলবা মতুংদা মহারাণীনা মচা পোক্তে হায়দুনা ঈশ্বরনা মচা ওইনা পীবীরক্লবনী হায়না লৌখি। মদুমক হায়দুনা খগেন্দ্রজিৎ অমদি মহাক্কী ইমুংগী মী পুন্নমকপু ত্রিপুরাগী রোয়েল ফেমিলিগী মেম্বর ওইহনদুনা রোয়েল ফেমিলি মেম্বর অমনা ফংবা য়াবা পুন্নমক ফংহনখি। মহাকপু মতীক চানা তলব পীদুনা মহারাণীগী প্রাইভেত সেক্রেতরি হাপলে মহারাণীগী অমখক্ত লৈরিবা গাড়ী কার অদুসু মচানী

হায়দুনা খগেন্দ্রজিৎতা পীবীরে। জ্যোতিষ রত্নাকার হায়বা মিংথোল অমসু চান্দিগী মেদলগা লোয়ননা পীবীরে।

মণিপুরদা লৈহৌরিবা খগেন্দ্রজিৎপু পোকপী রাজকুমারী থরোসনাসু ত্রিপুরাদা মহারাণীগা লোয়ননা লৈমিন্নরে। মহারাণীগী ইংশোক ১৯২৬ তা ভারতকী অহানবা তীর্থ কোয়বদা খগেন্দ্রজিৎ অমসুং মমা থরোসনা লোয়নরম্মী। খোঙচৎ অদুদা হরীদ্বার, রিশিকেশ, দ্বারিকা, বৃন্দাবন, বরানশিনচিংবা তীর্থশিং চৎলম্মী খোঙচৎ অদুদা খগেন্দ্রজিৎনা মুণি-রিশি কয়াগা উনদুনা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মরমদা নৈনবা ফংলকখি। ইংশোক ১৯২৮ দা মহারাণীগী অনিরকশুবা তীর্থ কোয়বদদি মণিপুরদা লৈহৌরিবা খগেন্দ্রজিৎকী ইমুংগী মী পুন্নমকসু লোয়নরম্মী। খগেন্দ্রজিৎকি সেবকশিং খরসু লোয়নরম্মী। পুন্না মী ২৪/২৫ রোমগী খুৎপু অমনী। খোঙচৎ অদুদা কলকত্তাদা থা তরেৎলোম লৈরিঙেগী মতমদা ভারত কংগ্রেসকী কোলকত্তা সেসন ফমলম্মী। সেসন অদুগীদমক মহারাণীনা রিসেপসন কমিটিদা খগেন্দ্রজিৎকী রিকোমেন্দেসন মতুং ইন্না দান চাউনা তৌরম্মী। মদুদগী খগেন্দ্রজিৎপু সেসনগী মাংওইননা মহাত্মা গান্ধীগা উনদুনা মিনিৎ২০ লোম ৱারী শানহনখি। খগেন্দ্রজিৎপু ভিজিটর ওইনা সেসন য়াওনবা বার্তোন তৌদুনা সেসন য়াওহনখি। হৌজিক ফাওবদা খুম্বা ঙমদবা ৱাহং অমদি মতম অদুদা শ্রীমতি রত্নমঞ্জুরী মহারাণী নত্তনা ভারতকী নীংথৌ মহারাণী কয়ানা ভাবত কংগ্রেসতা দান তৌখিবগে হায়বা ৱাহং অসিনী। খোঙচৎ অদুদা কুরুখেৎত্র, বৃন্দাবন, গয়া, গোদাবরী, বরানশিনচিংবা লাইফম কয়ামুক চৎলুরে। অহুমশুবা খোঙচৎ ওইনা ইংশোক ১৯৩০ গী এপ্রিল থাদগী মণিপুরদা লাক্লগা ইংশোক ১৯৩১ গী মার্চ্চ থাদা মহারাণী ত্রিপুরাদা হনখি।

# শ্রীমতি রত্নমঞ্জুরী মহারাণীগী মণিপুরগী খোঙচৎ

শ্রীমতি রত্নমঞ্জুরী মহারাণীনা মণিপুরদা লাক্লিঙৈগী মমাংদা প্রাইভেৎ সেক্রেতরী অমা ওইনা খগেন্দ্রজিৎনা মতম অদুগা মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট জিমসন সহেবতা পাসপোর্টকীদমক চে ইরকখিরম্মী, পোলিটিকেল এজেন্টনা মদুগী মখাতাবা ওইনা লৈফম কদাইদা শীনগনী, চাবা থাকপগী এরেঞ্জমেন্ট করন্না তৌগনী হায়বনচিংবা ইরকপদা খগেন্দ্রজিৎনা অসুন্না ইখিরম্মী, শ্রীমতি রত্নমঞ্জুরী মহারাণী অসি মণিপুরগী মহারাজ ভেগ্যচন্দ্রগী মচা ইবুংঙো মঙাগী অতোম্বা ধকা তাবা দেবেন্দ্র মহারাজগী মচানুপীনী যুবরাজ থাঙকোকপগী মচন-নুপীনী। ত্রিপুরাগী মহারাজ শ্রীরাধাকিশ্বর দেব বর্মন মনিক্য বাহাদুরগী মহারাণীনী। মহারাণীগী মপা ইবুংঙো দেবেন্দ্র মহারাজ অসি কাঞ্চিপুরগী কোনুংদা পানখিবা নিংথৌশিংগী মনুংদা খ্বায়দগী কোন্না পানখিবা নিংথৌনী। মরম অদুনা শ্রীমতি রত্নমঞ্জুরী মহারাণীগী অপাম্বদি মপানা নিংথৌ, ওইদুনা পানদুনা লৈরম্বা কাঞ্চিপুরগী কোনুং অদুদনী। অদুগা চাবা-থকপগী এরেঞ্জমেন্টগীদি মহারাজগী মতেং য়াওদ্রবসু মহারাণীনা অদুম্মক তৌগনী। মহারাজদা, পাউ-পীবগী বাতনী হায়না ইখিরম্মী। অদুম ওইনমক মহারাণীনা ত্রিপুরাদগী লাকপা মতমদদি মণিপুর মহারাজ চুরাচান্দশিং মশামক্, অঙম-অথৌ কয়াগা লোয়ননা দিমাপুরদা ওক্লম্মী। অদুগা মণিপুরগী সনা কোনুংদা নৌনা শাবা, শঙ্গাদ্রিবা বংগলো অমদা মহারাণীনা লৈননবা থৌরাং তৌরমখি। লোয়ননা মহারাণীবু ষ্টেট গেষ্ট ওইনসু লৌদুনা চহি অমা চুপ্পা মহারাজ চুরাচান্দসিংহনা মবেনসিংজ মহারাণীগী সেবা নীংথীনা ফজনা তৌখিরম্মী। মহারাণী রত্নমঞ্জুরীনা মণিপুরদা লৈরিঙৈগী মণিপুরগী নিংথৌমচা লৈম-সিজ, ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব কয়া অতৎপা লৈতনা লাকতুনা উনখিরম্মী। অঙম-অথৌ কয়াসু তৎতনা লাকখিরম্মী। মহারাণীবু উনবা লাকপা পুন্নমক্ অদু অহানবা খগেন্দ্রজিৎ নৎত্রগা খগেন্দ্রজিৎপু পোকপী মমা রাজকুমারী থবোসনাগা উনরগা মখোয়না পুশিন্দুনা উনহনখিবনি। অসুম তৌনা খুঙ্গংগী লৌমীগী ইমুংদা পোকখিবা খগেন্দ্রজিৎ, মণিপুরগী সনা কোনুংদা লৈরগা লৈবাক অসিগী অচৌ-অশাং পুন্নমক অদুনা মাহাকপু থিরকখিবা ভারতকী তীর্থ ময়াম কোয়রম্বা, মহাত্মা গান্ধীনচিংবা ভারত কংগ্রেসকী লুচিংবা কয়ানা শক খঙবীখিবা পুন্নমক অসি মহাক্লা মাইবগী সিনফমদা থবায় য়াওনা হোৎনদুনা

মাইপাকপদগী ওইরকখিবনী হায়বা য়াই। মহারাণীনা কাইনা, মোইরাং থাঙজিংনচিংবা লাইফম কয়াদা মহারাজগা লোয়ননা চৎতুনা খুরমখি। চহি অম চুপ্পা মণিপুরগী লাই হরাওবা, জগোই রাস, গৌর লীলা, ষণ-শেনবা, শজিবু চৈরাউবা, রর্থ যাত্র, য়াওশংগী কুম্মৈ থাবল চোংবনচিংবা য়েংলম্লগা ইংশোক ১৯৩১ গী মার্চ্চগী অরোয়বা শরুক্তা ত্রিপুরাদা হনখি। অদুগা জুলাইগী থাখায়দা মহারাণী লৈখিদ্রে। মহারাণী লৈখিদ্রবা তুংদা খগেন্দ্রজিৎনা মণিপুরদা লৈরগা মাইবগী থবক তৌরিবা অশি-অনা কয়াদা শরুক য়ারিবা কয়াগী মতেং পাংখি। মরু ওইবদি মৈতৈ মাইবগী মিহুন কাঙলোন অসি থোইদোক হেন্দোক্লা কুপ্না খঙবা মী অমা ওইবনা অনাবদু ১০ নি ১৫ নি ২০ নি ৩০ নি লৈরগা শিগনী হায়বদু খঙবা ঙম্বনা ময়ামগী মতেং পাংবা ঙমখি, খ্বাযনা খগেন্দ্রজিৎপু মাইবরেন হায়না কৌনখি।

# ঈশৈ লীলানচিংবা কালাকার অমা ওইনা ফ্রিদম ফাইটর খগেন্দ্রজিৎ এলাইজ ইবুংঙোহলনা তৌরকপা থবকশিং

ফ্রিদম ফাইটর লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ জ্যোতিষ রত্নাকর, ইং কুমজা ১৮৮৫ গী সেপ্টেম্বরগী তাং ১৩ লাংবনগী ৫ নি পানবা নোংমাইজিং নুমিত্তা ৱাংখৈ কোংবা লাইশ্রম লৈকাইদা পোকই। অপোকপা মপাগী মিংনা লাইখুরাম সেংগোই সিংহ অমসুং অপোকপী মমাগী মিংনা রাজকুমারী থরোসনা হায়না কৌই। খগেন্দ্রজিৎপু খ্বায়না ইবুংঙোহল হায়নসু খঙনৈ। খগেন্দ্রজিৎ পোকপা মতম অসি মণিপুরদা চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজনা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লিঙৈগী মতম্নী। খগেন্দ্রজিৎকী মপা পোকপা মপু লাইখুরাম কুলধ্বজ সিংহ, চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজগী মতম অসিদা মহাবলি ঠাকুরগী সেবায়ত ওইনা লৈরকখি। য়ুমদসু রাধা কৃষ্ণগী মুর্ত্তি লিংদুনা লাই সেবাগী বামোন থমদুনা লাইশঙ - মান্দপ শাদুনা লাই লাৎপা মীশক্নি। কুলধ্বজ সিংহ, লম্বোইবা মীশক অমা ওইরম্মী। মরম অদুনা খ্বায়না মহাকপু বাবাজী মহন্ত হায়না খঙনরম্মী। খগেন্দ্রজিৎপু পোকপী মমা রাজকুমারী থরোসনাবু পোকপা মপাদি, রাজকুমার সিংহ ধ্বাজ হায়না কৌই। ঙাংবম খোংনাংখোং হায়রগা খংনবা হৌজিকমক্কী গৌহাটি হায় কোর্ট লৈরিবা মফম অসিদা লৈরম্বনি। য়ুমদা লাইমক লাৎত্রবসু সনা কোনুংগা নরুনা লৈবত নত্তনা সেনাপতি কোইবেংগদি য়ুম থংননা লৈবা হায়বা ফাওবা য়াবা শোরোক অদুতনা খনবা মফমদা লৈবনি। সেনাপতি কোইরেংনো বীনা মচন্দ্র লাৎতুনা কোনুংদা তৌবগুম্না তোয়না জগোই রাস কৎপা, ঝুলোন যাত্রানচিংবা কয়া তৎতনা তৌরকখিবা পুন্নমক্তা রাজকুমার সিংহ ধ্বজনা শরুক য়ারকখিবনি। মচানুপী থরোসনাসু লাই সেবানচিংবা কয়াদা শরুক য়ারকপী, সনা কোনুংগী চৎনরোল খংবী লাইগী সেবাদা থৱায় য়াওরকপী অমা ওইরম্মী। মশামকসু গোপী অমা ওইনসু জগোই রাশ য়াওরকখিবা মীশক অমা ওইরম্মী। রাজকুমারী থরোসনাবু পোকপা রাজকুমার সিংহ ধ্বজ চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজগী মতমগী অফাওবা ঈশৈ শকপা মীশক অমনি।

অৱাবা, অনংবা অৱাৎ-অপা হায়বদু মশক খঙলক্তবী রাজকুমারি থরোসনানি অদুবু খগেন্দ্রজিৎ পোকপা থা অহুমদং শুরকপা মতমদা খগেন্দ্রজিৎপু পোকপা মপা

সেংগোই সিংহ লৈখিদ্রে। মপুরোইবা সেংগোইগী সম্বৎ শরিক শোন্দ্রিঙৈদা মকুবোক কুলধ্বজ লৈখিদ্রে। মতম অদুদা মাগী অমত্তা ঙাইজরবা মচা খগেন্দ্রজিৎপু চাওননবা অমসুং মী অমা ওইননবা করন্না হোৎনগদগে হায়না ৱারীঙৈগী মতমদা মপা সিংহ ধাজ্ব লৈখিদ্রে অহন ওইরবী মমা থঙ্গোং দেবী, পীক্লিবা মৌপ্পা রাজকুমাব নবদ্বিপ সনাবু য়োক্লনবগী থৌদাংসু মহাক্কী ওইরম্মী। মতম অদুদা রাজকুমারীনা কোংবা লাইশ্রম লৈকাইদা লৈরিবা লৌগা কোন্নবা ইংখোল অদু লাইশং মান্দপ লাইনচিংবা পুন্নমক অদু লাই সেবা চৎপিরিবা হিদংময়ুম ধনেশ্বর শর্ম্মগী মফমদা শিন্নরম্লগা ৱাংখৈময়ুম লৈরক্তা ইংখোল মচা অমা লৈরগা মচিন মৌপ্পা মমাগা পুন্না লৈদুনা হিংননবা হোৎনরকখি।

রাজকুমার নবদ্বীপ সনা অঙাং ওইনা মপাদগী ঈশৈ নীংথিনা তমহৌই। মপানা ঈশৈগী লাইরিকসু য়াম্না থম্বীরম্মী। মাগী ঈশৈগী লাইরিক ময়াম অদু উবদা মীয়াম্না ঙক্লরম্মী। খগেন্দ্রজিৎসু অঙাং ওইনা য়ুমদা লৈমিন্নরিবা রাজকুমার নবদ্দিসনাদগী ঈশৈ তম্বা হৌখি। লোয়ননা মপু মমাক মখোয় অনিমক ৱাংখৈ লৈকাইদা লৈবা নোংমাইথেম চায়গোইদগী ঈশৈ তম্বা হৌই। খগেন্দ্রজিৎ মথৌনা মরীংজেল লৈবা মীশক্লি। য়াম্না নৌনা মমান্নবগা বাশক ফাংনদুনা ঈশৈ শকপা হৌরকখি। রসকী ঈশৈসু ফজনা তম্লকখি। অসুম তৌনা মতং মথং চৎথরকপা অদুনা গৌর লীলাগী তীর্থ বাসি শাবা, মধু শাবা, কয়া তৌরক্লে। খগেন্দ্রজিৎনা য়াম্না নুংঙাইজবদি নোংমাইথেমগী ওজা চায়গোইগী মচা নিপা অহল শ্রী নিমাইচান্দ সিংহনা মাগী মতেং য়াম্না পাংবিখি। নিমাইচান্দ সিংহ, মমিং লৈবা শৈশকপা অমসু ওইরিবনি। মদুগা লোয়ননা মাইবগী থবক তমশিনখি। অমসুং ৱাহেংবম লৈকাইদা লৈবা রাজকুমার রামসনাগী মফমদগী পাঞ্জিগী থবক নীংথিনা তমখি। শ্রীরামসনান্না মীনুংশিগা লোয়ননা থৱায় য়াওনা তম্বীখি। খগেন্দ্রজিৎ, পাঞ্জি তম্না তম্না বাশক ফাংনবা, রশগী ঈশৈ ফাংনবা কন্না তৌখৎলকই। রথ যাত্রাগী মতমদা নিপা খুবাক ঈশৈসু কন্না শকলকলে। নুপী খুবাক ঈশৈ তম্বীবগী থবকসু য়াম্না তৌরকই। অসুম তৌনা হোৎনরকপদুনা মশাগী চহী ৩৭ লোম শুরকপা মতমদদি মণিপুরগী মপান্দা চৎতুনা শেল তানশিনবা পাম্লকএ। তশেংবদি মানা তমজক্লরিবা মহৈশিং অসিমক মমান্নবগা চাংদম্ননিংবা অসি য়াম্না পাম্লক্লে। মহাক্লা কাছারদা চৎতুনা মাইবা অমদি পাঞ্জিগী থবক্তগী শেল য়াম্না তানবা ঙম্লে। মতম অদুদা কাছারদা মোইৱাং মাইবা হায়না কৌবা মাইবা অমসু লৈরমদুনা মঙোন্দগীসু মাইবগী হীরম অসিদা খরা কুপ্না তমশিক্লে। মণিপুরদা হল্লক্লগা মানা খল্লক্লে। ইংশোক ১৯২৩ হৌগৎলকপদা মহাক্লা ভারত শীনবা থুংনা চৎলগে হায়না

যাত্রা তৌরে। মতম খরা কাছাবদা লৈদুনা শেল তানশিল্লবা মতুংদা বাঙ্গলা দেশকী নবদ্বীপতা য়ৌখ্রে। নবদ্বিপতা পাঞ্জিগা মাইবগা লম্বী অনিসিদগী শেল য়াম্না ফংবা ঙমলে। অরু অরুবা অনাবা করাসু মাই পাক্লা লায়েংবা ঙমখিবদগী খগেন্দ্রজিৎকী মীং অসি অবাং নোংপোক ভারত্তা শিনবা থুংখ্রে। মতম অদুদা ত্রিপুরাগী কোনুংদা ত্রিপুরাগী মহারাণী শ্রীমতি রত্নমঞ্জুরি দেবী, মাইবা খুৎ থারবগী থাক্তা নাদুনা লৈরম্মী। মহারাণী শ্রীমতি রত্নমঞ্জুরিগী লাইয়েংনবগীদমক ত্রিপুরাগী নিংথৌ বীর বিক্রম মনিক্যি বাহাদুরনা টেলিগ্রাম্না ভারাগা লোয়ননা থারকপদগী থুনমক খগেন্দ্রজিৎনা নবদ্বীপ থাদোক্তুনা ত্রিপুরা থুংখ্রে। ত্রিপুরা য়ৌরগা ত্রিপুরাগী মহারাজ, বীর বিক্রম মনিক্যি বাহাদুরগা উন্নরবা মতুংদা মহারাণীগী অনাবদু লায়েংখি। অমসুং য়াম্না থুনা অনাবদু ফাহনখি। মচা পোক্তবী, লুখ্রা ওইরবী, অহল ওইরবী শ্রীমতি রত্নমঞ্জুরি দেবীনা খগেন্দ্রজিৎপু ঈশ্বরনা মাগী মচা ওইনা পীবীরবনি হায়বগা লোয়ননা অয়োকপা মচানি হায়না লৌখি। খগেন্দ্রজিৎপু মতিক চানা তলব পীদুনা প্রাইভেৎ সেক্রেটরি হাপখি। মণিপুরদা লৈহৌরিবা মমা রাজকুমারি থরোসনাবু লৌহল্লুরগা ইংশোক ১৯২৬ তা ভারতকী তীর্থ কোইখিবম্মী। খোঙচৎ অদুদা গাঙ্গাগী বরানসি ঘাত্ততা স্নান তৌরিঙৈগী মতমদা অথাপ অথাপ্পদগী অশিবা পোরক্লগা পোৎলোয়বা উরম্মী। মদু উবদগী হরিশ্চন্দ্রগী বারী নিংশিংনরকই। ত্রিপুরা য়ৌরগা হরিশ্চন্দ্রা লীলা তৌন্নবা মহারাণিনা হায়খিরম্মী। খগেন্দ্রজিৎ, হরিশ্চন্দ্রগী লাইরিক বারী চেৎনা থমজবা মীশক্নি।

সুর্য্যবংশাগী নিংথৌ হরিশ্চন্দ্রগা বিশ্বামিত্র মুনিগা অনিগী অঙম তান্নবা মতাং অমদা অমনা দানতৌবা অমনা দানলৌবা অসিদগী অঙম তান্নরকপদগী মরৈবাক কৎথোক্তুনা বিশ্বামিত্রদা পীথোক্লম্মগা হরিশ্চন্দ্র কাশীদা মশা মীনাই ওইবদা মহারাণী শব্যা ফাওবা য়োনথোক্তুনা হরিশ্চন্দ্রদি চন্দালগী মীনাই ওইদুনা লৈখি, হরিশ্চন্দ্রগী আদর্শা মাগী দানযঞ্চ কুনদদা ঘী চফু চফু থাদদুনা মৈচাক হাপখি, বিশ্বামিত্রনা। অদুবু অরোইবদা দানবীর হরিশ্চন্দ্রনা পুর্নহুতি পীগদৌরি।

মালেমথক্তা মীওইবনা হীংচা য়াইতম্বগুম্না অত্যাচার কয়া তৌরি অদুবু মালেমনা অশাউবা মায়থোঙ উৎপীখিদে অদুগুম্না হরিশ্চন্দ্র, বিশ্বমিত্রগী কুতনীতি চাংয়েং কয়াদু নোক্লা নোক্লা খাংখিবা, মীশক্নি? মদুবু তারগা বিশ্বামিত্রনা শাওনা খুম্মি? ঐনা মায়থিবা নত্তে - মমৈ মকোক খংদনা খাংলিবদি হরিশ্চন্দ্রনি মশাগী জাতি ফাওবা খাক্তনা দান তৌরি। মাদি তশেংবা বৈষ্ণবনি, বৈষ্ণবকী জাৎ লৈতে মানা তাক্লি। য়েংজৌ মহাপুরুষ ষনিনা মশাগী মথৌ ঙাকপদা খুবৈ অমা নিংহন্নদ্রি, অসিনি সত্যবাদী বীর মহাপুরুষ দানবীরনি খংজৌ? বিশ্বামিত্র শাউমলখিদুনা ফৈ, মঙোন্দা ঐনা পীগদবা পরীক্ষা লৈরি

মচা রোহিতাশ্বগী অশিবা মশা পীদুনা মচা কায়নবগী মৈচাক অমুক হাপকনি ঐ চৎলে চৎখি বিশ্বামিত্র ?

(মোংফম)

হরিশ্চন্দ্রনা হায় — কনানো ? থেংলবা অহিং মীচিক মীরাউখোন তাখিদবা মায়কৈ পুম্বা নোংলৈ নুংশিৎ অখাক-অরাউনা মীপুম খুদিং মপান থোক্লাদ্রবনী হায়রুনু - মমাওইবীশিং মথানুংদা মাগী মাগী মচা কোঞ্জদুনা তুমিন তুমিন তুমখুন তানরবা মতম ইমা নংগীদি থম্মোয়নুংদা লোৎচবা মনিদু পুন্নমক্কি উন্নফম মোংফমদা থম্লগে লাকইব্রা ? কনা লৈজদ্রবী, লুখ্রাবীওইরবনা ? ঐহাক। মদু নত্তে ! ইপুরোইবা লৈনা লৈতবগী দশা ফংলবী ঐনি। অদুদি মতম শিদা ঐগীসু মপুরোইবা লৈন-লৈনা লৈতবী অনিশুরবা ! (অশিবা অঙাং অদু য়েংলুরগা) নুংশিজবা মচাগী অরোইবা মতম উনজবা ফংহৌদবা মপাগী মপোক্তু অফবা ওইরমগনি ঐ হায়বা ঙম্মোই। করি অসুক পীকলিবা অঙাং অসিবু মহূ পানবনা শোকপনি হায়বা ? হী: অঙাং অসিনা ব্রাহ্মন্দা লানখিবা ? নহানমুক্কী মপোক্তা লংজখিবা ওইরমগদ্রা ? মী অমা পোৎলোয়বগী মমল অদু থনম্মোদনা ? হা: করি মচা অশিবগী পোৎলোয়মল পীজবা ঙমদবী মমা অমনি হায়বা ? অদুগা মীনায়নুবীনিসু হায়বা ? আ: মপা অদু মশক খংনিংখরেদকো ? করি এ .... মহাক অদুসু মবুকচেন চাউবা দান ধর্ম্মদা মথ্বায় ফাওবা কৎথোকপা মীওইনি, মহাকসু মীনাই ওইখিবা। তুমিন্না অদুগুম্বা মীওই মালেমদা লৈরম্মোই ? অদুগুম্বা মপাদুগী মচানিনে পোৎলোয়মল পীবিনিংঙায় লৈত্রিবসে ?

কান্নদে ইমা নংগা ঐগা ব্রা শাংথনা ঙাংনবগী মতম নত্তে, নংনা শেৎলিবা ফী অদুগী তথ্বায় অমতং পোৎলোয়মলনি হায়না মহাজনদা উৎকে। চৎলো ? শব্যানা শাউনা নুপীনা শেৎলিবা ফীবু তথ্বায় থনম্মু হায়বা ঙম্বা নুপা নংগী থম্মোয়নিকো। ঐগী থম্মোয় চাং য়েংদুনসু খংজবা ঙমলোয় ? কনা অমতনসু ঐগুম্না নংগী নতেং অসুন্না পীরকলোয় নুপী। কদায় পীযুনে পোৎলোয়মল পীরমদবা য়ারোইনে (পায়গে তৌরকই) ঐবু শোক্কনু চন্দাল ? ঐগী চেৎনা থমজবা সতীত্ব মাংহলগেরা চন্দাল। শব্যা: মতাং অসিগুম্বদা নংগীসু ঙাকচনবা নপাঙ্গল লৈজরমখিগদ্রা ? করি চন্দাল: নংগী নুপীদুসু শব্যা কৌজরিবোরে ? শব্যা: নহাক্কী নুপীদুসু ঐগুম্না মপুরোইবগী নাক্তা লৈজবা ফংদবী অমরা ? হায়য়ু ইমা ? নংগী নমিংসু শব্যা কৌবরা ? করিসু লৈতবা চন্দাল অমদা পরিচয় পীগদবা নুপী নত্তে। ইমাগী ইবুংঙো রোহিতাশ্ব: নং লৈরম্লবদি অসি থোকলোয়দকো: শিরিবা অঙাং অসিসু রোহিতাশ্ব ? কৌরিবকো ? ইপাগী ইবুংঙো রোহিতাশ্ব: দশাসি নংনা তাবা থোক্রুবদা নমা শব্যা দুনা ওইরমগদবা শক্তম ইপানা

য়েংজবা ঙমলমলোয়। শব্যানা মতৌ অদু উরগা হা: অযোধ্যাপতি: নহাকপু হুজিক ফাওবা ননাইগী মাংদা লেপ্পীরদ্রেদকো! হরিশ্চন্দ্র নংগী নরান করিনো? মাংদা তাদুনা লৈবা শিরবা ইচাবু কোঞ্জদুনা কপচবা ফংজখিদবা মপানিদকো ঐহাক?

শব্যা ঃ - ঐ নোক্তবা ঙম্লরোই। করিসু লৈতবা পোৎলোয়বা পাপী চন্দাল অমনসু অযোধ্যাপতিনি হায়জবা শারিদকো? নংখংদ্রি মশাগী য়েংদনা ধাক্তানা কৎথোকপা লোয়নবী য়োনথোক্তুনা ব্রাফনগী দফিনা কৎপা ত্যাগী সত্যগ্রহী মহাক অদুদি লাইরৈপাক্তা লৈরুবদা মতিক চাদবা মহাকনি খংজৌ? হরিশ্চন্দ্রনা শব্যা : হরিশ্চন্দ্রবু নংনা খংবা ঙমখিদরেদকো?

শব্যা . চেনশিঞ্জদুনা মহারাজ? ননাইনা লংজখিবা ইরান অমুক্তদি ঙাকপীয়ুবা কৈদৌবগে? (হরিশ্চন্দ্রগী খোংদা তুজরি) ইপাগী রোহি। ইপাসু লাক্লে। (মচাদা কোন্দুনা কপলি)

মতমদুমক বিশ্বামিত্র লেপলবে মহাক্না রোহিতাশ্ববু হিংগৎহললে। হরিশ্চন্দ্র মহারাজদা দান ওইনা মরৈবাক হন্দোক্লে অমসুং নিংথৌ মহারাণীগী ফিজোল লাংদুনা নিংথৌ ওইনা পালহনখরে।

খগেন্দ্রজিৎনা হরিশ্চন্দ্র লীলাগী ভোলুম অমা ইথোক্লে। মতম অদুদা ৱাংখৈময়ুম লৈরক্তগী গুরুময়ুম গৌরনিত্যাই শর্ম্মা, ৱাংখৈ থম্বালখোংদগী খোংজোম - পর্ব্ব শকপা লুক্রাম চাউবসু ত্রিপুরাদা লৈরম্মী। উচেক্কোনদগী পাংঙম্বম তরঙ্গো অমসুং থোকচোম তোনশিজসু ত্রিপুরাদা লৈবা মতন্নী। শামুরাইলাৎপম কৃষ্ণমোহোন শর্ম্মদি মমানা মহাবাণী রত্নমঞ্জুবীগী পুজারি ওইদুনা ত্রিপুরাদা লৈবা মতমনি। খগেন্দ্রজিৎকী ইমুংগী মী পুন্নমকসু ত্রিপুবাদা লৈরবা মতমনি। মতম অদুদগী লীলা অসী শান্ননবগী থবক পায়খৎলক্লিবসি। শ্রী গুরুময়ুম গৌবনিত্যাই শর্ম্মনা হরিশ্চন্দ্রগী পার্ট লৌরে। লুক্রাম চাওবনা শব্যা মহারাণীগী পার্ট লৌরে। পাঙ্গবম তরঙ্গোনা বামোন ফত্তবা, থোকচোম তোনসিজনা বামোনগী মনাইগী পার্ট লৌবে। অদুগা খগেন্দ্রজিৎ মশামক্না বিশ্বমিত্রগী পার্ট লৌখি। ত্রিপুরাগী মী তরুক্তা লাইখুরাম ইবোবীগা মী তরেৎনা শোরারেনগী জগোই সাবীগী পার্ট লৌখি। কোংপালদা লৈবা লাংগোনজম অঙৌনা মুনিগী শিষ্যগী পার্ট লৌখি। মতিক চারবা শক্লাইরবা ময়াম্না পার্ট লৌরে তম্বীবসু খগেন্দ্রজিৎ মশামক্না তম্বীখি। হায়রিবা লীলা অসি ত্রিপুরাগী কোনুংদা খ্বায়দগী হান্না শান্নে। শুমাংলীলাগী মওংনি। লীলা হৌরকপা মতমদা গীত গোবিন্দগী বিহরাতি- হরি-রিহ হায়বা ঈশৈ অদু শকখি। জগোয়শাবীশিং অদুনা বন্দা লৈ হেকপা লাকপা

মতমদনা মধুর-শ্রী বৃন্দাবন বিহার কবে বন-মালা হায়বা ঈশৈ অদু শকখি। অসুম তৌনা শান্নখিবা লীলা অদু ত্রিপুরাদা অণ্ডকপা ফংনা নুংঙাইখিবা লীলা অমা ওইখি।

খগেন্দ্রজিৎ, পাঞ্জি অমদি মাইবগী থবক্তা লৈব নত্তনা ঈশৈ অমদি লীলানচিংবা কালাকার অমা ওইনসু মহাক্কী থৌদাং চপচানা তৌবা ঙম্বা শক্লাইরবা কালাকাব অমনি হায়বসি মহাক্কী বারী অমদি মানা তৌথোরকপা থবকশিং অসিনা শেংনা তাক্লি। খগেন্দ্রজিৎনা মমৈথংদদি মৈতৈ ঈশৈ শকখি।

## মৈতৈগী খুৎশু-খুৎলাই থাঙ-তা, গদা, অরাম্বাই হূনবগী মায়কৈদা ফ্রিদম ফাইটর খগেন্দ্রজিৎনা তৌরকপশিং

ঙসিদগী চহি ১১৩ মমাং খৃ: দগী কুমজা ১৮৮৫ সেপ্টেম্বর ১৩ শকাব্দ ১৮০৭ ভাদ্র ২৯ লাংবনগী ৫ নি পানবা নোংমাইজিং নুমিৎ তুলা রাশিগী পুংফমদা লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ (ইবুংঙোহন) ৱাংখৈ কোংবা লাইশ্রম কৈদাইদা পোকখি। অপোকপা সেংগোই সিংহ অমসুং অপোকপী রাজকুমারি থরোসনা হায়না কোই। খগেন্দ্রজিৎনা পোকপা চহি অদুমক্তদা মহাক্কী মপা অমসুং মপুবোক লৈখিদ্রে।

অপোকপা মশক খংহৌদ্রবা খগেন্দ্রজিৎ চিংগাংবম বংঙোয় সিংহগী লমজিং মখাদা থাঙ-তাগী ওজা কাংঙবম তুলসিংহ নিংথেম পুখ্রি মপান্দা লৈবদগী শাথেং-লানথেংনবগী মহৈশিং নিংথিনা তমলকখি। হায়রিবা ওজা অসিনা তাকপিরকপা মতুং ইন্নদি খগেন্দ্রজিৎনা হৈবা থাঙলোন অসি থাঙ্গাল জেনেরেলগী থাঙলোনশিংদু মহাক্সু খবমখৈদি হৈরেমফম থোকই। হীরম অসিদা মপুং ওইনা নৈনজরিবসিদি খগেন্দ্রজিৎনা মৈতৈ থাঙ-তাগী মরমদা কৎথোকলম্বা থবকশিং অদুতবুনি।

খগেন্দ্রজিৎনা অহানবদা গৌড়িয়া বৈষ্ণব লাইনিং চৎলম্মী। মৈতৈগী ওইবা লায়রিক কয়া ৱাংখৈ তোকপম লৈকায়দা লৈবা তোকপিয়া পন্দিৎকী মফমদগী নৈনবা ফংখি। মথঙদা ১৯৪৫ গী অদুৱায়দা 'লৈসেমলোন অরিবা' পুয়াবু কুপনা নৈনরবা মতুংদা মনাৎপু মশক খংজরক্নুনা হান্ন চৎলম্বা লাইনিং-লাইশোন, তিনশোন, লিচৎ-সাজৎ, চকচা, ফমফম, য়াহিপ নৌহৌন্না পুক্নীং লুপশিল্লকখি। খৃ: ১৯৪৬ শজিবুগী ১৫ নি পানবা লৈবাকপোকপা নুমিত্তা ৱাংখৈ অয়াংপল্লিদা লৈবা ৱাংখৈময়ুম গুলাপমচাগী ময়ুমদা পাখংবা লাইনিং ফোংদোকখি।[১]

নৈনগদৌরিবা হিরম অসিদা চংশিনজদ্রিঙৈদা লৈখিদ্রবা ওজা শ্রী খগেন্দ্রজিৎনা থাঙ-তা হূয়েন লাল্লোং তম্লকখিবা ওজা গুরুশিং অমদি মখা শমদহৌবা ওজাশিংগী পরিং অমতং মাংজৌননা থমজরি। মসিনা নৈনরক্কদৌরিবা ৱারোলশিংদা খরদং ওইরবসু মতেং ওইগনি খনজে।

লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎনা থাঙ-তা তন্নকপগী মরি -মখোং

থাঙ্গাল জেনেরেল, - (১৮২৫-১৮৩৪) মৈদিংঙু গম্ভীরসিংগী (১৮৯১) মতমদগী লৈরকলে।

থাঙ্গাল জেনেরেল (চিদানন্দ সিংহ)

কেপতেন মাই ব্যাঘ্র সিংহ

কাংঙবম তুলসিংহ (মহারাজ চুড়াচান্দসিংগী মতমদা তোপ গারত্তা থবক পুবম্বা মীশকনি)

লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ (ইবুংঙোহল) সিংহ (১৮৮৫-১৯৪৮)

থোকচোম ইবোহন সিংহ (উচেককোন)

পাঙম্বম তরঙ্গো সিংহ (খৃ: ১৮৯৯-১৯৮২) না থোকচোম ইবোহন্দা হান্না তমলবা মতুংদা শ্রী খগেন্দ্রজিৎতা মখা তমথখি।

(১) থোকচোম বরাজাউবা সিংহ

(২) লাইথংবম তোমচৌ সিংহ

(৩) লৌক্রাকপম মাইপাক সিংহ

(৪) লাইথংবম ইবোতোম্বী সিংহ

(গুরুমযুম গোরকিশ্বর শর্ম্মা (১৯৮৩) দা সংগিট নাটক একাদমী এৱার্ড)[২]

খগেন্দ্রজিৎপু শিনতাকপিবম্বা কাংঙবম তুলশিংনা তাকপীবম্বা থাঙ-তা, খুৎশু-খুৎলায় অমদি পাখংবগী মশাদগী পুথোকখিবনি হায়বদু চেৎনা থাজরম্মী। "থাঙলোন থাঙচৎ" হায়বা অরিবা মৈতৈ খুৎই লাইবিক্তা অসুন্না ইরি "তিন শিদবনা চাকসৌ মপিগুম্বা নুমিৎ খুদিং শৌদুনা শেমলকপা মহাক্না মথনত ইনখাইরগা পোকখিবনা ময়ানা শিংজং, য়োৎ ওইখিয়ে। মমিংদি চাখাবা কৌএ। তিন শিদবগী মরৈনা পুক্কপ্ থাঙ ওইখি"।[৩] মসিদা হায়রিবা তিন শিদবা হায়বসি পাখংবনী হায়বগী মতাংদা পাখংবা নাউয়োম কৌবা খুৎই লাইরিক্তা অসুন্না ইরি "তিনশিদবা হায়বদি পাখংবনে, পাখংবনা নুমিৎকি মপুক মনুংদা হুনজিনখরে সনা ক্বা কোক মনুংদা শিদবা কৌনা লৈরে"।[৪]

খগেন্দ্রজিৎনা থাঙ-তা অমদি অরাম্বাইনচিংবা তমলম্বদুনা অরিবা লায়শোন তিনশোন, পাথাঙ-ফুথাঙদগী চৎনরম্বা লীচৎতা মপুক্লিং লুপশিনবদা মতেং অমসু ওইখি। থাঙ-তাগী মহৈনা লমচৎ-শাজৎ শেমগৎপা, অচুম-অরান মশক খঙহনবদগী মপুকনিংদা ফাওরকপদুমক থবক ওইনা পাংথোকলম্বনি। খৃ: ১৯২৩ দগী খগেন্দ্রজিৎনা

মণিপুর থাদোক্নুনা তীর্থ কোয়বা চৎখিবদগী ত্রিপুরাদা মণিপুরগী মৈদিংঙ্গু দেবেন্দ্রসিংগী (খৃ: ১৮৫০ -থা অহুম পানলমএ) মচাইবেম্মা ত্রিপুরাগী মহারাণী শ্রীমতি রত্নমঞ্জুরী দেবীগী মনাক্তা প্রাইভেৎ সেক্রেটরি ওইনা চহি তরেৎলোম লৈরবা মতুং ১৯৩০ দা অমুক মণিপুরদা হল্লকখি। ওজা খগেন্দ্রজিৎনা হৈরম্বা থাঙলোনশিংগী মনুংদা থাঙবী ৬, ১২, ২৪ হৈরম্মী হায়বসি শ্রী পাঙম্বম তরঙ্গো সিংহগী সেমিনরদগী খংবা ঙম্মী।[৫] খৃ: ১৯২৫ ওজা খগেন্দ্রজিৎকী সেবক তরঙ্গো অমসুং থোকচোম ইবোহলসিংগা ত্রিপুরাদা লৈমিন্নখি। মতম অদুদা ত্রিপুরা কোনুংদা থাঙ-তাগী কুম্মৈ মরক-মরক্তা উৎখি। শ্রী ইবোহল অমসুং শ্রী তরঙ্গো অনিগী থাঙ-তাগী কুম্মৈ উরগা মণিপুরগী শা-লানগী লানলোংবু ত্রিপুরাগী প্রজা মীয়াম্না থাগৎনখি, লোয়ননা মৈতৈ লৈবাকপু হেন্না ইকায় খুমনখি।

শ্রী খগেন্দ্রজিৎনা শা-লানগী মহৈদা মীয়াম্না ময়াই ওইরপ খংনরগসু মদুদা শিনফম অমা ওইনা লৈরম্বদি নত্তে, নীপা অমা ওইবগী মথৌদাং ওইনা থাঙ-তা হায়বসি তৌদ্রবা য়াদ্রবা মশা কনজনবা, মশা ঙাকচনবগী, অমদি মরৈবক্কীদমক তমনরমলিবনি। অদুমকপু মমি শামি উহৌরবা ইতম তমহৌদ্রবা মচা মশুশিংনা চৎলিবা থা মচেৎ-শাবা খোঙফম, খোঙফম অহুম, ফুঙ্গা নুঙদুম খোঙফম মরি ময়াম অসি য়েংলগা মনুং হকপা, মনুং হক্লা যৌশিনবা খুৎলোন, খোঙলোন খরা লৈরমগনি হায়বগী থাজবদি লৈ। ওজা খগেন্দ্রজিৎকা নক্লা লোয়নরম্বা মাগী সেবকশিং থোকচোম ইবোহল অমসুং পাংঙম্বম তরঙ্গো (খৃ: ১৮৯৯ - ১৯৮২) লৈপাক মীয়াম্না শিংথানরিবা ওজানি। মসিমক্লা শ্রী খগেন্দ্রজিৎনা থাঙ-তা হৈরম্মী হায়বগী লেংদ্রবা খুদম অমা ওইরি।

লমদমসিদা থাঙগী মহৈ অসি মপুঙ ওইনা মখল অনী লৈরম্মী মদুদি লৈতেং থাঙ অমসুং য়ান্না তাঙ (লানথাঙ) অসিনি। মণিপুরদা লৈরমলিবা থাঙ মখলশিং অসি খৃ: ৩৩ মৈদিংঙ্গু নোংদা লাইবেন পাখংবনা পানবদগীনা ঙসি ফাওবদা চাওরাক্লা মখল ১৫৩ রোম লৈরম্বা থেংনৈ। ইরাৎ-থৌনি, য়ুমদা শিজিন্নবা, নিংথৌশিংগী থাঙ, লাইগী ওইবা অসি চাওরাক্লা খরদং পনলমফম থোকপরা খনজদুনা পৌরপ্না থমজরি।

থাঙ মখল ঃ ১) লাইগী ওইবা থাঙ মখল .................. ৭৩[৬]

২) য়ুমদা শিজিন্নবা মখল ............ ......... ৩৩[৭]

৩) নিংথৌশিংগী থাঙ মখল .....................৩২[৮]

৪) চিংগী লমদা লৈখিবা ......................৮[৯]

৫) য়েক তরেৎকী থাঙ .................. ৭[১০] অসিনচিংবা।

থাঙশিং অসিগী মমিংশিং অদুদি হিবম অসিদা য়াম্না চাওখিগদ্রা খঞ্জরুবদগী হাপচদ্রে।

থাঙবু মৈতৈলোন অরিবদা কতেং কেজৌ কৌই। থাঙদি ইপানে, চুঙদি ইমানে।[১১] লমসিদা শিজিনরম্বা থাঙ খরদি মহৌসাগী ওইবা পোৎশকশিং জীব, পাম্বীশিংদগী লৌদুনা শান্নবম্বা ৱাফম কয়া থেংনজে। খুদম ওইনা খরদং পল্লদা উচেক, চেকলাওবীগী মচিনগী মওং, চুমথাঙ কৌবা নাপীদগী ঙাবিন, তেংবাদগী, ৱানাদগী, উনা অসিনচিংবা কয়াদগী মতৌ মওং তমদুনা সান্নরম্মী।[১২] খুদম ওইনা মৈদিংঙু চরাইরোংবগী (খৃ: ১৬৯৭-১৭০৯) গী হাক্তক্তা ৱানাগী মওং লৌদুনা থাঙ শাখিবগী মতাংদা অসুন্না ইবম্মী। চরাইরোংবা নিংথৌনা তরেৎ চীংদা নোংমা লাই খুকম্বা চৎলি লম্বীদা হৈতুপ পোকপীদা পোৎথারম্মী। নোংদোনদগী ৱানা অমা তারক্তুনা কোক্তা খেৎলৈএ। মদু মানবা থাঙ শাও হায়না কবো লৈতেং মানবী মওংদা খুবোম অমা শাংহন্দুনা নুমিৎ মঙানি চংনা শাখিবগী ৱারী লৈরি।[১৩]

## চুঙ্গোয়

চুঙ্গোয় হায়বা অসিসু মপুং ওইবা থাঙ পায়বা মীনা শিজিন্নবা মশা ঙাকথোকচনবা পোৎশকনি। মসিসু অচৌবা, মচা হায়না খায়দোকপা য়াই। পাকলবদা ফুট অনীদগী অনী মখায়রোম পাকপা পীকলবদা ফুট অমা মখায়দগীদি তানদে। মসি অয়াম্বনা কোইরপ কোয়না শান্নে। চীংগী ইচিন ইনাওশিংনা মরক্তা চিথেক নাইবা মওংগী চুংঙ্গোয়সু শিজিন্নরম্বা থেংনৈ। চুঙ্গোয়খক্তগী ওইবা চুঙ্গোয় মরোল কৌবা খুৎলোন লৈ। মসি য়োৎ, ইরোই মউন, সামু গন্দা অমদি শন্দং মউননচিংবনা অয়াম্বা শান্নে।

থাঙ তমলিবা মী অমদা হৈশিংবা, খুৎলোয়বা, হকচাং খিং-খিং লাওবা খুৎলৈ থুবা হনবা তাঞ্জা ঙায়বা হৈবা, খুদোংচাবা লৌবগা লোয়ননা মিৎ, খোঙফম, থৌনা অমসুং পাঙ্গলনচিংবসি চংই। ইশাবু শোকহন্দনা শাথেংনরিবদুবু শোকহনবা হায়বসিনা থাঙ হৈবা অমগী পান্দমনি।

## তা

য়েলহৌঙৈদগী লৈরক্লবা 'তা' অসি শাফম লানফমদা য়াম্না মরু ওইবা খুৎলায় অমনি। মরম অসিনা তাগী মরমদা ময়ামগী মফমদা ৱাফম খরদং থমজগে।

তাবু মৈতৈলোন অরিবদা তিমেন, চুঙবুনা মরোং কৌই। খুদম ওইনা পনজরবদা — থাঙ্গাল চিংশাং খোকলোই হৌবদি ৱাংলৈ লবুক য়ুংনা থিংবা লাগা ফান্না ঙাওনৈবদি লোইবী কোইরেং উমু নুংথাঙ চুং য়াওরৌ শত্তম লুপাং উম্না মরোং চুংনায় হেনবা

ইঙেন লৈখেৎ তৈনা হেমোইবা চুংবু মরোং চেপ্লা য়ান্না তিসেন ঙানোয় চোংনা লুহল্লা মায়য়োক য়াররে।[১৪]

## তাগী হৌরমফম মতাংদা থাঙলোন থাঙচৎতা অসুন্না ইরম্মী

চিংঙু শিদবগী য়ুংগংনা খাংসুতা ওইখিয়ে।[১৫] তাদি ইপানে চুংদি ইমানে।[১৬] লমদম অসিদা তা মখল ২৭ রোম লৈরম্বা থেংনৈ মসিগী মনুংদা কৈ পান্নবা, কৈ, লমওক পান্নবা, শামু ফান্নবা, মী অমগা মী অমগা লানসিংনবদা, চেনখিবদা হুন্নবা তা, নিংথৌগীদা শিজিন্নবা হায়না তোঙান-তোঙানবা মশক মওং লৈরম্মী। মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদা (খৃ: ১৫৯৭-১৬৫২) খাংসু নহা হায়বা তাপু লাৎএ হায়রগী খাংসুলাকপম কৌএ হায়দুনা খাগেম্বা য়ুম্বী কৌবা পুয়াদা পনলি।[১৭]

## তাগী মখোক

তা মখোক অসি সিঙকাপ, লী, তয়াই, উ, ৱা, কংগ্রাইবী অমদি অতেংবদা য়োৎনা মখোক পানলম্বগী মতাংদা মেরা মেন তোংবা কৌবা লাইরিক্তা অসুন্না ইরমলি। 'চুঙচি' লাইচম থাঙনা, শরীক খিং খিং খিং, ওইববু তিমেন খ্বাংতপ পায়, শমু খোঙখপ তোয়না, লোইবী হাওচোং থানে।[১৮]

তাখোক অনি লোংবা লৈরম্বগী মতাংদা চৈথারোল কুম্বাবাদা অসুন্না ইরি। মৈদিংঙু নবসিংহগী মতম খৃ: ১৮৪৪-১৮৫০ দা ২০ নি লৈবাকপোকপতা তাখোকতা চৎলমমে কৎলৈ। অসিদা নত্তনা খংনংদা ওক লমও ফানবা তাদুসু ৱাচেৎ অহুন্না পুনশিল্লগা মখোক ওইবসু লৈ। তাশিং অসি চাওরাক্পা সে: মি: ১৮০ দগীনা সে: মি: ২০০ রোম শাংবা ফাওবা থেংনৈ।[১৯]

## চুঙ

চুঙ হায়বসি কনম পয়া, শওম মউন, ইরোই, শমুগন্দা মউন্না, শন্দং মউন্না শানরম্বগী ৱারী তাজে। মণিপুরদা চুঙ মখল ১১ রোম থেংনৈ। হায়জরিবা অসিগী মতুং ইন্না শাফম লানফমদা শিজিন্নবা চুঙদা শারিবা পায়াগী পরম অসি ফৈরোই য়ুংখৎ হায়না খঙনৈ।[২০] চুঙগী পাক চাওবসিদি চাওরাক্পা ইঞ্চি ৪৯ রোম শাংঙি। মরাকতা ইঞ্চি ৩০ রোম পাকই। চুঙগী ফজবা থাবদা চায়নরোল কৌবা লাইরিক্তা অসুন্না ইরি — " ..... নোংপোক খেবান খোংনা নান্দেবা উমু কোইরেং নিংথাঙচুঙ ইঙেন লৈখেৎ লাইশম চুমবুন থৌথাঙচুঙ, মরোং চুংমিৎ হেনবা নোংচুপ কমবোং অতেনবা শিলহৈবা, মখুৎশাবু ওইনবা চুংশিন্না মরোং ঙক্তা হুক খোকলাং তুংশোন্ননা খেরে মতুংইন্না থেৎথাঙ চারিখম মাকমরৈ খত্তোঙুন্না ফজে ........।[২১]

মণিপুরদা পালম্বা নিংথৌ অয়াম্বনা তা হৈনরম্মী, মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদা তা খৌশারোল ১০ পুথোক্লম্বগী মতাংদা তা খৌশারোল কৌবা খুৎই লাইরিক্তা অসুন্না ইরম্বা থেংনৈ।

| | |
|---|---|
| ১) পাফল থেঙ্গৌরোল | মীগী লৈবাক কায়নবনে। |
| ২) চগপ থেঙ্গৌরোল | মীগী লৈবাক চায়নবনে। |
| ৩) লম্লান থেঙ্গৌরোল | শা-লান চেনথোকখিদনবনে। |
| ৪) পল্লান্দবি থেঙ্গৌরোল | শা-লান হেন্দোকখিদনবনে। |
| ৫) অসুম্বী থেঙ্গৌরোল | শা-লান ময়ায় চন্নবা মরোন্নে। |
| ৬) কিশি থেঙ্গৌরোল | শা-লান পানবা, লেংদনবনে। |
| ৭) লৈনেৎ থেঙ্গৌরোল | শা-লান ঙন্নবা, ফাননবা মরোননে। |
| ৮) অতান থেঙ্গৌরোল | শা-লান তানথোক্লবা মরোননে। |
| ৯) পসি লৈখোম থেঙ্গৌরোল | লোই খোম্বা, লোই চন্নবা মরোলনে। |
| ১০) চুপশা নোঙ্গা থেঙ্গৌরোল | চুপ শাবা, লালু চোমাই চনবা, শয়াং অথৌবা চাক খাংবা, ফত্তবা লাক্লবদা শাবা মবোননে।[২২] |

মসি নত্তবা মীয়াম্না শান্নরম্বা খৌশারোন খরাসু লৈরি। পরিং নাইনা শা-ফাবা, শা থৎপা, শাথিনবা লানয়েংবা লান চেনবা, শৌ কাইবা, শৌ হায়বা, শৌ নৌপা, শৌ কানবা, শৌ খাওবগী, শৌ লৈবগী মরম। মওং ফিভম, ফিরেপ্পু অমত্তা ওইনা পুঙ্গিদুনা চোংবগী মখলদা থেঙ্গৌরোল য়াওনা মখল ৩৪ রোম লৈরি মসিবুসু খৌশাবোল কৌই।

শ্রী খগেন্দ্রজিৎনা মরাম অচৌবা মরাম নুংশেৎপা অমদি থেংঙ্গৌরোল হৈবগী মরমদা লৈখিদ্রবা ওজা পাঙম্বম তারঙ্গো সিংহগী পুন্সি বারীদগী ময়েক শেংনা খঙবা ঙম্মী।[২৩] মতৌ অসুন্না তানা লাইগী থৌরম ক্বাক তানবদা অথোই অহেন তান্নবা, নিংথৌগী মমাংদা তা, খৌশানবসি মরু ওইবা মচল অমা ওইরম্মী। শ্রী খগেন্দ্রজিৎনা ক্বাক তানবদা খৌশারম্বগী বাফম মচাশিংদগী তাজে। মৈদিংঙু চুড়াচন্দসিংহগী মতমদা খগেন্দ্রজিৎনা ক্বাক তানবদা তা খৌশাবা থাঙ হায়খিবগী মতাংদা মীয়াম্না হেন্না মশক খংনখি হায়না মচাশিংনা পাওদমলকই।[২৪]

মৈদিংঙু চুড়াচান্দগী মতমদা লৈরম্বা পানা খৌশাবগী মওংদি অসুম্না লৈরম্মী।

১) লাইফম পানা ঃ মরাম অচৌবা শাই।

২) খাবম পানা ঃ কবুই খৌশা শাই।

৩) অহল্লুপ পানা ঃ মরাম মচা খৌশা শাই।

৪) নহারুপ পানা ঃ অথৌ খৌশা শাই।[২৫]

## ঙসি ফাওবা থিজিনজরুবদা থেংনজরকপা

লমদমসিগী ওইবা খৌশারোনগী মমিংশিং খরদং ময়ামদা থমজরি — তা খৌশারোল মাপলগী মমিং —

১) মরাম নুংশেৎপা
২) মরাম অচৌবা
৩) মরাম মচা
৪) কবুই
৫) তাংখুল
৬) থেল
৭) অথৌ চুম্ফাং
৮) অথৌ খুঞ্জাও লৈচাও
৯) অতৌ অসিনি।[২৬]

## অতোপ্পা খৌশারোল খরা

(১) অতান, (২) অকাও, (৩) খুঞ্জা লৈচাও (অহোং অচাও), (৪) খুন্তাক লৈতাক, (৫) মরাম নুংজোংনবা, (৬) মরাম লুখ্রবী, (৭) মরিং পাখেৎ, (৮) কবুই খুনলেন, (৯) কবুই য়েনকাও (১০) লৈকোয়, (১১) য়াংবি, (১২) পাননিং-পনমাং (১৩) ইপা-ইপু খৌশা, (১৪) চোংফাং থেংঙ্গৌ, (১৫) ইথিং পনথিং।

থেংঙ্গৌরোল অসি মীচম্না হেক্তা সাবা য়াদে সাগদবা মীদি অথৌবা নিংথৌবু ঙম্বা মী, তাংবনলোই চাবা খুবোম য়াইশিবা, ফিরান থেৎপা মৈবুন হাইজাও থানবা মীনা শাগদবনি।[২৮]

## মণিপুরদা শিজিনরম্বা তা মখল খরা

খংনং তা, লম্বু তা, খেরে লম্বু (মচা), লাংশোই (মচা, অচৌবা) শগোল তা, খৌশা তা, তাপাক, তানাল, তারোনতা, হাকখংতা, খংসুতা, ঙামৈ তা, হাওচোং তা, কুকি, তাশোন তা, তাচিনহুম্বানা লোংবা, কোইরেং তা, হংঙোয় তা, লোঙলোন, কংনং তাদা নামতা পানবা, খংনংদা কং মরি পানবা, লোঙশা মঙা লেংবা, লোংশা তরেৎ লোংবা, লোংশা মাপল লোংবা, লোংশা তরামথোই লোংবা, মাওগী তা, শনথিন তা। অসিনচিংবা।[২৭]

ক্বাক তানবদা পানা লাওবা চৎনৈ লাইগীদা লাওবা, অমসুং নিংথৌগী মমাংদা লাওবা, মল্লাও খরাংদং পনজগে।

লাইমাংদা লাওবা মল্লাও —

১) নহাদে। লায়নিংথৌ লায়রেম্বীগী মনায়দে, খুদাং য়াইশি লোনবা, খুবোম য়াইশি চনবা অহনলুপ পানা মচা ননাইনা 'মরাম মচা' খৌশা তমজরিয়ে! খুনজাওবা, লৈচাওবা, নিংথৌ ফম্বী মরা চেৎপা, চাক-হোঙ ঙা হোংবা, কোলোয় মিংচৎপবু কুবিয়ু উই উই উই।[২৯]

২) হে মহারাজ লাইবু থোইবা চৎলবসু নুংশিৎকুম্বা, ফল্লবসু নুংগুম্বা লুপা থাঙগুম মঙান নাইবা, সনা থাঙগুম মঙান নাইবা নহাদে, নহারুপ পানা মচাদে অচৌ খৌশা তমজরিয়ে।[৩০]

অসুন্না মান্নদবা মল্লাও হাযবদি পানা পানাগী ওইনা ক্বাক তানবদা তা খৌশাবা হৌরমদাইদা শালামিকৎতুনা লাওনৈ। মসিবু পানা লাওবা হাযনা খংনৈ। মতৌ অসুন্না তা খৌশনরম্মী।

## চৈতুপ হায়বা (গডা)

খগেন্দ্রজিৎনা থাঙদা মখুৎ থুনা য়ানবা ঙন্নবগীদমক থাঙফম চুন্নবা গডা নৎত্রগা চৈতুপ হায়দুনা পম্বোম কন্ননবা খ্বাং চেংন্নবা শাজেল কয়ামরুম তৌরম্মী। হাযবা অসি মহাক্কী সেবক ইবোহল অমসুং তরঙ্গোসিংহদা তম্বীরম্বগী ৱারী থেংনৈ। শাজেলদা মখল কয়ামকুম লৈ। পাঙ্গল কন্নবা অমা নৎত্ররগসু মশাগী লৈজরিবা শওং-শাদদগী হনহদনবগীদমক শাজেন অসি য়াম্না মরু ওই। মীওইবতা নত্তনা শা-উচেক ফাওবা তিংলি য়াংলিদুনা মশা নুংঙাইজনবা শাজেন তৌনরিবনি। লাইওখ্রবা মাংলমচৎকি অহলশিংনা তৌরম্বা শাজেন মখল খরাদি মতমগা চুন্নদুনা ইনৌদা নৌরি, শাজেনশিংগী মবক্তা চীংখৈরোন অসিসু মরু ওইবা অমনি। চীংখৈরোলদি ৱাহৈ য়াওনা চোংবা শাজেননি। অসুন্না মৈতৈশিংনা তৌরম্বা মখল মখা কয়াগী শাজেনশিং লৈরম্বা থেংনৈ।

## অরাম্বাই

অরাম্বাই অসি শগোল লাম্মীনা শীজিন্নবা অখন্নবা খুৎলায়নি। শগোল থৌনা থৌনা লংবদা ফুট ৩০০ লোম শাংনা লংবা ঙম্মি। মৈতৈ লাম্মীশিংনা অরাম্বাই শিজিন্নবদা থোইদোক হেন্দোক্লা হৈ শিংলম্বগী ৱাফম কয়া থেংনৈ। অরাম্বাই লাম্মীবু

নিংথৌগী য়েৎথংবা পামবোমনি হায়নৈ। শগোল তোংবা লান্মী অমনা থাঙ হৈবা নৎত্রগা তা হৈবা অমদগী য়েক্নববু মশিং হেন্না হাৎপা ঙম্মি। হূ তৈরবা অরাম্বাই অসি মাং-তুং, না-য়েৎ হূন্নিংবা মাইকৈদা হূনবা য়াবা খুৎলায়নি। হূ তৈরবা মরমনা খজিক্তিং হেক শোকখিবদা হিংবগী ৱা লৈত্রে। শগোল লান্মী অমনা য়ামদ্রবদা নাক য়েৎ অনিদা অরম্বাই চাম্মা চাম্মারোম হাপ্লবা তেন্দোং য়ান্নরম্মী হায়নবা লৈ।

মসিদসু নত্তনা বেংগোল অমসুং আসাম, বিহার অমসুং ওরিসা কৌবা লাইরিক অমদসু মণিপুরগী শগোল লান্মীগী মরমদা অসুন্না ইরম্বা থেংনৈ। কথে হোর্স আর্ম ৱিৎ দিরায় পিকোক ফেদর সাপটেদ দার্টস ৱেয়ার টৈরর তু দি ব্রম্মিজ। দা ব্রফান ইস্র পুর রাইদর, হোয়ারএস মণিপুরিজ আর গুদ হোর্সমেন।[৩১]

টি: সি: ফোবসন না ইবা দি মৈতৈজ কৌবা লাইরিক্তসু মৈতৈ শগোল লান্মীগী মরমদা মখাগী অসুন্না ইরম্মী। দি কেবল্লরি ওফ মণিপুর বেত্তর নোন এজ দা দি কসে হোর্স, ফাওট বোট ফ্রোর এন্দ এগেন্সট ইউজ ইন্দা ফার্সট ব্রম্মিজ ৱার দিয়ার ৱিপন ৱাজ দি অরাম্বাই ওর দার্ট।[৩২]

লনাই থিজিনজরুবদা থেংনজরকপা অরাম্বাই মখল খরাসু পীজরি, মদুদি অরাম্বাই মখল অহুম থেংনৈ, (১) লংদুম মানবা অরাম্বাই, (২) ৱাহোং মতুনা শাবা অরাম্বাই (৩) ৱাচেৎনা শাবা অরাম্বাই। অরাম্বাইগী লমদা খগেন্দ্রজিৎনা মনুং মপান নাইনা মহাক্কী থাঙ তাগী অমত্তা ঙায়রবা ওজাদগী তমহৌই। নহা ওইরৈঙদা শগোল চোংলগা অরাম্বাই হূনবদদি মহাককুম্বা মী মশিং য়াল্লমদে। খগেন্দ্রজিৎনা থাঙ-তা অরাম্বাইদা হৈথোই শিংথোইববু মহারাজ চুড়াচান্দা সিংহনা খংলদুনা মতম অমদা মথন্তাবু শগোল তোংলগা অবাম্বাই তেন্দোং যন্দুনা লম্বীদা চৎপা য়াহল্লম্মি।[৩৩]

মতৌ অসুন্না মৈতৈশিংনা অঙনবা মতমদা শিজিন্নরম্বা খুৎশু খুৎলায় শাবগী মওং অসি শেম শাবা মতমদসু তরাই তরাইনা শানরমদে। য়েলহৌঙদগী হৌনা মৈতৈ লৈপাক্তা শা-লানগী খুৎশু খুৎলায়শিংগী থাঙ-তা, চুং চুঙ্গোয়, তেন, অরাম্বাইনচিংবা শাবগী থাচৎ-থাবান তোপ্না লৈজরম্মী। সুপচিন্না হায়জরবদা অফবা থাবান অমদি অফবা পুংফম য়েংদুনা হায়রিবা খুৎলায়শিং অসি শান্নরম্মী। নৎত্তুবদি মশাদা শোকপা, লানদা শিবানচিংবা থোকই হায়বগী অচৌবা থাজনবা লৈরম্মী।

## ৱারোইশিন

খগেন্দ্রজিৎনা থাঙ-তাগী অরাম্বাই অমদি শা-লানগী খুৎলোন্দা মমুৎ তানা নৈনরম্মী। য়ৈনবা তমলিবা নিপা অমদা পুক্নিংবু শাজেন তৌবনা হকচাংগী শাজেন

তৌবদগী হেনা মরুওই। শ্রী খগেন্দ্রনা পাখংবা লাইনিং নৎত্রগা হিরি কোন্দুনা পুক্লিংবু মপাঙ্গল কনখৎহলল্লীবা মরৈপাক্কী লাইনিং লাইশোন্দা পুক্লিং লুপলমলিবা মপুক্লিংবু খুদুম চন্দুনা অহনবা লৈতনা হোৎনরল্লিবা অবাবা খংদনা মশানা মসাবু কাওথোকচরব্রবা মতুংদা নৌহৌননা মীৎকপ থোকহল্লক্লিবা অসিমক থাঙ-তাগী মপাননি হায়নিংঙি। শ্রী খগেন্দ্রজিৎনা ত্রিপুরাগী কোনুংদা মৈতৈ থাঙ-তাবু উৎথোক্লুনা নাৎকি ওইবা হূয়েন লাল্লোংগী কাংলোনবু মণিপুরগী ৱাংমদা শক তাক্লম্বা লময়ানবশিংগী মনুংদা অমনি হায়না লৌবা য়াই। মশক নাইবা থাঙ তাগী ওইবা থোকচোম ইবোহল অমদি পাঙম্বম তরঙ্গো সিংহবু সেবোক ওইনা থনল্লীবা সিনদি খগেন্দ্রজিৎনা লমদমসিগী থাঙ-তাগী মহৈ-মশিং হূয়েন লানলোনবু চাওখৎনবা হোৎনরম্বা মীওই অমনি হায়বদুদি ময়েক শেংনা উৎলে। ঙসিগী মীরোন্দা থাঙ তাগী ওজানি হায়না শকখংনরিবা শঙ্গিৎ নাতক একাদমি এৱার্দ ফংলিবা ওজা গুরুময়ুম গৌরকেশ্বর শর্ম্মা মশামকসু ওজা তরঙ্গোগী সেবোকনি। পুন্নমক অসি য়েংলুরগা ওজা অসিনা হৌজিক্কী মীরোলদা লৈরম হিংলমবা থোক্লবদি মহাকপু ইকাই খুন্নবগী মিংথোল অমদি মনা মথুম কয়ানা লৈতেংলমগদবনি। হেন্না শকখংনরমগদবনি। লাইবক থিবনা মহাক্কী থাঙ তাগী মহৈবু থোকচোম ইবোহল অমদি পাঙম্বম তরঙ্গো (সুত্য গুরু) দা শিন্নরম্লগা ১৯৪৮ গী লাংবনগী ২৪ নি পানবদা তাইবংপান থাদোকখি। মসিমক্লা লমদম অসিগী নাৎকী ওইবা হূয়েল লালোংগী মাইকৈদদি অচৌবা মাংজবা অমনি হায়বদা হায়মনবা থোকলোই।

## নৈনজখিবা পুয়া অমদি মতেং লৌজখিবা লাইরিকশিং


১)  লাইখুবাম কগেন্দ্রজিৎ সিংহ, অফোংবা ঃ খগেন্দ্রজিৎ রিসার্চ্চ কমিটি, লমায় ৩।

২)  মার্সিযেল আর্টকী সেমিনার ১৯৮৬ নৃত্য গুরু পাঙম্বম তরঙ্গোসিংহগী শন্নপ্পা ৱারী, লমায় ১,২,৩।

৩)  থাঙলোন থাঙচৎ, খুৎই লাইরিক, ওজা খেলচন্দ্রা।

৪)  পাখংবা নাউয়োম, খুৎই লাইরিক, অরিবা মণিপুরী লোনগৈ, লমায় ৭৩।

৫)  সেমিনার পেপর ১৯৮৬, লমায় ২, নম্বর ২ শুবগীদা য়েংবীয়ু।

৬)  পিপলস ম্যুজিয়ম ককচিং।

৭)  লনাই খোমজিনজবা।

৮)  নিংথৌবোলগী থাঙ খুৎই লাইবিক, (ওজা খেলচন্দ্রা)।

৯)  থাঙলোন থাঙচৎ থাঙ, খুৎই লাইরিক (ওজা খেলচন্দ্রা)।

১০)  সলাই থৌনিরোল, খুৎই লাইরিক (ওজা খেলচন্দ্রা)।

১১)  থেংঙ্গৌ, খুৎই লাইরিক, খুমলম্বম য়াইমা — পন্দিৎ অচৌবা।

১২) থাঙলোন থাঙচৎ, খুৎই লাইরিক, (৯শুবগা মান্নরে)

১৩) মণিপুর ইতিঞ্চ, লমায় ৩১, খুমন্থেম কাওমচা।

১৪) (ক) থামাইলোন, লমায় ১৯, হেমচন্দ্র অমসুং কুলচন্দ্রা।

১৫) থাঙলোন থাঙচৎ, খুৎই লাইরিক, (খুমলম্বম য়াইমা— পন্দিৎ অচৌবা)।

১৬) থেংঙ্গৌরোল, খুৎই লাইরিক, (খুমলম্বম য়াইমা — পন্দিৎ অচৌবা)।

১৭) খগেম্বা য়ুম্বী, লমায় ৩২, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমি, (শাগৈ শলাইরোল)।

১৮) মেরা মেন তোংবা, লমায় ৪, য়ুম্নামচা বুধিচন্দ্রা।

১৯) চৈথাবোল কুম্বাবা, লমায় ২৬৬, লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল অমসুং এন: খেলচন্দ্র।

২০) চায়নরোল, লমায় ১৫, এন খেলচন্দ্রা।

২১) থেংঙ্গৌরোল, খুৎই লাইরিক, খুম্নলম্বম য়াইমা — পন্দিৎ অচৌবা।

২২) সেমিনার পেপ ১৯৮৬, নম্বব ২ শুবদা য়েংবিয়ু।

২৩) লাইুরাম ইবোবী সিংহ।

২৪) অচোম মনি সিংহ, খোংঙামপাৎ।

২৫) ইনাৎকী হরাউ-কুম্মৈ, লমাই ১৪, খুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ।

২৬) ওজা ইবোমচা লমবোই খোংনাংখোং (লৈখিদ্রবা) লানাই থিজিনজবদগী ফংজরকপা তা মখল।

২৭) থেংঙ্গৌরোল, খুৎই লাইবিক, নম্বর ২২ শুবদা য়েংবিয়ু।

২৮) ২৭ কা মান্নরে।

২৯) কাক তানবা, খুৎই লাইরিক, এন: খেলচন্দ্রা।

৩০) বেংগো অমসুং আসাম বিহার অমসুং ওরিসা, লমায় ৪৯৯, কম্পাইল বাই সর্ম্মসেট প্লেনে এফ আর: জি: এস.।

৩১) দি মৈতৈজ, লমায় ১৯-২০, টি: সি: হোডসন।

৩২) লাইখুরাম ইবোবী সিংহগী।

# লৌমী অমা ওইনা ফ্রিদম ফাইটর খগেন্দ্রজিৎনা তৌরম্বা থবকশিং

লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ অলায়েস ইবুংঙোহল সিংহ ত্রিপুরাগী মহারাণী রত্নমঞ্জুরিগী প্রাইভেত সেক্রেটরি অমা ওইনা মহারাণীনা তীর্থ যত্রা চৎপদা ইংশোক ১৯২৬ তগী হৌনা ভারতকী মরুওইবা মফম কয়া চৎপা য়াওরকখি। মহারাণীগী অনীশুবা তীর্থ খোঙচৎ ইংশোক ১৯২৮ দা কলিকতাদা থা ৭ লৈখি। মহারাণীনা কোলকত্তাদা লৈরিঙৈ, ইংশোক ১৯২৮ গী ডিসেম্বর থাদা ভারত কংগ্রেসকী কোলকত্তাগী মীফমদা মহারাণীগী মহুৎ শিন্দুনা খগেন্দ্রজিৎ ভিজিটর অমা ওইনা মীফম য়াওবা ফংজখি। মীফম অদুদা মহারাণীগী মীহূৎ অমা ওইনা মহাত্মা গান্ধীজিগা উন্নবা অমদি ৱারী শাবা ফংজখি। ইংশোক ১৯২৯ দা অহমদবাদতা চৎতুনা গান্ধীজিগী সর্ব্বমতি আশ্রম য়েংলুই অমসুং অনিরকশুবা ওইনা গান্ধীজিগা ৱারী শান্নবা ফংজরকখি। সর্ব্বমতি আশ্রম য়েংলুবা অমদি ভাবকী মফম কয়াদগী থেংনরকপা অমদি উরুবা কয়াদগী লৌউ শিংউবগী মরু ওইবা অমদি কান্নবা কয়া খগেন্দ্রজিৎকী পুক্নিংদা ফাওবকখি অমদি সমাজদা শোৎথনা লৈহৌবা কাংলুপকীদমক্তা লাযনা মতেং পাংবা যাবা অহানবা অমসুং অমতা ঙায়রবা থবক্তি লৌউ শিংউবনা ওইগনি হায়বা ৱাখল্লোন অসি ফাওরকখিবগুম তৌখি।

মহারাণী রত্নমঞ্জুরি ইংশোক ১৯৩০ গী এপ্রিলদগী ইংশোক ১৯৩১ গী মার্চ্চ থা ফাওবা মণিপুরদা লৈরম্লগা ত্রিপুরাদা হনখিবা মতুং ইকুই কুইদনা জুলাই থাদা মহারাণী নোঙ্গাখি। মহারাণী লৈখিদ্রবা তুংদা খগেন্দ্রজিৎ মণিপুরদা হল্লকখি।

ইংশোক ১৯৩২-৩৮ ফাওবা অন্দোলন কয়া মায় পাক্না চৎথবা য়াওরবা তুংদা খগেন্দ্রজিৎ নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাদা য়াওখি। মতম অসিদনি খগেন্দ্রজিৎনা অহমদবাদকী সর্ব্বমতি আশ্রম নিংশিংলকখিবা লোয়ননা হরিজনগী মরক্তা গান্ধীজিগুম্না আশ্রম লিংদুনা থবক পায়বমক নৎত্রবসু মদুগা মান্নরপ তৌবা মণিপুরগী লোয় হায়না লৈরিবা কাংলুপ অমগী মরক্তা চঙদুনা থবক খরা তেংবাংলুগে হায়না চপয়ুংনা খল্লকখি।

অন্দ্রোদা চৎতুনা অহানবদা মহাসভাগী মশা অমা শেমখি লোয়ননা এল. পি. স্কুল অমা লিংখৎখি। ইংশোক ১৯৩৯ গী জন্যুৱারি থাদা মণিপুরী মহাসভা অন্দ্রো

ব্রাঞ্চকী সেসন অমা খগেন্দ্রজিৎনা শিল্লম্মী। সেসন অদুদা মেলা অমসু য়াওরম্মী। লোয়ননা অচৌবা চাকলেন অমসু থৌরাং তৌরম্মী।

মহাসভাগী সেসন য়াওবা লাকপা মী পুন্নমক পুন্না চামিন্নবগী থৌরাংনি। চাকলেন অদু বামোন্না থোঙবনি। নিখিল মণিপুরী মহাসভাগী প্রসিদেন্ট ইরাবত সিংহ, ৱার্কিং কমিটিগী মেম্বরশিংগী মরক্তা ললিতা মাধব শর্ম্মা, এল: জুগেশ্বর সিংহ (এক্স এম: পি:), শ্রী নোংমৈকাপম নবকিশ্বর সিংহ, কৈশাম কুঞ্জবিহারি সিংহ, শ্রীহত জিলাদগী কৃষ্ণচন্দ্র সিংহ অসিনচিংবা কয়া য়াওখি। ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব, অহল-লমন, অন্ত্রো খুলগী মীয়াম অন্দ্রোগা নক্নবা খুলশিংগী মীওই কয়াসু য়াওখি। ময়াম অদু পুন্না চাকলেন অদু চামিন্নরগা সভা অদু মপুং ফানা চৎথখি। সভানা হিরম কয়ামুক নৈনখি। চকপা কাংবুগা ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণবশিংগা পুন্না ফমিন্নদুনা চাক চামিন্নবসি মণিপুরদা মসিনা অহানবনি। সমাজগী মরক্তা খ্বাইগা তিন্নবা তোৎনবা, চামিন-থকমিন্নবা য়াদনা চকপা কাংবুনা লৈরকপসি খগেন্দ্রজিৎতা য়াম্না নুংঙাইতনা থোকখি। মখোয়বু সমাজদগী লাপথোক্নহল্লোইদবনি হায়বসি খগেন্দ্রজিৎনা খনখি।

খগেন্দ্রজিৎকী ৱাখলদি গান্ধীজিগী কিষান মজদুর প্রজা রাজ্য হায়বা স্লোগান অদু নিংশিংদুনা লৈখি। খগেন্দ্রজিৎ মতম কয়া অন্দ্রোদা লৈবা তাখি। চান-থক্নবগী মতেং ওইনবা লমহাংদা লৌ পরি অমবোম চাওবা লম অমা লৌ উনবা অন্দ্রো খুলনা পিবিখি। লৌফম অদুদনি খগেন্দ্রজিৎনা মচানুপা ইবোবীগা লোয়ননা মহাক্না মপাল লমদগী উক তাক্নবা অমসুং খংলকপা লৌউ নিয়ম অমদি পথাপ শিজিন্নদুনা লৌউবা হৌখিবা। সমাজগী থবক্না হেন্না মরু ওই হায়না খনঞ্জরবা খগেন্দ্রজিৎ, যম্না মাই পাকপা লৌমী অমা ওইখি হায়বমক্তি য়াদে অদুবু লৌউ শিংউগী লমদা মহাক্কী ৱাখল্লোন অদুবুদি শিংথানিংঙায়নি।

অন্দ্রো খুল চৌকিদার অনিনা পুবা চাউরবা খুঞ্জাও অমনি। খুঞ্জাও অসিনা মরু ওইনা লৌ উনরিবা লৌকোনদি পোইরৌনি। পোইরৌ চাওরাক্না লৌ পরি ২০০০ রোম লৈবা লৌকোন্নী। মসিগী অয়াম্বা শরুক্তি অন্দ্রো খুঞ্জাশিংগীনি। পোইরৌ অয়াম্বনা পাৎলৌ ওইবনা চহি খুদিংগী লেপ্তুনা মহৈ মরোং লোকপা ফংদে। চহি ২/৩ গী মনুংদা অমুক্তং লোকপা লৌফম্না অয়াম্বনি। পোইরৌ পাৎকী খ্বায়দগী কুৎপা শরুক চাওরাক্না লৌ পরি ৩০০ রোম অকুৎপা পাৎকী শরুক অসিনা ঙাগীদমক নিলাম তৌরম্মী। অসিগুম্বা ফিভম অসিদা লৌকোন অসি কুম কাংদনা লোকপা য়াবা চাথোক লৈবা লৌকোন অমা ওইনা শেম্বা য়াবগী ওইথোকপা অমদি অহেনবা ঈশিং চিংথোকখিনবা শেম্বগা লোয়ননা অহেনবা লৌফম কয়া ফংবা য়াবগী ওইথোকপা অমসুং অসুন্না ফংলকপা লৌফমশিং অদু লৌ লৈজদবা লৌমীশিংদা ফংহনবা য়াবগী

ৱাখললোন অমা খগেন্দ্রজিৎতা মংফাওনরকখি। অসুন্না পোইরৌ লৌকোন অসি শেমগৎলবদি অন্দ্রো খুঞ্জাওদা নৎতনা অকোয়বদা লৈরিবা প্রজাশিং অপুম্বা য়াম্না খুদোংচাবা ওইগনি হায়বা ৱাফমনা মাংদা থম্লগা খগেন্দ্রজিৎনা অন্দ্রো খুলগী চৌকিদার ২, নে অংথাগী চৌকিদারনে, পোইরৌ খোঙজিন অমসুং নোংপোক্তা লৈরিবা তোপ চিংথাগী চৌকিদারশিংগা লোয়ননা খুঞ্জাশিংগী মীতিন কযা ফমখি। মীতিনশিং অদুনা ৱাফম অসি অফবা ৱাফমনি হায়না খন্নদুনা সরকারদা হায়জবা হায়না ৱারেপ্পখি। ৱারেপ অদুগী মতুং ইন্না খগেন্দ্রজিৎকা লোয়ননা মীওই খরনা পোইবৌ লৌকোন শেম্নবা পাৎকী খাজনা ককথৎপিনবা অমদি ফংলকপা অহেনবা লৌফমশিংবু লৌ লৈজদবা লায়রবা লৌমীশিংদা পিবিনবা মণিপুর ষ্টেট দরবারদা দকখাষ্ট থাখি। দবখাষ্ট অসিগা মরি লৈননা মণিপুর দরবারনা নোংচুপ বেঙ্গল সরকারদগী এক্সপার্ট অমা কৌখি। এক্সপার্ট অদুনা থা অমারোম চুপ্না কুপ্না য়েংশিল্লবা তুংদা প্রপোজেল অদু ওইথোকপা য়াবগী অকুপ্পা ৱারোল হায়বদি শেমগদবা ইবিগেসন অমসুং দ্রেনেজগী মফম, মওং, পাক-চাওবা, কয়া লুবা, কয়া শাংবা অসিনচিংবা শুগায়না যাওবা রিপোর্ট পীখৎখি। রিপোর্ট অদু কুপ্না খন্ন-নৈনরবা তুংদা মণিপুর সবকারনা মখাগী ৱাফমশিং অসিদা পোইরৌ লৌকোন সেম্বগী অয়াবা পিবিখি। ৱাফমশিং অদুদি ঃ—

১) লৌরুপ্না চহি মঙাগী মনুংদা লৌকোন শেম্বা লোয়গদবনি।

২) চহি মঙা অসি ফাওবা পাৎকী খাজনা লৌরুপ্না থিগদবনি।

৩) চহি মঙাগী মতুংদা ফংলকপা লৌফমশিংদুগী পাৎকী খাজনা থিবগী মহূৎতা লৌগী খাজনা ওইনা থিগদবনি।

৪) লৌখোং তৌবগী খরচ পুম্বা লৌরুপ্না পুগদবনি।

৫) ওর্দর অসি ফংবগা লৌকোন শেম্বা, লৌখোং তৌবা থবক পুন্নমক হৌবা য়াগনি হায়বসিনি।

পোইরৌ লৌকোন শেমগৎপগী ৱাফম অসি ইংশোক ১৯৪০ দগী হোৎনরকপদুনা ইংশোক ১৯৪২ গী জন্যুৱারি থাদা সরকারগী অয়াবা ফংখি। থবক অসি হৌগৎনবগী কন্না হোৎনরকপা মতম অদুবায়দা পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও মণিপুর য়ৌশিল্লকখিবনা ইংশোক ১৯৪২ গী মেগী তাং ১০ দা ইম্ফালদা বোম থাদখিবা অদুদগী থবক অদুমক মায় পাক্লা পায়খৎপা ঙমখিদ্রে। থবক অদুমক মায় পাক্লা পায়খৎপা ঙমলন্নবদি ঙসি পোইরৌ লৌকোনগী শক্তম অসিমক পুমওন ওল্লম্বা য়াই। খগেন্দ্রজিৎকী মায় পাকখিদ্রে অদু ওইরবসু তৌখ্রিবা থবকশিং অদুবুদি থাগৎতবা ঙমলোয়।

# মৈতৈ ময়েক শন্দোক্লবা অমসুং
# মৈতৈ ময়েক্কী স্কুল লিংনবগী মাইকৈদা ফ্রিদম ফাইটর
# খগেন্দ্রজিৎনা তৌরম্বা থবকশিং

মৈত্রবাক (মণিপুর) দা খুন্দাদুনা লৈরিবা মৈতৈ হায়বা কাংলুপ অসিগী মশাগী ওইবা তোপ-তোপ্পা শক্তম অমা য়েলহৌঙেদগী লৈজদুনা লাকপা কাংলুপ অমনি। মৈহৌরোলগী পুৱারীদা কাংলুপ অসিগী ওইবা মতীক মগুন লৈরবা লাইগী শক্তি চেনবা মীশক মীওই কয়ামরুম পোকখিরমই। হায়বসি অরিবা পুয়াশিংদা ইরম্বদগী খঙবা ঙমই। মৈতৈশিংগী ওইবা লিরবা সভ্যতা অমা যিশু খৃষ্টনা পোক্ত্রিঙৈগী মমাংদগী লমদমসিদা চৎনদুনা লাকখি। মরম অসিনা খৃষ্টগী অহানবা চহিচা অসিদা পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক অসিগী মীয়ামগী লুচিংবা অমা ওইখিবা নিংথৌজা শলাইগী পীবারেন মৈদিংঙু নোংদা লাইরেল পাখংবনা কংলৈ লমগী নিংথৌ ওইদুনা পানখি। মতম অসিদা লমদম অসিগী ইতিহাসকী তাংককসু হৌখি। লমদম অসিগী হান্নগী ওইরম্বা সমাজগী ফিভম অদুদগী অনৌবা মখল-মথেলগী হরাউ কুম্মে চৎন লীচৎ কয়ামরুম নৌনা হৌদোক্নুনা মৈদিংঙু নোংদা লাইরেন পংখংবনা পুমনৌ নৌবা সমাজ অমা ওইনবা কন্না হোৎনদুনা লমদমসিগী মীয়ামদা চৎনহনখি। মতমদুদা লাকখিবা অওনবশিং অদুগী মনুংদা খ্বাইদগী মরু ওইবা অমদি লমদম অসিদা য়েক শলাই খায়দোক্লমদবা অদুবু য়েক শলাই খাইদোক্নুনা মাগী মাগী শলাইগী লুচিংবা পীবাবেল হাপ্নুনা শলাইশিং অদুগী মনুংদা যুম্নাক শাগৈ মাগী মাগী শলাইগী ওইনা খায়দোক্নুনা চৎনখিবা অসি য়াম্না মরু ওইবা তাংকক অমনি। লমদম অসিবু মৈদিংঙু নোংদা লাইরেল পাখংবনা নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা মতম অসিদা মৈত্রবাক হায়না কৌরম্বা অদুবু পোইরৈতোন খুম্হোকপা কৌবা লাইরিক্তা ইরমই। অদুগা অঙোম, নিংথৌজা, খুমন, লুৱাং, মোইরাং, চেংলৈ, খাবা ঙানবা (শারাং লৈশাং) হায়দুনা য়েক শলাই খায়খিবা অদুবু খল্লাং পুৱারী অহূইরোল অমসুং কাইবরোন কৌবা লাইরিক্তা ইরমই। অসুন্না মৈদিংঙু নোংদা লাইরেল পাখংবগী মতমদগী হৌদুনা য়েক শলাই খায়দোক্নুনা তোঙান তোঙানবা শলাইশিংগী লুচিংবা পীবা হাপ্নুনা মাগী মাগী লম খায়দোক্লদুনা লৈবাক ৱায়েন চথরম্বদগী মমৈথংদদি

মৈদিংঙু ক্যাম্বনা নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা (১৪৬৭-১৫০৮) মতম অসিদগী নিংথৌজা শলাইনা য়াম্না খুৎকন পানগৎলকপদগী শলাইশিংবু মখোয়গী মখাদা পুলপ নমথদুনা মমিংতগী ওইনা মাগী মাগী শলাইগী লুচিংবা হাপ্তুনা থমখি।

মতৌ অসুম তৌদুনা মণিপুরগী ইতিহাস অসি খৃষ্টগী অহানবা চহী চাদগী হৌদুনা চহি ২০০০ গী ওইবা মপুং ফাবা ইতিহাস অমা লৈজবা কাংলুপ অসিগী লিরবা সাহিত্য অমসু মশাগা শাগোম্নদুনা লাকখি। মণিপুরদা মাশাগী ময়েক মশাগী লোন য়েলহৌঙেদগী লৈজরকই। অদুতসু নত্তনা তোঙান তোঙানবা শলাইশিংগী ওইবা মখোয় মখোয় মশা মশাগী লোন ফাওবা লৈজরমই। অসুম্না মমৈথংদদি তোঙান তোঙানবা শলাইশিংগী লোন অদুসু অমত্তা ওইনা পুলপ পুনশিনখিদুনা য়াম্না মরাং কাইবা বাৎত পাদবা লোন হায়বদো মণিপুরী লোন অসিসু ওইরকখি। মণিপুরদা লাইরিক লাইশু তম্বগী চৎনবী অসি স্কুল লিংখৎতুনা স্কুলদা চৎতুনা মহে মশিং তম্বগী ইহৌ লৈরমদ্রবসু ওজা গুরুশিংগী ময়ুমদা চৎতুনা লাইরিক তম্বগী চৎনবী মমাংঙৈদগী চৎথরম্মী। মণিপুরগী মশাগী ময়েক লীরবা মতম হায়বদি চহি চানিপানগী অদুবায়দগী শিজিন্নদুনা ময়েক অসিবু মৈতৈ ময়েক হায়দুনা অরিবা লাইরিক কয়ামরুম ময়েক অসিনা ইরম্বা ঙসিমক মাংদনা লৈরি। মৈতৈ ময়েক্কী মশিং অসি অহানবদা য়াম্লমদে মতমগী মতুং ইন্না লোন চাওখৎলকপদগী ময়েকসু চাওখৎলকখি, ময়েক্কী মশিংসু হেনগৎলকখি। মরু ওইনা মণিপুরদা চে শাদুনা লাইরিক ইবগী বাখল লৈত্রিঙৈদা নুংদা, কোনা মনাদা, উকুদা লাইরিক ইদুনা শিজিন্নরমই। খাগেম্বনা নিংথৌ ওইদুনা পানবা মতমদগী মৈত্রবাক মণিপুরদা চে শাদুনা মুক শেমদুনা লাইরিক ইবা চৎনরে। অসুম্না মণিপুরদা লাইগুল্লবা মাইচৌ (পন্দিৎ) কয়ামরুম তোঙান তোঙানবা নিংথৌশিংগী হাত্তক্তা পোকখি। মখোয়না তুংগী মীয়োলগীদমক মমল নাইদবা লাইরিক কয়ামরুম ইদুনা থম্বীরমই। মতৌ অসুম্না লৈবাক অসিগী সাহিত্যাগী লমদতা নত্তনা সমাজ অমসুং অর্থনৈতিক্কী লমদসু মমল নাইদ্রবা লাইরিক কয়ামরুম ইদুনা থম্বীরমই। মৈদীংঙু খাগেম্বগী মতম চহি (খৃষ্টগী কুমজা) ১৬০০ অদুবাইদদি লাইরিক লাইশু ইবা অমসুং তম্বগী লমদা য়াওল অমদা খোংদবা হৌখি। মতমসিদা লৈরম্বা মাইচৌশিং মরুওইনা অপোইননা (অপোইমচা), লাংগোল লুখোই, সলাম সনা, কোনোক থেংগ্রা, খাইদেম তোম্বা, য়ুম্নাম তোম্বা, লৈশাং খোমানচিংব কয়া অসিনা মখল মথেল কয়াগী লাইরিক ইদুনা থম্বীরমই। খাগেম্বগী মতম অসিদা বংলা লৈবাক্তগী পাংঙল কয়ামুকসু মণিপুরদা খুন্দা লৈতদুনা লৈখিবদগী লোন অসিসু চাওখৎপা হেনগৎলকখি। হান্না চৎনদুনা লাকপা মৈতৈ ময়েকপু খরগা হেন্না শেমদোক শাদোক্তুনা চাওখৎনবা মৈদিংঙু

খাগেম্বনা হোৎনখি। মৈতৈ ময়েক্কী মশিং য়ান্নমদববু চংদবা য়াদ্রবা ময়েকশিং হাপচিন্দুনা মপুং ফাবা ময়েক ওইহনখি। মতাং অসিদা লাইরিকয়েংবম নোংশামৈগী মিং পনবা য়াই। মৈদিংঙু পামহৈবা গরবনিৱাজনা নোংচুপলোমগী চৎনবী লাইনিং লাইশোলবু পামজরমই। মতমসিদা সিললেৎতগী লাকখিবা রমানদি ধর্ম্ম সন্দোকপা মীশক শান্তি দাস গোসাইগা গরবনিৱাজ মহারাজগা য়ান্না চান-চিননা পুকচেল তিন্ননা লমদমসিদা রমানদি ধর্ম্ম শন্দোকখি। নিংথৌ মশামকসু ধর্ম্ম অসিদা লাইমিং লৌখি। লৈবাক মীয়ামবুসু নিংথৌনা রমানদি ধর্ম্ম চৎহন্নখি। মতমসিদগী হৌদুনা মণিপুরদা হিন্দু ধর্ম্মগী লাইনিং লাইশোল চৎনবা হৌখি। ঐখোয়গী উমং লাইশিং খুরম্বগা লোয়ননা হিন্দুগী লাইশিংসু খুরম্নরকই। অসুম তৌনা মণিপুরদা মহারাজ গরিবনিৱাজগী সনা হাক্তক্তগী মপানগী লোন সংস্কৃত বংলাবু মৈতৈগী পন্দিৎশিংনা তম্নবা হৌখি। অদুগা মপুং ফানা হৈবা মীওই কয়াসু থোক্লকখি। মতমসিদা লৈরম্বা চিংঙু লাইগী শক্তি লৈরবা মাইচৌশিং খোংনাং থাবা, শামুরৌ চিগোং, ৱাংঙু বাবা, মোইরাং লমহানবানচিংবা কয়া অসি তুংগী মীরোলগীদমক লাইরিক কয়ামরুম ইদুনা থম্বীরমই। লাইশ্রম অরোই, য়ুন্নাম তোনবা অনিনা মৈতৈগী শেংলবা লোন শিজিন্নদুনা মহারাজ গরিবনিৱাজনা শমশোক জয় তৌরকপগী ৱারী ইবা শমশোক কৌবা লাইরিক অমা ইখি। ভৈগচন্দ্র মহারাজগী মতমদসু অফাওবা অইবা কয়ামরুম পোকখি। মখোয়শিং অদুগী মনুংদা ৱাহেংবম মাধরাম, গোপীরাম, ৱাংখৈ পন্দিৎ পাচাহনবা, পনবদা মতিক চাই। ভৈগচন্দ্রা মহারাজগী সনা হাকতক্তা অসিদসু মখল মথেলগী লাইরিক কয়ামরুম ইদুনা থম্বীরমই। অসুন্না চন্দ্রকির্তি মহারাজগী মতমদসু অফাওবা পন্দিৎ কয়ামরুম পোকখি। খরাদং পনবা তারবদি লোংজম পনচরাম, করাম লৌচারাম্বা, নিংথৌচাম্বা মাধব, চিংঙাখম চাওতোন, খুমুজাম্বা পুর্নচন্দ্র অসিনচিংবা অসি পনবা য়াই। মতম অসিদী হিন্দু ধর্ম্মনা মণিপুরী সমাজদা মপুং ফানা চাওখৎলবা মতম ওইখি মতম অসিদা বংলা লোন অমসুং সংস্কৃৎ লোন য়াম্না মরাং কাইনা শিজিন্নখি। অদুবু ঐখোয়গী মৈতৈ ময়েক অসিদি অদুমক তম্নরি। অমসুং ময়েক অসিনা লাইরিক ইবদা শিজিন্নরি। মহারাজ চন্দ্রকির্ত্তিগী মতম অসিদা বংলা ময়েক তম্বা হৌনরে। মপুং ফানা লৈবাক মীয়াম্না পাক শন্না তম্বদি ওইখিদে। সানা কোনুংগী থবক পুবা অঙম্বশিং অমসুং নিংথৌ মশামক বংলা ময়েক অসি হৈদুনা মপাল লমদা থাবা চিঠিনচিংবদা মৈতৈ ময়েক্না ইবগী মহুত্তা বংলা ময়েক্না ইদুনা থারমই।

ইংশোক ১৮৯১ দা মণিপুরগা ব্রিটিশকা শোক্লখিবা লনজাও অদুনা মরম ওইদুনা মণিপুর অসি মনিং মখা তম্বা লৈবাক অমা ওইরম্বদু মাংখ্রে। ব্রিটিশকী সাশনগী

মখাদা লৈখ্রে। মণিপুরগী মসাগী লৈজরম্বা হক অমসুং অধিকার পুম্নমক ব্রিটিশনা পাইশিনখি। মতম অদুদা ব্রিটিশ সরকারনা মণিপুরদা মৈতৈ ময়েক তম্বগী মহূৎতা বংলা অমসুং ইংরাজী তমগদবনি হায়দুনা অকনবা শাফুগা লোয়ননা থবক পাইখৎলকখি। ইং কুমজা ১৮৯২ দগী মৈতৈ ময়েক তম্বা তোক্তুনা বংলা ময়েক্কী লাইরিক তম্বা হৌহনখি। অদুম ওইনমক মখোয়না বংলা ময়েক তন্নবা কন্না হোৎনরবসু খুলক লৈরক্তুদি মৈতৈ ময়েক অদুমক তম্নরীবনী। বংলা ময়েক অমসুং ইংরাজী তম্বদা মীয়াম্না থোইনা পুক্নিং চংনখিদে। অসুম তৌনা মতমদুদা মৈতৈ মচা অয়াম্বনা তুশোন মানশোন্না য়াম্না তোন্না তানা লৈখিবা মতম অমা ওইখি। মণিপুরদা নিংথৌদি পানখি অদুবু চুপলি সাশনদি ব্রিটিশ সরকারনা পায়রম্মী। মরম অদুনা নিংথৌনসু মখোয়গী অপাম্বা অনিংবা অমত্তা ব্রিটিশ সরকারগী অয়াবা য়াওদনা পাংথোকপা ঙম্লমদে। মতম অসি মণিপুরী সমাজদা মহৈ মশিং তম্বগী লমদসু অনৌবা য়াওল অমা লাকখিবা মতমনি। অসুম তৌনা মণিপুর অসি ব্রিটিশকী মখাদা লৈখিবদগী লুপ্তুনা লৈখ্রবা মৈতৈ ময়েক অসি ইংশোক ১৯৩৪ দা মহারাজ চুরাচান্দ সিংহগী মতমদা বিবোধ জন্ননি কৌবা সভা অমনা মৈতৈ ময়েক্কী অহানবা মপী লাইরিক ওইনা তম্বা য়াবগী মওংদা ফোঙখি। অদুবু বিবোধ জন্ননি সভানা, ফোঙখ্রিবা লাইরিক অদুগী মখা চৎথবদি থোইনা উখিদে। মদুগী মতুংদা মণিপুরদা মৈতৈ ময়েক্কী থবক পাইখৎলকখিবদি লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎনি।

পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাওগী মতমদা ৱাংখৈ লৈকাইদা লৈবা লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ, অংথা খুন্দা মতম খরা লান চেন্দুনা লৈরুবদগী কোংবা কৈথেলদা লৈররে। অদুগা খ্বায় লমাবম লৈকাইদা লৈবা চোংথাম মেরামচাসু কোংবা কৈথেলদা লান চেন্দুনা লৈররে। অসুম তৌনা খগেন্দ্রজিৎ, চোংথাম মেরামচা, ৱাংখৈময়ুম গুলাপমচা, রাজকুমার স্নামচা মখোয়শিং অসিনা ইংশোক ১৯৪৪ গী সেপ্টেম্বর থাদগী পুয়া নৈনবগী থবক কন্না চৎথরম্মী। ইংশোক ১৯৪৫ গী জানুৱারী থাদা খোইদোংবম নিংঙোল নোংমাইথেম ওংবী চাওবী কৌবী ৱাংজিং মমাং লৈকাইদা লৈবী, অনীশুবা নুপী লানদা জেল তারুবী নুপী অদুনা লৈশেমলোন অরিবা কৌবা পুয়া অমা খগেন্দ্রজিৎতা পীররে। লাইরিক অদুদা মৈতৈগী থাইনগী লাইনিং লাইশোন পোকপগী থৌরম শিবগী থৌরম অসিনচিংবা লাইশোন-তিনশোনগা লোইননা কুপ্না য়াওরম্বা থেংনখিরম্মী। মদুদা পুয়া নৈনবা কাঙ্কুনা মপুক্নীং য়াম্না নুংঙাইকগা লোয়ননা পাইখৎনীংবা থবক কয়াদা পুয়া অসিনা অচৌবা মতেং পাংলগনি হায়না খন্নরম্মী। লাইরিক অসিদা ময়েক ৩৫ গী খোঙ্হোক লোলগী পাবগী উচারন খোঙ্হোক ইরাই লায়না মরিক চুন্না

ইদুনা মীয়াম্না তম্বদা লায়না থোক্লবা ইরি। মথংদা মহারাজ বোধচন্দ্রগী মতমদা ইংশোক ১৯৪৬ তা মীয়াম্না কাউনরক্লবা মৈতৈ ময়েকপু মৈতৈ ময়েক থৌগল মরুপ্না মথং মথং খুৎনম কয়ামরুম নমদুনা মৈতৈ ময়েকপু চাউখৎনবা অমসুং লৈবাক মীয়াম্বু খঙহন্নবা কন্না হোৎনখি।

মতৌ অসুম তৌদুনা মমা লৈবাক অমসুং মজাতি অসিবু নুংশিজরবা পুকচেল চাউরবা মীশক মীওই কয়ানা অরেপ্পা লৈতনা মৈতৈ ময়েক অমসুং মমা লৈবাক্কী চৎনলোন সংস্কৃতিবু কদায়দা মাংখিগদগে খনজবা মীওই কাংলুপ কয়ানা মৈতৈ ময়েক অমসুং মমালোনবু চাউখৎনবা কন্না হোৎনখি। মখোয়শিং অদুগী মনুংদা অচৌবা থৌদাং লৌবা মীশক অমদি লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ (ইবুংঙোহল) অসিসু অমনি। মহাক অসি নিংথৌ খল্লকপা সনা কোনুংগী লৈঙাক পথাপ্তা শরুক য়ারকপা মীশক অমনি। ইংশোক ১৮৮৫ গী সেপ্টেম্বরগী তাং ১৩ লাংবনগী ৫ নি পানবা নোংমাইজিং নুমিৎতা শ্রী খগেন্দ্রজিৎ (ইবুংঙোহল) ৱাংখৈ কোংবা লাইশ্রম লৈকাইদা পোকখি। মহাকপু পোকপা পষ্টৌনা লাইখুরাম সেঙ্গোয় অমসুং অপোকপী পলেম মমানা রাজকুমারি থরোসনা কৌই। অঙাং ওইরিঁঙৈদগী মৈতৈগী ওইবা নাৎ অমসুং সংস্কৃতিবু য়োকখৎপা পামজবা মীশক অমা ওইনা হৌরকখি। মহাক মতোমতা পোকপা, নৌনা মপা কায়নখিবদগী ৱাংখৈ লৈকাইদা লৈবা চিংগাংবম পঙ্গোয়না খগেন্দ্রজিৎপু মচা শক্লা লুনা চান্না তৌদুনা নাইয়োক নাওকোন্দুনা চাউনবা য়োক্লকখি। শ্রী খগেন্দ্রজিৎ সিংহ, খ্বাইনা ইবুংঙোহল হায়নসু মীয়ামনা কৌনে। লাইরিক লাইশু তম্বগী মতাংদদি য়াম্না ৱাংবা থাক অদুমক্তি য়ৌনা তমখিদে। অদুবু মশানা কন্না হোৎনজবদগী সংস্কৃত অমসুং বেঙ্গোলি নীংথিনা ঙাংবা ঙম্লমই। বেঙ্গোলি ফজনা খঙবদা নত্তনা বেঙ্গোলি ঙাংবদদি ইবুংঙোহলবু অসুক্কী মতিক ব্যবহার তৌবমই। নহা ওইরিঁঙৈদা থাঙ-তা শরিৎ শরাৎ হৈবদা মীয়াম্না মাবু শক খঙলমই। অদুগা শগোল থৌবা থৱায়না পামজরমই অমসুং শগোল তোঙলগা অরম্বাই হুনবদা মহাক অসুক্কী মতিক হৈ শীংবদা নত্তনা মমিং চৎলমই। মশামক ঈশৈ নোংমাইসু থৱায়না পামজরমই। মানা ঈশৈ হন্দুনা মৈতৈ পুয়াবু ঈশৈ ওইনা শকপা হৌদোক্লমই। নিংথৌনা চানবা মীশক অমসু ওইরম্মী। মতমদুগী মহারাজ চুরাচান্দগী মতমদা শগোল মথক্তা অরাম্বাই তেন্দোং য়াম্লগা চৎপা য়াহলম্বা মীশক অমা হায়বা তারবদি শ্রী খগেন্দ্রজিৎ ওইরমই।

শ্রী খগেন্দ্রজিৎ মরৈবাক মরমদমবু থম্মোয়শেংনা নুংশিজবগা লোয়ননা তৌবা য়াবা য়াদবা শিনফম অমত্তা খাক্তনা পুন্নমক খঙবা হৈবা মীশক অমা হায়বদু ওইখি। মতমদুদা মাইবগী থবক অসি লমদম অসিদা কন্না চৎনরমই। মহাক মশামক মাইবা

ওইদুনা লৈবাক মীয়ামগী সেবাদা পুক্নিং হকচাং কৎথোকপা মীশক অমসু ওইখি। অসিদসু নত্তনা পাঞ্জিগী থবকসু মপুং ফানা খঙবা অমসুং হৈবা মীশক অমা ওইবতা নত্তনা লৈবাক মীয়াম্না খঙবদা নত্তনা মপাল লমগী মীশিংনা ফাওবা মশক খঙবা মীশক অমসু ওইরমই। মহাক ধর্ম্ম লৈবা ঈশ্বরবু থাজবা অচুম্বা পামজবা মীশক অমসু ওইরমই। শ্রী খগেন্দ্রজিৎনা ঈশ্বরবু থাজনা নীংজবা লোয়ননা ইংশোক ১৯২৩ দা মণিপুরগী মপান্দা লৈবা ভারতকী তোঙান তোঙানবা লমদা লৈবা লাইফমশিংদা লাই খুরুম্নবা মণিপুরদগী খোঙশানখি। কাছার য়ৌরগা কাছারগী অফাওবা মোইরাং মাইবা ওজা হায়না খঙনবা মীশক অদুগী মফমদা মাইবগী থবক তমদুনা লমদমদুদা লায়েংবগী থবক চৎথদুনা লৈবাক্কী সেবা তৌখি। মতম খরা কাছারদা লৈরম্লগা নবদ্বীপ্তা অমুক চৎখিরমই। নবদ্বীপ্তা লৈরিঙৈদা পাঞ্জি অমদি মাইবগী লমদা শ্রী খগেন্দ্রজিৎপু মীয়াম্না মশক খঙবা মীশক অমা ওইনা মমিং চৎনা ফাওরমই। মতম অদুদা মণিপুরগী মহারাজ দেবেন্দ্রগী মচাইবেম্মা ত্রিপুরা ওংবী মহারাণী রত্নমঞ্জুরি কন্ননা নাদুনা লৈরম্মী। রত্নমঞ্জুরিগী মশুর্নুপা মতম অদুগী ত্রিপুরাগী মহারাজনা খগেন্দ্রজিৎ সিহংবু মবেনসিজ মহারাণীবু লায়েংনবগীদমক অচংবা খরচকা লোয়ননা টেলেগ্রাম্না বার্তোন তৌরক্লম্মী। শ্রী খগেন্দ্রজিৎনা টেলেগ্রাম হেক ফংবগা নবদ্বিপ্তগী ত্রিপুরাদা চৎখি। ত্রিপুরা য়ৌরগা মহারাজ উনরগা মবেন শিজ মহারাণীগী অনাবা অদু য়েংদুনা থুনা ফহনখি। মবেন শিজ মহারাণীনা মহাক্কী অনাবা ফহনবা অদুদা পেনখ্রদুনা মহারাণীগী অমখক্ত লৈজবা মমল য়াম্লবা কার অমসুং মমল য়াম্লবা ইনফি অমগা কোন্নবা মনা ওইনা খগেন্দ্রজিৎকী মফমদা পীবিখি। ত্রিপুরাগী মহারাণী মবেন শিজনা খগেন্দ্রজিৎকী পাঞ্জিগী থবক্তা খঙবা হৈবা অদুদা পেনমনখ্রদুনা জ্যোতিষ রত্নাকর হায়বা মিংথোল পীবিখি অমসুং খগেন্দ্রজিৎপু মহারাণীগী প্রাইভেট সেক্রেটরি ওইনা ত্রিপুরাদা লৈহনখি। মমাইবেম্মা রাজকুমারী থবোসনাবুশু মণিপুরদগী ত্রিপুরাদা কৌদুনা মহারাণীগা লৈমিন্নরে। মহারাণীগী ভারতকী তীর্থ কোইবদা খাগেন্দ্রেজিৎ অমদি মমাইবেম্মসু লোয়নখি।

ত্রিপুরাদা লৈরিঙৈদা খগেন্দ্রজিৎনা ত্রিপুরাগী নুপীশিংদা খুবাক ঈশৈ তম্বীরমই, লীলা তম্বীদুনা হরিশ্চন্দ্র লীলা শান্নখিরম্মী, অদুগা থাঙ-তাসু তম্বীরমই।

শ্রীখগেন্দ্রজিৎনা মহাক্কী সেবক থোকচোম ইবোহল, অমসুং পাঙম্বম তরঙ্গো অনিবু ত্রিপুরাগী মীয়ামগী মমাংদা থাঙ-তাগী কুম্মৈ উৎতুনা য়েংহনখি। শ্রীখগেন্দ্রজিৎ মশামক হরাও কুম্মৈদা পুক্নিং লুপচবদা নত্তনা রাজনিতিগী লমদসু থব্বায় য়াওবা মীশক অমা ওইরমই। ইংশোক ১৯২৮ দা ত্রিপুরাগী মহারাণীগা লোয়ননা অনীরক

শুবগী তীর্থ কোয়বদা মহাক্কী ইমুং মনুং অমদি সেবক শাখা কয়াসু লোয়নদুনা চৎলমই। কোলকত্তাদা থা ৭ লৈরিঙৈগী মনুংদা ভারত কংগ্রেসকী সেসন কোলকত্তাদা ফম্লমই, মদুদা খগেন্দ্রজিৎসু সেসন অদু ভিজিত্তর ওইনা য়াওখি। সেসন অদুদা গান্ধীজীগী ভাষন তারুবদগী মহাক্কী পুক্নিংদা রাজনৈতিক্কী মরু হুনখি। মহাকপু মতমদুদা ত্রিপুরাগী মহারাণীগী প্রাইভেৎ সেক্রেটরি ওইনা অমসুং মণিপুরী মচা অমা ওইবগা কংগ্রেসকী থৌ পুবা কর্ম্মিশিংনা মহাকপু য়াম্না হরাওনা তরাম তরাম তৌখি। ইংশোক ১৯৩০ দা ত্রিপুরাগী মহারাণী রত্নমঞ্জুরিনা মণিপুরদা মতম খরা লৈরম্লগা ইংশোক ১৯৩১ গী হৌগৎলকপদা ত্রিপুরাদা হনখিরম্মী। ত্রিপুরাদা হনখিবগা ইকান-কান্নদনা মহারাণীসু নোঙ্গাখিরম্মী। মহারাণীনা নোঙ্গাখ্রবা মতুংদা খগেন্দ্রজিৎনা গান্ধীজীগী ৱাখললোন অহিংশাগী আন্দলোনবু মণিপুরদা শন্দোক্লিংলমই অদুবু মতম অদুদদী মণিপুরদা রাজনিতিগী ওইবা দল অমত্তা লিংখৎপা য়ারমদে অমসুং রাজনৈতিক নৈনবসু য়ারমদে। ব্রিটিশকি অকনবা চৈরাক ৱায়েন অমসুং মহারাজগী অকনবা চৈরাক লৈবনা ফোংনা রাজনিতিগী ওইবা দল লিংখৎপা থিংলমই। মরম অসিনা অহানবা ওইনা শ্রীখগেন্দ্রজিৎনা গৌর সমপ্রদায় মহাসভা কৌবা সভা অমা শেমখি। মতম অসি মণিপুরদা গৌর ধর্ম্ম খম থেংনা চাউখৎলবা মতমনি। মতম অদুদা গৌরসম্প্রদায়গী ওইবা অচৌবা মীফম কয়া তোয়না পাংথোক্লবা শ্রী খগেন্দ্রজিৎনা লুচিংদুনা শীল্লমই। অদুগুম্বা সভাশিং অদুদা রাজনিতিগী শক্তম কয়া পুশিন্দুনা নৈনবগী খুদোংচাবা ফংলমই। শ্রী খগেন্দ্রজিৎনা আসাম মণিপুর বানিজ্য সমিতি কৌবা সমিতি অমসু শেমদুনা সমিটি অদুনা শিল্লী। গৌহাটি, কছার, হোজাই, দিমাপুর, মাও অমসুং ইম্ফালদা লৈবা মৈতৈ মচা কারবার তৌবশিংগী মরী থমদুনা কারবার তৌমিন্নবগী খুদোংচাবা ফংহনখি।

ইংশোক ১৯৩২ গী এপ্রিল থাদা মহারাজ চুরাচান্দগী মফমদা প্রজাশিংনা য়ুমথোঙগী ওইবা চহিগী ঈশিং খাজনা লুপা ২.৫০ থিবা অদুবু কোকপীনবা হায়জখি। মদুদা মহারাজনা লুপা ২ দা হন্থরে। অদুবু প্রজাশিংগী অপাম্বদি ঈশিং খাজনা শুংথি থিদবা পাম্লমই। মদুদা মহারাজগী মফমদা অমুককসু কোকপীনবা হায়বসি মহারাজনা মদুদা শাওখিদুনা ঈশিং খাজনা থিদবা মখৈ ফারগা জেলদা থমগনি হায়না ওরদর অমা থোক্লকপদগী প্রজা মীয়াম্না রাজনিতিগী ওইবা দল অমা শেম্লগা নিংথৌগা থেংন্নবা তৌবনা ফরগনি খনবদগী শ্রী খগেন্দ্রজিৎনা লুচিংবা নিখিল মণিপুর প্রজা কৌবা দল অমা লিংখৎখি। দল অদুদা মরুওইনা য়াওখিবা মেম্বরসিদি সেরাম কালা, চোংথাম মেরামচা, রাজকুমার ভুবোন সিংহ, মথুরা বাসিময়ুম তোনজাউ শর্ম্মনচিংবা মীওইশিং অসিনা শরুক য়াখি।

অসুন্না নিখিল মণিপুর প্রজানা মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্টকী মফমদা মহারাজনা থোল্লিবা ওরদর অদুবু কপীয়ু প্রজাশিংদগী ঈশিংগী খাজনা কোকপীয়ু হায়না দরখাস্ট অমুক থাখি। চৈরক অসিদা মীয়াম্নসু ঈশিং খাজনা থিদবা মীশিংবু ফাদুনা জেলদা থম্বা য়ানিংদে হায়না লাওদুনা চৎখি। সরকারনা ফাখিবা মীশিং থাদোকপগা লোয়ননা ঈশিংগী খাজনা লুপা অমামখায় দা হম্বরে অদুগা চহি ৩গী মতুংদা কোক্লনকগী বাফম খন্নসি হায়না মহারাজনা হায়রে। মহারাজগা বারী শানদুনা য়ান্নবা পুরকখি।

ইংশোক ১৯৩৫ গী আগস্টকী তাং ১৯ দগী ওক্টোবগী তাং ২৬ ফাওবা নুমিৎ ৬৯ নি চুপ্পা খগেন্দ্রজিৎ সিংহনা লুচিংদুনা নিখিল মণিপুর প্রজানা রাজনৈতিকী অচৌবা রিজোলুসন অমা সরকারগী মইয়োক্তা হৌখি। আন্দলোন অদুগী মপুং ওইবা দিমান্দশিং দি চহি অহুমগী মমাংদা মহারাজনা য়াবিখিবগী মতুং ইন্না ঈশিং খাজনা কোকপীরো, একাগাড়ী খাজনা কোকপীরো, মণিপুর ষ্টেট দরবারগী মেম্বর জুদিসিয়েল মেম্বরগী ফম অসি প্রজাগী ভোৎনা খলহনবিরো, চেং তকপা মিলদা তকপা চেং তক্লবা মখৈ মপান্দা থাদোকপা য়ারোই, মিল মপুশিংনা ফৌ য়াম্না খোমগত্তুনা থমখিবদগী প্রজাশিংনা ফৌ বানবা ফংনদ্রে। চেং তক্লবা মিল পুন্নমক থিংজিনবীয়ু, অহোংবা মমলদা প্রজাশিংনা পোৎলৈজবা ফংনবা কনজুমরস কো ওপরেটিভ লিংখৎতুনা লৈকাই খুঙ্গং খুদিংদা ফেয়ার প্রাইস শোপ দুকানশিং হাংনবা থৌরাং তৌবিয়ু হুরান চিনথি লুট পাৎ ভাকপদা সরকারগী মতেং পাংনবগীদমক লৈকাই, খুঙ্গং খুদিংদা ভিলেজ ভলন্টিয়ার ফোর্স শেমগৎপীয়ু হায়বনচিংবা দাবি কয়া অসিগী মতাংদা অচৌবা রিবোললুসন অমা অসি হৌখি। আন্দলোন অসিগী লুচিংবা খগেন্দ্রজিৎপু সরকারনা ফাদুনা তা ৬ জেলদা পীখি। থা ৬ কী মতুংদা জেলদগী থাদোকখি। মহাক্না ব্রিটিশ সরকারগী লোয়লম সাশনগী ওইবা লৈভাক লোন্দা অসুক্কী মতিক য়ানিংদ্রদুনা নন কো ওপরেসন মুভমেন্ট চৎথবনা ফরে হায়বসি খনখি। শ্রী খগেন্দ্রজিৎকী ময়ুমদা ইরাবত মেম্বর লাক্তুনা উন্নখি। অদুগা ব্রিটিশ সরকারনা চলাইরিবা সাশন অদুগী মাইয়োক্তা থবক চঙশিন্নবা বা খন্নখি। ইংশোক ১৯৩৮ দা নিখিল মণিপুর প্রজা অমসুং নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা অসি তোঙান তোঙানবা দল ওইজরবসু থবক্তি পুন্না চংশিনমিন্নরমই। মতম অসিদা ইরাবতী সরকারগী পঞ্চায়েৎ মেম্বর ওইরমই। মতম অসিদা ইরাবতী ইংশোক ১৯৩৮ গী দিসেম্বর ৩০ দা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাগী মীফমদা রাজনৈতিক দল ওইবগী বারেপ তাখ্রে। অদুগা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা অসিগী মমিংসু নিখিল মণিপুরী মহাসভা হায়না মমিং ওণ্ডোক্তুনা কৌখি। মহাসভা অসিগী ওইবা

অনৌবা কমিটি শেমদুনা ইরাবতপু প্রসিদেন্ট ওইনা খনখি। শ্রীখগেন্দ্রজিৎসু ৱার্কিং কমিতিগী মেম্বর অমা ওইনা খনখি।

ইংশোক ১৯৩৯ গী দিসেম্বরগী তাং ১২ দা চেং তাংবগী মায়য়োক্তা অনীশুবা নুপীলাল থোকখি। মতম অদুদা নিখিল মণিপুরী মহাসভা নত্তবা অতোপ্পা রাজনৈতিক দল অমত্তা লৈরমদে। মতম অদুদা নুপীলাল শৌগৎপা অমসুং শৌগত্তবা পাম্বা কাংলুপ অনি নিখিল মণিপুরী মহাসভাগী মেম্বরশিংগী মনুংদা থোকখি। শৌগত্তবা পাম্বা কাংবুনা মশীং য়ামখিবদগী শৌগৎপা পাম্বা শ্রী ইরাবত মেম্বর অমসুং খগেন্দ্রজিৎকী কাংবুনা তাং ৭/১/১৯৪০ ইংগী মীয়ামগী অচৌবা মিফম অমা নুংথিলদা পুলিস লেন্ড লম্পাক্তা কৌদুনা নুপীলাল শৌগৎপগা লোয়ননা খুৎলায় পায়দবা নুপীশিংদা সংগিন্না থিনখিবা, লাথি চার্জ তৌখিবা। কয়া অদুগীদমক মণিপুরগী নিপাশিংনা সরকার অসিদা কো ওপরেসন অমত্তা পীরোইদবনি অমসুং মফম খুদিংদা পাক চাউনা সিভিল দিসওবিদেয়েন্স মুভমেন্ট হৌগদবনি হায়বগী ৱারেপ লৌবগা লোয়ননা মণিপুর প্রজা সম্মেলননি কৌবা রাজনৈতিগী দল অমা ইরাবত মেম্বরনা সভাপতি ওইদুনা শেমখি। ৱার্কিং কমিটি মেম্বর অমা ওইনা শ্রী খগেন্দ্রজিৎসু য়াওখি। তাং ৯/১/১৯৪০ ইংগী অয়ুক্তা ইরাবত ফাদুনা জেল পিখরে। শ্রী খগেন্দ্রজিৎকী লিচিং মখাদা লৈবাক মীয়ামগা লোয়ননা নন কো ওপরেসন অমসুং সিভিল দিস ওবিদিয়েন্স মুভমেন্ট সরকারগী মাইয়োক্তা চঙশিনখি। মী কয়ামুক জেল তাখি। অসুম তৌদুনা শ্রী খগেন্দ্রজিৎনা লৈবাক মীয়ামগীদমক য়াইফনবা পায়খৎপা থবকশিংদা মতম চুপ্পদা শরুক য়াখি। পৃথিবীগী অনীশুবা লাঙ্গাওগী মতমদা ইংশোক ১৯৪২ গী মেগী তাং ১০ নোংমাইজিং নুমিত্তা জপাননা ইম্ফালদা বোম থাদবদগী লৈবা য়াদদুনা অংথাদা লান চেল্লমই। অংথাদা মতম খরা লৈরম্লগা কোংবদা অমুক লৈখি। শ্রীখগেন্দ্রজিৎনা মীয়ামগী মফমদা ফৌ চেং হৱাই চেংৱাই ফংহন্নবগীদমক রিলিফ কমিটি সেমদুনা মদুগী লুচিংবা ওইনা খুঙ্গংগী লমদা লাইরবা ইমুংশিংদা য়েন্দুনা মদুগী লুচিংবা ওইনা খুঙ্গংগী লমদা চত্তুনা ফৌ লৈবা ইনাক খুনবশিংদগী ফৌ নিরুরগা চাবা ফংদ্রবা লাইরবা ইমুংশিংদা য়েন্দুনা পীজরমই। অসুন্না লৈবাক্কী অমসুং মীয়ামগী সেবাদা মতম লৈবা খিবিক্তা মপুঙ্সি কৎথোক্তুনা শ্রীখগেন্দ্রজিৎনা পুঙ্সি লেনজবনা মহাক্কী নুংঙাইবা ওইজরমই।

লান লোয়রবা মতুংদা শ্রীখগেন্দ্রজিৎনা অনৌবা লম্বী অমদা অমুক খোংদাবা হৌখি। ইং ১৯৪৪ লোয়শিল্লকপা অদুৱাইদা মৈতৈগী পুয়া নৈনবদা মহাক্কী পুক্রিং লুপ্পমই। মতমদুদা লালাম্বুং মখোংদা লৈবা চোংথাম মেরামচাসু কোংবদা লান চেন্দুনা লৈরমই। খগেন্দ্রজিৎনা ৱাংখৈ ময়ুম গুলাপ মচা চোমথাম মেরামচা রাজকুমার

সনামচাগা লোয়ননা মৈতৈ পুয়া নৈনবগী থবক কন্না পায়খৎলমই। ৱাংজিংদা লৈবা খোইদোংবম বকুলনা ব্রহ্মাগী মন্দলেদগী ফংলকপা লৈসেমলোন অৱিবা হায়বা পুয়া অমা খগেন্দ্রজিৎকী মফমদা পীরখি। পুয়া অদুনা লমজিং ওইখিদুনা শ্রী খগেন্দ্রনা মতম কুইনা লুপ্তুনা লৈরুরবা মৈতৈ ময়েকপু অমুক পুথোক্তুনা মীয়ামদা তমহন্নবগীদমক অকনবা খোংজং অমা চংশিনবা হৌখি। মশামক্তা সমাজগী সেবাদা পামজবা অমসুং মমালোনবু নুংশিজবা মীশক অমা ওইবগী মথক্তা ইপা ইপুশিংনা পামজনা পাংথোক্রম্বা লমদমসিগী ওইবা চৎন লীচৎশিং অদুবু থিগৎতুনা অমুক্তা হেন্না চাউখৎনবসু কন্না হোৎনখি। লম অসিদা হেন্না পাক শন্না মপুং ফানা সন্দোকপা ঙম্নবগীদমক মৈতৈ ময়েক থৌগল মরুপ কৌবা সংস্থান অমা ১৯৪৫ ইংগী মার্চ্চ থাদা লিংখৎখি। মৈতৈ লাইনিং মরুপ কৌবা মরুপ অমসু লিংখৎলে। মতমদুদা মপুং ওইনা লাইনিংথৌ পাখংববু চেৎনা নিংবগী থবক থৌরম কয়ামরুম পায়খৎতুনা মীয়ামদা পাখংবা লাইনিং শন্দোক্তুনা খঙহন্নবা হোৎনখি। মশামক্তা ঈশৈ হনদুনা মৈতৈগী পুয়াবু ঈশৈ ওইনা শকপসু শ্রী খগেন্দ্রনা হৌদোক্রমই। মৈতৈ ময়েকপু মীয়ামদা তমহন্নবগীদমক রাজকুমার তোমালসম্নাগী ময়ুমদা মৈতৈ ময়েক্কী স্কুল ১৯৪৬ ইংদা লিংখৎখি। অদুগা মৈতৈ ময়েক থৌগল মরুপকী লোয়শংসু মফম অদুদা অদুম্মক ওইখি। মতম অদুদা নেতা হিজম ইরাবতসু জেলদা লৈরুবদগী থোক্রক্তুনা খগেন্দ্রজিৎ সিংহগী য়ুমদা লাক্তুনা রাজনিতিগী অকুপ্পা ৱারোল কয়ামরুম খন্নরবা মতুংদা হান্নগী মণিপুর প্রজা সম্মেলনীগী মরুওইবা কর্ম্মিশিংনা লান কাইদুনা চেন্নখিবদগী অমত্তা পাউ ঈ ফাওনখিদে। মখাতাবা রাজনিতি থবক পায়খৎনবগীদমক অতোপ্পা দল অমা শেম্নবগীদমক শ্রী হিজম ইরাবত অমসুং খগেন্দ্র অনিনা খন্নদুনা ৱাংখৈ য়োংলান লৈরক্তা লৈবা কারাম বিদুর সিংহগী য়ুমদা অচৌবা মিটিং অমা পাংথোক্তুনা মণিপুর প্রজা মন্দল কৌবা রাজনিতিগী দল অমা তাং ৭/৩/৪৬ ইংদা লিংখৎখি। দল অদুগী প্রসিদেন্ট শ্রী ইরাবতনা ওইখি অদুগা খগেন্দ্রজিৎনা ৱার্কিং কমিটিগী মেম্বর ওইখি। লাইখুরাম ইবোবীনা জনেরেল সেক্রেটরি ওইখি।

খগেন্দ্রজিৎ মণিপুর প্রজা মন্দলগী মীহূৎ অমা ওইনা ইংশোক ১৯৪৬ তা পাংথোকখিবা কাছার জিলা ক্রিসষক সলমেলনদা শরুক য়াখি। খগেন্দ্রজিৎনা লূচিংবা মৈতৈ লাইনিং মরুপ্পা লৈশেমলোন অরিবা অমসুং ৱামোন খুম্ভোকলোন কৌবা লাইরিক অনি অসি বাঙ্গলা ময়েক্তা ইথোক্তুনা ফোংখি। লাইরিক অনি অসি মৈতৈশিংগী মৈহৌরোল অমসুং মণিপুরদা ব্রমানশিংনা লাক্তুনা লৈখিবা অদুগী মতাংদা ইবা য়াম্না মরু ওইবা লাইরিক ঙাক্তনি। মতমদুদা লিংখৎপা মৈতৈ ময়েক্কী স্কুল অদুদা হিজম ইরাবত মৈতৈ ময়েক তম্বা ছাত্র অমা ওইনা য়াওখি। শ্রী লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎনা

মৈতৈ ময়েক হাইস্কুল লিংখৎনবা হোৎনবদসু অচৌবা থৌদাং য়াখি। মৈতৈ ময়েক থৌগল মরুপ্না মৈতৈ ময়েক ৩৫ গী মপী লাইরিক অমা উনমদা ১৯৪৬ ইংদা ফোংদুনা মদুবু মীয়াম্না তমহনখি। মৈতৈ ময়েকপু ভারতকী অহানবা প্রাইম মিনিষ্টর পন্দিৎ নেহরুনা ১৯৫২ ইংগী ওক্টোবরগী তাং ২৩ দা মণিপুরদা লাকখিবা মতমদা য়েংহনখি। মতমদুদা পন্দিৎ নেহরুনা মণিপুরগী লিরবা ময়েক অদুবু উরুবদা মণিপুরীশিং অসি চাউখৎপা অমসুং মশাগী ওইবা য়েলহৌঙেদগী সংস্কৃতী লৈজবা লৈবাকনি হায়খি।

## মতেং লৌজখিবা লাইরিকশিং


১) লৈশেমলোন অরিবা, মৈতৈ ময়েক থৌগল মরুপ।

২) বামোন খুম্বোকলোন, মৈতৈ ময়েক থৌগল মরুপ।

৩) পাকংবা নোঙ্গারোল, নোংথোম্বম অঙৌ।

৪) থাঙলোন পুয়া, খুৎই।

৫) পোইরৈতোন খুম্বোকপা, মোইরাংথেম চন্দ্রসিং।

৬) খুম্নাং পু-বারী অহূইরোন, ময়াংলম্বম গৌরচন্দ্রা।

৭) শাগৈ শলাই খাগেম্বা য়ুম্বী, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমি।

৮) মীয়াৎ, খুৎই।

৯) পাখংবা লাইনিং, লাইখুরাম ইবোবী বাংখৈ।

১০) সনা মহি লাইকন, ও: ভোগেস্বর সিংহ।

১১) লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ (ইবুংঙোহল), লাইখুরাম ইবোবী।

১২) ষ্টেট ওফিস ইম্ফাল মেমো নং ১ স. জি: ৬/৪৭/৪ তাং ২০/১/৪৭ ইং নোতিফাইদ ফোর ইনফোরমেসন অমসুং গাইদেন্স ওফ পব্লিক তাং ২৩/১/৪৭ এসিস্টেন্ট পি. এম: এস: দি:।

১৩) গাইদ তু দা এজেন্ট ওফ মণিপুর পোলিটিকেল এজেন্সি (১৯০৭-১৯৪৯) ভোলুম ৩। মণিপুর ষ্টেট আরকাইবস।

১৪) কাটরলি রিপোর্ট ওন বাতর সপ্লাই। ভোলুম ১।

১৫) দোকুমেন্ট ওফ ইরাবত অমসুং লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ মণিপুর ষ্টেট আরকাইবস ইম্ফাল।

১৬) গাই তু স্টদি রেকোর্ড ওফ মণিপুর ষ্টেট, মণিপুর ষ্টেট আরকাইবস।

১৭) এমিনিসট্রেটিব রিপোর্ট ১৯৩১,৩২,৩৩,৩৪,৩৬-৩৭। মণিপুর ষ্টেট আরকাইবস।

১৮) মণিপুর অনীশুবা নুপী লান (১৯৩৯) লাইখুরাম ইবোবী বাংখৈ।

১৯) মৈতৈ ময়েক অহানবা, মৈতৈ ময়েক থৌগল মরুপ।

## ইতিহাসকী মচাক থিজিনবগী মায়কৈদা খগেন্দ্রজিৎ এলায়েজ ইবুংঙোহলনা তৌরকপা থবকশিং

লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ এলাইজ ইবুংঙোহল ইংশোক ১৮৮৫ গী সেপ্টেম্বরগী তাং ১৩, লাংবনগী ৫ নি পানবা নোংমাইজিং নুমিৎতা ৱাংখৈ কোংবা লাইশ্রম লৈকাইদা পোকই। অপোকপগী মিংনা সেংগোই অমসুং অপোকপীগী মিংনা রাজকুমারি থরোসনা হায়না কৌই। খগেন্দ্রজিৎ পোকপা থা ৩ শুরকপদা অপোকপা মপা সেংগোই সিংহ লৈখিদ্রে। ইকুই কুইদনা মপা পোকপা মপুবোকসু লৈখিদ্রে। পোকপা মতমদদি নুংঙাই যাইফবা ইমুংদা পোক্রবসু মতম খজিক্তংগী মনুংদগী অৱাবতনা শরুক ওইরবগী থাক্তা চাউরকই। অঙাং ওইরিঙৈদা লাইরিক খরদং তম্নগা ঈশৈ পাঞ্জি, মাইবা, থাঙ-তা তমখি। খগেন্দ্রজিৎনা মতম পুন্নমক্তা তম্বীরিবা ওজাবু লুনা নীংঙ্জে। ওজানা তাকপীবা পুন্নমক অমত্ত কাউদে। মহাক্না তৌরক্লিবা রাজনৈতিক অন্দোলন্দা জেল চঙলুবা, পাঞ্জিগী হীরমদা জ্যোতিষ রত্নাকর হায়বা উপাধি ফংবা, মাইবগী লমদসু লুব-লুরবা অনাবা কয়া ফহলকপগী ৱারী তাবা ফংলি।

খগেন্দ্রজিৎনা ইতিহাসকী মচাক থিজিনবগী মায়কৈদা মখাগী ৱাফমশিং অসি পনবা য়াই।

১) ইংশোক ১৯৩৪ গী মেগী তাং ২১ দগী ৩০ ফাওবা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহা সভাগী মীফম ফম্নবগী মাঙজৌননা থবক কন্না পায়খৎলকপা মতমনি। মীফম অসিদা মহারাজ চুড়াচান্দনা প্রসিদেন্ট, অঙোম নিংথৌ - তোমচৌ সিংহনা ভাইস প্রসিদেন্ট, হিজম ইরাবতনা জেনেরেল সেক্রেটরি ওইবা অদুগা ষ্টেট ডারবারগী মেম্বরশিং, চৈরাপ কোর্টকী মেম্বরশিং অমসুং পঞ্চায়েত কোর্টকী মেম্বরনচিংবা কয়ানা কোমিটিগী মেম্বর ওইবা ওর্গেনাইজেসননি। মীফম অসি পোলিস লেন্দদা ফমগদবনি অমসুং মীফম অসিগা মরী লৈননা মেলা অমসু মফম অদুদা শীনগদবনি। মদুগীদমক তোঙান-তোঙানবা মফমদা সবজেক্ট কোমিটিগী মিটিং কয়া তৌখ্রবনি। সেসন অদু ফম্নবগীদমক পোলিস লেন্দদা উনা সাবা জিঙঘনা কুপ্পা অচৌবা হোল অমা অমসুং মেলাগীদমক শঙনচিংবা

শাবা লোইরবনি। মেলাদি মেগী তাং ২২ দগী হৌখ্রে, সেসননা মেগী তাং ৩০ দগী হৌগদৌবনি। মেগী তাং ২৯ দা খগেন্দ্রজিৎনা মহারাজ চূড়াচান্দগী মফমদা পোলিস লেন্দদা সেসন ফম্বা অদু য়ানিংদবগী চিঠি অমা ইখি। মরোলদি — "পোলিস লেন্দ হায়বা মফম অসি হয়িংখোঙবান, মবুধৌ শোরাবগী মশুমাং, য়াইস্কুল থোঙলেন য়াইচনবা, মুতু-হৈরাংখোং হৈস্না মমাঙ হামজৌবা হায়না মৈতৈ পুয়াদা ইরিবা অরুবা লাইফন্নি। মফম অসিদা মীয়াম তিলহৈদবা মফমনি। মফম অসিদা মহাসভা ফম্বীগনু। মদুগী মহূত্তা সনা কোনুংদা ফন্নবা তৌবিয়ু ..." হায়বা মরোলশিং অসিনি। খগেন্দ্রজিৎকী চিঠি অসি ফংবগা মহারাজনা সনা কোনুংদা লৈবা অখঙ অহে কয়া তান্নরগা পোলিস লেন্দদা মহাসভা ফম্বসি চুমদ্রে হায়না লেপ্পখি অমসুং মেগী তাং ৩০ দা মহা সভাগী সেসন অসি সনা কোনুংগী রাস মন্দলদা ফমখি।

২) পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাওগী মনিল অসি মণিপুরদদি শোক ১৯৪০ হৌগৎলকপদগীদি কন্না তানরক্রমই। পুয়া নৈনবা কাঙবুশিংগী মরক্তদি য়ান্না তোয়না ফমমিন্নদুনা নৈনবা মতম অমা ওইরম্মী। শোক ১৯৪২ গী জানুবারিগী থাখায়দা খগেন্দ্রজিৎনা মহাক্কী উপু কাংথোল মরু ওইবা লাইরিক কয়ামুক ফৌ খরগা লোয়ননা নোংমা ষণ গাড়ীদা হাপ্তুনা অয়ুক চাকঙন চারগা অংথা তন্না কোংবা কৈথেল লান্দুনা চৎখিরম্মী। কোংবা কৈথেল য়ৌরকপা মতমদা কৈথেলদা মরুপ-মপাং কয়ানা কদাইদা চৎলিবনো হায়দুনা হংখিরম্মী। মতম অদুদা খগেন্দ্রজিৎনা লাল চেল্লিবনি হায়দুনা খুমখিরম্মী। কুমশিগী মে থাগী তাং ১০ দা জাপাননা মণিপুরদা বোম থাদগদৌরি। নুমিৎতুদদি পোৎ চৈ কয়াসি পুদুনা চেনবা নংলোইদৌবনিনা মরু-মরু ওইবা লাইরিক, চে-চাং কয়া অংথাদা লৈবা মহাক্কী মরুপ অংথা খুলগী চৌকিদার কোম্ৰৌজম আদর সিংহগী য়ুমদা মাঙজৌননা থমহৌনবগীদমক পুরিবনি।

অংথাদা পুরিবগী মরমদি মফম অসি পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাওদা য়ৌরোইদৌবা, ইংনা চিক্না লৈবা ঙমগদবা মফম অমনি। অদুগীসু মথক্তা কোম্ৰৌজম আদর হায়বসি মাগা নুংশিনবা মরুপ ওইবনা খুদোং থিরবা মতমদা মাগী মতেং ফংগদৌবনি। পুন্নমকসিগী মথক্তা আদরগী য়ুমদা অতৈ কয়া অমসু লান চেল্লকপা য়াই অদুনা লৈফম নৈতবসু য়াবনিনা মাঙজৌননা চৎলবদি খুদোং চারোইদৌবা কয়াদগী ঙাকথোক্রগনি। মতুংদা অংথা খুল অসি অনীশুবা লাঞ্জাওগী মৈরী ফংখিদে।

৩) খগেন্দ্রজিৎ ইংশোক ১৯৪২ গী মেগী তাং ১ দা মণিপুরগী সনা কোনুংদা চৎতুনা মহারাজ বোধচন্দ্রগী মফমদা অসুম্না হায়খি — মৈতৈ পুয়াগী মতুং ইন্না মেগী তাং ১০ দা মণিপুরদা জাপাননা বোম থাদরগদৌরি। অদুনা মদুদা সনা কোনুংদা তারকপা থোক্লবদি শ্রী গোবিন্দ শোকপসু য়াই। মরম অদুনা মেগী তাং ১০ গী মমাঙদা শ্রী গোবিন্দজি অসি উচেক্কোন মায়কৈরোমদা লেংথবিরো মাইগৈ অসিদি লালদা য়ৌরোইদৌবা শান্তি ওইগদৌবা মফমনি হায়নসু হায়খিরম্মী। মহারাজ বোধচন্দ্রনা কোনুংগী অখণ্ড-অহৈশিং তান্নরগা গোবিন্দিগী কৃপা য়েংখিসি হায়দুনা তাং ১০ গী মনুংদদি লেম্খিদ্রে অদুবু তাং ১০ দা বোম তারবা মতুঙদা নোংঙাল্লগা তাং ১১ দা উচেক্কোনদা লৈবা শ্রী গুরুময়ুম তোম্বী শর্ম্মগী মন্দিরদা গোবিন্দজি লেঙশিনখি।

৪) খগেন্দ্রজিৎনা লাইরিক কয়ামুক নৈনববা মতুংদা মহাক্না য়াম্না খৌরাংনা পাম্বা পুয়া অমা ইংশোক ১৯৪৫ গী জানুবারি থাদা ৱাংজিং মমাং লৈকাইদা লৈবী খোইদোংবম নিংঙোল নোংমাইথেম ওংবী চাওবী কৌবী, অনীশুবা নুপী লালদা জেল চঙলুবী অদুনা পুরক্কুনা পীরৈ। মদু লৈশেমলোল অরিবা হায়রিবা পুয়া অদুনি। পুয়া অদুদা মপুঙ ওইনা য়াওরিবদি মৈতৈশিংনা লাইনিং-লাইশোন তৌবগী অকুপ্পা, অশি-অনা থোক্লকপা পুম্নমক্কী থৌরম থাযনঙৈদা কবম্না তৌরম্বগে হায়বদু ময়েক শেংনা য়াওবা পুয়া অমা ওইরম্মী। পুয়া অদু ফংবগী ইকুই-কুইদনা তাং ২৯/৬/৪৫ ইংদা ৱাংখৈ অয়াং পল্লিদা লৈবা ৱাংখৈময়ুম গুলাপমচাগী য়ুমদা ৱাখল মান্নবা মী কয়ামুক্কী মীফম অমা ফমদুনা মৈতৈ ময়েক থৌগল মরুপ কৌবা ওর্গেনাইজেসন অমা সেমখি। খগেন্দ্রজিৎনা মদুগী প্রসিদেন্টনি, মচানিপা ইবোবীনা সেক্রেটরিনি। মরুপ অসিগী পান্দমদি মৈতৈ পুয়া নৈনবা, মৈতৈ ময়েক্কী লাইরিক পুথোক্কুনা অমদি মৈতৈ ময়েক্কী স্কুল লিংদুনা মৈতৈ ময়েক তমহন্নবা, লাইনিং-লাইশোল অমদি লাইনিং-লিচৎকী লিক্রম অসি করম্না শক-শোনবা অমদি চৎথবা হায়বনচিংবা অসিনি অমসুং মদু পাঙথোকপনি। খগেন্দ্রজিৎ অমদি মচানিপা ইবোবীনা থৌগল মরুপকী ফমশিং থাদোক্লগা ৱাংখৈ থাঙজম লৈকাইদা লৈবা রাজকুমার তোমানসনানা প্রসিডেন্ট অমসুং তোমালসনাগা য়ুম থংননা লৈবা অখাম থম্বালঅঙৌদা সেক্রেটরিগী থবক শিন্নখ্রে। কমিটি অসিনা অথুবা মতমদা লাইরিক ফোঙদুনা স্কুল লিংদুনা লাইরিক তম্বীবা হৌখ্রে। মসিগী অহানবা ওজা রা: কু: সনামচা কোকঙাংসনানি। রা: কু: কোকঙাংসনা অসি রা: কু: তোমালসনাগী মপাগা

পোকমিন্নবা মখুরানি, স্কুল অসিগী মথং মথং চাওখৎলক্কুনা হৌজিক কোংবা কৈথেলদা লৈরিবা মৈতৈ ময়েক হায়স্কুল অসি ওইরকখি।

লাইনিং - লাইশোলগী মরমদা কুপ্পা - নৈনরবা মতুংদা মহারাজ বোধচন্দ্রগী অয়াবা লৌরবা মতুংদা পাখঙবা লাইনিংগী লাইশোন তিনশোলগী থবক পায়খৎপা হৌরকখি। থা ৩/৪ চুপ্পা ঈশৈ তিন্নদুনা ঈশৈ শকপা য়াবা পালা মপুঙ ফানা লৈরবা মতুংদা ইংশোক ১৯৪৬ কী এপ্রিল তাং ১৬ শজিবু থাগী থাবুম লৈবাকপোকপা নুমিৎতা ৱাংখৈময়ুম গুলাপমচাগী ময়ুমদা মৈতৈ লাইনিং-লীচৎকী মওং-অসি মীয়ামদা ফোঙদোকখি। নুমিৎ অদুদা হৈকৎ-লৈকৎ তৌবনা ৱাংখৈময়ুম গুলাপমচানা তৌখি। পুয়া পাবনা চোংথাম মেরামচানা পাখি। ৱাংখৈ কোইজম লৈকাইদা লৈবা রা: কু: খোমদোনসনা অমসুং লৈকাইদুদা লৈবা রা: কু: কলাসনা অনীনা লুক হৌখি। ময়ামগী ওইবা থৌরমদা বামোনশিংতনা তৌরম্বা থৌরমশিং অদু বামোন অমত্তা য়াওদনা থবক পুন্নমক মৈতৈশিংতনা পাঙথোকপসি চহি ১০০ সিগী মনুংদদি নুমিৎ অসিনা অহানবনি। নুংথিলদা লৈখুরাম খগেন্দ্রজিৎনা ঈশৈ হন্দুনা পালাগী ঈশৈ শকখি। মদুদা পালাশিংনা ফিত্তৌ শেৎতুনা তান মরী অশাংবা পায়রগা কোয়েৎ অচৌবা য়েৎখি। লাইশ্রম মেরানা দুহার, কুরাম বিদুরনা খোম্বাংবগী মকোক খোংবাংবগী মায়কৈদা ৱাংখৈময়ুম গুলাপমচা, থিংঙোম কলাচান্দ, লাইখুরাম ইবোবী অসিনি। চাওরাক্লা মী ১৫০ রোম তিনখি।

৫) ইংশোক ১৯৪৫ গী মেরা থাগী থাবুম নুমিৎতা রা: কু: তোমালসনাগী য়ুমদা তিনবা মীফম অমদা পুয়া পাবগী অমসুং মদু নৈনবগী লাওথোকখিবগা লোয়ননা ইংশোক ১৯৪৭ কী ডিসেম্বর থা ফাওবা চৎথখি। মদু চাউরাক্লা নুমিৎ চা-তরেৎনিরোম (৭০০) ওইগনি হায়নৈ। অয়ুক পুং ৭ তগী ১১ ফাওবা নুংথিল পুং ১ দগী ৫ ফাওবা। অসুন্না নোংমদা পুং ৮/৮ গী পুয়া পাবা অমসুং নৈনবা চৎথরম্মী। রা: কু: তোমালসনাগী হৈনৌজোম মখোঙদা ময়াম ফমদুনা নৈনবনি। অহানবদা লৈশেমলোন অরিবনি মথংদা ইরেংবা পুৱারী, লৈথক-লৈখারোন, শিংককলোন, কাইবরোন, নুঙলোন থম্বাল, খুনুং পুৱারী অসিনচিংবা নৈনখি। মদুদা লাইরিক পাখিবনা (১) চোংথাম মেরামচা, (২) রা: কু: সনামচা (কোকঙাংসনা) অমসুং (৩) ৱাংখৈময়ুম গুলাপমচানি। অসিনা শিল্লোন শিঞ্জিন তৌদুনা পাবনি। পুয়াদা য়াওবা অরুবা লৌশনবা ঙমদবা মতাং নৈনরকপদা খগেন্দ্রজিৎনা ফজ-ফজনা মদুগী পাওখুম পীখি। মসিদা অরাপ্পা মফম

কয়াদগীসু মীওই কয়াগী ৱাহং লাকখি। মসিদা খগেন্দ্রজিৎনা মহাক কাওরে নৎত্রগা খণ্ডদ্রে, লাইরিক অমুক্তং য়েংখিগে হায়বা ৱাফম অমত্ত ফাওবা য়াওদনা হংলকপা ৱাহং পুন্নমক ফজ-ফজনা পাউখুম পীখি। মীয়াম তিন্দুনা ফগ্বদুদা নুমিৎ খুদিংগী থক্ল চানবনচিংবগী অচঙবা পুন্নমক রা: কু: তোমালসনানা থৌরাং তৌখি।

মথক্কী পাঙথোকখ্রিবা থৌদাং-ময়াম অসি য়েংলুবগা খগেন্দ্রজিৎ অসি মণিপুরগী ইতিহাসকী মচাক থিজিনবদা অমসুং নৈনবদা ফজনা শরুক য়াখিবা শক্লাইরবা মীশক অমনি হায়বদু ময়েক শেংনা তাক্লি।

## মণিপুরদা কোওপরেতিভ অন্দোলনগী থবক পায়খৎনবগী মাইকৈদা ফ্রিদম ফাইটর খগেন্দ্রজিৎনা তৌরকপা থবকশিং

ইং ১৮৮৫ গী সেপ্টেম্বর তাং ১৩ দা ৱাংখৈ কোংবা লাইশ্রম লৈকায়দা পোকখিবা অদুগা ইং ১৯৪৮ গী সেপ্টেম্বর তাং ২৭ তা তাইবঙপান থাদোক্লুনা নোঙ্গাখ্রবা শ্রী লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ সিংহ, লৈখুরাম সেংগোই সিংহ অমসুং রাজকুমারি থরোসনা দেবী অনীগী অমত্তা পোকচবা মচানি। খগেন্দ্রজিৎবু মীয়াম্না 'ইবুংঙোহল' হায়না শকখঙনরম্মী। মহাক লাইরিক-লাইশু য়াম্না তমখিবা মীশক অমদি ওইখিদে। প্রাইমারি স্কুলগী থাক ফাওবা লোইখিদে। অদুবু মহাক্কী পুন্সিগী ইতিহাস নৈনজরব্দা মহাক পীক্লিঙৈদগী মবুদ্ধি-মরৌশিং লৈবা, থবক থৌরম খুদিংদা চঙখোনবা মীশক অমদি ওইরম্মী। মহাক্কী হোৎনজমন্না সংস্কৃত অমসুং বেঙ্গোলি লোনবু ফজনা খঙলম্মী লোয়ননা সংস্কৃট অমসুং বেঙ্গোলিদা ইবা এস্ট্রোলোজিগী বীজ্ঞানবু ফজনা নৈনদুনা হিরম অসিদা মমুৎ তানা খঙলম্মী। লোয়ননা অঙাং ওইরিঙৈদগী থাঙ-তা অরাম্বাইনচিংবা হূনবদা হৈথোই শিংথোইবা মীশক হায়দু ওইরম্মী। শ্রী খগেন্দ্রজিৎ সিংহ "মৈতৈ মাইবগী হিরমবু ওজা গুরু নাইনা তমদুনা অনাবা কয়াবুসু য়েংখি। মহাক্না ট্রিপুরাগী মহারানি রত্নমঞ্জুরি দেবীবু লাইয়েংদুনা মহারানিগী অনাবা ফহনবা ঙমখি। অসিমক্তনা মহারাণীনা অয়োকপা মচানী হায়না লৌখি। অদুগা জ্যোতিষ নিংথীনা নৈরবা মীশক্নি হায়দুনা জ্যোতিষ রত্নকার হায়বা উপাধি পীখি। মহাক্কী পুন্সিগী ৱারীদগী খঙবা ঙম্মী মদুদি শ্রী খগেন্দ্রজিৎ সিংহ মীয়ামগী সেবা য়াম্না তৌনিংবা মীওইনি হায়বা। চুড়াচান্দ মহারাজনা পাল্লিঙৈদো মীয়ামগী য়াইফনবগীদমক অন্দলন্নচিংবা কয়া চংশিল্লুবগীদমক জেলদা থমখি। ঈশিংগী খাজনা সাইকলগী তেক্স লৌদনবা নিংথৌদা ৱাকৎখিবা, মণিপুর ষ্টেট ডারবারদা মীয়ামগী মীহুৎ য়াওহনবীয়ু, কঞ্জুমর কোওপরেতিভ লিংদুনা ফেয়ার প্রাইছ শোপ হাংননবা দাবী কয়া থাজিনখি। মহাক 'নিখিল মণিপুর প্রজা' কৌবা দল লিংখৎলম্মী। "মৈতৈ ময়েক থৌগল মরুপ" অমসুং "মৈতৈ লাইনিং মরুপ" লিংখৎতুনা মৈতৈ ময়েক চাওখৎনবা হোৎনখিবা অমসুং পাখংবা লাইনিংগী লিচৎ শন্দোকখিবা মীশক্নি।

অদুবু কোওপরেটিভ অন্দলনগী মতাংদদি মহাক মশামক সোসাইতি শেমদুনা মেম্বর ওইরম্বগী খুদমদি ফংদে। অদুম ওইনমক মহাক্না থন্নম্বা কোওপরেটিভকী ৱাখলল্লোন অদুদি থাগৎফম থোকই। মহারাজ চুড়াচান্দগী মতমদুগী ষ্টেট সরকারদা কঞ্জুমর কোওপরেটিভ লীংখত্তুনা ফেয়ার প্রাইছগী দুকান হাংদোক্তুনা কঞ্জুমরশিংদা কান্নবা ফংহন্নবা ৱাখল্লোন কয়া পীরম্মী। তশেংনমকসু মহাক্কী ৱাখল্লোন অসি কান্নবা ফংখি। ইং ১৯৩৮-৩৯ দা ইন্দিয়ান কো-ওপরেটিভ সোসাইটিজ এক্ট ১৯১২ অসি মণিপুরদা চৎনহন্দুনা ইহান হানবা ওইনা "মণিপুর কোওপরেটিভ বেঙ্ক লিমি:" কৌবা অমা লীংখত্তুনা মীয়ামদা শেল পুহন্নবা হোৎনখি। অদুবু ইং ১৯৩৯ গী দিসেম্বর থাদা নুপীলাল থোকখিবদগী প্রজা খুদিংমক্কী অপাম্বসি কঞ্জুমর মুভমেন্টলোমদা ওইখি। ইং ১৯৪২ দগী ১৯৪৫ ফাওবা অনীশুবা ৱাৰ্ল্ড ৱার থোক্তুনা ইম্ফালগী মফম কয়াদা জাপানশিংনা বোম থাদবদগী লানশি-লান্তারুরবা মতুংদা প্রজা পুন্নমক্কী অপাম্বসি চংদবা য়াদ্রবা পোৎ-চৈ মীয়ামদা ফংহনবনি। মতম অদুদা শনঞ্জেনবম নোদিয়ানচান্দনা কো-ওপরেটিভকী রেজিস্টার ওইরি। ইম্ফালগী অয়াম্বা মীনা থাপ্না থাপ্না লান - চেন্নরুরবা মতুংদা তপ্না তপ্না হনজিন্নরকখি। ইংশোক ১৯৪৫ গী আগস্ট ৬ তা জাপানগী হিরোসিমাদা আমেরিকানা এতোম বোম থাদদুনা অমাং অতা থোকহনখিবা অদুদগীদি জাপানীজগী লান্মীশিংনা মণিপুরদগী হন্দোকখিদুনা লান ইংথরকপগা লোয়ননা ইম্ফালদা মী হনজিন্নরকখি। ইংশোক ১৯৪৭ কী আগস্ট ১৫ দা ভারতনা শ্বরাজ ফংবগা লোয়ননা মণিপুর মনিং তম্লে। মতম অদুদা মীওই ৭ না শাবা মহারাজনা হাপ্পা মন্ত্রি মন্দল অমা লৈরে। মদুদা সিভিল শাপ্লাইগী মন্ত্রি ওইখিবা শ্রীশিনাম কৃষ্ণ মোহান্না ভারতকী মফম অতৈদগী ভারত সরকারনা থারকপা পোৎ পুন্নমক কঞ্জুমর কো-ওপরেটিভশিংদা দিলর হাপ্তুনা প্রজাদা ফংহন্নবা ওর্দর তৌবদগী মণিপুরগী চীং অমসুং তমদা প্রাইমারি কঞ্জুমরস কো-ওপরেটিভ ৫০০ রোম লিংদুনা অমসুং রেজিস্ট্রেসন তৌদুনা ফেয়ার প্রাইছ - শোপ হাংহনখি। মতম অদুদা মাইবম রাজনিকান্তানা কো-ওপরেটিভক্কী রেজিস্টার ওইখি। মদুদা, চেঙ, থুম, কেরোশিন, ফি, লং, চিনি অঙৌবা অসিনচিংবা পোৎশিং অসিনী। দিলরশিংনা অহোংবা মমলদা য়োনখি। মাইবম রাজনিকান্তগী মতুংদা আশামদগী লাকপা হাজারিকা কৌবা অমনা কো-ওপরেটিভ রেজিস্টার ওইরে। মতম অদুগী মণিপুরগী প্রজাশিংগী ৱাখলদা অনীশুবা লাঞ্জাওগী চহি ৫/৬ লোমগী মতম অসি ভারত পুম্বা পোৎথোক নীংথিনা পুথোকপা ঙম্নখিদ্রবনি। পোৎ খরনা প্রজা য়ুমথোঙ খুদিং সিনবা থুংনা য়ৌহন্নবা হোৎনবা মতম ওইখি। মতম অদুদা কঞ্জুমরস কো-ওপরেটিভশিংনা দিলট তৌরমদ্রবদি প্রজাশিংনা করম্না হিংঙমগদগে হায়বদু

খন্নরমখি। খগেন্দ্রজিৎনা পামজরিবদি প্রজাশিংনা করম্না হিংলমগদগে হায়বদু খন্নরমখি। খগেন্দ্রজিৎনা পামজরিবদুসু মদুমক্নি। কঞ্জুমর কো-ওপরেটিভ লিংদ্রবদি লায়রবা প্রজা, লৌমী-শিন্মীশিংবু হাৎননবা হোৎনরি। মদুদগী কনগে হায়রবদি কঞ্জুমর কো-ওপরেটিভ লিংবা তাই হায়বসিনি খগেন্দ্রজিৎকী ৱাখল। মসিগীদমক্তা রিভোল্যুসন হৌরুবদা ১৯৩৫ গী ওক্টোবর থাদগী থা তরুক জেল তাখ্রবনী।

মতাং অসিদা পনবা য়াবদি গ্রেৎ ব্রিটেন রোচ্দেল হায়বা মফম অদুদা ইংশোক ১৮৪৪ দা খ্বাইদগী হান্না কঞ্জুমর কো-ওপরেটিভ লিংখি। জর্ম্মন্নচিংবা পৃথিবীগী লৈবাক কয়াদা লিংনখ্রবা মতুংদা ভারত্তদি ইংশোক ১৯১২ দগী লিংনখি। গুজরাৎ, মহারাস্ত্র, বেঙ্গলনচিংবদা চাওখৎলকপা তাঞ্জা ওইখি। মণিপুর ষ্টেট অসিদি ভারতকী য়াম্না থাপ্না বর্ম্মাগা তাইননা লৈরি চীংনা মরোল মরোল কোয়শিনলগা তম্পাক মচা অমতং লৈবনি। অদুগীসু মথক্তা নিংথৌপানবা লৈবাক্নি। মপানগী পাউ হেক্তা য়ৌবা ঙমদে। মতম অদুদা ভারতকী মফম কয়াদা কোয়না চৎলুরবা খগেন্দ্রজিৎনা মপানগী পাউ অদু পাউদমখিবনী। মদুদা জেল চঙলুরিবনি। হৌজিক্তি মণিপুরগী দিস্ট্রিক্ট মাপলদা ডিস্ট্রিক্ট ওফিসার মাপল লৈরগা মখোয়গী মখাদা জোনেল ওফিস কয়া লৈখ্রে। মণিপুরগী কো-ওপরেটিভকী মীহূৎনা ভারতকী ইয়ুনিয়নগী বোর্ডতা মেম্বর ওইরে। ইংশোক ১৯৫৬ তগী লিংখৎতুনা ট্রেইনিং ইন্সটিট্যুসন সেন্টর লৈরে। ইংশোক ১৯৮৮ দগী ট্রেইনিং কলেজ মণিপুরদা লৈরে। হৌজিক রেজিস্টার তৌরবা কো-ওপরেটিভ শোসাইটি ৪০০০ হেন্না লৈরে। কো-ওপরেটিভ বেঙ্ক হোলসেল কঞ্জুমর, এপেক্স মার্কেটিংনচিংবা কয়া লৈরে।

হৌজিক পনবা য়াবা খরদি মণিপুর ষ্টেট হোলসেল কঞ্জুমরস কো-ওপরেটিভ সোসাইটি হৌজিক্না মণিপুর ষ্টেট কঞ্জুমরস কোওপরেটিভ ফেদরেসন হায়না খংনরবা, কোংবা প্রাইমারি কঞ্জুমর কো-ওপরেটিভ সোসাইটি লিমিতেৎ, পোরোমপাৎ রোড প্রাইমারি কঞ্জুমর কো-ওপরেটিভ, নোংমৈবুং প্রাইমরি কঞ্জুমর কো-ওপরেটিভ সোসাইতি, পোপুলর ইডুকেটেৎ প্রাইমারি কঞ্জুমর কো-ওপরেটিভ সোসাইট লিমিতেৎ অসিনচিংবা কয়াসি পনবা য়াই।

ঙসিদি মণিপুর মশাগী "মণিপুর কো-ওপরেটিভ সোসাইতিজ এক্ট ১৯৭৬ অমসুং রুল ১৯৭৭ লৈজরে, এক্ট অসিগী মখাদা তোঙান তোঙানবা জি: পি: লেভেল মলটিপরপজ সোসাইটিজ কয়া ৱিভিং সোসাইটিজ, মারকেটিং, পোলট্রি, পিগরি সোসাইটিজ, ঙায়োকপী, ডাইরিগী সোসাইটিজ কয়া শেমগৎতুনা মেম্বরশিংদতা নত্তনা মীয়াম পুম্নমক কান্নবা ফংহনবনি।

মণিপুরগী ডিস্ট্রিক্ট অহুমদা হায়বদি বীসেনপুর, থৌবাল অমসুং চুড়াচান্দপুর ডিস্ট্রিক্ট আই: সি: দি: পি: (ইন্টগ্রেটেৎ কো-ওপরেটিভ ডিভেলপমেন্ট প্রোগ্রাম) পায়খৎতুনা কোওপরেটিভকী খুৎথাঙদা মীয়ামদা হিরম কয়াদা কান্নবা পীখ্রে। হৌজিকসু ইম্ফাল ডিস্ট্রিক্ট অনি অসিগী আই: সি: দি: পি: গী মখাদা প্রোজেক্ট কয়া পায়খৎখ্রে।

অৱাং নোংপোক্কী ষ্টেটশিংগী মনুংদা কোওপরেটিভকী মাইকৈদা মণিপুবনা মাংজিন থানা চৎলিবনি। অসুন্না লাইওইখ্রবা শ্রী লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ সিংহনা মংলম্বা মঙ ঙসিদি মংফাওনহল্লে।

# ভিলেজ ভলুন্টিয়ার ফোর্স শেমগৎনবগী মায়কৈদা খগেন্দ্রজিৎ এলায়েজ ইবুংঙোহলনা তৌরকপা থবকশিং

লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ এলাইজ ইবুংঙোহল, ইংশোক ১৮৮৫ গী সেপ্টেম্বর ১৩ দা পোকপনি অদুগা ইংশোক ১৯৪৮ গী সেপ্টেম্বর ২৭ তা লৈখিদবনি। চহি ৬৪ রোমগী মহাক্কী পুন্সিগী তেল্লবা মতম অসিদা মীয়ামগী, সমাজগী অমদি জীবা পুম্বগী সেবাদা অচৌবা থৌদাং য়াখিবা দেশ ভক্ত অমনি। থোইদোক হেন্দোক্লা মণিপুরগী প্রজাশিংগীদমক্তা জেল চংদুনা অৱাবা কয়া খাংদুনা মশাগী ওইজবা কয়া থাদোক্লুনা লায়ররবা, চুদৎনরবা মণিপুরীশিংগী য়াইফনবগী হোৎনবদা মপুন্সি কৎথোক্লবা সমাজ সেবক্নি। মহাক্না প্রজা মীয়ামগীদমক্তা তৌখিবা থবকশিংগী মনুংদা "ভিলেজ ভলন্টিয়ার ফোর্স" পু লৈকাই লৈকাইদা লিংখৎখিবা অসিমক মণিপুরগী ইতিহাসতা অচৌবা পন্দুপ অমনি। ওল্লিঙৈগী মতমদা ইংশোক ১৯৩৫ দা অসিগুম্বা ৱাখল্লোন পুথোক্লম্বগীদমক থোইদোক-হেন্দোকপা গুন অমনি। মসিগী মরু ওইবা পান্দমদি মতম অদুগী হূরান চিন্থী ঙাক্লবা প্রজা মীয়াম্না পোলিসকী মতেং য়াওদ্রবসু ঈংনা তপ্পা হিংনবগী অচৌবা উপাই অমনি। খগেন্দ্রজিৎনা লৈকাই লৈকাইদা ভিলেজ ভলন্টিয়ার ফোর্স লিংদ্রিঙৈগী মমাংদা ইংশোক ১৯৩৫ গী ওক্টোবর থাদা দাবী নিপান তানবগী অচৌবা রিভোলুসন অমা হৌখি। দাবী নিপান অদুগী মনুংদা লৈকাই খুদিংদা ভিলেজ ভলন্টিয়ার ফোর্স শেম্লগা হূরান চিন্থি, লুৎ-পাৎ ঙাকপদা পোলিসকী মতেং পাংহল্লবদি প্রজাশিংনা ঈংনা তপ্পা পানবা ঙমগনি হায়বা দাবী অমা য়াওই। সরকারনা মদু খন্নবগী মহূত্তা খগেন্দ্রজিৎনচিংবা অন্দোলনকারি লিদরশিংবু থা ৬/৬ খগেন্দ্রজিৎনচিংবা জেল পীখি। জেলদগী থোরক্লবা মতমদা খগেন্দ্রজিৎনা ভিলেজ চৌকিদার ৩০ লোমগা তানরগা লৈকাই লৈকাইদা ভিলেজ ভলন্টিয়র ফোর্স লিংখিবনি।

অসিগুম্বা ৱাখল্লোন অসিগী পরিংদা গ্রেৎ বৃটেন্দসু হোম গাডর্সকী সংস্থান অসি পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাওগী মনুংদা লোকেল দিফেন্সকীদমক্তা লিংখৎখি। ভারত্তনা ইং শোক ১৯৪৬ তা হোম গাডর্সকী ওর্গেনাইজেসন অসি খ্বাইদগী অহানবা ওইনা মহারাস্ত্র ষ্টেটতা লিংখৎখি। মসিগী মরু ওইবা পান্দমদি পোলিসকী থৌদাং খুদিংদা মতেং পাংবা, মীয়ামগী অৱা-অনা মৈহৌ লাংপোক কয়াদা সেবা তৌবা,

সরকারগী থবক থৌরম কয়া ফেইল ওইরকপা মতমদা শোয়দনবা থৌদাং য়াবা, কাংলুপ মশেল নুংশিনদবা থৌওং কয়া থোক্লকপদা মদু থিংবা, লৈবাক্কী শেলথুমগী ফীভম ফগৎহন্নবা হোৎনবনচিংবা চাওখৎ থৌরাং কয়াদা শরুক য়াবা, সরকারগী অমদি প্রজা মীয়ামগী লন-থুম পোৎ-চৈ ঙাক শেনবা অসিনচিংবা কয়াগী থৌদাংগী পান্দম্নি। অসিগুম্বা ৱাখল্লোন অসি শ্রীখগেন্দ্রজিৎকী মতম অদুগী ভিলেজ ভলন্টিয়ার ফোর্সকী পান্দমদা ময়েক শেংনা মমি তাই।

ইং ১৯৭২ দা শ্রীমতি ইন্দিরাজিগী মতমদা ভারত সরকারনা মণিপুরদা ভি: ভি: এফ: ভিলেজ ভোলনতিয়ার ফোর্স লিংখৎতুনা লৈরে। মসিমক খগেন্দ্রজিৎনা লিংখিবা অদুগী চহি ৩৫ রোমগী মতুংদনি। মসিগী মরু ওইবা পান্দমদি শ্রীখগেন্দ্রজিৎনা নিংজরম্বা অদুমক্নী। মহাক্কী ভি: ভি: এফ: তি খুৎলাই পীথখিদে। ভারত সরকারনা অশিনা খুৎলাই পাই। মসিদনি খেন্নবা। ৱাফমসিদগী ময়েক শেংনা ঐখোয়না উই। মদুদি ঃ— ভারত্তদা নত্তনা পৃথিবীগী করিগুম্বা লৈবাক অমত্তদা লিংদ্রিবা ভি: ভি: এফ: কী ওর্গেনাইজেসন অমসুং মদুগা মান্নবা ওর্গেনাইজেসন ফাওবা খুদম ওইনা টেরীটোরিয়েল আরমী হোম গাডনচিংবা লিংদ্রিঙৈগী মতমদা ইংশোক ১৯৩৬ তা খগেন্দ্রজিৎনা মণিপুরদা ভি: ভি: এফ: লিংখিবা অসিদগী ঐখোয়না উরিবদি মহাক অসি সাধাবন মীয়ামদগী য়াম্না হেন্না মাংজৌননা উবা ঙম্বা, থোইদোক হেন্দোকপা মীশক অমনী হায়বদা থোইনা হায়মনবা ওইরোই।

শ্রী খগেন্দ্রজিৎকী ৱাখলদা মতমদুগী মণিপুর, লায়রবা লৈবাক্নী। শেল হেন্না থাদদুনা পোলিশ ফোর্স চাউথোকপা ঙমলোই। অদুবু প্রজা মীয়ামবুদি হূরান -চিঙ্থি, লুৎ-পাৎ ময়ামদগীদি কন্দবা য়াদে হায়বা ৱাখল অসিদগী ভি: ভি: এফ: পু মহাক্না ভলন্টিয়ারগী বেশিস্তা লিংখৎখিবনি। ইম্ফাল এরিয়দা লৈবা নীপা পুম্নমক্না প্রোগ্রাম শেমদুনা নুমিদাং অথেংবদা মীনা তুম্না-হীপ্নখ্রবা মতমদা মরৈকাইগী সেবা তৌনখি। মহাক্না লৈকাই লৈকাইগী চৌকিদার অমমমদা ভলন্টিয়ার ৫০০/৫০০ থমদুনা লৈকাইদা হূরান-চিঙ্থি ঙাকখি। মসিবু ঐখোয়না বোং (য়াওন) চৎপা হায়না খংনখি। থৌরাং অসি চৌকিদার ৩০ গী এরিয়াদা মপুং ফানা চৎথখি। মতম অদুদা মী ১০,০০০ রোমগী মেন পবার লেম্না পুথোক্তুনা সরকারবু লো অমসুং ওর্দর ঙাকপদা মতেং পাংখিবা হায়বসি ইচম চম্বা থৌদাং নত্তে। মীয়ামদগী তোপ-তোপ্না ৱাখল্লোননী। শ্রী খগেন্দ্রজিৎকী ভি: ভি: এফ: শেমদুনা থবক পায়খৎখিবা অসিদগী মতম অদুগী প্রজা মীয়াম্না য়াম্না ইংনা খুয়া তুশিৎনা পানজবা ঙমহন্খি। অদুনদি ঙসিদি ঐখোয়না মহাক অসি “ফাদর ওফ ভি: ভি: এফ:” হায়না চাউথোক্না কৌবা য়ারে।

মহাক্কী ভি: ভি: এফ: কী ৱাখল্লোন অসিনা কাশ্মির, পনজাব অমসুং অৱাং নোংপোক ভারতকী ষ্টেটশিংগী অরুম্বা সমাশ্যা কয়া সোল্‌ভ তৌরি। অৱাবা তারবা ইমুং কয়াগী মী কয়াবু অৱাবদগী কল্লি।

ভি: ভি: এফ: কী নীংথিরবা ৱাখল্লোন অসিনা নৌনা হৌগৎলক্লিবা নহারোলশিংদা মরৈবাক মজাতিবু সেবা তৌনিংবগী পারা অমা তম্বীবগা লোয়ননা লৈবাক অমগী নাগরিক ওইবগী মীশক ওইনবগীদমক কৎথোকপা অমসুং মরৈবাক নীংবগী থৌদাং করিনো হায়বদু তম্বীরি। মসিনা তাকপদি শ্রী খগেন্দ্রজিৎনা ভারত্তা দেমোক্রেসি চৎত্রীঙৈদা মণিপুরদা গনতন্ত্রগী য়ুমফম হান্ননা থোন্দুনা থন্নমলিবনি। মহাক্না মোনার্কি থাজদে দেমোক্রেসি থাজে হায়বসি মহাক্না ইংশোক ১৯৩৫ দা ময়কে শেংনা উৎলে।

ভি: ভি: এফ: কী পান্দমদা নহারোলশিংগী ইনর্জি অসি অফবা পুম্বিদা চৎননবা নীংথীরবা লম্বী য়াৎতুনা কেনেলাইজ তৌদুনা মমা লৈবাক সেবা তৌনিংনবগী ইহূল অমা কন্না পীরি। মসিমক মহাক্না মীগী শাইকোলোজি মনুং য়ৌনা খংঙি হায়বসি শেংনা তাক্লি। মসি শ্রীখগেন্দ্রজিৎনা জ্যোতিষ রত্নাকর ওইৱনা মরম ওইদুনা মীওইবগী নুংগী ওইবা ৱাখল খঙবা অসিমক্লসু মহাক্কী ভি: ভি: এফ: কী পান্দম মায়পাকপনি হায়নিংঙি। মহাক্না হৌদোক্লম্বা ৱাখল্লোন্না ঙসিগী মীয়াম্না কান্নবা ফংখি।

ভি: ভি: এফ: কী উদেশ্যগী মখাদা মহাক্না মণিপুরবু য়াম্না ইংনা তপ্না মরা তানা প্রজা মীয়াম্না পানবদু পামজরম্মী। মতম অদুগী মহারাজনা মণিপুরগী মপান্দা চৎথোকখ্রবদি মণিপুরদা হূরান-চিষ্থি, লুৎ-পাৎ য়াম্না কলি, লো এন্দ ওদর্র ফৎলমদে। সমশ্যা অসি কোরুনবগীদমক্তা মহাক্না মহারাজদা মতম কুইনা মণিপুর থাদোকপীদনবা তোয়না হায়জরম্মী।

মহাক্কী ঙল্লীঙৈগী মতমদা মণিপুরদা নৎত্রগা ভারত্তা দেমোক্রেসি চৎলমদে। অদুবু মহাক্না তৌথোরকপা খুদিংদা গনতন্ত্রগী মমি হেক হেক তাই। মণিপুর ষ্টেট দরবারগী মেম্বরশিংগী মরক্তগী জুদিসিয়েল মেম্বর খনবদা প্রজাগী ভোৎ লৌসি হায়না দাবী তৌখি। মহাক্কী দাবি ময়াম অমা তানবদা মীয়ামগী সহি লৌদুনা শিগ্নেচর কেম্পেইন তৌখি। মসিমক দেমোক্রেসিবু তশেংনা পামজবগী ময়েক লারবা খুদম্নি। খগেন্দ্রজিৎনা য়াম্না ঙন্না মণিপুরদা রাজনৈতিক দল লিংদুনা সত্যগ্রহ অন্দোলন তৌদুনা ঈশিং খাজনা কোরুবা হোৎনখিবা, অচৌবা অন্দোলন তৌদুনা চোংথাম মেরামচা, ৱায়েনবম কামদার, হিজম হৱাইমতোলনচিংবগা লোয়ননা মশামক জেল চঙখিবা, জন-নেতা ইরাবত, করাম বিদুর, অমুশেলুং, লোংজম বিজয়, তোংগৌ, শবী, রাজকুমারি

সনাতোম্বীনচিংবগা লোয়ননা মীয়ামগী সেবা হাকথেংননা তৌখিবা অসিমক্তা মণিপুর ইতিসাসতা লময়ানবা অমা ওইনা সনাগী কালিনা ইদুনা লৈহৌরগনি।

মণিপুর প্রজা শম্মেলনী লিংখৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌদুনা ঐতিহ্যশিক ওইরবা নুপীলানবু শৌগৎখিবা, সিভিল-দিশ-ওরিদিয়েন্স অমসুং নন-কো-ওপরেসন মুভমেন্ট হৌদুনা মণিপুরগী প্রজা মীয়ামা পাক্তক্লনা জেল চঙখিবা, মদুদা মহাক্লা লৌখিবা রোল, লুপ্তুনা লৈখ্রবা মৈতৈ ময়েকপু হিংগৎহন্ননবা হোৎনখিবা, মৈতৈ ময়েক্কী স্কুল লিংননবগীদমক মহাক্লা হোৎনখিবা পুন্নমক অসিনা মণিপুর ইতিহাসতা মহাক্কী মফম চাউরবা অমা লৈরি।

থোইদোক-হেন্দোক্লা ভারত্তদা নত্তনা পৃথিবীগী করিগুম্বা লৈবাক অমত্তদা লিংদ্রিঙৈগী মতমদা শ্রীখগেন্দ্রজিৎনা মণিপুরদা ভি: ভি: এফ: লিংখৎলম্বা, ভারত সরকারনা মহাক্লা ভি: ভি: এফ: লিংখৎলবা মতুং চহি ৩৫ রোমগী মতুংদা লিংখৎখিবগী ৱারী মীওইবা সমাজনা লৈরিবমখৈদি লৈহৌরগনি। মহাক্লা ভি: ভি: এফ: লিংখৎলম্বাদুনা ঙসিগী মীরোন্না কাননাবা ফংজরি। শ্রীখগেন্দ্রজিৎতা লৈবাক অমগী মতিকচাবা নাগরিক অমা ওইবদা করিগুম্বা অৱাৎপা অমত্তা লৈতে। মহাক সমাজ শেবক্লি, সাহিত্যকারনি, মাইবনী, পাঞ্জিনি, রাজনিতিবালানি, এস্ত্রোনোমরনি, সোসিয়ল রিফোর্মরনি, হিস্টোরিয়ান্নি, কালাকারনি, লান্মীনি, লাইনিংবনি। ঐগী ৱাহৈত্তনা মহাকপু থাবদা ৱাৎচবনি, মহাক্তি পুন্নমক্লি।

অসিগুম্বা মগুন লৈরবা মহা-পুরুষ অসিগী মশা অদুনা তাইবংদগী চৎখ্রবসু মহাক্কী ৱাখল, মহাক্কী আদর্শ, ৱাখল্লোন অদুনা ঐখোয়গী ইরক্তা লমজিংদুনা লৈরি, লৈখিগনি, মহাক শিদ্রি। কুইর-কুইরগা মহাক লৈবগী ময়েক শেংলকখিগনি, মীওইববু লমজিংলখিগনি।

# সোসিয়েল রিফোর্মর অমা ওইনা ফ্রিদম ফাইটর খগেন্দ্রজিৎনা তৌরকপা থবকশিং

## হৌরোক

খ্বাইনা ইবুংঙোহল হায়রগা হেন্না খঙনখিবা লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎপু অমুক নৌহৌননা মশক তাক্নরুদ্রবসু মীয়াম্না থোইনা হেন্না শকখঙনরবা মীশক অমনি হায়না লৌজরগা মতম অমদা নিঙ-খা তন্না, হাইনা হুন্না, মশানা মশাগী লৈবাক লৈঙাক শাসন তৌজরম্বদগী অদুঙৈ খৃ: ১৮৯১ গী মণিপুরগা ব্রিটিশকা সোক্নখিবা লানফমদা মণিপুরনা মায়থিখিবদগী লোইলম লৈঙাক শাসন মখাদা মীনাই নাইথাঙগী পুন্সি মবেন্দা লেপ্লিঙৈ, মীয়াম্না ইবুংঙোহল হায়রগা হেন্না খঙনখিবা লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎনা সোসিয়েল রিফোর্মর অমা ওইনা লৈবাক্কি য়াইফনবা পাঙথোক্লম্বা, তৌরম্বা থবক থৌরমশিংদা অহেনবা পুক্নিং অমদি মীৎয়েং থমজরগা হীরম অসিদা খজিক্তং নৈননবা হোৎনজগে। নৈনজগদৌরিবা হীরম অসিদা মহাক্না সোসিয়েল রিফোর্মেসনগী থবক্তা খ্বাইদগী অফাওবা মাঙজীন থাখিবা মীশক অমনি হায়বগী হৌফম নত্তনা মতম অদুগী মণিপুরগী সমাজিক, রাজনৈতিক অমদি অর্থনৈতিক্কি ফিভমনা খম থেংনা সোৎথনা, লোইলম শাসনগী মখাদা অয়েৌবী থাক্তা অৱাবা কয়া মায়য়োক্নরিঙৈ মতমদুদা লৈবাক মীয়ামগী অৱাবা কয়া কোকহন্নবা খুদোংথীনিঙঙাই ওইরবা অহকপা থৌদাং কয়া কোকথক্তা থোনগৎতুনা মায়য়োক্লগনি হায়না চোংথোরকখিবা, মীয়াম অমদি মরৈবাক্কিদমক কৎথোক্লবা মীওইশিংগী মনুংদা লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎসু অমনি হায়বা হৌফম অসি থমজরগা মহাক্না তৌজরম্বা থবকশিংবু নিংশিংবা ওইনা নৈনবগী তাঞ্জা অমা লৌজবনি।

## সোসিয়েল রিফোর্মেসন

হীবম অসিদা মপুং ওইনা চঙশীনদ্রিঙৈ, সোসিয়েল রিফোর্মেসনগী মতাংদা শন্নপ্না খজিক্তং পঞ্জবা তারবদি "সমাজ অমগী মহৌশাদগী শাগোন্নদুনা লাক্লবা চৎনবীশিং, মসিনা পীবা ফত্তবা ফল নিংথীনা মশক খঙদোক্লগা অদুগুম্বা ফত্তবা চৎনবীশিংবু হেন্না ফগৎপা মওংদা নৎত্রগা অফবা মওংদা পুমওন ওন্থোক্তুনা অহোংবা পুরকপবু সোসিয়েল রিফোর্মেসন হায়না খঙনগনি।" সোসিয়েল রিফোর্মর অমা ওইনা

নৎত্রগা সোসিয়েল রিফোর্মেসনগী থবক পায়খৎপা হায়বসি তরাই তরাইবা থবক নত্তে। মহৈ মশিং নীংথিনা হৈরবা, জ্ঞান লৌশিং নীংথিনা লৈরবা লোয়ননা সমাজ অদুগী চৎনবীশিং মশক মুন্না খঙবা, রিফোর্ম তৌগে খল্লিবা ফত্তবা চৎনবী অদুনা পীরিবা ফত্তবা ফল নীংথিনা খঙবতা নত্তনা মথৌনা লৈবা, হীরম অদুগীদমক্তা মপুঙ্গি কৎথোক্লবা শীংনরকপা কয়া মায়য়োল্লবা ঙমবগী থৌনা, মগুন, ফজনা লৈবা মীশক অমা ওইবা তাই। তশেংনা হায়রবদা সোসিয়েল রিফোর্মর অমগী লম্বীদি তিংখং তুম্বৌনা থল্লবা লম্বীদা খোঙউপ তোংদনা চৎপগা পাংখকনি। মশকনাইখিবা সোসিয়েল রিফোর্মর কয়াগী পুন্সিদা হায়নিংঙাই লৈতনা খুদোংথীবা নংখিবা ঙাকনি।

## ভারতকি সকনাইরবা সোসিয়েল রিফোর্মরশিং

মতম অমা ভারতনা ব্রিটিশকি লোইলম লৈঙাক শাসন মখাদা মীখা পোল্লিঙৈ ভারতবাসি কোতি কয়ানা মীনাই নাইথাঙগী পুন্সিদা হিংলিঙৈ, মতম অদুগী অৱাংবা থাক্কি ইদুকেসন ফংলুরবা মহৈ মশিং হৈরবা, জ্ঞান লৌশিং মপুং ফারবা, মপাল লমগী চৎনবী, হৌন-লোনচৎ, চাওখৎপগী থাক খঙলু উরল্লবা ভারত মচা কয়ানা মতম অদুগী ভারতকী হিন্দু সমাজদা লৈবা অনেম্বা থাককি ফত্তবা চৎনবী কয়া অমসুং মদুগী ফত্তবা ফল কয়া ময়েক শেংনা খঙলক উরকখি। অদুগুম্বা ফত্তবা চৎনবী কয়াবু উরুবদা থৱায় শোক্লবা মমা লৈবাক নিংবা মচা কয়ানা ফত্তবা চৎনবীশিং অদু নৌনা সেমদোক্নুনা হেন্না ফবা, হেন্না থাক ৱাংবা খুন্নাই অমগী শক্তম পুরক্লবা থৌনা লৈনা, শিবা কিদনা চোংথোকনরকখি। মতম অদুগী হিন্দু সমাজগী চৎনবীদা লৈরম্বা ফত্তবা চৎনবীশিংদি জাতি মশেলগী মরক্তা খেন্নবা থম্বা, সতিগী চৎনবী, অতোনবা জাতিবু হম্থনা য়েংবা, অঙাং ওইনা লুহোংবগী চৎনবী, লুখ্রাবীবু অমুক হন্না লুহোংবা য়াদবা, নুপীবু মহৈ মশিং তম্বা য়াহন্দবা, শোক্লা পন্নবা য়াদবগী চৎনবী, নুপীশিংবু ওৎপী নৈবীবা, নিপানা নুপী য়াম্না লোনবনচিংবা কয়া অসি পনবা য়াই।

অসিগুম্বা ফত্তবা চৎনবীশিং অসিবু রিফোর্ম তৌনবা হনবা লৈতনা হোৎনখিবা শক্লাইরবা ভারতকী সোসিয়েল রিফোর্মর খরগী মমিং পনবা তারবদি রাজা রামমোহন রোই, ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগর, ভান্দকর, রামকৃষ্ণ পরমহংস, স্বামি বিবেকানন্দ, রোবীন্দ্রনাথ তেগোর অমদি মোহন্দাস করমচান্দ গান্ধী পনবা য়াই।

## মণিপুরগী মৈতৈ সমাজদা লৈরম্বা ফত্তবা চৎনবীশিং

মহৌশানা মৈতৈ সমাজগী চৎনবীদা হিন্দু সমাজদা লৈরম্বা ফত্তবা চৎনবীশিং অদুদি য়েলহৌঙৈদগী হৌনা খক লৈরক্তে হায়বা য়াই। অদুবু মৈদিংঙু গরিবনিৱাজনা

পানবা মতমদগী হিন্দু লাইনিং লীচৎ লৌরুবদগী হিন্দু ধর্ম্মগী ফত্তবা চৎনবী কয়া তপ্না তপ্না মৈতৈ সমাজদা চঙশিল্লকপা হৌরকখি। নিংথৌরোল কয়াগী হাক্তক্তা হিন্দু ধর্ম্মগী ৰাখল্লোন, নিতি কয়া মপাল মরা তানা মৈতৈশিংগী লুরক তাংলক্তা মনুংথীৎনা চঙখিবতা নত্তনা হিন্দু সমাজগী চৎনবী কয়াসু নোংমা নোংমগী চঙশিল্লকখি। মমৈদা চুরাচান্দ মহারাজনা পানবা মতমদদি হিন্দু ধর্ম্মগী খম থেংবা মতম হায়বদু ওইদুনা মশেক মগাল ফনা অয়ৌবী থাক্তা লৈখি। মৈতৈ হিন্দু কয়ানা ধর্ম্ম অসিদা মশানা মশাবু কাউজবমখৈ থৱায় হকচাং পুমলুপ লুপশিনখি। অসিগুম্বা তাঞ্জা অসিগী খুদোংচাবা লৌদুনা মতম অদুগী ব্রহ্মাসভাগী রতনশিংনা নিংথৌদা চীরোল তৌদুনা অতোপ্পা সমাজ অমদা চৎনদবা অমদি চৎহৈদবা, পুবা থাঙবদা ৱানা থোক্লবা চৎনবী কয়া অমা ধর্ম্মগী অমদি লাইনিং - লোনগী মিংদা হৌদোকখি। মৈতৈশিংগী থম্মোয়দা ঙসিফাওবদা কাউবা য়ানদ্রিবা ধর্ম্মগী মিংদা শেমখিবা চৎনবী খরদি মাংবা-শেংবা, চন্দন শেনখায়, পাচ নাপেৎ শেনখায়, রাম লীলা অমদি শিবরাত্রি শেনখায় পনবা য়াই। অসিগীসু মথক্তা প্রজাশিংনা খাঙবদা ৱারবা লৈবাক নিংথৌগী থৌ কয়া অমসু ননশিনবিখি। অসিগুম্বা থৌ খরা পনবা তারবদা পোৎথাঙ, য়াইরেক সন্ত্রী, দোলাইরেং, পিয়ন-আমিন চাকথাক, কাংচিংবা, চাবোক ৱাঙ্গোল, ফম্বান তোংবা, থাঙগপাৎ শেংবা, ৱাক যাত্রানচিংবা পনবা য়াই।

## সোসিয়েল রিফোর্মর অমা ওইনা খগেন্দ্রজিৎনা তৌখিবা থবকশিং

য়েলহৌঙৈদগী হৌনা মৈতৈ সমাজগী চৎনবীদা ফত্তবা চৎনবী লৈরকত্রবসু য়াম্না থেঙলবা মতমদা নমদুনা সেমজিনখিবা ফত্তবা চৎনবীশিংবু তোকহন্নবগীদমক থৌনা ফনা চোংথোরকখিবা মণিপুরগী মীওইশিংগী মনুংদা মশক নাইবা মীওই খরগী মিং পনবা তারবদি লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎকি মিং পনবা য়াই। খগেন্দ্রজিৎনা পাঙথোক্লম্বা রিফোর্মেসন খরা লৌখৎপা তারবদি মাংবা শেংবা, নিপা-কৈথেল, চামিন থকমিন্নবা য়াদবা, মৈতৈ ময়েক, পাখংবা লাইনিঙ লৌখৎপা য়াই।

১) **মাংবা-শেংবা ঃ—** মতম অমা মহারাজ চুরাচান্দ সিংহনা পানবা মতমদা মৈতৈ প্রজাশিংনা খ্বাইদগী পুবা থাঙবা ঙমদনা মায়য়োক্লখিবা অৱাবা অসি মাংবা শেংবগী চৎনবী অসিনি হায়না লৌবা য়াই। মতম অদুগী শ্রীগোবিন্দ ব্রহ্মসভাগী রত্ন শ্রী ফুরাইলাৎপম অতোম্বাপু শর্ম্মনা পুথোকপা ধর্ম্মগা মরী লৈনবা অমাং অশেংগী ৱাফম্না কনাগুম্বা মী অমবু মরম অমা নৎত্রগা অমদগী মাংলে হায়না লাউথোক্লবদি মাংলে হায়রিবা মী অদুগা অতোপ্পা মীওই কনা অমত্তগা তিন্নবা, চামিন থকমিন্নবা, শিরবসু ধর্ম্মগী চৎনবী মতুংইন্না পোৎলোইবা, শ্রদ্ধ কর্ম্মনচিংবা

অমত্তা তৌবা য়াদে। করিগুম্বা মাংলবা মীওই অদুগা তোৎন-তিন্নরুরবা নৎত্রগা চামিন থকমিন্নরুরবদি মীওই নৎত্রগা মীওইশিং অদুসু মাংলে অসিগুম্বা অমাং অশেংগী বাফম অসিনা কয়ামুক শাথীরকপগে হায়বদা মী অমা মাংলবদি মী অদুগী ইমুং হুপ্না মাংলে। ইমুংদুগা তোৎনা-তিন্নরুবদগী মমৈদা লৈকাই অমদি খুল হুপ্না মাংবফাওবা য়াওখি। শিরগা শেংদোকপা ঙমদবদগী অশিবা মী নুমিৎ তরেৎনি ফাওবা পোৎলোইদবা য়াওখি। মতম অদুদা খগেন্দ্রজিৎনা হনবা লৈতনা থেংনদুনা লাকখি। মতমদুগী ধর্ম্মগী চৎনবীনা শীবা মতমদসু বামোন যাওদবা যাদবা লৈবনা বামোন্দি মাংনিংদবা ঙাক্তা ওইবনা অবাবা কোকহনবদি ঙমদে।

ব্রহ্মসভানা মাংলে হায়দুনা লাউথোক্লবা মীশক অমবু অমুক হন্না শেংদোকপা তারবদি তঙায়ফদনা ব্রহ্মসভাদা মতমদুগী লুপা ৮৪, অনা ৩, পাই ২ পীবা তাই। হায়রিবা পৈশা অসি পীরবদি শ্রী গোবিন্দগী লাইমাংদা শান্তি তৌরগা শেংদোকই। অনাবা নৎত্রগা অশিবা ওইরবদি ব্রাহ্মণনা অনাবা নৎত্রগা অশিবা লৈরিবা মফম অদুদা চৎলগা শান্তি হাইদোকপীরগা শেংদোকই। অসুন্না শেংদোক্লবদি মীশক অদু মাংদ্রে। পুন্নমককা চামিন থকমিন্নবা, তোৎন তিন্নবা য়ারে। অশিবা ওইরবসু ধর্ম্মগী হৌনবী নিতি নিয়ম কায়দনা পোৎলোইবা, শ্রাদ্ধ, কর্ম্মনচিংবা তৌজবা য়ারে। মতম অদুদা অমাংবা শেংদোকপগী পীরিবা পৈশা লুপা ৮৪/- অসি কয়ামুক য়াম্বা শেনফম্নো হায়বদা ফৌ সঙবায়দা সিকি, অনাহূমগুম্বা পীরিঙেগী বানি। হৌজিক্তা লুপা লীশিঙ ৮০/৯০ রোমগী চাংনি। য়ামথ্রবা শেনফম অসি থীদুনা শেংদোক্নবা হোৎনবদা মীওই কয়াদি লৈজবা মরল মথুম, মরৌ-মশিঙ, ইংখোল চৎখিদুনা পুম্নিগী হৌগৎপা য়াদনা খ্বাইদগী লায়রবা মীশক অমা ওইবা ফাওবা য়াই নৎত্রগা মীগী মীনাই ওইনা লেনবা তাই।

অসিগুম্বা চৎনবী অসিগী মাইয়োক্তা খগেন্দ্রজিৎনা মতম পুন্নমক্তা থেংনদুনা লাকখি। মরুওইনা মশক নাইবা অমতং পনবা তারবদি কোংবা ক্ষেত্রিলৈকাইদা লৈবা ক্ষেত্রি গুলামজাৎ কৌবা লাইরিক থীবা-হায়বা তৌবা নিপা অমবু চুরাচান্দ মহারাজনা নুমিৎ নিনি হুমনি কোনুং কারকখিনু হায়না ইথোক্লম্মি। নিংথৌনা গুলামজাৎপু ইথোকপগী খুদোংচাবা লৌদুনা ব্রহ্মসভানসু মহাক্পু মাংলে হায়দুনা লাউথোকলে। থৌদোক অদুদা গুলামজাৎনা শাউদুনা খগেন্দ্রজিৎতা, পন্দিত, ঐহাকতি অতোম্বাপুদা পৈশা পীরগা শেংদোকলোই। শিরবসু মঙোন্দা পৈশা পীদুনা শেংদোকপা য়ারোই। পন্দিত নঙনা থোকপা পোৎলোইগদবনি হায়না হায়খি। মদুগী মতুং ইকুই কুইদনা গুলামজাৎ খঙসোন শোনজিল্লক্লুনা মমৈদা

শিরে। খগেন্দ্রজিৎনা তাঞ্জা অদু য়োরবদা করি তৌগদগে হায়বগী মতাংদা ইরাবোতকা তান্নরে। লুরিবদি মতম অদুদা অশিবগী মথৌ মঙম তৌবদা ব্রাহ্মণ য়াওদ্রবদি য়ারমদে। খগেন্দ্রজিৎনা হায়জবদগী য়াবিরদুনা তাঞ্জা অদুদা বামোনগী থবক পুন্নমক ললিতামাধব শর্ম্মা অমদি বংকবিহারী শর্ম্মনা তৌগনি হায়দুনা চোংথোরক্লে। অসুন্না ক্ষেত্রি গুলামজাৎপু ধর্ম্মগী চৎনবী কায়দনা পোৎলোইরে। শ্রাদ্ধসু ইরাবোতনা ঈশৈ হন্নে, থোকচোম গোপালনা খোম্বাংলে, কৈসাম বীশ্বরুপনা পুং য়েরগা গৌরকিশ্বর শর্ম্মনা তুং ইন্দুনা গুলামজাৎকি শ্রাদ্ধ কর্ম্মসু ধর্ম্মগী হৌনবী নিয়ম কায়দনা পাঙথোকখি। অসুন্না ব্রহ্মাসভানা মাংলে হায়দুনা ইহ্নোক্লবা মীওইশিংগী অশি-অনাগী থৌরম, কাঙলুপ অসিনা চঙ-চঙদুনা ধর্ম্মগী চৎনবী কায়দনা পাঙথোক্লে। ব্রহ্মাসভাদা শেংদোকপীয়ু হায়রুদ্রে। মমৈদা মাংঙে, তিন্নবা য়াদে হায়বা মীগী মশীংনা হেনগৎলক্লে। মসিদগীদি ব্রহ্মাসভানা মাংই-শেংইগী থবক তৌখিদ্রে।

২) **নিপা কৈথেল ঃ—** খগেন্দ্রজিৎনা মরৈপাক মণিপুর থাদোক্তুনা চহী ৭/৮ লোম ত্রিপুরাদা মহারাণী রত্নমঞ্জুরীগী মনাক্তা মহাক্কি প্রাইভেট সেক্রেটরি ওইনা লৈরুরগা মহারাণী রত্নমঞ্জুরীনা খৃঃ ১৯৩১ দা শিখ্রবা মতুং অমুক মণিপুরদা হল্লক্তুনা লৈরবা মতমদা মতম অদুগী মৈতৈ সমাজদা নিপাশিংনা সুফম-চৎফম, শেন্দান লম্বী লৈতবদগী মীরমদা চত্তুনা থবক সুফম থিবা, অরেম্বদা জ্বার অমদি হুরান চিঙ্থী তৌদুনা ফত্তবা লম্বীদা চংশীনবা কয়া অসি উরুরগা ফিভম অসিদগী কন্নবা উপাই থিবা হৌরকখি। ভারতকী মফম কয়াদা নিপাশিংনা কৈথেল কাদুনা কারবার তৌবা অদুগা মণিপুরদনা নিপানা কৈথেল কাদুনা কারবার তৌনদবা, নুপীশিংতনা কৈথেলসু কাবা, ফিশা লোনশা তৌদুনা শেন তানবগী থবকসু তৌবা কয়া অসি উরুবদগী নিপাশিংসু কৈথেল ফমদুনা শেন্দাল লম্বী থিজনবা নিপাঙাক্তগী ওইবা কৈথেল অমা শেমগৎকে হায়না খনবদগী মদুগী থবক পায়খৎপা হৌগৎখি। অসুন্না খগেন্দ্রজিৎনা কন্না হোৎনবদগী মমৈদা শগোলবন্দ নিপা কৈথেল হায়দুনা নিপা ঙাক্তনা কৈথেল কাবা, নিপা ঙাক্তনা য়েন্সাং-নাপী, খোংদ্রুম, মাইরেনফাওবা য়োন্দুনা কারবার তৌনবা কৈথেল শেমগৎখি। হৌজিকফাওবা নিপা কৈথেল হায়দুনা লৈরিবা অসিনি।

৩) **চামিন-থকমিন্নবা য়াদবা ঃ—** মতম অদুদা মণিপুর সমাজদা মৈতৈ হিন্দু কাঙবুনা হাও, পাঙল অমদি লোই কাঙবুবু মাংই হায়দুনা মখোয়গা চামিন-থকমিন্নবা

তৌনরমদে। খগেন্দ্রজিৎনা কন্না হোৎনজদুনা অন্দ্রোদা নিখিল মণিপুরী মহাসভাগী ব্রাঞ্চ কমিতি অমা শেমদুনা ইংশোক ১৯৩৯ গী ফেব্রুবারি থাদা খগেন্দ্রজিৎনা শীন্দুনা মহাসভাগী অন্দ্রো ব্রঞ্চকী অধিবেসন অমা ফমখি। হায়রিবা অধিবেসন অদুদা ইরাবত, ললিতা মাধব শর্ম্মা, সিলেত্তগি য়ুম্নাম কৃষ্ণচন্দ্র, নোংমৈকাপ্পম নবকিশ্বর, লাইশ্রম যুগেশ্বর, রাজকুমার রতনসনা, কৈসাম কুঞ্জবিহারীনচিংবা মশক নাইবা মীওই কয়ামরুম য়াওখি। হায়রিবা অধিবেসন অদুদা হান্না লোই কাওবুগা চামিন থকমিন্নবা তৌনরমদবগী চৎনবী অমা লৈরম্বা অদুবু থুগাইদুনা য়েলহৌঙৈদগী লমদম অসিদা খুন্দা লৈতাদুনা লৈমিন্নরক্রবা মীওইশিংগা পুন্না চামিন-থকমিন্নবগী অনৌবা য়াওল অমা পুরক্নুনা অধিবেসন অদুদা গৌর সমপ্রদাইগী মীওইশিং অমদি ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব য়াওনা অন্দ্রোগী মীয়ামগা পুন্না পংতি ভজন তৌদুনা চাক চামিন্নখি। অধিবেসন অসিদা অসুন্না পুন্না চামিন-থকমিন্নবা থৌদোক অসিনা মৈতৈনা হিন্দু লাইনিং লৌরুবা মতুংগী শাংলবা ইতিহাসকি মতমদা ইহান হানবনি। হায়রিবসি খগেন্দ্রজিৎকি খুজিন থৌরাংনা ওইথোকখিবা থবকনি।

৪) **মৈতৈ ময়েক ঃ—** মৈতৈ হায়বা জাতি অসি মশাগী ময়েক লৈজবা অমদি মশাগী ময়েকনা ইজবা লাইরিকশিংসু মরাং কায়না লৈজবা কাওলুপনি। অদুবু লাইবক থীবদি মৈদিংগু গরিবনিৱাজনা পানবা মতমদা হিন্দু ধর্ম্মবু পামজনা লৌখি। অদুবু লৈবাক প্রজা অয়াম্বনা ধর্ম্ম অসিবু পামদবদগী লমদম অসিদা হিন্দু ধর্ম্ম মপুঙ ফানা শন্দোকপা ওন্নক্তবদগী প্রজাশিংবু নমদুনা ধর্ম্ম অসি লৌহন্নবগীদমক তৌহেদবা থবক কয়া তৌখি। উমংলাইশিংগী খুভম থুগাইবা, মৈতৈ লাইরিক কয়া খোমগৎতুনা কংলা উৎত্রা মমাঙদা পৈরগা মৈ থাদোকপনচিংবা কয়া চৎথখি। মৈতৈশিংবু নোংখ্রং মশা পায়দুনা ঈবোং অহূম ফাংবদা নমদুনা ঈরুপহন্নগা ধর্ম্মা অসিবু লৌরগনি হায়না ৱাশকহনখি। অসুন্না লমদম অসিগী অরিবা নাৎ অমদি লাইনিং লম্বী মরু ফংনা মুৎথৎখি। তৌইগুম্বসুং ইশাগী ময়েকপুদি তহা তহানা পাক হেক মুৎথৎপা, মাঙহনবা ওমখিদে। অদুবু নোমং-নোংমগী বাঙ্গালি সংস্কৃতকি ইথিলনা তপ্না তপ্না মৈতৈশিংগী লুরক-তোংলক্তা চঙশিনখিবনা চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজগী হাকতক অদুৱাইদদি মৈতৈ ময়েক ফনা নিংথীনা মাঙথ-শিথরে হায়বা য়াই। অদুবু অমুক্কা হেন্না লাইবকথীবদি ব্রিটিশকি মখুৎতা মণিপুরনা মায়থীবদগী খৃ: ১৮৯১ দগী মণিপুরগী লৈঙাক চুপ্পি ব্রিটিশনা পায়শিন্দুনা ৱায়েন থৌদা তৌবা হৌখি। লৈবাক্কি মহৈ মশিং তম্বগী থৌরাং পাক সন্না পায়খৎপা হৌরকপগী মতমদা

হান্নগী ইশাগী ময়েকপু তুংওইনরগা বাঙ্গালি, সংস্কৃত লোন ওইনা তম্বা হৌহনখিবা অমদি বাঙ্গালি ময়েকনা ইয়েক শাদুনা তমলুবনা পন্দিত লোয়শঙগী মীওই খরখক নত্তনা প্রজা অয়াম্বা মৈতৈ ময়েক মশক খঙদনা চহী কয়া লাকখি।

অসিগুম্বা মতম খরা চৎনদুনা শিরুরবা মৈতৈ ময়েকপু খগেন্দ্রজিৎনা অমদি মহাক্না লোয়নবা মরুপ মপাংশিংনা পুন্না হোৎনমিন্নদুনা মৈতৈ ময়েক থৌগল মরুপ হায়বা সংস্থান অমা শেমখি। হায়রিবা সংস্থান অসিনা ইহান হান্না মৈতৈ ময়েক হিংগৎহন্নবগীদমক ৱাংখৈ থাঙজম লৈকাইদা লৈবা রাজকুমার তোমালসনাগী শঙ্গোয়দা মৈতৈ ময়েক স্কুল হায়বা অমা লিংখৎতুনা মৈতৈ ময়েক তম্বা হৌগৎখি। অসুন্না স্কুল অসি লিংখৎখিবনা মথং মথং চাউকৎলক্তুনা মমৈদা মতমগী মতুং ইন্না মৈতৈ ময়েক হায়স্কুল হায়দুনা হৌজিক হৌজিক কোংবদা লৈরিবা অসিনি। অসুন্না মতম কুইনা মশাগী ময়েক মশক খংদনা লৈরুরবা মণিপুরগী প্রজাশিংবু খগেন্দ্রজিৎনা কন্না হোৎনজবদগী মৈতৈ ময়েকপু নৌনা হিংগৎহন্দুনা মীওই কয়া নৌনা মশাগী ময়েক ইবা পাবা হৈহনবিখি। হৌজিকফাওবা মীয়াম্না ৱাংখৈ ময়েক হায়না খঙনরি।

৫) **পাখংবা লাইনিঙ ঃ—** মণিপুরদা গরিবনিৱাজ মহারাজগী হাকতক্তগী হৌনা লমদম অসিগী অরিবা লাইনিং লীচৎ মুৎখিদুনা চহী চা কয়াগী হিন্দু লাইনিংদা লুপ্তুনা লৈরুবদগী মৈতৈ ইশাগী ওইবা লাইনিং লীচৎপু অমুক নৌনা হিংগৎহন্নবা খগেন্দ্রজিৎনা মহাক্না লোয়নবা মরুপ মপাংশিংগা লোয়ননা কন্না হোৎনবিরম্মি। মতম অদুদা হিন্দু লাইনিং লীচৎ থাদোক্তুনা মৈতৈগী অরিবা লাইনিং লীচৎ "পাখংবা লাইনিং" চৎলগনি হায়না ৱাংখৈময়ুম গুলামচা, চোংথাম মেরামচা, কারাম বিদুর, রাজকুমার সনা মচা, ৱাংখৈময়ুম তিনবীরেন, লাইশ্রম মেরানচিংবা মীওইশিংনা খৃ: ১৯৪৫ গী হিয়াঙ্গৈগী ১৫ নি পানবা নুমিত্তা ৱাংখৈ থাঙজম লৈকাইদা লৈবা রাজকুমার তোমালসনীগী হৈনৌজাম মখোঙদা নুমিদাংৱাইগী মতমদা মীয়ামদা লাউথোকখি। অসিগুম্বা মৈতৈগী অরিবা ঈনাৎ কন্নবা চঙশিল্লকপা খোঙথাঙ অসিগী মাঙওইননা বোধচন্দ্র মহারাজদগী হান্নরা অয়াবসু লৌখি। হিন্দু লাইনিং লৌরুবদগী হান্নগী অরিবা নাৎ কয়া খোঙ্গুল লীবা ঙমদনা লৈখ্রবসু "ইয়েংবা পুৱারী" অমদি "লৈশেমলোন অরিবা" কৌবা পুয়া অনিদা মপুঙ ওইবা য়ুমফম ওইরগা মৈতৈগী পোকপদগী শিবা ফাওবগী মনুংদা পাঙথোক্কদবা নাৎকী পরম কয়া নৌনা শেমগৎতুনা চৎনবা হৌখি। অসিগুম্বা লাইনিং লীচৎ অসিনা হান্না বামোনতনা তৌগদবনি হায়না ককতুনা থমলম্বা

থবকশিং হায়বসি পুরোহিতকি থবক, লাইরিক তৌবা, থোঙ-থাকপনচিংবা পুন্নমক মৈতৈনা লোইনা তৌখি। অসিদসু নত্তুনা হান্না শক-শোনবগী থবক্তা মীরোলনা তৌরম্বা কয়া ইশাগী ইরোলনা শকপা-শোনবগী থবক তৌখি।

অসিগুম্বা কয়া অসিদা মতম অদুগী ব্রহ্মসভানা পাখংবা লাইনিং চৎপা মীওইশিংদা অকনবা মীৎয়েং থম্বা হৌরকখি। লোয়ননা শিঙনরকপা কয়া মায়য়োক্লবা তারকখি। লাইনিং ফুরুপ অসিগী মীওইশিংবু গৌরসমপ্রদাইগী মীওইশিংগা তিন্নবা য়াদে হায়দুনা নোটিশ তৌরকপদগী কোর্টতা ৱাকৎনদুনা কেশ ফাওবা শোরুখি। মতৌ অসুন্না খুদোংথীবা ফিভম কয়া মাইয়োক্লদুনা লিংখৎলকপা পাখংবা লাইনিংবু নোংমা নোংমগী মীওই কয়ানা পান্না চঙনরকপদগী মমৈদা লাইনিং অসি পাক শন্না শন্দোকখি।

## ৱারোইশিন

মথক্তা পনখ্রিবা রিফোর্মেসনগী থবক খরাসি য়েংলুরগা লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎপু লমদম অসিগী মৈতৈ খুন্নাইগী সোসিয়েল রিফোর্মর অমনি হায়না শিংথানবদা থোইদোক হেন্দোক্লা মতিক চারবা মীওই অমনি হায়বদা চিংননিঙঙাই লৈতে। মহাক্কি মহৌশাগী মপুং ওইবা রাজনিতিগী পুন্সিদগী হাইদোরক্লুনা সোসিয়েল রিফোর্মেসনগী থবক খরা পায়খৎচরম্বা অসি ঙসিগী মীরোলনা কাউফম থোক্তে। থোইনা হেন্না মীয়ামগী লুচিংবা অমা ওইখিবা মহাক্কি মফমদা শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎতুনা মহাকপু তৌবিমল খঙবা উৎফম থোকই।

## মতেং লৌজখিবা লাইরিকশিং


১) লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ সিংহ, জ্যোতিষ রত্নাকর — লাইখুরাম ইবোবী সিংহ।

২) মণিপুর প্রজা সম্মেলনী অমসুং অনীশুবা নুপীলাল — লাইখুরাম ইবোবী সিংহ।

৩) পাখংবা লাইনিং — লাইখুরাম ইবোবী।

৪) মণিপুরগী ইতিহাসতা ইরাবত — সোয়াম ছত্রধারি সিংহ।

৫) মণিপুরী সমাজ হৌগৎলকপা অমসুং চাওখৎলকপা — ডাক্তর এম: কীর্ত্তি সিংহ।

৬) Hijam Irabot Singh and Political Movements in Manipur – Karam Manimohan Singh.

৭) Letter from J.C. Higgins, Vice-President of the Manipur State Darbar to the Political Agent in Manipur, Dated 15th Nov., 1913.

৮) Letter from J.C. Higgins, Vice-President of the Manipur State Darbar to the Political Agent in Manipur, Dated 3rd Oct, 1913.

৯) মাসিক মণিপুর ললিত মঞ্জুরি পত্রিকা, আগস্ট, ১৯৩৮।

১০) Indian National Movement – L.N. Srivastva.

১১) Sociology – C.N. Shankar Rao

১২) History Modern India – S.N. Sen

১৩) India's Freedom Struggle – Peter Hechs.

১৪) Society – R.M. Maciver, Charles H. Page.

১৫) Select Documents of Jananeta hijam Irawat & Laikhuram Khagendrajit – Manipur State Archives.

১৬) মতমগী খোঙথাঙ - ৩৫ শুবা মশিঙ, ১৯৮১।

## রাইস-মিল থিংননবগী মায়কৈদা ফ্রিদম ফাইটর খগেন্দ্রজিৎনা তৌরকপা থবকশিং

থোইদোক হেন্দোক্লা শিংথানিঙঙাই ওইরবা, মহাক অমা চিংথরম্বদা খৃ: ১৮৯১-১৯৪৭ ফাওবগী মণিপুরগী ইতিহাস কুপ্না নৈনরকপা মতমদা থৌদোক ৱাথোক মতমদা, থৌদোক ৱাথোক পোলিটিকেল হিষ্টরি অমদি নীংতম্বগী অন্দোলনদা অৱাৎপা অমা অদুমক ওইরগদবা মীশক অমনী, 'লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ' মহাক খৃ: ১৮৮৫ গী সেপ্টেম্বর তাং ১৩, লাংবন থাগী ৫ নি পানবা নোংমাইজিং নুমিৎতা ৱাংখে কোংবা লাইশ্রম লৈকাইদা পোকই। অপোকপগী মিংদি লাইখুরাম সেংগোই হায়না কৌই। অপোকপীগী মিংদি রাজকুমারি থরোসনা দেবী কৌই। মপা পোকপা মপুগী মিংদি লাইখুরাম কুলধজ কৌই। কুলধ্বজদি লম্বোইবা লাইনীংবনী। য়ুমদা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী মুর্ত্তি লিংখৎতুনা লাইশঙ মান্দব শাদুনা শ্রীকৃষ্ণদা থৱায় হকচাং লুপচবা মীশক্নি। অদুম্নদি ওইরগা মৈতৈনা ফনা য়াম্না রাধা কৃষ্ণদা থৱায় হকচাং অমদি লৈজবা কয়া কৎথোক্লবফাওবদসু বৈষ্ণবিজমগী খ্বাইদগী ঙকপদি বামোন নত্তনা লাই হকথেংননা সেবা তৌবা, আর্ত্তি কৎপা অমসুং লাইশঙ মনুংদা চঙদুনা লাইগী থৌগল তৌবা শুপয়ামক য়াহন্দে। হৌজিক ফাওবসু য়াবা লৈতে। অদুগা লাইদা পোৎ-চৈ কৎপদসু মৈতৈলোন্না শোন্দুনা কৎপা য়াদে। সংস্কৃত, বেঙ্গোলিগী লাইরোল-তিল্লোন হৈরবা বামোন মচা নত্তনা পোৎ-চৈ কৎপা য়াদে। মরম অদুদা কুলধ্বজনা বামোন নেক্তুনা লাইগী সেবা তৌহল্লম্লিবনী। শম্না হায়রবদা রাধা-কৃষ্ণনচিংবা হিন্দুইজমগী লাই মণিপুরদা লাৎনরিবসিদি বামোন নৎত্রবদি মৈতৈনা লাৎপা য়াদে হায়বগা মান্নে। পোৎ-চৈ কৎপগী শোনবদসু সংস্কৃত, বেঙ্গোলি নৎত্রবদি সেবাদা শুপয়ামক য়াদে। মরম অদুনা মৈতৈ পংকোৎশিংনা মীকুপ খুদিংগী মালা চৎতুনা "হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে, হরে রাম হরে রাম, রাম রাম হরে হরে" হায়না মহা মন্ত্র অসি শোল্লবা ফাওবদসু লাইশঙ মনুংদা চঙবদি ইয়ামক য়াদে। লাইগী খোঙ শোক্তুনা খুরুমজবসু য়াহন্দে। অয়াম্বা মতমদা মন্দিরগী মখাদা লাইগী মাইকৈদা ওনশিন্দুনা খুরুমম্বতনি য়াহল্লিবশি। অসিগুম্বা চৎনবী অসি হোংদোকপনা অফবা ওইনা খল্লী। খগেন্দ্রজিৎসু ৱাখল পরিং অসিদা লৈবা মীশক্নি। মরম অদুনা মহাক্না পাখংবা লাইনীং হৌদোকখিবনী ওজা

কুলধ্বজদি মশামক থোইদোক্লা পুক্লিং চঙনা লাই নীংজবা মীশক্নি। মরম অদুনা চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজগী মতমদগীনা সুরচন্দ্র মহারাজগী মতম ফাওবদা হনুমান ঠাকুরগী সেবায়ত ওইনা নিংথৌগী য়াথং মতুংইন্না থবক তৌরকঅমই। অদুগা লাই সেবাগী অয়াম্বা থবক্তি বামোনশিংবু তৌহল্লি। খ্বাইনা মহাকপু বাবাজী মহন্ত হায়না খঙনরমই। কুলধ্বজ সিংহ, মতম অদুগী চাবা থকপা ৱাৎতবা, মচীনচৎপা নিংথৌনা য়াবা মীশক অমনী।

খগেন্দ্রজিৎকী মমা রাজকুমারি থরোসনা দেবী ইং ১৯০৪ গী অহানবা নুপী লালদা অচৌবা মায়রোং য়াখিবা শক্নাইরবী লুচিংবী অমনী অঙাং ওইরিঙেদা কোইরেং সেনাপতিনা কৎপা জগোই রাসদা তোয়না য়াওরকপী নিংথৌকোন্দা চাউরাকপী নুপীনি। খগেন্দ্রজিৎ পোকপা থা অহুল্লোম শুরকপা মতমদা অপোকপা মপা সেংগোই সিংহ লৈখিদ্রে। চহি অদুগী মনুংদা মপুবোক কুলধ্বজসু লৈখিদ্রে। মীওইবগী মপোক, অসুম ওইরগনী হাবা মপুগী নোংদমখোন, কনানসু খঙবা ঙম্বা নত্তে। অপোকপী মমানা নৌনা লুখ্রা ওইজরবসু চাউরবা পোৎলুম অদু পুদুনা লাকখি। পীক্লিবা মচাবু তেক্ত কায়দনা নাউয়োক নাউকোন্দুনা লাকখি। অদুমকপু মপুঙ ফাবা মীশক অমা ওইনবা হোৎনবদি ঙমখিদে। অদুম ওইনমক মথৱায়না পামদুনা লৈরম্বা ইন্দিজিনস ওইবা মীইবগী থবক, পাঞ্জিগী থবক, ঈশৈ শকপা, গৌরলীলাগী তীর্থবাসি শাবা, ঈশৈ তম্বীবনচিংবা তৌরকখি। পাঞ্জিগী থবকসু নীংথিনা তমশিল্লকখি।

মহাক্না শম্নরকখিবা ওজাশিংদি রাজকুমার নবদ্বিপসনা, নোংমাইথেম চঙ্গোই ঈশৈগী ওজানী। চীঙ্গাংবম তোম্বা মাইবগী ওজানী। কাংঙবম তুলসিং থাঙ-তাগী ওজানী, তোকপিয়া পণ্ডিত পুয়াগী ওজা, রাজকুমার রামসনা পাঞ্জিগী ওজা, শম্নহৌবদগী খগেন্দ্রজিৎ ঈশৈ হৈরে, পাঞ্জি হৈরে, মাইবগী হীরমদা খঙজিল্লে, থাঙ-তাগী মরমদসু নৈনবা য়াবা নৈনরে। পুন্নমক অসিগী মতুংদা পাখংবা লাইনীংগী মরমদসু কুপ্না থিজিনবগা লোয়ননা শন্দোকখি। ওজা অসি অরাম্বাই হুনবদসু মশক নাইবা মীওইনী। মহারাজ চুরাচান্দনা খঙবিদুনা, মহারাজ অসিগী মতমদা মহাকপু মথন্নতবু শগোল তোংদুনা অরাম্বাই তেন্দোং য়ান্দুনা লম্বীদা চৎপা য়াহল্লমই। মশাগী চহি তরাতরেৎলোম শুরকপা মতমদা খুন্দ্রাকপম নিঙোল কাকলৈ দেবীগা লোয়ননা লুহোংখি।

খৃ: ১৯২১ দা মশাগী চহি কুন্থ্রাতরেৎ চঙলকপদা কছারদা চৎতুনা মাইবা অমদি পাঞ্জিগী থবক্তগী শেল য়ান্না তানবা ঙমখি। খৃ: ১৯২৩ দা অনীরক শুবা ওইনা কছারদা চৎখি। মতুংদা নবদ্বিপতা চৎখি। মতম অদুদা ত্রিপুরাগী মহারাজ শ্রীরাধাকিশর দেব বর্মা মনিক্যা বহাদুরগী লোয়নবী মহারাণী শ্রীমতি রত্নমঞ্জুরি দেবী অসি ত্রিপুরাগী

মাইবা, ডাক্তরশিংনা লায়েংবা ঙমদ্রবা খম থেংনা নারবা খুৎথারবগী থাক্তা লৈরমই। মতম অদুদা ত্রিপুরাগী নিংথৌ মহারাণীগীদি মগুনীপা বীর বিক্রম মনিক্যা বহাদুরনা নব্দিপ্তা লৈরিবা খগেন্দ্রজিৎপু মকেনসিজগী লাইয়েনবগীদমক তেলিগ্রাফনা শেলগা লোয়ননা বার্তোন তৌখিরম্মী। খগেন্দ্রজিৎনা লায়েংদুনা অথুবা মতমদা অনাবদু ফহনবা ঙমখি। মহারাণীনা খগেন্দ্রজিৎপু অয়োকপা মচা ওইনা লৌখি। খগেন্দ্রজিৎ অমসুং মাগী ইমুংগী মী পুন্নমক ত্রিপুরাগী রোয়েল ফেমেলিগী মেম্বর ওইনা ট্রিৎ তৌখি। লোয়ননা তলব মতীক চানা পীদুনা মহারাণীগী প্রাইভেৎ সেক্রেটরি ওইনা হাপখি। খ্বাইদগী নুংঙাইরবা মতাংদি মতমদুদা ত্রিপুরাগী কোনুংনা লাইনীংথৌ সনামহী অমসুং পাখংবা লাংতুনা লৈরম্বদুনি। লাইনিংথৌ সনামহী, পাখংবগী ইংখোল তোপ্না থমদুনা লাইশংনচিংবা শাদুনা লৈরমই মফমদুদা খগেন্দ্রজিৎকী ইমুং মনুংবু লৈহনখি। ত্রিপুরাগী মহারাণীগা লোয়নরুবদগী রাজনিটিগী শরুাইরবা মীশক অমা ওইবা ঙন্নকখি। মহারাণীনা তীর্থ কোয়বা চৎপদা লোয়নদুনা ভারতকী রাজনিটি লুচিংবা কয়া উনবা, মীফম য়াওবা ফংখি। মদুনা খগেন্দ্রজিৎনা অনৌবা মপোক অমা পোকপগুম থোকখি।

খৃ: ১৯২৮ গী দিসেম্বরগী অরোইবা শরুক্তা ভারত কংগ্রেশকী কোলকাত্তা সেসনদা গান্ধীগা উনবা অমসুং গান্ধীগী ভাশন তাবগী খুদোং চাবা ফংখি। মদুনা মরম ওইদুনা মণিপুরদা লাক্লগা রাজনৈতিকী থবক চঙশনবদা খুদোংচাবা ফংখি। ইংশোক ১৯৩২ গী নবেম্বর থাদা নিখিল মণিপুর প্রজা হায়না কৌবা রাজনৈতিক দল অমা শেম্লে। খগেন্দ্রজিৎনা মদুগী প্রসিদেন্টনি। ইম্ফালগী প্রজাশিংনা ঈশিং খাজনা থীবা ঙমদবগী অবাবদু কোক্লবা হায়দুনা দল অদুনা সত্যগ্রহ অন্দোলন তৌখি। মদুদা সেরাম কলা, রাজকুমার ভূবনসনা, এম তোঞ্জাউ শর্ম্মনচিংবা কয়া শরুক য়াখি অমসুং জেল তাখি। অন্দোলন অদু মায়পাক্লা লোইশিনখি। খ্বাইদগী ঐতিহাশিক ওইবগী মনুংদা অমা ওইরিবা চেং তকপা থিংবগী ঈহৌ অমা লৈরিবা সিনী। খৃ: ১৯৩৫ দা আগষ্ট ১৯ দা দাবি নিপান য়াওবা মেমোরেন্দম অমা ষ্টেট দরবারদা পীশিনখি। দাবী নিপান অদুগী মনুংদা য়াম্না মরুওইনা লৌনরিবদি দরবার মেম্বর হাপ্লদা প্রজাগী ভোৎনা খনবা মী য়াওহনবা অমসুং রাইস মিল থিংবা হায়বসিনী।

দরবার মেম্বরশিংগী মনুংদা মীয়ামগী মীহুৎ মীখল তৌদুনা য়াওহনবা হায়বসিমক গণতন্ত্রগী মরুহনবগী য়াম্না মরুওইবা তাংকক অমনি হায়বদা থেইনা লাম্লোই। ইহৌদুনা য়ামদ্রবদা দরবার মেম্বর ওইবদা পংহাপ হার্পচিনবা য়াদবা হাপ্লবসু পংশিন্দা শিন্দোকপা য়াদবা পিপলগী পোলিটিকেল কন্সসনেসকী ফজরবা তাঞ্জা অমা ওইখি। অদুগা রাইস মিলশিংনা চলাইরকপা মতমদা চহি চা কয়া লিশাং শিৎনা ফৌণ্ড লল্লোন্দুনা হিংজরিবী

অমদি মণিপুর মনুংগী কৈথেল মচা মচাগী খুৎথাঙদগী খ্বাইরম্বন য়ৌরক্তুনা মণিপুরগী ওইবা মার্কেটকী নের্টবাক্কী লৈজরিবা ফিভমদুনা থীনা শোকহল্লি। অদুগী মথক্তা য়ুমগী ওইনা ফৌশুদুনা মশাগী শাজেলসু ওইবা য়ুমগী শেল চৎকদবদগী কল্লিবা অসিগুম্বা মরুওইবা শিনফম অসি মাঙখিবা য়াবা ওইবনা রাইস মিলগী থবক অসি থিংবা তঙাই ফদে হায়বসি খগেন্দ্রজিৎকী ফিরেপনী। অরুবা ৱাফম অমনা রাইস মিল পাল্লিবা মীওইশিং অদুনা মপান্দা চেঙ থাদোকপগী মোনোপোলিসু মখোয়না লৌই। অদুগা পোইনুগী মতমদা ফৌ য়াম্না ৱানশিন্দুনা থমখিবা মরম্না ফৌশু লল্লোঞ্জরিবা নুপীশিংনা কৈথেল মচাশিংদগী ফৌ ৱানবা ফংঙক্তবগী অৱাবা মায়োক্নরিবনী। ফৌশুবীশিংনা ফৌ ৱানবা ফংঙক্ত্রুদি কৈথেলদা চেং ফংদবগী অৱাবা খুদোংথিবা লাক্কনী হায়বসি মশানা তাবনী। পনবা য়াবা অমনা ইংশোক ১৯৩৫ গী আগষ্ট থাদা খগেন্দ্রজিৎনা লুচিংবা নিখিল মণিপুর প্রজাগী দাবী রাইস মিল থিংবা হায়বসি সরকারনা য়ারম্লবদি ইংশোক ১৯৩৯ গী অকিবগী মশক ওইরবা নুপীলাল থোক্লমদবা য়াই হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। দাবী পীবগী মহূৎতা খগেন্দ্রজিৎনা চিংবা মী কয়াবু ফাদুনা জেল পিখি। মখোয়বু আই. পি. সি. সেক্সন ১২৪ (ক) অমসুং ৪১৭ গী মতুংইন্না ফাদুনা ইম্ফাল জেল্লদা থা তরুক পীখিবনি।

ৱাফম অমনা খগেন্দ্রজিৎকী দাবী নিপান তান্নকগী মনুংদা ভি. ভি. এফ. (ভিলেজ ভলন্টিয়র ফোর্স) শেমগৎপগী ৱাফম য়াওই। মদুসু য়াম্না মরু ওইবনী মতম অদুদা হূরান-চিঙ্খি লুট-পার্ট য়াম্না কল্লমই। খগেন্দ্রজিৎনা জেলদগী থোরক্লগা সরকারনদি য়াবিদবনীনা ইম্ফাল এরিয়াগী মনুংদা লৈবা চৌকিদার ৩০ রোমগা তান্নদুনা ভিলেজ ভলন্টিয়র ফোর্স শেমগৎতুনা চহী অমরোমদি ভলন্টিয়র ময়াম অদুনা অহিং অহিং ঙাকখিবা মরম্না প্রজাশিংনা ইংনা তপ্না লৈবা ঙমখি।

মতম অদুদা মণিপুরদা রাইস মিল তরারোম লৈরমই। রাইস মিলগী মপুশিং অদুনা মপান্দা চেঙ থাবগী থবকসু তৌরম্মী। অহোঙবা মতমদা ফৌ ৱানশিন্দুনা ষ্টোক য়াম্না তৌরমই। মদুনা মরম ওইদুনা চহি কয়াগী মমাংদগী ফৌশু ললোন্দুনা হিংজরকপী নুপী ফৌশুবী কয়াগী থবক হাৎলকপা মতুংদসু কয়া কয়া হাৎলক্কদৌরিবা মসিগীদমক্তা য়েংদুনা খগেন্দ্রজিৎনা থবক অসি পায়খৎখিবনী।

জর্মন্নচিংবা পৃথিবীগী লৈপাক কয়াদা রিভোলুসন কয়া হৌখিবনী অদুগুম্বা রিভোলুসন অদুগুম্বনী, মণিপুরদা খগেন্দ্রজিৎনা হৌরিবা রিভোলুসন অসি।

# প্রাজাগী শেম্হোক হেনগৎনবগী মায়কৈদা ফ্রিদম ফাইটর খগেন্দ্রজিৎনা তৌরকপা থবকশিং

লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ ইংশোক ১৮৮৫ গী সেপ্টেম্বরগী তাং ১৩ লাংবনগী ৫ নি পানবা নোংমাইজিং নুমিত্তা ৱাংখে কোংবা লাইশ্রম লৈকাইদা পোকই। অপোকপা মপাগী মিংনা লাইখুরাম সেংগোই হায়না কৌই। অদুগা অপোকপী মমাগী মিংনা রাজকুমারী থরোসনা হায়না কৌই। খগেন্দ্রজিৎকী মপা পোকপা মপুদি লাইখুরাম কুলধ্বজ হায়না কৌই। লম্বোইবনি। লাইনিংবনি। যুমদা রাধা কৃষ্ণগী মুর্ত্তি লিংখত্তুনা লাইশঙ-মান্দপ শাদুনা লাই লাংপা মীশকনি। মহারাজ চন্দ্রকির্ত্তিগী মতমদগী সুরচন্দ্রগী মহারাজগী মতম ফাওবা হনুমান ঠাকুরগী সেবায়ত ওইনা লৈরম্মী। মতম অদুগী মমিং লৈবা ইনাক খুনবা অফাওবা মীশক অমসু ওইরম্মী। খগেন্দ্রজিৎ পোকপা চহি অদুমক্তদা মপা সেংগোই সিংহ অমসুং মপু কুলধ্বজ সিংহ অনিমক লৈখিদ্রে। মতুং চহী খরা লৈরগা খগেন্দ্রজিৎকী মমা রাজকুমারী থরোসনাবু পোকপা মপা রাজকুমার সিংহধজসু লৈখিদ্রে। নৌনা লুখ্রা ওইরবী রাজকুমারী থরোসনা মচা করম্না য়োক্কদগে হায়না ৱাদুনা লৈরিঙৈগী মতমদা শোল্লবী মমা থংগোং দেবী অমসং পীক্রিবা মৌপ্পা রাজকুমার নবদ্বীপ সনাবু য়োকপসু মহাক্কী থৌদাং ওইরম্মী। মতম অদুদা রাজকুমাবীনা লাইশঙ মান্দব, লৌ খরা ইংখোল কোন্ননা লাইগী সেবা শোয়দনা তৌবিরো হায়দুনা লাইগী সেবা তৌরিবা হিংদংময়ুম ধনেশ্বর শর্ম্মদা লাথলিবা লাই অদু শিন্নরম্লগা ৱাংখে লৈকাইদা ইংখোল অমা লৈদুনা লৈখি। খগেন্দ্রজিৎ ইচম-চম্না ঈশৈ তৌদুনা মাইবা অমদি পাঞ্জি তৌদুনা লেল্লম্বা মীশক অমা ওইরম্বদগী ইংশোক ১৯২৩ দা মসাগী চহি ৩৮ শুবদা ৱেষ্ট বেঙ্গলগী নবদ্বীপতা চৎতুনা অনাবা খরা লায়য়েংবদগী মথং মথং অৱাং-নোংপোক ভারত্তা মাগী মমিং শন্দোরক্লুনা ত্রিপুরাগী কোনুংদা ত্রিপুরাগী মহারাণী শ্রীমতি রত্নমঞ্জুরী দেবীনা খগেন্দ্রজিৎপু অয়োকপা মচানি হায়না ফোর্মেল ওইনা লাওথোক্লুনা খগেন্দ্রজিৎ অমদি মাগী ইমুংগী মী পুন্নমক ত্রিপুরাগী রোয়ল ফেমিলি মেম্বর ওইহনখ্রে। মদুগী হৌনবী পুন্নমক ফংহনখ্রে। জ্যোতিষ বিদ্যারত্ন জ্যোতিষ রত্নাকর হায়বা মিংথোল অনীসু পীবীরে। মহারাণীগী অমক্তং লৈরিবা গাড়ি কার অদুমসু মচানীপানী হায়দুনা খগেন্দ্রজিৎতা পীথোক্লে। মমল য়াম্লবা ইনফি অমসু মনা ওইনা পীরে। মতীকচানা তলব পীদুনা খগেন্দ্রজিৎপু মহারাণীগী রত্নমঞ্জুরীগী

প্রাইভেৎ সেক্রেটরী ওইনসু হাপখ্রে। মদুদগী মণিপুরদা লৈহৌরিবা মাগী ইমুংগী মী পুন্নমকসু ত্রিপুরাদা লৈহনখ্রে। মহারাণী শ্রীমতি রত্নমঞ্জুরীগী পুক্নিদা অনীরক শুবা ওইনা খগেন্দ্রজিৎকা লোয়ননা চৎপা ভারতকী তীর্থ কোয়বগী খোঙচৎতা কোলকাত্তাদা থা ৭ লৈরিঙৈগী মনুংদা ১৯২৮ গী দিসেম্বরগী অরোইবা শরুক্তা ভারত কংগ্রেস কোলকাত্তা সেসন ফমখি। রিসেপসন কমিতিনা সেসন অদুগী খারচকীদমক মহারাণীদা দান নিবদা মহারাণীনা দান চাওনা পীবদগী রিসেপসন কমিতিনা য়াম্না হৱাওকগা লোয়ননা খগেন্দ্রজিৎপু মহাত্মা গান্ধীগা উহনহনখি। সেশন অদুদা ভিজিতর অমা ওইনা য়াওননবা বার্তোন তৌরকখি। খগেন্দ্রজিৎ ভিজিতর ওইনা সেসন য়াওখি। সেসন অদুদা মহাত্মা গান্ধীগী ভাষন তাবদগী খগেন্দ্রজিৎকী থম্মোয়দা রাজনৈতিক্কী মরু হুনখি। মহাত্মাদা কৎথোকলবা মীশক অমসু ওইখি। মতুংদা ভারতকী তীর্থ ময়াম কোইরকপদা তীর্থদা স্নান তৌবা, লাই খুরুম্বগা লোয়ননা রাজনৈতিক্কী মায়কৈদা কুপ্না য়েংশিনখি।

খগেন্দ্রজিৎকী ৱাখলদা মতম অদুদা মহাত্মা গান্ধীগী খোংথাঙ খুদিংদা ৱাঙাং খুদিংদা ইকোনোমিদতা য়ুমফম ওইবসু মহাক্না খনখি। গান্ধীজীগী স্বারাজ ফংলবসু চাননবা শেৎননবা লৈত্রবদি স্বরাজ অদু থুনা মাংখিগনি। ঐখোয়না অহানবদা হোৎনগদবদি চাননবা মরাং কায়না ফংননবা, শেৎননবা মরাং কায়না ফংননবা হোৎনবনা হেন্না মরু ওই হায়বসিনি।

ইংশোক ১৯৩১ গী জুলাই থাদা খগেন্দ্রজিৎনা প্রাইভেৎ সেক্রেটরী ওইরিবা মহারাণী রত্নমঞ্জুরী দেবী ত্রিপুরাগী কোনুংদা লৈখিদ্রে। মহারাণীনা লৈখিদ্রবা মতুংদা খগেন্দ্রজিৎ ত্রিপুরাদা শাংথনা লৈখিদ্রে মণিপুরদা হল্লকলে। মহাক্না মণিপুর হেক য়ৌরকপগা মণিপুরগী মীয়ামগী শেনথুমগী ফিভমদা কুপ্না য়েংশিনখি মহাক্কী রাজনৈতিক্কী অন্দোলনসু, ইকোনোমিগা মরী লৈনা তৌনবা খল্লি। অহানবদা ইংশোক ১৯৩২ দা ঈশিং থাজনা কোক্নবা অন্দোলন তৌই। লৌ উবগী থবক্তানা মপুং ওইবা লৈবাক অসিদা ফৌ সঙবায়দা (মখায়) য়ৌদবা মতম অদুদা ইম্ফাল এরিয়াগী শেম্ভোক লৈতবা প্রজাশিংনা ঈশিংগীদমক য়ুমথোঙগী ওইনা চহিগী লুপা অনীমখায়/অনীমখায় থিবদু প্রজাশিংগীদি খ্বায়দগী অৱাবা অমনি হায়বদু মহাক্না উখি। মদুগীদমক অন্দোলন তৌখি। অদুনা ঈশিং খাজনা লুপা অমামখায়দা হন্থখি। মায়কৈ অমরোমদা শেল লৈতবা অপীকপা ষ্টেট সরকার অসিবু প্রাজীগীনী হায়দুনা শেল য়াম্না খরচ তৌন্নবা দাবী অমত্তা তৌখিদে। শেল য়াম্না খরচ তৌদনা সরকারনা প্রাজাগী ফন্ননবা তৌবদুদী, খগেন্দ্রজিৎনা পামখিদে অদু। মদুগা লোয়ননা করি করম তৌরগা প্রজা মীয়ামগী শেম্ভোক হেন্না লৈহনবা য়াগদগে হায়বগী মায়কৈদা কন্না থিজিল্লম্মী। প্রজাগী শেম্ভোক

হেনগৎনবগী থৌরাং খরদি —

১) ভারতকী মফম পুম্নমক্তদি নীপাতনা কৈথেল ফমদুনা পোৎ য়োনবা, পোৎ লৈবগী থবক তৌই, মদুগী ওন্না তৈনবদা মণিপুরদদি নুপীতনা কৈথেল কাদুনা পোৎ য়োল্লি অমসুং পোৎ লৈ। মসিদা খগেন্দ্রজিৎনা শগোলবন্দা নীপা কৈথেল হায়বা নীপাতনা লৈব-য়োনবগী থবক তৌবা কৈথেল অমা শেমখি। কৈথেল শেম্নবা হোৎনবদা সোসিয়েল বার্কর কোইজম অমুবী সিংহগা থবক তৌমিন্নখি।

২) আশাম মণিপুর বানিজ্য সমিতি-হায়না কৌবা সমিতি অমসু ইংশোক ১৯৩২ দা শেমখি। মদুদা শেরাম কালা সিংহ, রাজকুমার ভুবোনসনা, চোংথাম মেরামচা সিংহ য়াওখি। সমিতি অসিনা কাছার, গৌহাতি, দিমাপুর, মণিপুরগী লম্লোন ঈতিক্কী লম্বী অমা থমদুনা পোৎ থাদোক-থাজিন তৌবা (মারবারীশিংনা তৌবগুম্না তৌবা) অসি তৌরম্মী। মণিপুরদগী মপান্দা ঙা অতেকপা ফাওবা থাদোক্লম্মী।

৩) নুপীশিংগী ফৌশু লম্লোনবদা চাওখৎননবা কন্না হোৎনরম্মী। নুপীশিংগী শেম্লোক্তা অকায়বা পীবগীদমক মণিপুরদা রাইশ-মিলগী পার্মিসন পীদুনা ফৌ তকহনদনবা অন্দোলন ফাওবা তৌখি। কৈথেলদা নুপীশিংতনা ফৌ চেং তাইবা ফংদুনা শেম্লোক লৈহন্নবগী থৌরাং ওইখি।

৪) লৌউ-শিংউগী থবক্তা পোৎথোক হেন্না পুথোকপা ঙম্নবগীদমক অফবা লৌফম ইরম খোংলম নিংথিনা সেম্বা প্রোজেক্ট ওইনা শেমদুনা চাথোক হেনগৎহন্নবগী থবক্তা পোইরৌ পোজেক্ট প্লান তৌখি।

অসুম্না ফ্রিদম ফাইটর খগেন্দ্রজিৎনা য়াম্লবসু-য়ামদ্রবসু শেল থুমগী চাওখৎহনবা শেম্লোক হেনগৎনবা অনৌবা মীৎয়েংগা লোয়ননা অনৌবা খোঙথাঙ খরদি মণিপুরদা লৌখৎলম্মী। হায়বসিদি খ্বাইনা য়ান্নরগনি। য়াম্না পঞ্জনিংবা অমনা পুন্সিগী খোঙচৎতা, পুন্সি লম্বীদা মীয়ামগা লোয়ননা মীয়ামগী ইহূল ফাওনা অমসুং মদুদা লুপশিন্দুনা অনৌবা বাখল্লোন কয়াগা লোয়ননা থবক তৌরমদুনা পুন্সি হায়বদু অসিনি হায়না লেপ্পা লৈতনা থৌরম কয়াদা থৌদাং য়ারম্বা অসিনি।

# সোসিএল এক্টিভিতিজগী লমদা ফ্রিদম ফাইটর খগেন্দ্রজিৎনা তৌরম্বা থবকশিং

## হাহৌদোক

হীরম অমা নৎত্রগা অমদা লূচিংবা অমা ওইবা হায়বসি অরায়বা নত্তে। ওইগে হায়রগসু হেক্তা ওইবা য়াদবা মশাগী পোকপদগী লোয়নরকপা মগুণ অমা য়াওদনদি লূচিংবা ওইবা ঙমদে। লূচিংবা অমা ওইনবা হোৎনবদা পোকপদগী লোয়নরকপা মগুণ অদুবু অমুক মপুঙ মরৈ ফানা শাৎকায়হন্দুনা তৌবা ঙম্বা মীশক অমা ওইনবা চঙদবা য়াদবা মচাকশিংদি অকোয়বগী ফিভম, ঙাকপী সেনবীবা, সেমগৎ সৌগৎপিবা অমদি নিঙথীনা মমায় চুমহৌদ্রবদি ফত্তবা মায়কৈরোমদা ওন্না তৈননা ফৈনা চৎখিদুনা মমল য়াম্লবা মগুণ অদু ফত্তবা লম্বীদা শীজিন্নখিদুনা অরেম্বদা মাঙখিবসু কয়ানি। ফত্তবগী লমদা লূচিংবদি মীয়ামনা, সমাজনা থাক হাংনা লুনা খন্নদে। অফবা হীরমদা লূচিংবদি লৈবাক্কী প্রজাগী, খুনাইগী নুংঙাই য়াইফনবা, চাওখৎ লম্বীদা পুরক্নবা, অৱা অনা কয়া কোক্নবা হোৎনবদা শিবা কীদনা, পুন্সিগী অৱা অনা থিদনা হোৎনরম্বা কয়ানা শিবা নাইদবা মিংচৎকি উরোং খিন্দুনা তুংগী মীরোলনা সকনা-সোন্দুনা লৈহৌই।

ইবুংঙোহল হায়না হেন্না শকখঙনখিবা লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎসু অসিগুম্বা লূচিংবা অমা ওইবগী মগুণ চপ চানা লোয়নরকপা মীশক অমা ওইবা মরমনা লৈবাক মীয়ামগী য়াইফনবতা খনবদা অৱা অনা কয়া থিদনা, শিবা কিদনা, কথোকপগা লোয়ননা লৈবাক মীয়ামগী য়াইফনবা থবক কয়া লেপ্পা হনবা লৈতনা পাঙথোক্লম্বা থবক কয়ানা মহাকপু লূচিংবা অমা ওইনা শিঙথানবদা থোইদোক হেন্দোকপা মতিক চায় হায়বসি চেনবা য়াদ্রবা হাফমনি। পু-পাং সুনা নাউকোনবিরক্লবা, মমা লুখ্রাবীনা য়োকলকপা, মীগী সাইজিন সায়াদা সাইদাংদুনা চাউরকপা মরমনা মহৈ মশিংগী লমদা মপুঙ ফানা তমবা ফংলকত্রবসু মশাগী হোৎনবা কনবা, অখাঙ কনবা মগুন, হনবা লৈতবা থৌনানা মমৈদা সংসকৃত, বাঙ্গলা নিংথিজনা হৈরক্লুনা লুরবা জ্যোতিষ সাস্ত্রদা থোইদোক হেন্দোকনা খঙ-হৈবা মীশক অমা ওইখি হায়বসি দেবেন্দ্রসিং মহারাজ ধাকা তাবগী মচানুপী ত্রিপুরাগী মহারাণী রত্নমঞ্জুরিনা মখুৎমক্লা সহি তৌদুনা পীরম্বা 'জ্যোতিষ

রত্ন' হায়বা শকখণ্ডচে অমদি 'মেদল' না অদুম লেংদ্রবা প্রমান ওই। অসিগীসু মথক্তা মহারাণী রত্নমঞ্জুরিনা খগেন্দ্রজিৎপু মহাক্কী প্রাইভেট সেক্রেটরি ওইহনদুনা থমখিবা অসিমক্সু মহাক্কী তোপ তোপ্পা মগুণ অমা লৈ হায়বা ইরায় লায়না খঙবা ঙম্মি।

খগেন্দ্রগী পুন্সিদা কৎথোকপগা লোয়ননা লৈবাক্কী সেবা তৌনিংবগী অপাম্বা ৱাখলবু মকা ফোংহনখিবদি খৃ: ১৯২৮ গী মহারাণী রত্নমঞ্জুরিগা লোয়ননা তীর্থ - কোয়বগী খোঙচৎতা কোলকাত্তাদা পাঙথোকখিবা ভারত কংগ্রেসকী মীফমদা গান্ধীজীনা পীবা পাউজেল তারব্দগী অমদি গান্ধীগা উনদুনা ৱারী সনারব্দগী খগেন্দ্রগী ৱাখলদা গান্ধীজিগী অহিংশা অন্দোলন তৌদুনা মরৈবাক্কী সেবা তৌনিঙবগী ইথিল-ইহূল পোকখিবনা মণিপুরদা হল্লক্তুনা লৈরবা মতমদা মহাক্কী লুচিং মখাদা মখল মখা অয়াম্বা হিরম কয়াদা প্রজাগী য়াইফনবা থবক কয়া মথং মথং পায়খৎলকখিবনি। ত্রিপুরাগী মহারাণী শ্রীমতি রত্নমঞ্জুরি দেবীনা ইংশোক ১৯৩০ গী মার্চ্চ ফাওবা মণিপুরগী সনা কোনুংদা খগেন্দ্রজিৎকা লোইননা মহারাণী উন্নখিবনি। মসিদগী খগেন্দ্রজিৎনা অচৌ-অশাং অঙম অথৌ ময়াম্বু শক খঙনবগী খুদোং চবা ফংখি। গান্ধীগা উনরুরবা অমদি ভারত কংগ্রেসকী সেসন য়াওরুরবা মীনী হায়দুনা মীয়াম্না থজবা লৈখি। মদুনা মনা প্রজাগী থবক তৌবদা খুদোং চাহল্লী। খগেন্দ্রজিৎনা সমাজ সেবক অমা ওইনা কৎথোকপা ৱাখলগা লোয়ননা তৌরম্বা মরুওইবা থবক খরা লৌখৎতুনা উৎপা তারবদি মখাগীশিং অসি পনবা য়াই।

## খগেন্দ্রজিৎনা সোসিএল এক্টিভিষ্ট অমা ওইনা তৌরম্বা থবকশিং

হীরম অসি নৈনদুনা উৎপা মতমদা খরা হেন্না মরিক চুন্না মচা খায়না খাঙবা ঙমনবা হোৎনবদা সরুক অনী থোক্না মণিপুরগী মপাল লমদা পাঙথোকখিবা থবকশিং অমদি মণিপুরদা পাঙথোকখিবা থবকশিং হায়না খায়দোক্তুনা উৎপনা হেন্না মপুঙ ফাবা, মশক থোকপা ওইগনি।

## মণিপুরগী মপাল লমদা পাঙথোক্লম্বা থবকশিং

১) **নবদ্বিপ্তা গুহা কংপা** — ত্রিপুরাগী মহারাণী রত্নমঞ্জুরিনা খগেন্দ্রজিৎপু মহাক্কি প্রাইভেৎ সেক্রেটরি ওইহন্দুনা ত্রিপুরাদা লেঙদনা লৈরবা মতমদা খগেন্দ্রজিৎপু পোকপী মমা ইবেম্মা থরোসনাবু মণিপুরদগী কৌরগা অচঙবা শেলগী খরচ পুন্নমক মহারাণীনা পুথোকপিদুনা মহারাণী মশামক য়াওনা খৃ: ১৯২৬ তা ভারতক্কী অফাওবা তীর্থ পুন্নমক কোয়মিন্নখি। খোঙচৎ অদুদা শ্রী ধাম নবদ্বিপ্তা থুংলবদা অনুপ্রভুগী কমপাউণ্ড মনুঙদা অনুপ্রভুগী সেবাগীদমক অমদি লাই

খুরুম্বা লাকপা যাত্রিকশিংগী খুদোংচানবা গুহা অমা খগেন্দ্রজিৎনা মশাগী পৈশানা তৌদুনা কৎখি। মসিনা খগেন্দ্রজিৎকি পুন্সিদা ইহান হানবা ওইনা মীয়ামগী য়াইফনবা তৌবা থবকনি।

২) **বৃন্দাবন্দা ঈশিংখোং তৌবা** — খৃ: ১৯২৬ কি লাইফম কোয়বগী খোঙচৎ অদুগী মনুঙ চন্না বৃন্দাবন্দা থুংলবা মতমদা বৃন্দাবনগী খুঙ্গং অমদা ঈশিং ফংদবগী অৱাবা অমা মফমদুগী খুঞ্জাশিংদা মায়য়োক্লরম্বা থেংনখি। লমদম অদুগী প্রজাশিংনা উৎতর প্রদেশকি মথুরাগী দিপুতি কম্মিস্নারদা ঈশিংগী অৱাবা কোকননবা ঈশিংখোং অমা তৌগে হায়জরুবদা অয়াবা পীবিরকখিদে। হায়রিবা ৱারম অসি খুঞ্জাশিংনা মহারাণীদা হংগৎচরবদা খগেন্দ্রজিৎনা খুঞ্জাশিং অদুগী মতেং পাংগে হায়না চপয়ুংনা খন্দুনা দিপুতি কম্মিস্নারগা হকথেংননা উনদুনা ঈশিংখোং তৌবা য়াহনবিনবা কন্না তক্লবদগী য়াবিরক্তুনা খোং তৌবদা চঙগদবা খরচ পুন্নমক মহারাণীনা পুথোকপিরগা খগেন্দ্রজিৎনা খোং তৌবগী ভার পুম্বা লৌদুনা হায়রিবা খুঙ্গং অদুদা ঈশিংখোং অমা তৌবিরমখি। হান্না ঈশিং ফংদবগী অৱাবা মায়য়োক্লদুনা লৈরম্লবা খুঙ্গং অদুবু ঈশিংখোং অদুনা ঈশিং মরাঙ কায়না ফংজদুনা প্রজাশিংগী অৱাবা কোকখি। ঈশিং খোং অদু মাইল ৩ শাংবা ফুট ৬ পাকপা খোংনি।

৩) **আসামদা লম লৈজদবশিংদা লম ফংহনখিবা** — খৃ: ১৯৩০ দা ত্রিপুরাগী মহারাণী রত্নমঞ্জুরিনা মণিপুরদা কোয়রক্রম্বা খোঙচৎকি ওল্লকপা চহি খৃ: ১৯৩১ দা মহারাণী তাইবং থাদোকখি। মহারাণীনা লৈখিদ্রবা মতুংদদি খগেন্দ্রজিৎসু মণিপুরদা হল্লক্তুনা লৈরমখি। মণিপুরদা লৈরবা মতমদা রাজনিতিগী খেত্রদা চোংশিন্দুনা লৈবাক্কী অৱা অনা কয়া কোক্লবা অকনবা থবক কয়া পায়খৎতুনা লাকপনা মণিপুরদা অনীশুবা লাঞ্জাউ মনুঙদা জাপান্না বোম থাদবদগী লৈবাক কায়দুনা লাঞ্জেন্নরুবদগী লান লোইখিদুনা খৃ: ১৯৪৬ তা নৌনা "মণিপুর প্রজা মণ্ডল" কৌবা রাজনিতি দল অমা ইরাবতকা লোয়ননা সেমখি। অসুন্না অমুক রাজনিতিগী লমদা পুক্নিঙ চঙনা লৈবাক্কী থবক থৌরম কয়া পায়খৎলক্লবা মতমদা সিলচরদা ফমখিবা কাছার জিলা কৃশক সনমেলন্দা খগেন্দ্রজিৎনা মণিপুর প্রজা মণ্ডলগী মীহুৎ ওইনা সরুক য়াবা চৎখি। মতম অদুদা কাছারদা লৈবা লম লৈজদবা মৈতৈ মচাশিংগা হান্না শীজিন্নদবা লমলেম ওইনা লৈরম্বা হোজায়গী জমুনামুখ হায়বা মফমদা খুন্দাদুনা লৌ উদুনা লৈবশিংদু মতম অদুগী আসামগী গোভর্ণরদা খগেন্দ্রজিৎ মশামক্কা মেমোরেন্দম অমা পীশিন্দুনা লম

অদুবু পার্টী তানবা ভাঙনবদা গোভর্ণরনা অয়াবা পীবিরক্নুনা মাইল অমা পাকপা, মাইল তরেৎ শাংবা হোজায় জমুনামুখকি লমবু পার্টী তাহন্দুনা লম লৈজদবা মীওইশিং অদুদা লম ফংহন্দুনা মীয়ামগী অচৌবা মতেং পাংলমখি।

## মণিপুরদা পাওথোক্লম্বা য়াইফ থৌরমশিং

১) **বাংখৈদা এম: ই: স্কুল লিংখৎপা** — খগেন্দ্রজিৎতি নহা ওইরিঙৈদা তোকপিয়া পণ্ডিতকি মফমদগী মৈতৈ ময়েক তমদুনা ময়েক অসিবু নিঙথিনা ইবা পাবা ঙমহৌখি। মতম কয়াগী মমাঙদগী চৎনদুনা লাকপা মৈতৈ ময়েক্না মুৎথখিদুনা চৎনদনা লৈরববু মতৌ করম তৌরগা অমুক হন্না চৎননবা হোৎনসিগে হায়না খনবা হৌরকখি। মৈতৈ ময়েকপু অমুক হন্না চৎনহন্নবগী পান্দমদা স্কুল অমা লিংখৎলগা মৈতৈ ময়েক তম্বা হৌহনগে হায়না চপ য়ুংনা লেপ্তুনা খনখি। খৃ: ১৯৩৩ খগেন্দ্রনা স্কুল লিংখৎপা মতম অদুদা এম: ই: স্কুলগী ওজা ওইবীনাবা মীওই খরা তাঙনা থোকলম্মি। অহানবা লিংখৎপগী মতম অদুদা ওজা ওইবীনবা মী থীবা ফংদবনা কালেন ছুতি থাবগী ময়ুমদা লৈবা মেত্রিক তমলিবা ছাত্র খরা অমদি গৌহাতিদা আই: এ: তম্বা ছাত্র খরগনা ওজা ওইহল্লগা স্কুল অদু লাইরিক তম্বা হৌহনখি। অদুবু লাইবক থীবনা মখা তানা ওজা ওইবীনবা মী থিবদা ফংদবদগী স্কুল অদু মুৎপা তাখি। মরম অসিনা হায়রিবা স্কুল অসি মখা তানা ওজা ওইজগে হায়বা খরগা হান্নগী ছাত্রশিং অদুগা ইরাবতনা প্রসিদেন্ট ওইবা এম: ই: স্কুলদা পুনসিনখি। অদুবু হায়রিবা সিতি এম: ই: স্কুল অসিসু স্কুলগী সঙ মৈনা চাকখিবদগী মুৎখি।

খগেন্দ্রজিৎনা লিংখৎক্লিবা স্কুল অদুদা ওজা ওইখিবা মীওইশিংদি বাংখৈ লৌরেম্বম লৈকাইদগী লৌরেম্বম জাতিশ্বর, বাংখৈ কোন্সম লৈকাইদগী ফাঞ্জৌবম চন্দ্রহাস, বাংখৈ লৌরেম্বম লৈকাইদগী লৌরেম্বম প্রফুল্লো, ক্ষেত্রিগাওদগী আর: এ: হুসেইন সাহ হায়রিবা ওজাশিং অসিনি। আর: এ. হুসেইন সাহদি কোন্না সি: সি: হায়স্কুলগী ওজা ওইখি। হৌজিক হায়রিবা ওজা ওইরম্বা মীওই ঙম্নমক লোইনা লৈখিদ্রে।

২) **লম্ফেলদা পুখ্রি তৌবা** — মতম অমা ১৯৩৪ গী মতমদা লম্ফেল পাৎতা যণশিংনা ঈশিং থকপদা যণ কয়া মখোঙ পুৎথদুনা শিবগী অচৌবা খুদোংথীবা অমা লৈরম্মী। যণশিংনা পাৎকি ঈশিং থক্কদবগী কুমথবদা মখোঙ পুৎথদুনা শিবগী অবাবা ফিভম অদু কোক্লবা খগেন্দ্রজিৎনা মায়কৈ কয়াদগী ভলুন্টিয়ার কয়ামরুম খোমদুনা যণশিংনা খুদোংথীবী লৈতনা ঈশিং থকচবা ফংনবা লম্ফেল

পাৎতা অচৌবা পুখ্রি অমা তৌখি। লম্ফেলদা পুখ্রি তৌবদা ভলুন্টিয়ার ওইনা য়াওখিবা সগোলবন্দ মৈনো লৈরক্তা লৈবা এম্ভা বেদবর্ত শর্ম্মা হৌজিক হৌজিকমক হিংলি।

৩) **অমাং অশেংগী মায়য়োক্তা তৌরম্বা থবক** — চুরাচান্দ মহারাজনা পানবা মতমদা মাংবা শেংবগী অচৌবা ফৎত্রবা চৎনবী অমা লৈরম্মী। কনাগুম্বা মীওই অমমবু মরম অমা নৎত্রগা অমদগী মাংলে হায়না লাউথোক্লবদি মীশক অদু কনা অমৎতনা শোক্ল-শম্নবা, তিন্ন খোৎনবা য়াদ্রে। শিরবসু ধর্ম্মগী হৌনবী মতুংইন্না পোৎলোইবা য়াদ্রে। অসিগুম্বা মাংলবা মীশক অমা শেংদোকপা তারবদি লুপা ৮৪ অনা ৩ পাই ২ ব্রহ্মসভাদা থীরগা শ্রীগোবিন্দগী লাইমাংদা শান্তি হাইদোক্লগা শেংদোকই। অনাবা নৎত্রগা অসিবা ওইরগনা ব্রহ্মসভাগী রত্ন অমনা ময়ুমদা চৎলগা শান্তি হাইদোক্লগা শেংদোকপী। শেংদোক্লবদি মীয়ামগা তোৎন তিন্নবা শিরবসু ধর্ম্মগী হৌনবী কায়দনা পোৎলোইবা য়ারে। অসিগুম্বা তমথিরবা চৎনবী অসিনা সমাজদা মীওই কয়া মপুঙ্গিগী হৌগৎপা ঙমদনা লৈখা তাখিবা মীওই কয়াসু য়াওখি। অমাংবা মীওইনা শেংদোক্লবদি মীয়াম চঙনা ধর্ম্মগী হৌনবী কায়দনা পোৎলোইবা য়ানবা হোৎনবদা শেংদোরম্বা শেনফম লৈতবদগী নুমিৎ কয়ানি পোৎলোইদনা থমনখিবসু কয়ানি।

অসিগুম্বা তমথিরবা ফৎত্রবা চৎনবী অসিবু মরু ফংনা মুৎথৎতুনা মাঙহনখিনবা খগেন্দ্রজিৎনা ইরাবত, ললিতামধব, বংকবিহারি শর্ম্মা, থোকচোম গোপাল, কৈসাম বিশ্বরুপনচিংবা মীওইশিং অসিগা পুন্না খুৎসম্নদুনা অমাংবা কয়াবু চঙদুনা পোৎলোইবীবা, শ্রাদ্ধ কর্ম্মনচিংবা পাংথোকপিবদগী কনা অমৎতনা ব্রহ্মসভাদা শেংদোকপিয়ু হায়নরুদ্রে। অসুম তৌবনা মমৈদা অমাংবা মীনা অশেংবা মীশীঙদগী মশীং হেনগৎলক্লে। ফৎত্রবা ধর্ম্মগী মিংদা লৈবাক প্রজাগী মফমদা শাথিনা অৱাবা পীবা চৎনবী অসি মরু ফংনা ফুক্তোক্তুনা মাঙহনখি। খগেন্দ্রজিৎনা পাঙথোকলম্বা য়াইফ থৌরমশিংগী মনুঙদা মাংবা শেংবগী থবক অসিসু মরু ওইনা থবক অমনি।

৪) **অন্দ্রোদা এল: পি: স্কুল লিংখৎপা** — অন্দ্রো হায়বা খুল অসি ইম্ফালদগী কি: মি: ২৩/২৪ লোম চৎলগা নোংপোক মায়কৈদা লৈবা নোংমাইজিং চীংগী নোংপোক থংবা চীংয়াদা লৈবা খুল অমনি। খৃ: ১৯৩৯ গী মতম অদুৱাইদা হায়রিবা খুল অসিদা অঙাংশিংনা লাইরিক তমজনবা স্কুল অমৎতা লৈরমদে। স্কুল লৈতবনা মরম ওইদুনা পীক্লিবা অঙাংশিংনা লাইরিক তম্বা ফংদবগী অৱাবা

অমা মায়য়োক্লরিবা অদু কোকহন্নবা খগেন্দ্রজিৎনা মফম অদুদা এল: পি: স্কুল অমা লিংখৎপা তঙায়ফদে হায়না খন্নবদগী পুরৈরোম্বা লম্পাক্তা স্কুলগী সঙ অমা শারগা এল: পি: স্কুল অমা লিংখৎখি। স্কুল অদু লিংখৎপা মতমদা পুন্না ছাত্র ২৫/৩০ রোম লাইরিক তম্বা হৌখি। নৌনা লিংখৎপা স্কুল অদুগী ওজানা লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎকি মচানিপা ইবোবীনা ওইখি। হৌজিক হৌজিকসু হায়রিবা স্কুল অসি সরকারনা লৌশিন্দুনা সরকারগী এল: পি: স্কুল ওইনা লৈরি।

৫) **অন্দ্রোদা কৈথেল লিংখৎপা** — খৃ: ১৯৩৯ গী অদুৱাইদা অন্দ্রোদা লপ্লোন ঈতিক তৌফম ওইনা কৈথেল অমৎতা লৈরমদে। কৈথেল লৈতবনা মরম ওইদুনা নোংমগী চঙদবা য়াদবা পোৎলম চৈরম কয়া সরকারগী মতুং ইন্না ফংনিঙবা মতমদা ফংবা ঙমদবগী খুদোংচাদবা অমা খুঞ্জাশিংনা মায়য়োক্লরিবা অৱাবা ফিভম অদু খগেন্দ্রনা উরুবদগী মফম অদুদা কৈথেল অমা শেমগৎপা তঙায়ফদে হায়না খনখি। মফম অদুদা কৈথেল অমা শেমগৎনবগী মপুঙ ওইবা পান্দম অমা থমলগা খগেন্দ্রজিৎনা নিখিল মণিপুরী মহাসভা, অন্দ্রো ব্রাঞ্চকী সেসন অমা মেলাগা লোয়ননা পাংথোক্লবা খগেন্দ্রজিৎনা থৌরাং তৌরম্মী। ইরাবতনা অথোইবা অতিথি অমদি অন্দ্রো খুলগী খুল্লাকপা সলাম উমা সিংহনা সভাপতি ওইদুনা ফমখিবা মীফম অদুগী খুদোংচাবা তাঞ্জা লৌরগা নুমিৎ নিনিরোম চৎথবা মেলা অমা সীনখি। মহা সভাগী মীফম অমদি মেলা অদু লোইশ্রবা মতুংদসু অন্দ্রোদা কৈথেল অমা মখা তানা শাদুনা লমদম অদুগী লপ্লোন ঈতিক অমসুং তঙায়ফদবা নোংমগী চঙদবা য়াদবা পোৎচঙ কয়া ফংনিঙবা মতমদা ফংবা ঙমহন্দুনা খুঞ্জাশিংগী অৱাবা কোকহনবিখি।

খগেন্দ্রজিৎনা অসিন-অরাং তৌদুনা ফমখিবা মহাসভাগী অন্দ্রো ব্রাঞ্চকী মীফম অদুগী য়ান্না মরু ওইবা সমাজগী ওইবা কান্নবা মানা মীফম অদুদা তিল্লরিবা মীওই খুদিঙমক সমাজগী খেন্নবা থাক থমদনা পুন্না পংতি ভজন তৌদুনা চাক চামিন্নখিবা অদুনা মতম কয়াগী মমাঙ য়েলহৌঙেগী মচিন মনাও ওইনা অমৎতা ওইনা পুন্না হিংমিন্নদুনা লাকখিবা লমদম অসিগী মীওই কাঙলুপ মসেলগী মরক্তা মাঙবা শেংবগী ৱাফম থুদেক্তুনা অপুনবা শক্তম্বু শাগৎনখি। ধর্ম্মগী খুরবা মীৎয়েং অমসুং চৎনবীগী পলবু নমথেক্তুনা চপ মান্নবা থাক্তা হিংমিন্নবগী পান্দম অমা ফংখিবা অদুনি। অদুগুম্বা মমল য়াল্লবা মীফম অদুদা পংতি ভজন-তৌদুনা অন্দ্রো খুলগী মীয়ামগা পুন্না চাক চামিন্নখিবা মশক মমিং পনবা য়াবা মীওইশিংদি হিজম ইরাবত, খগেন্দ্রজিৎ (ওর্গেনাইজর), লালিতামাধব শর্ম্মা,

লাইশ্রম জুগেশ্বর নোংমৈকাপ্পম নবকিশ্বর, শ্রীহত্ত জিলাদগী য়ুম্নাম কৃষ্ণচন্দ্র, কৈসাম কুঞ্জা বিহারি, পাঙম্বম তরংগো, লাইখুরাম ইবোবী হায়রিবা মীওইশিং অসি মমিং পনবা য়াই।

৬) **পোইরৌপাৎপু লৌকোন ওস্থোক্লাবা হোৎনবা** — পোইরৌপাৎ হায়বসি নোংমাইজিং চীংগী হেক মমাঙদা লৈবা লৌ পরি ৩০০ রোমগী লম ওইগদবা পাৎ অমনি। খৃ: ১৯৪১ গী মতম অদুবাইদা পাৎ অসি ঙা ফানবা নিলাম তৌদুনা লৈবা মফমনি। পোইরৌপাৎ অসিগী য়াম্না লিরবা বারী লীখুল, ইতিহাসকা সাগোন্নদুনা লৈবা থৌদোক্কা মরি লৈনবা মফমনি। "পোইরৈতোন নিঙচিৎ" কৌবা অরিবা লাইরিক্তা মফম অসিগী মমিং পোইরৈতোন্না খুন থোক্লক্লগা নোংমাইজিং চীংদা লফুৎ লৈনা থাদুনা ফম্লগা ময়াম্বা থোঙভারেনবু ঙহিদুনা লৈরম্বা থৌদোক্কা মরি লৈননা থোল্লম্বনি। অসিগুম্বা লিরবা পাৎ অসিবু লৌকোন ওস্থোকলবদি লমদম অদুগী লৌ লৈজদবা প্রজা মীয়ামগী য়াইফবা ওইগনি হায়বগী চপ চাবা ফিরেপ অমা লৌরগা খগেন্দ্রজিৎনা মফম অদুগী খুঞ্জা মীয়াম খোম্লগা তান্নদুনা নিলাম ককথৎলগা লৌকোন ওস্থোকনবা বাকৎ চেরোন অমা সেমখি। বাকৎ চেরোল অদুদা মরু ওইনা পল্লিবা বাফমদি মফম অদু ঙাগী নিলাম লাউবদগী কারকপা চাগাগা লৌ উদুনা ফৌদগী কারকপা চাগাগা লৌদগী কারকপা চাগানা হেনগনি হায়বা বাফম অসিনি।

হায়রিবা বাকৎ চেরোল অদু সরকারদা লানখৎতুনা খগেন্দ্রজিৎনা কন্না তক্লবদগী মণিপুর সরকারনা বেঙ্গোলদগী এক্সপার্ট কৌদুনা পোইরৌপাৎ সর্ভে তৌরগা সরকাবদা সর্ভে রিপোর্ট পীখৎলবা মতমদা ফিভম খরগী মখাদা সরকারনা মফম অদুবু লৌ উবা য়ারগনি হায়না অয়াবা পীরকখি। সরকারনা অয়াবা পীবগী বারোলদা য়াওরিবা মরু ওইবা বারোল খরদি পাৎ অদুদা চেস্থরকলিবা চীংগী চীংজুমশিং থৌবাল তুরেলদা চিথখিনবা খোং অমা তৌবা, তুরেলদা ঈতাফম ওইরিবা খোং মচীন্দা খোংদগী ঈশিং চেস্থখিবদি য়াবা অদুগা তুরেলগী ঈশিং পাৎতা চঙশিল্লকপদি যাদবা মখুম পানবা কলভার্ত অমা সেম্বা। লৌখোং অদু খুঞ্জাশিংনা মরন্নাই তৌজবা। লৌমীশিংনা চাংচৎতা শেল খায়গৎনরগা নিলাম লৌউবদগী কারকপা শেলফমগা মান্নবা শেনফম সরকারদা লৌরুপনা চহি মঙা পীবা। লৌ উনবা চহি মঙাগী গেরেন্টি পীবা। চহি মঙা লৈরবা মতুং লৌকোল অদু লৌমীশিংগী মিংদা পার্টা তাহনবা লোয়ননা লৌফমগী ওইনা থীফম তোকপা খাজনা সরকারদা থীবা। চহি মঙাগী মনুঙদা মফম অদু

অফবা লৌউবা য়াবা মফম লৌরুপ্পা সেমজবা অসিনচিংবা অসিনি। মথক্কী ফিভমশিং অসিগী মখা পোন্না, ৱারোলশিং অসিদা য়ুফম্ম ওইরগা পোইরৌপাৎপু লৌকোন ওস্থোক্তুনা লৌ উবা য়ারগনি হায়না সরকারনা অয়াবা পীবনি। অদুবু অদুগুম্বা প্রজা মীয়ামগী কান্নগদবা, য়াইফগদবা প্রোজেক্ত অদু পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাওগী মনুঙ চন্না ইম্ফালসু বোম তাদুনা লৈবাক ঈরাং থোকপদগী মহৈ য়ানবা গুমহৌদনা কায়খি।

৭) **বোম তাবগী রিলিফ কম্মিটি সেম্বা** — অনীশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাওগী হকথেংননা চৈথেং ফংবা লৈবাকশিংগী মনুঙদা মণিপুরসু অমনি। জপাননিজ অমসুং আই: এন: এ: গী অপুম্বা লান্মীনা ব্রিটিশকি মখুৎতগী মণিপুরবু লৌশিন্নবা নোংপোকলম অমদি মখা লমলোমদগী অকনবা লাঞ্জাং চঙশিল্লকপনা মণিপুরসু অচৌবা লানফম অমা ওইখি। খৃ: ১৯৪২ গী মেগী থাগী তাং ১০ নোংমাইজিং নুমিৎতা ইম্ফালদা ইহান হান্না জপাননিজশিংনা বোম থাদরখি। বোম তাখিবা মফমশিংদি নুঙয়ুংবী, খোয়াথোঙ, পলতোন (অসাম রাইফল), ইঞ্জিনিয়ার ওফিস, মেঞ্জোরখুল, থাঙমৈবন্দ, চীংমৈরোং, মন্ত্রি খোংনাং হায়রিবা মফমশিং অসিদা বোম তাদুনা মী, ষণ, নুপী-অঙাং, অচৎ-অওক, হৱাগাড়িনচিংবা কয়া অসোক অপন, মীশি মীনা কয়া থোকখি। বোম তাবগী থৌদোক অসিদা ইম্ফাল সহরদা লৈবা পুন্নমক অরাপ্পা লৱায় থৱাইদা থৱায় হিংনবা লাঞ্জেন্নখি। চহি অসিমক্কী ইঙা থা নোংমা পানবা থাঙজা নুমিৎতাসু অয়ুক পঙ ১০/১১ রোম তাবদা জপান্না অমুক হন্না কৈশামপাৎ, ৱাহেংবম লৈকাইদা বোম থাদদুনা য়ুম কয়া মৈ চাকপ্তা নৎত্তনা মীসু য়াম্না শি। ইম্ফালগী মী য়াম্না লাঞ্জেন্নখি। খৃ ১৯৪৮ গী এপ্রিলগী তারিক ২০ (শজিবু ১৫ নি পানবা) লৈপাকপোকপা নুমিৎতু খুরায় তিলিপটীদগী হৌনা খোমিদোক মসাংরোমদা বোম থাদৈ। চীংগাংবম গুলাপকি মাগুপতসু বোম থাদদুনা উশোব চাবা মী ১০০ রোম শি। চহি অসিগী হিয়ঙ্গে থা ১২ নি পানবা লৈপাকপোকপা নুমিৎতসু কোইরেংগৈ অমদি ককচীং লম্বীদা বোম থাদুনা মী য়াম্না শিনৈ। লমতা থাগী ২০ নি থাঙজদা শগোলবন্দা বোম তাদুনা য়ুম খরা মৈ চাকই, মী খরা শি। ২২ নি পানবা ইরাইদা খারমান অমসুং হৈঙাঙদা বোম তাই। খৃ: ১৯৪৪ গী শজিবু থাগী ১৬ নি নোংমাইজিংদসু হৈনৌপোক অমদি চঙাংঙৈদা বোম তাই।

অসিগুম্বা মণিপুরদা জপাননিজশিংনা বোম থাদদুনা লৈপাক মীয়াম লাঞ্জেন্নবদা মতম অদুদা খগেন্দ্রজিৎসু য়াইরিপোক্কী মনাক্তা লৈবা অংথা খুলদা লাঞ্জেন্নদুনা

লৈখি। অংথাদা থা ৬ লোম লৈরল্লগা কোংবা বাজারদা অমুক লৈরখি। লানগী মৈশা ফংলবা মতম অদুদা চানবা ফৌ চেঙ অমদি নুমিৎ খুদিঙগী চঙদবা য়াদবা পোৎলম চৈরম কয়া কৈথেলদা মরাঙ কায়না ফংবা ঙমদবদগী প্রজা কয়া হয়িনিঙঙাই লৈতনা অবাবা তারম্মি। খুদোংথীরবা মতম অদুদা লৈবাক মীয়ামদুনা থেংনরিবা অবাবা অদু কোকবা মতেং পাংনবগী অমখক খগেন্দ্রনা লুচিংদুনা "রিলিফ কম্মিটি" অমা সেমখি। কম্মিটি অদুদা য়াওবা মীওইশিংদি খগেন্দ্রজিৎ, বাখৈ নিংথেম পুখ্রি মপান্দগী করাম বিদুর, খ্বাই ললাম্বুং মখোঙদগী চোংথাম মেরামচা, নাগমপাল কাংজাবী লৈরক্তগী লোইতোংবম ইবোমচানচিংবশিং অসিনি। হায়রিবা মীওইশিং অসি মতমদুদা কোংবদা লাঞ্জেন্নদুনা লৈবা ঙাক্তনি।

রিলিফ কাম্মিটিনা মপুঙ ওইনা পাঙথোকখিবা মীয়ামগী অবা কোকবা থবকশিংদি লবায় থবায়দা লৈবা লৌয়াম চাবা, ফৌয়াম হাপ্পা মীওইশিংগী মফমদগী ফৌ নিদুনা পুরক্লগা লায়রবা, ফৌ বানবা ঙমদবা মীওইশিংদা লেন্না দান তৌদুনা য়েহোকপা। ফৌ নিবা ফংলক্রবা মতমদনা অহোঙবা মমলদা ফৌ লৈরুরগা কোংবা বাজারদা মমল হোঙনা মীয়ামদা ফংহনবা অসিনি।

৮) **মৈতৈ ময়েক স্কুল লিংখৎপা** — অনীশুবা লাঞ্জাউদা জাপান মায়থীবদগী মণিপুরদগী জাপাননিজ অমসুং আই: এন: এ: গী লান্মীশিংসু মণিপুরদগী হনখিদুনা খৃ: ১৯৪৪ গী অদুবাইদদি লৈবাক প্রজা মীয়ামগী অবাবা খরা হম্থরক্তুনা কৈথেলদা পোৎ চৈ ফংদবগী ফিভম নোংমা নোংমগী ফগৎলকলম্মী। লানগী মৈশা নেমখিদুনা তং তাবা পুন্সি অমা তপ্না তপ্না হঞ্জিল্লক্রবা মতম অদুদদি খগেন্দ্রজিৎ অমদি মহাক্কা লোয়নবশিং মৈতৈগী অরিবা লাইনিঙ লন্বী মুৎলুরবা মৈতৈ ময়েকপু অমুক নৌনা হিংগৎহন্দুনা চৎনহনকনচিংবা থবক থৌরম কয়াদা অকনবা থবক পায়খৎপা হৌরক্লে। খৃ: ১৯৪৫ গী মার্চ থাদা "মৈতৈ ময়েক থৌগল মরুপ" কৌবা সংস্থান লিংখৎলে। মরুপ অসিগী স্কুল লিংখৎনবা, ময়েক সাপা নম্নবা, থিজিন হূমজিনবগী থবক তৌনবা তোংঙান তোংঙানবা সব কম্মিটি কয়াসু লৈরম্মী। অসিগুম্বা সব কম্মিটিশিং অসিগী মনুঙদা অমা ওইরিবা স্কুল লিংখৎনবা সব কম্মিটিনা ইহান হান্না মৈতৈ ময়েক্কী এল: পি: স্কুল অমা লিংখৎখি। মমৈদা স্কুল অসি মথং মথং এম: ই: অমদি হায়স্কুলগী থাকফাওবা য়ৌরক্তুনা হৌজিক হৌজিক কোংবদা লৈবা মৈতৈ ময়েক হায়স্কুল অসিনি।

অহানবদা খৃ: ১৯৫০ গী অদুবাইদা এল: পি: গা হান্না সরকারনা লৌশিনবীখি। খৃ: ১৯৫৮ দগী হায়স্কুলবুসু গ্রান্ট পীবীদুনা লাকপনা মমৈদা সরকারনা পুবা লৌশিনবীদুনা হৌজিক হৌজিকসু সরকারগী স্কুল ওইরি। স্কুল অসি ইহান হান্না এল: পি: গী থাক্তা লিংখৎখিবা মতমদা ওজা ওইখিবশিংদি বাংখৈ থাঙজম লৈকাইদগী রাজকুমার সনামচানা হেদ মাষ্টর ওইরগা বাংখৈ লাইশ্রম লৈকাইদগী অখাম থম্বালঙৌ, বাংখৈ থাঙজম লৈকাইদগী অঙোম তোম্বী, মতম অদুদা ওজা ওইরম্বা অঙোম তোম্বী অমসুং অখাম থম্বালঙৌ সিংহদী লৈখিদ্রে। লাইখুরাম ইবোবী অসিদি হৌজিক হৌজিক হিংদুনা লৈরি।

## বারোই

অসুন্না লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎনা হিংলিঙৈগী মতমদা তৌরম্বা মমল য়াম্লবা শিঙথাদুনা লোইবা নাইররোইদবা সমাজগী য়াইফ থৌরাং কয়া অসিনা মহাক অসি লৈবাক মীয়াম্বু, মরৈবাকপু থাম্মোয় শেংনা নুংশিজবা, কৎথোকপগা লোয়ননা মীযাম য়াইফনবা থবক তৌবদা মপুল্লি কৎখ্রবা মীশক অমনি হায়না লৌবদা লাম্লোই। ঙসিগী মীরোলনা মহাক্কী চাউরবা লমন তোনসিল্লবনি।

## মতেং লৌজখিবা লাইরিকশিং


১) লাইখুরাম ইবোবী — লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ সিংহ, ইম্ফাল ১৯৮৫।

২) এল: ইবুংঙোহল অমদি এন: খেলচন্দ্র — চৈথারোল কুম্বাবা, ইম্ফাল ১৯৮৯।

৩) ইমুং মনুঙগী মীওইশিংগা উনদুনা বারী বাতায় শান্নরুবদগী ফংলকপা মচাকশিং।

৪) এল: ইবোবী — মণিপুর প্রজা সম্মেলনি অমসুং অনীশুবা নুপী লাল।

৫) সোয়াম ছত্রধারি — মণিপুরগী ইতিহাসতা ইরবাত।

৬) এম: কির্তি — মণিপুরী সমাজ হৌগৎলকপা অমসুং চাউখৎলকপা।

৭) Select Documents of Jananeta Hijam Irabat & Khagendrajıt – Manipur State Archives.

৮) মাসিক মণিপুর ললিত মনঞ্জুরি পত্রিকা, আগষ্ট, ১৯৩৮।

# শান্নবগী মায়কৈদা ফ্রিদম ফাইটর খগেন্দ্রজিৎনা তৌরকখিবশিং

লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ ইং কুমজা ১৮৮৫ গী সেপ্টেম্বরগী তাং ১৩ লাংবন থাগী মঙাগী পানবা নোংমাইজিং নুমিত্তা ৱাংখে কোংবা লাইশ্রম লৈকাইদা পোকই। অপোকপা মপাগী মিংনা লাইখুরাম সেংগোই সিংহ কৌই। অদুগা অপোকপী মমাগী মিংনা রাজকুমারী থরোসনানা হায়না কৌই। খগেন্দ্রজিৎকী মপা পোকপা মপুদি লম্বোইবনী হায়দুনা খ্বায়না বাবাজী মহন্ত হায়না খঙনৈ। ময়ুমদা লাইশঙ মান্দপ শাদুনা রাধা-কৃষ্ণগী মুর্ত্তি লিংখৎতুনা লাই সেবীগীদমক্তা বামোন নেক্তুনা লাই সেবা চৎহনবা, মতম অদুগী মমিং লৈবা ইনাক খনবনী। মহারাজ চন্দ্রকির্ত্তিগী মতমদগী হনুমান ঠাকুরগী সেবায়ত ওইনা সুরচন্দ্র মহারাজগী মতম ফাওবা লৈরকখিবা মীশক্নী। খগেন্দ্রজিৎকী মমা রাজকুমারী থরোসনা দেবী, অহানবা নুপী লানগী লুচিংবী খরগী মনুংদা য়াওবী মথৌনা লৈবী নুপীনী। খগেন্দ্রজিৎ পোকপা চহি অদুমক্তদা মপা অমসুং মপু অনিমক মথং মথং শিখিবা অমসুং য়ুম মৈ চাকপগী থৌদোক অমগা মাইয়োক্নখিবা মরম্না পোকপা মতমদদি নুংঙাই য়াইফরবা খুৎকন-পাংগল্লবা ইমুংদা পোক্নবসু ইকুই কুইদনা কনা লৈত্রবী, লায়ররবী লুখ্রাবী নুপী অমগী অমত্ত ঙাইজরবা মচা ওইরকখি।

রাজকুমারী থরোসনাবু পোকপা মপা রাজকুমার সিংহধজসু লৈখিদ্রে। মদুদগী রাজকুমারী থরোসনানা লাইগী সেবা তৌরিবা হিদংময়ুম ধনেশ্বর শর্ম্মাগী মফমদা লাইগী সেবা শোয়দনা তৌবিনবগীদমক লৌ-খরগা ইংখোলগা, লাইশঙ মান্দপনচিংবা পুন্নমক শিন্নরম্লগা ৱাংখৈ লৈকাইদা ইংখোল অমা লৈদুনা মাগী মচানীপা খগেন্দ্রজিৎ, মমা থঙ্গোং দেবী অমসুং পীক্রিবা মৌপ্পা রাজকুমার নবদ্বীপসনাগা লোয়ননা লৈখি।

**শান্নবা**

খগেন্দ্রজিৎ, অঙাং ওইরিঙৈদা লাইরিক য়ান্না তমলমদে। খগেন্দ্রজিৎ, মতম অদুগী মৈতৈগী চনবী নহারোল পুন্নমক মুক্না শান্নবা, খোঙ-কাঙজৈ শান্নবদা মহাকসু মমান্নবগা লোয়ননা শান্নবদা খ্বায়গী মরক্তা য়াওদুনা মীথোই মীহেনবমক নৎত্রবসু

থবাইনা পান্নদি অদুম্মক লাকখি। খরা চাউরক্লবা মতমদা বাংখৈ নিংথেম পুখ্রি মপান্দা লৈবা কাংঙবম তুলসিংহ কৌবা অফাওবা থাঙগী ওজা অমদা থাঙ তাগী মহৈ নীংথিনা তমখি। হীরম অসিদদি মীথোই মীহেনবা মীশক অমা ওইখৎলক্রে। থাঙগী জগোই শারকপা মতমদা তোংঙান-তোঙানবা পুংলোন্দা নেৎতুনা থাঙ হায়দুনা থাঙদা মমিং লৈবা মী ওইরক্রে। শগোল তোংদুনা আরাম্বাই হূনবদদি থোইনা হেন্না মমিং চৎলক্রে। মহারাজ চুরাচান্দ সিংহগী মতমদা, মতম অমদা মহাক মথন্তু শগোল তোংদুনা আরাম্বাই তেন্দোং য়ান্দুনা লম্বীদা চৎপা য়াহল্লম্মী লোয়ননা শগোল কাঙজে শান্নবদদি থোইদোক্না হৈথোই শিংথোইবা মী ওইরক্রে।

শগোল লমজেল তান্নবা, শগোল কাঙজে শান্নবা অসী মহাক্কী খ্বায়দগী পামজরবা মশান্ননী। মহাক্না য়াম্না অহল ওইরবা মতম ফাওবদা শগোল অমত্তা ওইরবসু লোইদুনা মরক মরক্তা শগোল লমজেল তান্নহনবা অসী মহাক্কী অপাম্বনী। মশামক্না শগোল লমজেল তান্নবদা শগোল তান্নবদা শগোল থৌবা ঙম্লকত্রবা মতম ফাওবদা শগোল তোংবা শগোল থৌবা নহারোল নেক্লগা মাগী শগোল অদু লমজেল তান্নবদা শরুক য়াহনখি। শগোল কাংজৈ হায়বসী লাই হাকতক্তগী লৈরক্লবা, মৈতৈগী মাইকৈ ঙাকপা লাই ৭/৭ না শগোল কাংজৈ শান্নখি হায়বগী মৈতৈ পুয়াদা তরু তশেংনা ফংই। শগোল কাংজৈ হায়বা মশান্নসী পৃথিবী শীনবা থুংনা শান্নরবা মশান্ননী। মশান্না অসিমক মণিপুরদগী হৌদোকখিবনী হায়বগী হৌজিক্তি পৃথিবী পুম্বনা য়েৎনবা লৈতনা য়ানরবা ৱাফম্নী। খগেন্দ্রজিৎনা মশান্না অসী থৱায় য়াওজৈ। ওজাশিংনা তাকপীরকপদগী খগেন্দ্রজিৎনা শগোল কাখৎলমদাইদা মার্জিং কৌবা লাইবু খুরুমজরগা কাখৎলি। মসী ওজাশিং অতৈনা তৌরকপগী ৱারীসু অদুম্মক লৈরি। শগোল কাংজৈ লাই হাকতক্তগী লৈ। মৈতৈগী মায়কৈ ঙাকপা লাই ৭/৭ না শগোল কাংজৈ শান্নখি হায়বা মৈতৈগী ৱারী লৈরি। শগোল তোংবা থৌবা অহৈ অশিংনা শগোল কাংজৈ হায়বসি মণিপুরদগী হৌদোকখিবনি হায়নরিবসি য়েৎনবা লৈতনা পৃথিবী শিনথুংনা য়ানরবনি।

খগেন্দ্রজিৎ অঙাং ওইরিঙৈদগী কাং শান্নবদি য়াম্না পান্না শান্নরকই। ৱাংখৈ লৈকাইদা লৈবা ৱাংখৈময়ুম বার্নি চান্দ্বা সিংহ, মমিং লৈরবা পুং য়ৈবা ওজানী। নুংঙাই য়াইফনা, তরু-তহেন্না পানবা মীশক্নী। মহাক্কী চাওরবা ফজরবা মমাং শংগোই অমা লৈরম্মী। মদু ময়মগী কাংশঙ ওইনা শীজিন্নরম্মী। খগেন্দ্রজিৎকা লোয়ননা কাং শান্নমিন্নবা মীওইশিংদী ৱাংখৈময়ুম লৈরক্তা লৈবা গুরুময়ুম ঠাকুরমচা শর্ম্মা, ৱাংখৈ নিংথেম পুখ্রি মপান্দা লৈবা হঞ্জবম গৌরাচান্দ শর্ম্মা, ৱাংখৈ কোনশম লৈকাইদা লৈবা কৈশাম তোনশনা সিংহ অশিনচিংবনী। মমাংঙৈদদি শজিবু চৈরাউবা মতুংদগী

ইঙেনগী নোংম-পানবা ফাওবগী মনুংদা কাং শান্নবা চৎনরম্মী। তোর্নামেন্ট কাদি কয়া শান্নরমদে। নীপা খুৎ হায়রগা হৌজিক শান্নরিবা অসিগুম্না ৭/৭ না কাংখুৎ অমমম ওইবনী। নুপী খুৎ হায়রগা নীপা ৪ গা নুপী অহুমগা কাংখুৎ অমমম ওইদুনা শান্নে।

মমাংঙৈগী মতম অদুদি অয়াম্বা মতমদা নুপীশিংদি চেকফে ঙাক্তা কাপ্পা ওইনা তৌনরম্মী। নীপাশিংনা চেকফেসু লমথাসু অনিমক কাপ্পনী। মসী নত্তবা লৈকাই হুপ্পা পুন্না শান্নবসু য়াওই। মদুদি নীপা ঙাক্তনা ৭তগী হেল্লবা ফাওবদা পাংকাপতমক কাপ্পা নুপীসু ৩,৪,৫, হায়বা লৈতনা ১০/১০ ওইরবা ফাওবদা নুংঙাইনা শান্নমিনবা মশিবু লৈকাই কাং শান্নবা হায়রগা খঙনে। অদুগা মোইরাংগী ৱারীদা উরানহা খোঙজোম্বা খম্বা সাবা অসিনচিংবা তৌদুনা শান্নবসু লৈরম্মী। নোংমা খগেন্দ্রজিৎনা খম্বা সাবগী ফিজেৎ শেত্তুনা কাং শান্নখি। কাংসু ৭ কাংজৈসু ৭/৭ না শান্নরোই লাইরেম্বীসু ৭ মশিং অসিতনা খর নম্না পুথোকপীবগুম উজরি। খোংজোম্বাগী মতাংদা নত্তনা পাম্থোয়বীনা কাং মবেম্মা ওইনা শান্নবা হৌজিকসু অদুম ওইরি। পোৎলান্নদুনা শান্নবা কয়া য়াওই। কাং পানবা মী অদুদা পোৎ হেক লনবা অসিনচিংবা মওংগী, য়াম্না নুংঙাইখ্রবা মওংনী। অৱা-অনাগী শরুক্তি য়াওদ্রে। খগেন্দ্রজিৎ শান্নবা মখল খুদিংদা শরুক য়ারকখি। অয়াম্বা মতমদা নীপা খুৎ ওইরবসু নুপী খুৎপু ওইরবসু শান্নবা মতমদা মহাক্না অয়াম্বা মতমদা মতাই অচৌবা ফমদুনা শান্নে। ৱাংখৈ কোনশম লৈকাইদা লৈবা কৈশাম তোনসনা সিংহ, নুংঙাই য়াইফনা পানবা মীশক্নী। মহাক্কী মমাং শঙ্গোইসু কাংশঙ ওইনা শীজিন্নে। মাগীদা ময়াম লাক্তুনা হরাও তয়াম্না কাং শান্নবদু মহাক্নাসু পামজে। কৈশাম তোনসনা সিংহ, খগেন্দ্রজিৎ কাদি অয়াম্বা মতমদা লোয়ননা শান্নমিনবা মীশক্নী।

খগেন্দ্রজিৎ রাজনৈতিক্তা শক্নাইরবা লুচিংবনী, ধর্ম্মনৈতিক্তা শক্নাইরবা মীশকনি, পাঞ্জিগী মায়কৈদা, মাইবগী মায়কৈদা পনবদা মতীক চারবা মীশক্নী। সোসিয়েল এক্তিভিটিদসু অদু মঙাই মহাক্না তৌবগুম্না মী অমনা হেক্তা তৌবা ঙম্লরোইদবা মীশক্নী। থাঙ-তাগী হীরমদসু শক্নাইরবা মীশক্নী। পুম্নমক অসিগী মথক্তা শান্নখোৎনবগী হীরমদসু শক্নাইরবা শান্নরোই অমা ওইরম্মী হায়বসিদি মহাক্না মরৈবাক অসিদা মহাক্না ঙমজবা শরুক্তা খ্বায়গী মরক্তা শরুক য়ারম্লগা ইংশোক ১৯৪৮ গী সেপ্টেম্বরগী তাং ২৭ তা ঈশ্বরগী খুয়া তানখি।

# লৈচিল্লোনগী মায়কৈদা ফ্রিদম ফাইটর খগেন্দ্রজিৎনা তৌরকপা থবকশিং

ফ্রিদম ফাইটর খগেন্দ্রজিৎ, পাঞ্জিগী লমদা খণ্ডবা-হৈবতা নত্তনা লৈচিল্লোনগী মায়কৈদসু ফজনা খণ্ডবা মীশক অমা ওইরম্মী। খগেন্দ্রজিৎকী পুন্সিদা লৈচিল্লোনগী কাণ্ডলোন শান্নদুনা য়েংলগা তুংদা থোক্লক্কদবা থৌদোক কয়া মাঙজৌননা খণ্ডবদগী খুদোং থীবা থোকপা য়াবা কয়াদগী মশা নানথোকখিবগী ৱারী কয়া লৈরী।

খগেন্দ্রজিৎনা ত্রিপুরাদা লৈরিঙৈদা মহাক্তি নুমিৎ খুদিংগী নুমিদাংগী চাক-ঈশিং চাবা থকপা লোইরগা লৈচিল্লোন শান্নদুনা নুমিৎ অদুগী অমদি মথংগী নুমিৎতা মঙোন্দা করি থোক্কদগে অমদি লৈবাক্কী ওইনা করি ফত্তবা লাক্কদগে হায়বা কুপ্পা য়েংই।

লৈচিল্লোন শান্নজবগী মপান্না মহাক্কী য়ান্না চাউবা খুদোংথিবা থৌদোক অমা থোক্কদবদগী নাম্ফোকচখিবগী ৱারী লৈরি। খগেন্দ্রজিৎনা ত্রিপুরা কোনুংদা মহারাণী রত্নমঞ্জুরিগী প্রাইভেৎ সেক্রেটরি ওইনা লৈরিঙৈ মতমদা মহাকপু কল্লকপা মীওই কয়া লৈরম্মী। মতম অদুদা হীকান য়াইকাপ তৌদুনা অমনা অমবু মাঙনবা তৌবগী চৎনবী ফজনা লৈরম্মী। লৈবাক্কী অরুবা ৱাফম কয়া তান্নফম ওইরকপদগী হান্না কোনুং মনুংবু অসুপ্পা ওইদুনা লৈরম্বা মীওই খরনা খগেন্দ্রজিৎপু মাঙনবা হীকাপ য়াইকাপ কয়া তৌদুনা মাঙনবা তৌরম্মী। মহে নিংথিনা খণ্ডবা মীশক ওইবনা মহাক্না ঙাকথোকচদুনা মঙোন্দা করিসু তৌবা ঙমদ্রবদা নোংম্বা নুমিদাং অমা মীয়াম হৌদুনা খগেন্দ্রবু ফুগদবগী লাক্লম্মী।

অসিগুম্বা থৌদোক অমা হান্ননা মাঙজৌননা লৈচিল্লোন সান্নজবদগী খণ্ডবা ঙমজদুনা থৌদোক অসি থোক্কদবগী মমাঙদা হান্ননা মন্ত্রি কামিনি কুমার কৌবা অমাগী য়ুমদা লেকলুরনি হায়দুনা চৎখিবদগী মহাকপু ফুগনি হায়দুনা লাকখিবা মীওইশিং অদুগা মহাক্না থেংনখিদে। খগেন্দ্রজিৎ ইঞ্জিল্লকপা ঙাইদুনা ফন কুইনা লৈরম্লগা ঙাইবা ঙমদ্রদুনা চৎখি। নোংঙাল্লগা মীশিং অদুনা মখোয়না তৌরিবা পুম্বা খগেন্দ্রজিৎনা হান্না লোইনা খঙলক'বজাৎনি অদুনা মঙোন্দা করিসু তৌবা ঙমলরোই হায়বা খঙলদুনা চা থকমিন্নরগা চমথোকনখিবগি ৱাফম তাজে। তশেংবদি মহাক্না লৈচিল্লোন সান্নজবদগী

থোকলগদবা খুদোংথিবা থৌদোক অদুদগী মশাবু কনজবা ঙমহৌবনি। নৎলমদ্রবদি নুমিৎ অদুমক্তদা মহাক্কী য়াম্না খুদোংথিবা পুন্সি লোইবা য়াবগী ফিভম ফাওবা লৈরম্বনি। মসিগী মতুংদা মহাক্কী থাঙ-অগী সেবকশিং পাঙম্বম তরঙ্গো অমদি থোকচোম ইবোহল অনীবু মাগী মনাক্তা কৌশিন্দুনা লৈমিন্নখিবগী অতৈনো করিসু তৌবা ঙমদনা নুংঙাইনা ঈংনা লৈবা ঙমখি।

## ৱারোইসিন

অসুম্না মীয়াম্না রাজনিতিগী লমদদা মশক খঙনখিবা লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎকি পুন্সিদা পাঞ্জি অমদি লৈচিল্লোনগী লমদা তৌরম্বা খরা লৌখৎতুনা নৈনজবনি। মহারাণী রত্নমঞ্জুরিনা লৈখিদ্রবা তুংদদি খগেন্দ্রজিৎসু ত্রিপুরাদা কুইনা লৈথখিদ্রে।

হায়রিবা লৈচিল্লোন অসিগী কাঙলোন মতুং ইন্না অতিয়াদা লৈচিননা তোঙান-তোঙানবা পোৎশক অশংবা লৈচিল মচুনা মশা লোংবগী মওঙ লৈচিল অঙৌবা অনিনা কুপ্নবা লৈচিলনা থাঙ নযত্রগা লীরুংগুম উবা লৈচিলনা ৱাহোংগী মওঙগুম উবা লৈচিলনা শা-ঙা ময়াম মরন্নাই তান্নবগী মতৌগুম উবা, চোং শেকপিন অঙৌবগুম উবা, পোরোং খরা শাবগুম উবা, হূমাইগুম কাংহাইগুম উবা, লান চৎপা মতমদা লৈচিলনা লাইরেনগী মওংগুম মঙক লেকথনা উবা, লিনগী মওংগুম উবা অসুম্না মখল মওং কয়াগী শক্তম লৌদুনা থোকপা উরবদি মাগী মাগী তোপ-তোপ্পা অফ-ফত্তগী ফল লৈ। অসুম্না লৈচিনগী তোঙঙান তোঙানবা মশক মওংশিং অসিগী মতেংনা তুংদা করি করম্বা থৌদোক ৱাথোক থোক্লগে হায়বা য়েংদুনা খঙবা ঙম্বগী কাঙলোন অসিবু লৈচিললোন শান্নবা কৌই।

## মতেং লৌজখিবা লাইরিকশিং

১) চৈথারোল কুম্বাবা — লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ। লামায় -৮৯।

২) মিয়াত, খুৎই।

৩) চৈথারোল কুম্বাবা — লাইরেনময়ম ইবুংঙোহল অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, লামায় - ২৫৬, ২৮০,৩২১, ৫৭৪।

৪) চৈথারোল কুম্বাবা — লাইরেনময়ম ইবুংঙোহল অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, লামায় - ২৬৩।

৫) চৈথারোল কুম্বাবা — লাইরেনময়ম ইবুংঙোহল অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, লামায় - ২৫৭।

৬) চৈথারোল কুম্বাবা — লাইরেনময়ম ইবুংঙোহল অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, লামায় - ১২৩।

৭) চৈথারোল কুম্বাবা — লাইরেনময়ম ইবুংঙোহল অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, লামায় - ২৩৬/২৩৭।

৮) চৈথারোল কুম্বাবা — লাইরেনময়ম ইবুংঙোহল অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, লামায় - ২১২।

৯) লৈচিল্লোন — খুৎই।

১০) লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ — লাইখুরাম ইবোবী।

১১) লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ — লাইখুরাম ইবোবী।

১২) লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ — লাইখুরাম ইবোবী।

১৩) সারতিফিকেৎকি কোপী অমদি মেদল।

# ফ্রিদম ফাইটর খগেন্দ্রজিৎকী মিংশিং

খগেন্দ্রজিৎকী মপা-মমা, লৈবাক্কী শক্নাইরবা পাঞ্জি অমদি মীওই কয়ানা অমদি ওর্গেনাইজেসন কয়ানা তোংঙান-তোংঙানবা মিং থোন্নরক্নি। হায়রিবা মিংশিং অদু মখাদা উৎচরি।

১) **ইবুংঙোহল** — মপা-মমানা থোনবা মিংনী। লৈবাক অসিগী চৎনবী অমা ওইনা মমা সনানা পোকপা অহানবা মচানীপাবু ইবুংঙোহল হায়না থোন্নে। মদুগী মতুং ইন্না থোনবনী।

২) **খগেন্দ্রজিৎ** — খগেন্দ্রজিৎকী পোকপগী কুথি ইবীবা পাঞ্জীনা থোনবীবা মিংনী।

৩) **জ্যোতিষ বিদ্যারত্ন** — ত্রিপুরাগী মহারাণী শ্রীমতি রত্নমঞ্জুরী দেবীনা মহাক্কী পোকপগী কুথি য়েংহনবদা হৌখ্রবা পুন্সিগী থোকখ্রবা থৌদোক কয়াবু নৌহৌন্না ৱাহং ওইনা মতম অদুদা করি থোক্কনী হায়না হংবা ৱাহং কয়াদা চুন্না-চুন্না পাউখুম পীবা ঙম্মী হায়বগীদমক্তা জ্যোতিষ বিদ্যারত্ন হায়বা মিংথোল অসি সার্টিফিকেৎ অমগা লোয়ননা পীবনী। সার্টিফিকেৎ অদু মখুৎমক্লা বেঙ্গোলি লোন্দা ইদুনা পীবনী।

৪) **জ্যোতিষ রত্নাকর** — শ্রী রত্নমঞ্জুরী মহারাণীনা জ্যোতিষ বিদ্যারত্ন হায়বা মিংথোল অমা সার্টিফিকেৎকা লোয়ননা পীবদুনা পেনদ্রদুনা খগেন্দ্রজিৎকী জ্যোতিষকী মায়কৈদা হৈথোই-শিংথোইবশিংদা রত্নমঞ্জুরী মহারাণীনা জ্যোতিষ রত্নাকর হায়বা মিংথোল অমসু চান্দিগী মেদলদা ইদুনা পীবিখি। খগেন্দ্রজিৎ মেদালিস্ট হায়নসু কৌবিখ্রবনী।

৫) **ফাউন্দর ওফ মৈতৈ ময়েক থৌগল মরুপ** — খগেন্দ্রজিৎনা ইংশোক ১৯৩০ দগী হৌরদুনা মৈতৈ ময়েক্কী লাইরিক পুথোক্কুনা স্কুল লিংদুনা মৈতৈ ময়েক অসি স্কুলদা তম্নবা হোৎনরক্কুনা মমৈথংদা ইংশোক ১৯৪৫ দা ফোরমেল ওইনা মহাক মশামক্লা প্রসিদেন্ট ওইদুনা মৈতৈ ময়েক থৌগল মরুপ হায়না লিংখি। মদুগীদমক থৌগল মরুপনা খগেন্দ্রজিৎপু ফাউন্দর ওফ মৈতৈ ময়েক থৌগল মরুপ থোনখিবনি।

৬) **অখঙবা (মাইচৌ)** — মণিপুর য়েলহৌ থৌগল মরুপ্না খগেন্দ্রজিৎপু মৈতৈ পুয়াগী মরমদা থোইদোক হেন্দোক্না খঙবা মীনী, মঙোন্দা হংঙুবা খুদিংদা খঙদে হায়বা অমত্তা য়াওদানা ফজ-ফজনা পাউখুম পীবগীদমক অখঙবা (মাইচৌ) হায়বা মিংথোল অসি পীবনী।

৭) **ফাউন্দর ওফ পাখংবা লাইনিং** — পাখংবা লাইনিং হায়বসি রিভাইভ তৌনবগীদমক মৈতৈ লাইনিং মরুপ হায়বা মরুপ অমা খগেন্দ্রজিৎ সিংহনা, মহাক্কী অপাম্বা মতুং ইন্না হৌদোক্খুনা লিংখৎখিবনী। মহাক্না প্রসিদেন্ট ওইদুনা লিংখৎপা মরুপ অসিনা মসিগী চৎনরোল কয়া শেম্বদসু মহাক্কী অপাম্বা মতুং ইন্না পাখংবা লাইনিং অসি তুং কোইনা চৎনবা য়ানবা, কনাগুম্বা কাঙলুপ অমত্তনা কাঙলুপ অমবু নৎত্রগা মীওই খরবু নমথবা য়াদনবা কাঙলুপ অমত্তনা হেন্না খুদোংচাবা লৌবা য়াহন্দবা মৈতৈগী থায়নগী চৎনরোল কয়াদা য়ুমফম ওইবা মতুংদা ফজনা শেম্বগীদমক মৈতৈ লাইনিং মরুপ্না ফাউন্দর ওফ পাখংবা লাইনিং হায়না থোনখি।

৮) **ফ্রিদম ফাইটর** — খগেন্দ্রজিৎনা ব্রিটিশ অমদি রাজতন্ত্রগী কল্লবা মৈরক্তা ইংশোক ১৯৩২ দগী হৌরদুনা মণিপুরদা ফ্রিদম সট্রগল তৌরকপা লৈবাক অসিগী প্রজাশিংদা রাজনৈতিক্কী ইদুকেসন পীরকপা, ইংশোক ১৯৩৫ দা মশামক্না লুচিংদুনা ফ্রিদমগীদমক অচৌবা রিভোলুসন অমা হৌবদা থা ৬ জেল তাখিবা অদুগীদমক মণিপুর পলিটিকেল সাফররস এসোশিয়েসন্না খগেন্দ্রজিৎপু ফ্রিদম ফাইটর হায়বা মিংথোল পীখি।

৯) **ফাউন্দর ওফ পার্টি পলিটিক্স (ইন মণিপুর)** — মণিপুরদা রাজনৈতিক দল শেমদুনা ইংশোক ১৯৩২ দগী রাজনৈতিক্কী অন্দোলন তৌদুনা লৈবাক অসিগী প্রজাশিংদা রাজনৈতিক্কী বাখল লৈহনখিবা ইংশোক ১৯৩৫ দা অচৌবা রিভোলুসন অমা হৌদুনা মশামক থা ৬ জেল তাখিবা কয়া অসি য়েংলগা খগেন্দ্রজিৎ অসি মণিপুরগী ফাউন্দর ওফ পার্টি পলিটিক্স হায়বা মিংথোল অসি মণিপুর প্রদেশ কংগ্রেস কমিটিগী প্রসিদেন্ট শ্রী হৱাইবম নীলমনি সিংহনা থোনখিবনী।

১০) **মহাত্মা** — খগেন্দ্রজিৎপু মহাত্মা হায়বা মিংথোল অসি দাক্তর য়েংখোম ভৈগ্য সিংহনা থোনখিবনী। মহাক্না হায়খি করিগুম্বা হীরম অমদা মহাক্নদি চুম্মী হায়না খঙলবা মালেম অসিদা কনানসু খঙদ্রিবা মতম অদুদা মদু অচুম্বনী হায়না মাবু

শৌগৎপিনবা কনা লৈত্রবসু অচুম্বনি হায়বা ঙম্বা মীশক অদু মহাত্মানী। খগেন্দ্রজিৎনা মণিপুর ইতিহাস হায়না কৌবা লাইরিক মচা অমা ফোঙখি। মদুদা চাইনিজশিং অসি মণিপুরদগী খুন্দাদুনা লৈখিবনী, মখোয়গী হৌরকফমদী মণিপুরনী হায়না ইবা থেংনখি। মদুদা খগেন্দ্রজিৎ অসি অস্তাওবনী হায়না ময়াম্না হায়নরম্মী। মমৈথংদদি চাইনাগী স্কোলারশিংনা মখোয়গী হৌরকফমদি মণিপুরনী হায়না ইংলিস খবরদা ফোঙবা থেংনবদগী খগেন্দ্রজিৎপু মহাত্মানী হায়না লৌখি। খগেন্দ্রজিৎপু ঐনা মহাত্মা হায়বা মিংথোল অসি ওফর তৌজরীবনী।

১১) **জীববু নুংশিবা সমাজ শেবক** — খগেন্দ্রজিৎ তাইবং মীওইবগী য়াইফনবা সমাজ সেবা তৌবতা নত্তনা শা-ষণগী য়াইফনবসু মানা ঙমজবা থাক্তা তৌরম্মী। লম্ফেল পাৎকী কোমদা পুৎথদুনা ষণ কয়া শিরবদা ভলুনটিয়ার ময়াম খোমদুনা লম্ফেল পাৎকী কোম ফুনখিবনী। ষণশিং অদুনা কোমদা পুৎদুনা শিরিবসি মখোয়না চীংয়াদা শজিক চারুরগা ঈশিং থরুবা হায়দুনা ঈশিং থকপদা কোমদা পুৎথদুনা শিরিবনী হায়দুনা চীংয়াদা ষণশিংগী ঈশিং থরুনবা হায়দুনা ভলুন্টিয়ার ময়াম খোমদুনা চাউরবা পুখ্রি অমা তৌখি। মদুদগীদি ষণ শিবগী চাং অসি য়াম্না হন্থখিরম্মী। মদুগীদমক ফ্রিদম ফাইটর ফুরাইলাৎপম বেদগর্ভ শর্ম্মা (এলায়েজ দাওজি) না খগেন্দ্রজিৎপু জীববু নুংশিবা সমাজ শেবক হায়বা মিংথোল অসি থোনখি।

১২) **ফাদর ওফ ভি: ভি: এফ:** — খগেন্দ্রজিৎপু ফাদর ওফ ভি: ভি: এফ: হায়বা মিংথোল অসি মণিপুর সরকারগী সিভিল দিফেন্স দিপার্টমেন্টকী দাইরেক্টর ওইরম্বা শ্রী এম. সোমোকান্ত সিংহনা থোনখিবনী। খগেন্দ্রজিৎনা ইংশোক ১৯৩৫ দা দাবী ৮ গী রাজনৈতিক্কী রিভোলুসন হৌবদা মরু ওইনা লৈকাই, খুঙ্গংশিংদা হুরান-চিন্থি, লুৎ-পাৎ ময়ামদগী সরকারগী পোলিসনা ঙাকপা ঙমদ্রে, প্রজাশিংনা শান্তি লৈনা হিংবা ঙমদ্রে। পোলিসকী মতেং পাংনবগী খুঙ্গং লৈকাই ঙাক শেন্নবগীদমক ভিলেজ ভলুন্টিয়ার ফোর্স শেমগৎলু হায়বা দাবী অমা য়াওরি। ইংশোক ১৯৩৫ দদি পৃথিবীগী লৈবাক অমত্তদা আমেরিকাদা, জপান্দা, গ্রেট ব্রিটেন্দা, জর্ম্মন্দা অসিগুম্বা বাখল অমত্তা খন্নবা লৈত্রি। তেরিতোয়েল আরমি, হোম গার্দ, সিভিল দিফেন্স, এস. এস. বি হায়বা অসিগুম্বা অমত্তা শেম্নদ্রি, শেম্নবগী খন্নবসু লৈত্রি। খগেন্দ্রজিৎনা ইংশোক ১৯৩৫ দা দাবী অমা ওইনা তান্দুনা রিভোলুসন হৌবদা সরকারনা ফাদুনা আই. পি. সি.

সেক্সন ১২৪ (ক) অমসুং ৪১৭ কী মতুং ইন্না থা ৬ জেল পীদুনা জেলদা লৈরুরবা মতুংদা জেলদগী থোরক্লেগা ইংশোক ১৯৩৬ তা ইম্ফাল এরিয়াগী চৌকিদার ৩০ রোমগা খুৎশন্নরগা ভিলেজ ভলুন্টিয়ার ফোর্স শেমগৎতুনা মদুদা ভলুন্টিয়ার ১০,০০০ (লীশীং তরা) রোম য়াওহন্দুনা লৈকাই পুন্নমক অসিদা চৈতুপ পায়বা ভলুন্টিয়ার ১০/১০ না অহিং মিৎশেল খাণ্ডদুনা (অহিং তুমদনা) ঙাকপদগী চহি অমরোমদি ইম্ফাল এরিয়াগী প্রজা পুন্নমক অসি হুরান-চিন্থি, লুৎ-পাৎতগী ঈংনা তপ্পা লৈবা ফংখি। শ্রী এম. শোমোকান্ত সিংহনা হায়খি। পৃথিবীগী লৈবাক অমত্তনা খন্নদ্রিবা লৈবাক্কী অফবা কান্নরগদবা থবক অসিবু খগেন্দ্রজিৎনা য়াম্না ঙন্না ইংশোক ১৯৩৫ দা পুথোকখিবা মদু ভারত সরকারনা খ্বয়দগী হান্না ইংশোক ১৯৭২ দা মণিপুরদা ভিলেজ ভলুন্টিয়ার ফোর্স লিংখিরম্মী। খল্লুরগা খগেন্দ্রজিৎ অসি মলেম পুম্বগী ফিদমনিংঙাই ওইরবা মণিপুরদা ভিলেজ ভলুন্টিয়ার ফোর্স লিংখিবদুগীদমক খগেন্দ্রজিৎতা ফাদর ওফ ভি: ভি: এফ: হায়বা মিংথোল অসি ওফর তৌজবনী।

১৩) **পুকচেল তপ্পা লুচিংবা** — খগেন্দ্রজিৎপু পুকচেল তপ্পা লুচিংবা হায়না মিংথোল পীরিবসী শ্রী শোয়াম শত্রাধারি, এক্স ইলেকটোরেল কালেজ মেম্বরনী। মহাক্না হায়খি - খগেন্দ্রজিৎ, মতম পুম্বদা ঈংনা তপ্পা বা ঙাংবা লুচিংবা অমনী লুর-লুরবা তাঞ্জা লাক্লবদসু মহাক্না করিগুম্বদসু ফিংগৎপা অশাউবা লৈতে মী পুন্নমকপু ঈংনা তপ্পা লৈহন্দুনা ভাব তাদবা কয়া লৈরবসু তপ্পা-তপ্পা ভাব তানহন্দুনা ময়াম তিন্নরকপদা পুন্নমক ঈংনা লৈহন্নবা হোৎনবা লুচিংবা অমনি। মহাক্কুম্বা লুচিংবা থেংনজদে। মরম অসিদগী খগেন্দ্রজিৎপু পুকচেল তপ্পা লুচিংবা মিংথোল অসি ঐনা ওফর তৌজবনী।

১৪) **মাইবরেন** — এক্স-দিপুটি স্পিকর শ্রী ঐচ. সনায়াইমা সিংহনা খগেন্দ্রজিৎপু মৈতৈ মাইবগী কাঙলোন্দা নীংথীনা খঙলবা মাইবরেন্নী হায়না শীংথাখি। অসুম তৌনা মৈতৈ মাইবগী কাঙলোন কুপ্না খঙবা মরমদগী মহাক্না থেংনরম্বা অনাবা খুদিংমক মহাক্না লায়না ফাহনবা ঙমখি। অনাবা মথং মথং ফাহল্লকপদগী ত্রিপুরাগী মহারাণী শ্রীমতি রত্নমঞ্জুরী দেবীবু ফহনবা ঙমখিবদগী মচা পোক্তবী মহারাণীনা অয়োকপা মচানী হায়বগা লোয়নন্না তলব চাউনা পীদুনা খগেন্দ্রজিৎপু প্রাইভেৎ সেক্রেটরী ওইহনখিবনী। মহাত্মা গান্ধী উনদুনা রাজনৈতেক্কী বারী শানবদগী রাজনৈতিক্কী মরু হুনখিবা, মাইব কয়াবুসু মতেং পাংবীদুনা মীওইবগী মতেং চাউনা পাংখিবগী য়েংলগা খগেন্দ্রজিৎপু মাইবরেন হায়বা মিংথোল অসি মহাক্না ওফর তৌরিবনী হায়খি।

১৫) **খগেন্দ্রজিৎ দেশ ভক্তনী** — খগেন্দ্রজিৎপু দেশ ভক্তনী হায়না এক্স-এম. পী., শ্রী এন. তোম্বী সিংহনা শীংথাখি। খগেন্দ্রজিৎকী পুন্সিগী ৱারী নৈনরুরগা তশেংনমক দেশ ভক্তনী হায়বদু শেংনা খঙবা ঙম্মী। মশাগী ওইজবা থাদোক্তুনা মরৈবাক্কীদমক মহাক্না হোৎনরকলিবসি কয়া য়ামখ্রে। শেম্লোক লৈতবা মণিপুরগী প্রজাদা লুপা অমগী ফৌ সংবাই ৩/৪ ফংবা মতমদা য়ুমথোঙগী শোরোক্তা খিনবা টোটি ঈশিংগী খাজনা লুপা অনীমখায়/অনীমখায় থীবা হায়বসি লৈবাক অসিগী প্রজাগী মফমদদি লুম্লবা পোৎলুম ওইরম্মী। মদু কোক্নবা অন্দোলন তৌখি। লুপা অমামখায়/অমামখায় দা হন্থহনখি। একাগাড়িগী খাজনা কোক্নবা ভিলেজ ভলুন্টিয়ার ফোর্স লিংনবা ৱারোলগী অন্দোলন তৌদুনা জেল তাখি। মৈতৈ ময়েক্কী লাইরিক তম্নবা হোৎনৈ। মদু জাতিগী ময়েক মাঙখিদনবা অমসুং চাওখৎনবগী অচৌবা খোঙথাঙনী। অসিনচিংবা ময়াম অসি য়েংলগা খগেন্দ্রজিৎ তশেংনমক দেশ ভক্তনী, মমা লৈবাক্তা ভক্তি লৈবনী।

১৬) **খগেন্দ্রজিৎ কর্ম্ম যোগীনী** — মণিপুরগী ফাইনান্স মিনিষ্টর ওইরম্বা শ্রী লাইশোম ললিত সিংহনা খগেন্দ্রজিৎপু কর্ম্ম যোগী হায়বা মিংথোল অসি ওফর তৌখি। মহাক্না হায়খি, খগেন্দ্রজিৎ, তশেংনমক কর্ম্ম যোগীনী খগেন্দ্রজিৎকী পুন্সিগী ৱারী অসি কুপ্না নৈনরুরগা মহাক্না অখঙবা-অহৈবা ওইনা তাকপী-তম্বীবতা নত্তে, লীলাগী মায়কৈদা য়েংলবসু মহাক্না লীলাগী ভোলুম ইরগা মীয়ামদা চান্নগদবা পার্ট য়েংনথোক্লগা মশামকসু পার্ট লৌদুনা লীলা য়াওই। মখুৎনা লাংগোল পায়দুনা লৌমী অমা ওইনা থবক তৌই। মৈতৈ ময়েক স্কুল লিংনবা হোৎনবদা মশামক য়াওই, মৈতৈ ময়েক্কী লাইরিক নমদুনা তম্নবা হোৎনৈ। ইতিহাস নৈনবদা পুক্লিং চংই। রাজনৈতিক্কী অন্দোলন তৌদুনা জেলগী অৱাবা খাঙলকখি। মদুদা মহাক্না করিসু খন্দে। পুম্নমকসি য়েংলগা খগেন্দ্রজিৎ কর্ম্ম যোগীনী হায়বসি শেংনা উৎলি। মদুগীদমক খগেন্দ্রজিৎপু কর্ম্ম যোগীনী হায়বা মিং অসি ঐনা ওফর তৌজরিবনী।

১৭) **অফবা তৌবা খগেন্দ্রজিৎ** — মণিপুরগী মিনিষ্টর ওইরম্বা শেলকাই হরাংচানা খগেন্দ্রজিৎপু অফবা তৌবা খগেন্দ্রজিৎ হায়বা মিংথোল অসি ওফর তৌবনী। মানা হায়খি, খগেন্দ্রজিৎকী পুন্সি ৱারী নৈনরুরগা মহাক্না তৌরমলিবা থবকশিং অসি থাদুনসু লোইররোইদবোই নীংলবা য়ামখ্রবা থবকশিং অসি অফবা ঙাক্তা তৌরম্মী। মীয়ামবু রাজনৈতিক মণ্ডাল ফংহনবগা লোয়ননা ঈশিং খজনা কোক্নবা, একা গাড়িগী খাজনা কোক্নবা অন্দোলন তৌরম্মী। প্রজাগী ভোৎনা

দরবার মেম্বর খনবা য়াহল্লু, ভিলেজ ভলনটিয়ার ফোর্স লিংখৎলু হায়বগী অন্দোলন তৌদুনা জেল তাবা, মৈতৈ ময়েক্কী স্কুল লিংনবা হোৎনদুনা মদুদা মৈতৈ ময়েক তমহন্নবা হোৎনখিবা, নীপা কৈথেল শেমখিবা, মখুৎনা লাংগোল পায়দুনা লৌ উবত্ত নত্তনা লৌমীশিংগী য়াইফনবা হায়দুনা পোইরৌ প্রোজেক প্লান তৌরম্বা, লৌ লৈতবা মীদা লৌ ফংহনবগা লোয়ননা চাথোক লৈবা লৌফম প্রোজেক ওইনা পায়খৎনবা প্লান তৌরম্বা, শা-ষণশিংগীদমক লম্ফেল পাৎকী কোম ফুনবা, লম্ফেলদা ষণশিংগী থরুনবা ঈশিং ফংনবগীদমক অচৌবা পুখ্রি অমা তৌখি ময়াম অসি খল্লুরগা মানা ফৎত্তবা অমত্তসু তৌরমদবা অফবা ঙাক্তা তৌরম্বা অসিগীদমক খগেন্দ্রজিৎপু অফবা তৌবা খগেন্দ্রজিৎ হায়বা মিং অসি ওফর তৌজবনী। মহাক্কী নীংশিং থৌরমদসু ময়ান্না লেকচর ঙাক্তা নত্তনা অফবা থবক খরসু তৌবীয়ু হায়খি।

১৮) **লমজিং মৈরাবা** — মণিপুরগী মিনিষ্টর ওইরম্বা শ্রী ও জোয় সিংহনা খগেন্দ্রজিৎপু লমজিং মৈরাবা হায়বা মিথোল অসি ওফর তৌখি। মহাক্না হায়খি ব্রিটিশ অমদি রাজতন্ত্রগী কল্লবা মৈরক অদুদা মহাত্মা গান্ধীগী সত্যগ্রহ অদু মণিপুরদসু মহাক্না সত্যাগ্রহ অন্দোলন তৌদুনা, শেনথোক লৈতবা মণিপুব প্রজাগী মথক্তা পব্লিক হাইদ্রেন্টকীদমক ঈশিং খাজনা য়ুমথোঙদা লুপা অনীমখায়/অনীমখায় লৌরিবসি প্রজানা শেনথোক লৈতবনিনা থীব ঙমদ্রে। ঈশিং খজনা থীদবগীদমক জেলদা থম্বা তারবদি জেলদি চল্লরোই, মী থম্ফম লৈরারোই মবম অদুনা ঈশিং খাজনা কোকপীরো হায়না অন্দোলন তৌদুনা খাজনাগী রেৎ অনিরক হন্থদুনা য়ুমথোঙদা লুপা অমামখায়/অমামখায়দা লেপখিবসি খল্লুবদা অঙকপগী মশক্নী। নিংথৌগী মনা ফক্লাংদা থেৎলি হায়দুনা অহিংদা য়ুমদ ফাওবা নিংথৌগী মাইয়োক্তা করিগুম্বা ব্রা অমত্তা ইমুং-মনুংদা ফাওবা ঙাঙনদবা মতম অদুদা প্রজাগী ফননবগীদমক্তা ব্রিটিশ অমদি নিংথৌগী মাইয়োক্তা বাজনৈতিক দল শেমদুনা অন্দোলন তৌবা হায়বসি অরায়বা নত্তে। ইংশোক ১৯৩৫ দা দাবী ৮ গীদমক অচৌবা রিভোলুসন হৌদুনা মশামক থা ৬ জেল চঙখিবা, ভিলেজ ভলন্টিয়ার ফোর্স ফাওবা শেমদুনা প্রজাগীদমক হোৎনখিবদু য়েংলগা খগেন্দ্রজিৎ লৈবাক অসিগী প্রজা পুন্নমক্কী লমজিং মৈরা পায়বা মৈরাবা হায়বা মিংথোল অসি ঐনা ওফর তৌজবনী হায়না জয় না হায়খি।

১৯) **এক্সত্রিমিষ্ট খগেন্দ্রজিৎ** — এক্স এম শ্রী লাইশ্রম যোগেশ্বর সিংহনা এক্সত্রিমিষ্ট খগেন্দ্রজিৎ হায়বা মিংথোল অসি ওফর তৌখি। মহাক্না হায়খি, খগেন্দ্রজিৎ অসি বা ঙাংবা মতমদদি য়াম্না ঈংনা তপ্পা ঙাংঙি। অদুগা তৌথোরকপা থবক্তদি অঙকপা ফংনা য়াংশিল্লি। য়াম্না এক্সত্রিমিষ্ট ওইবা রিভোলুসনরি লিদর অমনি। রাজনৈতিক্কী চিং-চিরবা মতাংদা নৈনরকপদা মদুদি অন্দোলন তৌরশী ঐখোয় ময়াম জেলদা হেক লৈরগা লোইরে হেকতমক হায়বা অসিনি। জেলদা লৈবসিসু করিসু ওইনা খন্দে। মহাক্না চঙশিনখ্রবা, মহাক্না থাঙজিনখ্রবা খোংথাঙ অমুক হন্দোকপগী বা লৈতে। বা-ঙাংবদদি য়াম্না তপ্লবসু থবক্তি য়াম্না য়াঙই। হন্দোক্নুনা হম্থনা খন্নবা কয়া য়াদে। মরম অসিনা ঐনা খগেন্দ্রজিৎপু এক্সত্রিমিষ্ট খগেন্দ্রজিৎ হায়বা মিংথোল অসি ওফর তৌরীবনী।

২০) **দেশ প্রেমি খগেন্দ্রজিৎ** — মণিপুরগী প্লন্নিং অমদি রেভিনীয়ু মিনিষ্টর ওইরম্বা শ্রী এলাংবম কুঞ্জকিশোর সিংহনা খগেন্দ্রজিৎপু দেশ প্রেমি হায়বা মিংথোল ওফর তৌখি। মহাক্না হায়খি — খগেন্দ্রজিৎকী পুন্সি বারী অসি কুপ্না নৈনরুরগা মঙোন্দা দেশ প্রেমি অমা ওইবগী খুদম ময়েক শেংনা উবা ফংই। পৃথিবী শীনবা থুংনা শক্তি লৈরবা পৃথিবীগী খ্বায়দগী শক্তি চাউরবা ব্রিটিশ অমদি নিংথৌগী শক্তিনা লৈবাক অসিদা খম-থেংনা বাংনা লৈরিঙে, নিংথৌগী মনা ফক্লাংদা থেৎলি হায়দুনা নুমিদাং অথেংবদা ইমুং মনুংদা ফাওবা নিংথৌগী মাইয়োক্তা বারী শানখিদবা মতম অদুদা ব্রিটিশ অমদি রাজতন্ত্রগী মাইয়োক্তা প্রজাগী অবাবা কোকনবগীদমক য়াম্না ঙন্না ইংশোক ১৯৩২ দা মহাত্মা গান্ধীগী সত্যাগ্রহ অন্দোলনবু মশামক্না লুচিংদুনা শেম্বা রাজনৈতিক দল অমনা ঈশিং খাজনা কোকনবগী দাবী তৌদুনা সত্যাগ্রহ অন্দোলন তৌখিবা, ইংশোক ১৯৩৫ দা দাবী ৮ গীদমক রাজনৈতিক্কী অচৌবা রিভোলুসন হৌদুনা মশামক থা ৬ জেল তাখিবদু য়েংলগা চীংনা কোয়শীন্দুনা ভারতকী কোনুং দিল্লীদগী থাপ্পা লৈখ্রবা লমদম অসিগী প্রজাশিংদা রাজনৈতিক্কী ইদুকেসন পীবগা ইরোইননা প্রজাগী অবাবা কয়া কোকনবগীদমক মহাক্না জেলগী অবাবা খাঙখিবদু তশেংনমক খগেন্দ্রজিৎ দেশ প্রেমীনী হায়বদু শেংনা তাকলি। মরম অসি লৌবদগী ঐহাক্না খগেন্দ্রজিৎপু দেশ প্রেমী হায়বা মিংথোল অসি ওফর তৌজবনী।

২১) **ফাদর ওফ সোসিয়েল রিফোর্মেসন** — দাক্তর পি. খুমনখোম্বনা খগেন্দ্রজিৎপু ফাদর ওফ সোসিয়েল রিফোর্মেসন হায়বা মিংথোল অসি ওফর তৌখি। মহাক্না হায়খি — সোসিয়েল রিফোরমেসনগা মরী লৈনবা থবক কয়ামরুম খগেন্দ্রজিৎনা তৌরকখ্রে —

(ক) ব্রহ্মাসভাগী মাইয়োক্তা অমাং অশেংগী মরমদা থেংনরকখিবা।

(খ) চকপশিংগা (শেদুল কাষ্টশিংগা) ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণবশিংগা পুম্না চামিন-থকমিন্নবাগী থবক তৌখি। ব্রহ্মাসভাগীময়োক্তা অমাং-অশেংগী থেংনবা অমসুং চকপশিংগা চামিন থকমিন্নবা য়াহনবীবা অসি ঙাক্তানা তুং কোইনা মীয়াম্না অবাবা কোকপা য়ারোই মরম অসিনা ওইবা য়ারোই অমদা নৎত্রগা অমদা, নোংম-নৎত্রগা নোংমা খুদোং থিনিংঙাই ওইবা অদুম্মক লৈগনী। মরম অসিনা অতোনবা মীচম প্রজাশিংনা ধর্ম্মগা মরী লৈনবা থবক্তা ঈংনা তপ্না হিংবা ঙম্মনবগীদমক বৈষ্ণব ধর্ম্ম থাদোক্লগা পাখংবা লাইনীং চৎখি পাখংবা লাইনিংগী চৎনরোলশিং অদুসু মৈতৈগী হান্না চৎনরকপশিং অদুদা য়ুমফম ওইবা, কনাগুম্বা শক্তি লৈবা মীওই নৎত্রগা শাগে নৎত্রগা কাঙলুপ অমত্তনা মীয়াম্বু ওৎপা-নৈবগী খুদোং চাবা পীদবা। য়ানবা-নুংশিনবগী মতুং ইন্না থবক থৌরম পুন্নমক পাঙথোকপা, অদুগুম্বা মখলগী লাইনিং লিচৎ পুথোক্লুনা মীয়াম্বু চৎনহনখি। ফাওরবা সোসিয়েল রিফোর্মর কয়ামুক লৈরিবনী। মদু ময়াম পুন্নমক্না খঙনরিবনী। অদুবু খগেন্দ্রজিৎনা লৌরিবা ফীরেপ, কনাগুম্বা কাঙলুপ অমত্তনা ধর্ম্ম অদু চৎচরিবা মীওইশিংবু এক্সপ্লোইট তৌবা থিংনবগীদমক অনৌবা ধর্ম্ম অমা পুথোকপদি থোয়না লৈখিদে। মরম অসিদগী ঐনা খগেন্দ্রজিৎপু ফাদর ওফ সোসিয়েল রিফোর্মেসন হায়বা মিং অসি ওফর তৌজবনী।

২২) **মলেমদা মৈতৈবু শকতাকপগী লময়ানবা** — মণিপুর য়ুনিভর্সিটিগী প্রোফেশর দাক্তর আই. আর. বাবুনা খগেন্দ্রজিৎপু মলেমদা মৈতৈ হায়বা কাঙলুপ অমা লৈরি হায়বসি ময়েক শেংনা তাকপগী লময়ানবা হায়বা মিংথোল অসি ওফর তৌখি।

(ক) বেঙ্গোলি ময়েক্না মৈতৈলোন ইরিবসি তোক্লুনা মৈতৈ ময়েক্না ইননবগীদমক মৈতৈ ময়েক্কী লাইরিক শপা নমদুনা মীয়াম্বু তমহনখিবা।

(খ) মৈতৈ ময়েক তম্নবগীদমক তোংঙানবা স্কুল লিংবগী থবক্তা পুক্নীং চঙখিবা।

(গ) মৈতৈগী তোংঙানবা লাইনিং লাইশোন পুথোকপা। মদু মালেমদা চৎনরিবা লাইনিং লিচৎশিংগা য়েংনরব্বদা হৃষ্টদ্রবা ফাজরবা লাইনিং লিচৎ পুথোকপা।

(ঘ) মৈতৈগী লাইনিং লাইশোনগী ফাজরবা ঈশৈ পালা পুথোকপা।

(ঙ) মৈতৈগী মুক্তা, শগোল-লমজেল, শগোল কাঙজৈ অমদি কাং শান্নবনচিংবা মৈতৈগী মশান্নশিং অসি পুখৎপা।

(চ) মৈতৈগী থাঙ-তা, অরাম্বাই হুনবনচিংবা খুৎশু-খুৎলাইশিং অসি মীয়াম্বু হৈহন্দুনা মলেমদা মৈতৈগী শক তাক্লবা হোৎনবা।

(ছ) মৈতৈ পুয়া নীংথীনা খঙহনবা।

(জ) মৈতৈ মাইবগী লাইয়েং, কাঙলোন।

(ঝ) মৈতৈগী ফিজেৎ-চাকচা, কলচরগী থবক থৌওং ময়াম অসি য়োকখৎলকপা।

মসিগী লময়ানবা মীশক ওইদুনা মালেমদা মৈতৈ হায়বা তোপ-তোপ্পা কাঙলুপ অমা হিংদুনা লৈরি হায়বসি উৎনবা হোৎনরিবশিংগী লময়ানবা হায়বা মিংথোল অসি ঐনা ওফর তৌজরি।

ইংশোক ১৮৮৫ গী সেপ্টেম্বরগী তাং ১৩ লাংবনগী ৫ নি পানবা নোংমাইজিং নুমিৎত বাংখৈ কোংবা লাইশ্রম লৈকাইদা পোকখিবা লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ অমদি ইবুংঙোহলনা মাগী পুন্সিদা শীংথাবা য়ারবা, মাইবা, পাণ্ডিৎ, কালাকার, লৌমী, রাজনৈতৈক, সোসিএল রিফোর্মেসন, থাঙ-তা, অরাম্বাই, শগোল কাংজৈনচিংবা শান্ন-খোৎনবা, লৈবাক মীয়াম্না শেনথোক লৈনা হিংনবা, ময়েক-মশোল, লাইনিং লাইশোন্নচিংবা কয়াদা মালেমদা শক তাকপা য়ারবা থবক কয়ামরুম তৌরম্লগা ইংশোক ১৯৪৮ গী সেপ্টেম্বরগী তাং ২৭ লাংবনগী ২৪ নি পানবা ইরাই নুমিৎকী অয়ুক অঙনবদা তেংবান মপুগী খুয়া তানখি।

ইংশোক ১৯৩৫ গী ওক্টোবর রিভোল্যুসন্দা

আই. পি. সি. সেক্সন ১২৪ (ক) অমসুং ৪১৭ গী

মখাদা থা তরুক জেল তাখিবশিং



ফ্রিদম ফাইটর লাইখুবাম খগেন্দ্রজিৎ



ফ্রিদম ফাইটর ক্ষেত্রিমযুম তোম্বা সিংহ



ফ্রিদম ফাইটর পুংশুম্বম নিংথেমজাও সিংহ

# পাখংবা লাইনিং শন্দোকখিবা



ফ্রিদম ফাইটব লাইখুবাম খগেন্দ্রজিৎ



আব কে সনামচা



ৰাংখৈমযুম গুলাপমচা সিংহ

# মৈতৈ ময়েক হাই স্কুলগী মেনেজিং কমিটি



বাজকুমাব তোমালসনা, প্রেসিদেন্ট



অখাম থম্বালঅঙৌ, সেক্রেটবী



লাইখুরাম ইবোবী, ফাউন্দর মেম্বর

# খগেন্দ্রজিৎতা মিংথোল পিখিবা শক্লাইরবা মীওই খরা



ফ্রিদম ফাইটব বেদগর্ভ শর্ম্মা



হবাইবম নীলমনি সিংহ, এক্স প্রসিদেন্ট
মণিপুব প্রদেশ কংগ্রেস কমিটি



ডা যেংখোম ভৈগ্য সিংহ



এস. শ্যামকান্ত সিংহ,
বিটাইর্ব দাইবেক্টব, সিভিল দিফেন্স





এল যুগেশ্বব সিংহ, এম. এল. পি